# অরোইবা বিচার

*(বারিমচাগী লাইরিক)*

অইবা ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

শিংজমৈ চীঙা মখোং চোংথাম লৈকায়, ইম্ফাল, মনিপুর।



*ফোংজবী* ঃ ময়াংলম্বম ওংবী রাজকুমারি থোইবীস্না দেবী
শিংজমৈ চীঙা মখোং চোংথাম লৈকায়, ইম্ফাল, মনিপুর।

*অহানবা ফোংবা* ঃ লমদা থাগী ১৪ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎ
মার্চ ১৭, ২০০৩



*কোপী মশীং* ঃ ১০০০

*মমল* ঃ লুপা ৭০/-

*লাইরিক ফংফম* ঃ অইবগী য়ুম অমসুং
মরু ওইবা লাইরিক য়োনফমশিংদা ফংবীগনি।

*নম্ফম* ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক ইম্ফাল।



ঐবু মচাগুম্না লমজিংবীরম্বী লৈখিদ্রবী ইমা

লোংজম্ নিঙোল্ হিজম্ ওংবী শোরোজিনি দেবীগী

চরন্দা কচ্চবা ঐগী অহানবা লাইরিক্

**“অরোইবা বিচার”**

# লাইরিক অসি পারুবদা

"অরোইবা বিচার" হায়না মিংথোনবা শ্রী কান্দেস সিংহগী লাইরিক অসি ৱারী মাচা ১০ য়াওবা লাইরিক্নি। ৱারীমচাশিং অসি পাবদা সমাজদা হৌজিক হৌজিক্ থোক্কুনা লৈরীবা থৌদোক ৱাথোক্কী মরমদা অইবগী ৱাখলগী ইথিন্দা ফাওরক্পা নিংথীনা ফোংদোক্কুনা অপাবা মীওইশিংদা থুক লাওবা, অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা কয়া তাঙকক্ কয়াদা পীরি। লাইরিক্ অসি পিক্চরবসু অপাবদা ইথিন্ কন্না পীবা লাইরিক্নি।

থোইদোক্লা "মমা অনীগী মচা" হায়বা অহানবা ৱারী মচা অসিদা হৌজিক হৌজিক য়াম্না থোক্লরিবা থৌদোক অমগী মরমদা শাগৎপা ৱারীনি। তশেংনা থোক্লকপা মতমদদি ৱারী অসিদা য়াওরীবা চীংগী অমসুং তমগী মমা অনী অসিনা শোয়দনা য়েক্লবা ওইরমগদবনি। অদুবু য়েক্লবা ওইবগী মহুত্তা নুংশিনবনা পুনশিল্লবা তমগী মমা অহল অমসুং চীংগী মমা অতোনবী অনিগী ফজরবা শক্লোন্ অমা উহন্লী।

থোইদোক্লা অইবা অসিনা মনিপুর য়ুনিভর্সিটিদা ভাইস চানসেলরগী সেক্রেটরী ওইরিঙৈ অহাংবা মতমশিং খ্বাইদগী কান্নবা মওংদা শিজিন্নবীদুনা লাইরিক অসিবু ইথোকপীদুনা মীয়ামদা খুদোল তম্বীরকপা অসি থাগৎনিঙাইনি।

রাধেশ্যাম
লাইব্রেরিআন
মনিপুর য়ুনিভর্সিটি

# অইবগী ৱারোল

ঐহাক মনিপুরগী থৌবাল দিসট্রিক্কী মনুংচন্না লৈবা কক্‌চিংখুনৌ হায়বা খুঙ্গং অদুদা পোক্‌ই। ঐবু পোক্‌পীরম্বা বাবাজিগী মিংদি ময়াংলম্বম্ অঙৌবী সিংহ কৌই। ঐনা য়াম্না পীক্লিঙৈ জ্ঞান তাদ্রিঙৈদা সংসার থাদোক্‌খিবনা অপোকপগী শক্ খংজহৌদ্রে। অপোক্‌পীগী মিংদি খুমুক্‌চম্ নিঙোল ময়াংলম্বম্ ওংবী কৈন্যাজাওবী দেবী কৌই। ঐবু লাইরিক্ লাইশু তমহন্দুনা মী অমা ওইনবা হোৎনজরক্‌পদা ঐগী ইমা বৈস্টবী থেংখাং কয়াদা ৱাজরক্‌ই, মদুনা ওঝা ওইবগী শিনফমদা খোং থাংজিল্লকখি। মচানুপা অমখক্তা পোক্‌চবা ঐগী ইমানা ঐগী লুহোংবা মতম্‌দা লাইনীংবী ওইনা লৈখিবনা ইচেবু কুজ-য়াহনখি। পামজনা চংশিনখিবনা সংসারগী কল্লক্-মীহৌবা, অপাম্বা পূন্নমক্ থাদোক্লগা ঈশ্বরগী শেবাদা কন্না পূক্লিং লুপ্তুনা ঙসি ফাওবদি হিংলি। ঐহাক হৌজিক্তি মনিপুর য়ুনিভর্সিটিগী লাইফ সাইনস দিপার্টমেন্টতা সেনিয়ার টেকনিকেল এসিসটেন্ট ওইনা থবক পুদুনা লৈরি। খুঙ্গংদা পোক্লগা সহরদা চাউরক্‌পনা মীগী মিৎয়েং মখাদা অৱাবা কয়া কোকথক্তা থোন্দুনা পুনবা হোৎনবদা লাংফম্ কয়া থেংনখি। মীগী য়ুমদা লৈরগা চাউরকপনা ইমা মশীং য়াম্না থেংনখি। ইমাশিংগী মনুংদা অমা ওইরম্বী অসামদা লৈরগা পুন্সি লোইখ্রবী ইমা শোরোজিনিগী মফমদা ঐগী খুৎনা ইজবা ৱারী মচাগী লাইরিক্ "অরোইবা বিচার" কৎথোকরি। লাইরৈবাক্তগী ইমানা পামজনা লৌশিনবীবা ওইসনু।

ৱারীগী মচাক্তি ঐনা পুন্সিদা থেংনজরক্‌পা, উজরকপা, তাজরক্‌পা খর খোমজিল্লগা ৱারী মচা তরাখক্ পুনশিল্লগা শেম্‌জবনি। কনাগুম্বা কনাগুম্বীশিংনা মখোয়গী পুন্সিগী ৱারীগা চানরুবা, মান্নরুবা য়াওরগশু ৱারৌবীরোই। মনিপুরদা নেশনেল ইনটিগ্রিটিগী ৱাফম লাক্‌খিবা, লৈবাক্ কায়বা য়াবা ৱাফম্ লাক্‌পদুদা ঐগী ৱারী মচাশিংসি পারুরগা খরদসু মরী ফগৎপা ঙমগদ্রা খঞ্জদুনা ৱাখল শাগৎচখি। অহানবা ফোংবা ওইবনা বনান্দা, ৱাহৈদা অশোয়-অঙাম্ য়াওরম্লবসু অপাবশিংনা ঙাক্‌পীনবা নীংশিংজরি।

*ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ*

# য়াওফম তাকপা

# মমা অনীগী মচা

নোংমা ওজা চন্দ্রমনিনা মানা ওজা ওইরিবা চীঙগী খুল অদুদগী মখোঙ্না কিলোমিটর ১৫ রোম্ শাংবা চীঙ্গী লম্বীদু য়াম্না ৱানা থোক্লক্লগা- নেসনেল হায়ৱে ৩৯, ইম্ফাল-দিমাপুর লম্বীগী মরক্তা লৈবা মরাম বজারদা য়ৌরদুনা ঙাইহাক পোৎথাবা ওইনা হোটেল অমদা চঙ্লম্মী। মফমদুদা ফম্লগা দিমাপুরদগী ইম্ফাললোমদা চৎকদবা বস, ট্রক্ ঙাইনা-ঙাইনা হোটেল অদুদা চা গিলাস অমা থক্লুনা ফম্লম্মী। মানা চা থক্লিবা হোটেল অদু চীঙ্মী নুপী চহী নিফুরোম শুরবী মৌ অমনা ফম্বনি। মানা চা থক্লুনা ঙাইহাক ফম্লিঙৈদুদা হোটেল অদুগী মমাংদা নুপীমচা পুংকক্ চাউরবী চহী ১২,১৩ গী লোন ওইগদবী মশক্তু হেক্ য়েংবদা মৈতৈ সক্ মানবী অমনা মকোক্তা শম্ অমদা শীঙ্ অখায়বা থন্না হাপ্লগা হোটেল অদুগী মমাং ওইরপ্পা থারে। ওজা চন্দ্রমনি নুপীমচা অদুবু উবদা করিগুম্বা খর খঙ্নীঙ্দুনা হোটেল ফম্লিবী অদুদা হংলক্লম্মী;— "হো ইচে! শীঙ্ থাররিবা লৈশাবীসিবু ইচেগী ইচারা"? নুপীদুনা "হোয়! ঐগী ইচানি"। মশক্তু কয়াদি ফজরে, মৈতৈ ফনেক্ অমসু শেৎলি, মনাতোন্ তুমতক্ তৌই, কুচুদুসু য়াম্না পাল্লি। য়েংবদা রাসি-গুন চঙ্খোল্লি। হোটেল ফম্লিবী মমাদুসু মশক্ য়াম্না ফজে। ওজা চন্দ্রমনিনা মখা তানা — "ইচে! ইচেগী ইচাশিদি মৈতৈ লৈশাবীবু য়ম্না মাল্লিনে"? হোটেল ফম্বী; মোমোন নোক্লগা, "ওজা নঙ্সি মী য়েংবা য়াম্না হৈকো, মীতৈগা হাওগা করম্না খেন্নবা হেক্তা খঙ্বা? নঙ্ ওজা ওইরবসু য়াম্না লাইরিক্ হৈবা ওজা ওইগনি"। ওজা চন্দ্রমনিনাঃ- "করিনো ইচেনা ঐবু অদুক্ য়াম্না থাগৎলিবসিবো? ঐদি চুম্না ইচেগী ইচানুপীসি মৈতৈ লৈশাবী মাল্লি হায়বগী ৱানি। ঐনা হায়বসিবু ইচেবু শাউব্রনে।" হোটেল ফম্বীঃ- "শাউবগী ৱা নত্তে, নঙ্সি য়াম্না শিংই, মী য়েংবা য়াম্না হৈ হায়বগী ৱানিনে।" নুপীমচাসিকো মীতৈ মচানি, মপানা মীতৈ বামোন্নি, অদুগা মমানা মরাম্ নিঙোল ঐগী ইচানি"। "ইচেগী মিংদি করি কৌবীবা"? "ঐগী মিংদি লিজিশা কৌই"। ৱারীদু অসুম নুঙাইহৈরক্পদগী ওজা চন্দ্রমনিদু মখাতানা খঙ্নীঙ্বা অমা য়াওরদুনা- "ইচেদি হৌজিক্তি করিগী সিদা লৈরিবা? মাগা খাইনরব্রা"? "খাইনদে, ঐনা মখোয়গী ইমুংদা লৈবদো য়াম্না ৱাবগীদমক্তা লৈবা ঙমদদুনা সিদা ওইনা লৈজরগে হায়দুনা লৈবনি।"

"ইচেগী ইচানুপীসিদি লাইরিক্ তম্লিব্রা?" "তম্লি, মা ক্লাস অইততা তম্লিবনি"। "ইচেগী নুপাদি করি থবক্ তৌই?" "মাদি য়াম্না চাউবা ওফিসারনি। এস.দি.ও. ওইনা হান্না মাওদা তাবনি, অদুগা হৌজিক্তি ইম্ফালদা দি. সি. ওইনা লৈ হায়না তায়"। ঐগী য়ুমগা হোটেলগা, ভারাগী কা মঙাসি মানা লৈরগা ঐগীদমক ঐগী মিংদা থম্বীবনি"। "অদুদি ইচেগী ইচানুপীসিদি মপাগী মনাক্তা লৈহনবা য়াদব্রা?" "অদু খঙ্দেনে, ঐনসু হায়বা ইকায়বা, মানসু কুইনা চহী ১১ গুম্বসি শুকউ উনদবা। নহান লাকপা মতমদদি মাদি চহী অনীদা ঙাইবনা ঐনা পুরক্পীবা অদুগা মানসুকো ঐগা মমানিনা লৈনীঙ্বা। ঐগী ইবুংনদি মীতৈগী লৈশাবী ওইরগা চীঙ্গী নুপা পাখংদা ময়ুম পানবদা শোয়দনা মপানা শাউগনি হায়বনি"।

নুপীমচাদুসু মখোয়গী ব্বারীদু অসুম্ ফমদুনা তারম্মী। ওজা চন্দ্রমনিঃ- "ইবেম্মা নঙ্গী মিংদি করি কৌই"? ইপা! ঐগী মিংদি গুরুময়ুম্ চান্দনী কৌই, অদু সিদা মীনা কৌবা নুঙাইতে হায়দুনা 'শংলা' অমুক্ কৌবীরে"। ওজা চন্দ্রমনিনা মপুক্লিঙ্দা নুঙাইতবা অমা পোক্লক্লুনা— "য়ারুনু নঙ্গী হান্নগী মিংদু অদুম্ কৌহল্লু। অসুম্না ব্বারী শারিঙৈদা ট্রক অমা লাক্পদগী গাড়ী লাকএ ইচে হয়েং অমুক্ লাকপদা চঙ্লক্কেকো" হায়রম্লগা গাড়ীদা কাখৎখ্রে। মমা মচা অনিমক নুঙাইতনা য়েংদুনা লৈহৌই।

ময়ুম, য়ৌরগা ওজা চন্দ্রমনি অঙাং নুপীমচাদুগী দমক্তা য়াম্না নুঙাইতবা পোক্লম্মী। মহাক্না নুপীমচা অদুবু মাগী মপাদা নীঙ্থিনা হায়রগা লৌশিনবীনবা পাউ তাক্নীঙলম্মী। ইম্ফালদা দি. সি. ওইবা বামোন্দি কনানো হায়দুনা হংনবদা ক্বাকৈথেলদা লৈবা গুরুময়ুমগী বামোন ইবোচৌ শোয়দনা ওইবা তারে খল্লে। মানা থোক্লক্পা নুমিৎকী নোংঙাল্লগা সাইকল অমা থৌরগা ইবোচৌগী য়ুম থিবা চৎলম্মী। ক্বাকৈথেল য়ৌরবা কান্দা নিপা অমনা তাকপীদুনা দি. সি. ইবোচৌগী য়ুমদা চঙ্লক্লে। অদুবু ইবোচৌদি থবক্ অমা চৎথোক্খি হায়দুনা লৈরমদ্রে। মচানুপা অহল বীজয়কুমার লৈরমদুনা মাগা ওইনা উন্নরে। ওজা চন্দ্রমনিনা ব্বাফম্সি দি. সি. ইবোচৌ মশাদা তম্বদি থোইনবু পামদবনি। মচানুপা থেংনবদুনা হেন্না নুঙাইরে। ওজা চন্দ্রমনিনা ঃ- "ইবুঙো! ইয়াম্বা ইবুঙোদা ব্বারী অমতা শাননীঙ্ই"। বীজয়কুমারনা ঃ- "করি ব্বাফম্ ওইবীরবনো হেক্তা তাক্পীয়ু"। "শুমদৌবনি, নয়াম্বা চীঙ্দা মরামদগী খোঙ্না কিলোমিটর ১৫ রোম্ চৎলগা লৈবা খুল অমদা স্কুলগী ওজা ওইজবনি। হন্দক ঐনা খুলদুদগী য়ুমদা থোক্লক্পদা মরাম্ বজারদা হোটেল অমদা চা থক্লক্ই। চা থক্লিঙৈদা নুপীমচা লৈশাবী মশক্-মতৌ য়াম্না ফজবী অমনা মকোক্তা শম্ অমদা শীঙ্ থন্না হাপ্লগা হোটেলদুগী মমাংদা থারে। মদু উবদা ঐনা অঙাংদু মৈতৈ লৈশাবী মাল্লি হায়না চুম্না হোটেল ফম্লিবী ইচেদুগী মচারা হংলুবদা মানা ব্বারী অমা লিরক্ই। ব্বারীদুগী মতুংইন্না অঙাংদু ইবুঙোগী ইচল নুপী

ওইগনি- হায়বদি ইবুঙোগী পাবুংগী মচানি হায়না তম্লকই"। ৱারীদু মুন্না তারবা মতুংদা বীজয়কুমারনা- "ইয়াম্বনা তাকপীরিবা ৱাফমদু য়াম্না চুমই অদুবু ঐখোয়গী পাবুংনা মথৌ চিনমনবসিদা তৌরিবনি, ইচনগী মশক্কগা উদবগা অদুম কাওখিবনি"। ওজাঃ- "ইবুংঙো! অঙাংদু ইবুঙোনা অমুক্তা লৌরুবগা সিদা থম্বীয়ু। ইয়াম্বদি মিৎ মক্না তশেংনা উরব্রুবনিনা অঙাংদুবু য়াম্না নুংশি। মহাক্ হৌজিক চীঙ্গী স্কুল অমদা ক্লাস আইত তন্লি হায়না তম্লকই। সিদা-লৈরগা তম্বগা মরামদা লৈরগা তম্বগা কদায়দগী মান্নগদগে? ইবুঙোনা হেন্না খঙ্বীরমগনি। ইবুঙোনা শোয়দনা ইয়াম্বনা হায়রিবা ৱাফমসি য়াবীরবদি ইয়াম্বা হন্দক্ ছুটি লোইরগা অমুক্ চৎকনি, মদুদা ইয়াম্বগা লোয়ননা চৎমিন্নরবসু কায়দে"। বীজয়কুমারনা ওজা চন্দ্রমনিগী ৱাদু মুন্না তারবা তুংদা মাগী ইমুংগী মী অমত্তদা ৱারীদু তমথোক্লে। থাঙ্গেশেংবদি চীঙ্গী নিঙোল মমাতোন, লিজিশানা ময়ুম, থাদোক্তুনা চৎখিবসি মাগী মবোক্কী চকৃদগী য়াম্না ৱামন্দুনা চৎখিবনি। মাবু চাক্-ঈশিং করিগুম্বা অমত্তা শন্নহন্দে, নোংমতা ঈরুজদনা চনদোন থিন্দনা চাবা থক্পা য়াদে। পোৎ অমা হেক পায়রুবদা মাংঙে হেক্তা হায়বা, লেট্রিন্দা মখোঙ্- হাম্বা চঙ্লুবা উবদা ঈরুজথোক্হনবা কয়াসিনা ৱামন্দুনা চীঙ্গী নিঙোলগা ওইবনিনা মনেমগী শারৌদা ইনবা ঙমদদুনা চৎখিবনি।

দি. সি. ইবোচৌগী নুপী অহল জাহ্নবীদি বামোন নিঙোল ওইবনা পূন্নমক্ য়ানবা চৎপা ঙম্মী। অদুগা অমরোমদা মানেম্-মকুনা পামজনা হায়না-শিঙ্নদুনা থিবা মৌগা ওইবগা করিসু ৱানিঙাই লৈতে। ইবোচৌগী নুপী অহল জাহ্নবী নুপী মীওং অমনি। মাগী মতৌ কনানসু তম্বা ঙম্লোই। মাগী নুপানা চীঙ্মী নিঙোল অমা মাগী লোন্নবী ওইনা পুশিল্লক্পা মতমদা ৱাসু ঙাঙ্দে, শাওবসু উদে, মাগী তৌগদবা মথৌ অদুম, তৌদুনা লৈবা মীতানি। কৈরোয়-লৈকায়গী মীশিংনা মঙোন্দা ৱা জাৎ-জাৎ, পাউ কয়া-কয়া তমশিনবীখি। মাদি শাউবগী মহুত্তা নোক্তুনা করিসু থৌশাদনা, তাশিন্নদনা লৈথোক্ই। মাগী মতৌদুদা মাবুদি পূন্নমক্না অপঙ্বীনি মীনা তাক্পা লৌদে ঙাঙ্নৈ। জাহ্নবী স্কুলগী ওজা ওই। মশা বি.এ. বি. টি নি। নুংত্তিগী অয়ুক্ কী চাক্-ইনশাং থোং-থাক্তুনা ইমুংগী মী লোইনা পীজ-পিথক্, মাগী-মাগী চাক্কুক্ শেম্বীরম্লগা মাগী স্কুলগী মথৌ নংনবা অদুম্ চৎখিগনি। নোংমতা ৱায়সু হায়দে, মীঙোন্দা ৱারৌ পুক্রৌবসু লৈতে। ফিদমনিঙাই গুন চেল্লি। মপামগী মমা মপানসু মাগী মপুরোইবনা চীঙ্মী নিঙোল্ অমা পুরক্লে হায়দুনা মঙোন্দা য়ুমদুদা লৈরুবনু লাক্ও নৎত্রগা নুপাদু খর ৱারক্উ হায়বনচিংবা করিগুম্বা অমত্তা হায়রক্খিবসু লৈতে। মানসু মপামদা চৎতুনা পাউ তম্লুবসু লৈতে। মসিমদি জাহ্নবীগী ৱাখল-পুক্লিঙ্ থাগৎনিঙাইনি। মরমদি সমাজদা তোপ-তোপ্পা মওং অমা ওইবনা। মচাসু নুপা অনিখক্তনি। মচা অহল বীজয়কুমার

ইংলিস ওনর্সতা বি.এ. লোইদুনা এম.এ. ইংলিস তম্লি। মনাও নুপা রনবীরনা ইনজিনীয়ারগী সেলেক্সন ফংদুনা বেঙ্গলরদা 'কম্প্যুতর ইনজিনীয়ারিং' তমলি, চঙ্‌খিবদা ঙাইরি।

বীজয় কুমার মমা জ্ঞ্যান লৈবীগী মচানি। ওজা চন্দ্রমনিগী পাউদু তারুবদগী থুনমক্ মচন-নুপীবু মমিত্তা উনিঙ্বা, য়েংনীঙ্বা, ঙাইঙমদবা ৱাখল ফাওরক্খি। মমাদসু, মপাদসু, মবোক্-মবুবোক্ লোইনমক্তা মানা অঙকপা প্রজেনটেসন্ ওইনা মচল-নুপীবু লৌরুরগা খঙ্হৌদনা ইমুংদুগী মীওই পুম্বদা অঙক্পা অমা পোক্হনবা পামখি। কৈদৌঙে চৎলগা লৌরুসিগে, ওজা-চন্দ্রমনিনা মাগী ছুটি লোইরগা চঙ্বদা চৎমিন্নশি হায়রম্বা। মাগী ছুটিনা কয়াম ৱাৎলিবা, ময়ুমসু, লৈকায়সু অমত্তা হংহৌদে। ঐসিবু কয়াদা পঙত্থবা মীনো, মানা অমুক্ লাক্তুবদি ঐনদি করম্না থিরুগনি? অসুম্না তুম্বা চাবা, য়ুনিভর্সিটি চৎপা, নুপীমচা ক্লাস সেভেন আইত্ তম্বী উরগা ঐগী ইচলদুবু অসুক্ চাওরম্লগদ্রা? মশক্ অসুম্না ফজরমগদ্রা তত্তনা খলহল্লি। অঙাংদুবু মমানা পুদুনা চৎখিবা মতমদদি মাদি য়াম্না পিক্লা পুখিবনা মশকসু হৌজিক্তি নীঙ্শিংবা ৱারে।

লাইগী নোংদমদগী মানা য়াম্না নীঙ্জবদুদা ওজা চন্দ্রমনিদু নোংমা লম্বীদা খঙ্হৌদনা থেংনরে মাসু তান্নদুনা ওজা অদুগা ৱারী খর শানরে, হন্দক্তি ওজাদুগী লৈফমসু মাগী খাটাদা শেংনা ইশিল্লে। অদুগা মথংগী জানুৱারি থাগী তাং ৪ নিংথৌকাবা নুমিত্তা চৎমিন্ননবা অৱাং বি.ও.সিদা অয়ুক্কী পুং তরুক্তা ঙাইনসি হায়নরে। হায়না হায়না জনুৱারি তাং ৪ নিংথৌকাবা য়ৌরক্লে। হয়েং চৎকনি হায়বা নুমিদাংদু মচন্দু চৎশি হায়বা য়াদ্রবদি থেমদুনা নৌদুনা পুরক্লবা মাগী শেৎন-ইন্নবা ফিরোল খরসু লৈবীরগা মাগী পুগদবা ইয়ারবেক্তা হাপচিল্লে। চাননবা পোৎ খর 'মসু লৈরগা চেৎনা য়োমশিল্লে। নোংঙাল্লে, মমাগা-মপাবুংগদা ঐ থবক্ অমা চৎতবা য়াদ্রে, ঐগী য়ুনিভর্সিটিগী ক্লাসকী মরী লৈনবনি, লুপা ৫০০/- খক্তা পীয়ু; ঙসি নুমিদাংৱাই ঙমদ্রগা হয়েং অয়ুক্ পুং ১১ দদি শোয়দনা য়ৌরক্কনি হায়রে। মপাবুংনা শেশে পৈশাদু লৈরে, চেকশিন্না চৎলুকো মতম্ ফত্তবসিদা হায়না পাউতাক্ পীবীরে। অসুম্না মরামগীদমক্ ময়ুম্ থাদোক্তুনা পুং ৬ নংনবা লাক্লে। গাড়ীনদি লেপ্তনা থৌরক্পনা খুল অমগী মথংদা খুল অমা অসুম অসুম্ হেন্দোরক্তুনা কাংপোক্পীদগী চীঙ্গী লম্বীদা অৱাংবা কাবা হৌরক্লে। খর চৎলগা সেনাপটি অমুক্ য়ৌদুনা ঙাইহাক্ লেপ্লগা অমুক্ থৌরক্পনা কারোং য়ৌরে। কারোংদগী অমুক্ হেন্না ঙম্বা চীঙ্ মথং-মথং কাখৎলক্তুনা লাইরৌ চীঙ্গী অসাম রাইফলস মপা য়ৌরে। লাইরৌ চীঙ্দগী লৈথোরক্পদা মমাংলোমদা য়াম্না তান্না অৱাংবা চীঙ্গী মতোন্দা খুন্দাবা চীঙ্গী খুল খুল জীংঘনা কুপ্লা য়ুমশিংদা নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা ইরং ইরং লংনা উত্থি। ওজা চন্দ্রমনিনাঃ- য়ৈংউ ইবুঙো ইয়াম্বনা ওজা ওইরিবা খুন্দো আদা তান্না উত্থিবা চীঙ্দোলদা অরংবা জীংঘনা পরেং শানা য়ুম্ পরেং-পরেং উরিবা খুলসিদনি,

মরামদগী কিলোমিটর ১৫ দি খোঙ্না অমুক্ চৎলুগদৌরিবনি। হোরেন্ নুমিদাংবাই পুং মঙাগী অদুবাইদা থুংগদবনি। অসুন্না বারী শারিঙৈদা মরাম্ য়ৌরে হায়দুনা মখোয় অনীমক্ মাগী মাগী ইয়ারবেগ লৌথরগা মরাম্ বজারদা কুমথরক্ই। কুমথবগা ওজা চন্দ্রমনিনা মাং থারগা নহানগী হোটেল অদুদা তুংথ-মাংথ চংমিন্নখি। হোটেল মচিন্দা লেপ্লগা ওজা চন্দ্রমনিনা ঃ- "হো ইচে! হো ইচে!!" অনীরক্ কৌই। ঈশিং শোক্পা চৎখি হায়দুনা লৈরমদে। মাগী মবুং দুশোংনা হোটেলদু শঙ্দুনা লৈরম্মী। ওজা চন্দ্রমনিনাঃ- "ইয়াম্বা ঙাইহাক্তং ফম্লগা ইচে ঙাইগেকো"। "ফম্মু-ফম্মু, মাসু লাক্লনি" হায়। হায়রিঙৈদা লিজিশা শম্ অমদা ঈশিং স্নাবুল (এলুমিনিয়মগী) অমা পুদুনা লাক্লে। ওজা চন্দ্রমনিনা "ইচে! ঐ নহান চা থক্খিবা ওজাদুনি"। লিজিশাদি ওজাদুগা লাক্মিন্নরিবা নিপাদুদা মশক্ খঙ্বগুম্ মুন্না য়েংদুনা লৈরি। ঙাইহাক্তং নীঙ্শিংবা লাক্লে। ওজা চন্দ্রমনিনাঃ- "সি নচা নুপানিনে' হায়। বীজয়কুমার চঙ্শিন্দুনা মমাতোনবু খুরুমই। "ইমা ঐবু খঙ্বীদ্রব্রা? নচা বীজয়কুমারনিনে" হায়জে। লিজিশা – "ওই! নঙ্বু অসুক্ চাউরবা? ঐদি নঙ্বু উখিবগুম্ তৌরে হায়দুনা কন্না নীঙ্শিংবা লাক্লবনি। ইচাদি য়াম্না চাউরমলে, নঙ্গী ননাও নুপাদি মাসু পাখং ফাগনি। চহি (১০-১১) শুরবনিনা শক্সু য়াম্না ওনখ্রবনিনা ঐসু কাওবনি"। বীজয়কুমারনাঃ- 'ইনাওদি ইনজিনীয়র তমদুনা মপান্দা আ বেঙ্গলরদা লৈ। ইচন নুপীদি কদাই চৎখ্রে"? "ওহো! মাদি স্কুল চৎপা, হোরেন পুং ৩ দা ছুটি থাগনি, নঙ্দি করিগী সিদা লাক্প্রা? ইপানা চৎলু হায়ব্রা"? বীজয়কুমারঃ- "হায়দে, ইয়াম্বসিনা নহাল ঐখোয়দা লাক্লগা ইচলগী মরমদা পাউ অমা তম্বদগী ইচলগী মশক্ য়েংনীঙমন্দুনা লাক্লিবনি। ইমা! য়াববদি ইম্ফালদা ইমাসু, ইচনসু চৎলসি ঐগা লৈরব্রসি"। মচাগী বাদু তাবদা চীঙ্মী নিঙোল ওইজরবসু মমাতোন লিজিশাদো মমিত্তগী মপি তারক্ই। হায়রক্ইঃ- "ঐদি নখোয়গী তমগী চৎনবীসু খঙদবা, য়াম্না ইকাইবা, ইংবদা ঈরুজবসু হৈতবা, চীঙ্দদি ঈরুজদনা পঙ্চাদা চাবনি। ঐসু নচনবুদি নখোয়গী মনাক্তা লৈরগা মীতৈ ওইনা লৈহন্নীঙ্বা। ঐগী ইবুংনসু নচা নুপীসে মপাগী মনাক্তা লৈরবদি লাইরিক্ য়াম্না হৈগনি হায়বনি, অদুবু ঐনা নখোয়গী পাবুংদা করম্না হায়গদ্রা খন্দুনা লৈবনি"। বারী শারিঙৈদা ওজা চন্দ্রমনিদো ঐদি হোরেন খুলদা য়ৌবদা থেঙ্গনি অদুনা চৎলগে, ইচেগা ফন-ফনবা ঙাংনরোকো হায়রম্লগা ওজা চন্দ্রমনি মাগী চীঙ্গী খুল য়ৌবা লম্বীদা দি. সি. ইবোচৌগী ইমুংগী বারীদা য়াম্না মোন্দা নুঙাইনা মরামদগী চৎখ্রে।

লিজিশানা মচানুপাদা ঃ— 'ইবুঙো! নঙ্ হংগোইগনু ইমা চাক্ থোংগে, চীঙ্গী লৌবুক্তা য়োক্পা ঙা য়োল্লি ইমা লৈরুখিগে" হায়জে। মচাসু করিসু চিংনদনা হোয়-হোয় হায়রে। পরপ-পরপ চৎখিদুনা ঙা কম্মন কাপ ঙাক্তা অহুমখক্ পুদুনা লক্লে।

মচানা ইমা ঐ শেমগে হায়দুনা নীঙ্থিনা শেম্লে। অসুন্না মমা মচা ইমুংগী মপাগী, মমাগী, মবোক্কী, মখোয়গী মহৈ-মশিং তম্বগী মচন্ নুপী পুরগা মানা তৌনিংবা ৱাখল ময়াম অমা মমাদা লোইনা হায়রে। মমাসু মচানা হায়রিবদুনা চুমগদ্রা হায়না খল্লে। চীঙ্মী নিঙোল ওইরগসু মৈতৈগী চৎনবীদি মাসু পামজৈ পাঙ্থোক্পদা য়াম্না লুনা, ৱানা থোক্পদুদা কিবগী ৱানি। চাক্-য়েনশাং মৈতৈগী মওংদা থাও ঙৌরগা মরু-মরাং, য়াইঙংনচিংবা থাক্তুনা থোঙ্ থাকপা লোয়শিল্লকলে। তাঞ্জা অদুদা মচন-নুপীদো স্কুলগী য়ুনিফোর্ম শেৎলগা খাউ অমা য়াল্লগা ইমুংদা চঙ্লক্ই। ঙসিদি লিজিশাগী য়ুমদা হ্বাউবগী, নুঙাইবগী মঙ্লান অমা মঙ্ফাওনবগুম থোক্লে। মচনগী মশক্তু উবদা বীজয়কুমার- "এ! সিবু ঐগী ইচলনিকো!! মাদি অসুক্ চাউরবা"? মশক্লা মরোল অমা মনাতোন, তুমতক্, বামোন নুপীদা নুপীনি। মমানা "তো! অসিনি নচলদো" হায়। মরাম্ মরোলদা করিনো খর ঙাঙ্নৈ। অদুদগী ইকাইরমাল্লে, অমুক, চেনথোক্খ্রে। ঙাইহাক্ লৈরগা মমান্নবী অমদা মাগী মবুং ইম্ফালদগী লাক্ই য়েংলুশি হায়দুনা মমান্নবী রোমোলাগা অমুক্ লাক্লে। মবুংনা "সিদা লাও, য়েংও!" নঙ্ আ ইম্ফালদা ইবুংগা লৈরুরসি, ইবুংনা স্কুল মিং চন্নবা মতমসিদা নৎত্রবদি নঙ্গী লাইরিক্ তম্বা ফরক্ তাগনি খনবদগী নহানমখৈ লাক্তবনি, ঐনা লাক্লিবসি নঙ্ লৌবা লাক্লিবনি"। মমান্নবীদুনা, "ইবুং অসুম, থম্বীয়ুদা, মা চৎখ্রবদি ঐগীদি মরুপসু লৈররোই"। "এ! নঙ্সু ইম্ফালদা লৈরগা মাগা পুন্না স্কুল অমত্তদা তম্বা য়াগনি, ইবুং শীনবীগে"। থুনমক্ মখোয় অনী মপাদা হংলুগনি হায়দুনা চেনখ্রে। অদুবু মপানা পৈশা লৈতে ঙম্লোই হায়বদগী মথৱাই নুঙাইতবদগী মমান্নবীদু ময়ুমদা লৈহৌরে, মতোমতা লাক্লে। মমানা চাক্ থিদুনা থল্লে, চারসি হায়দুনা পুখম্ অনীদা অমনা মমাগা মচা নুপীগা অদুগা অমনা মচানুপাগী থল্লে। মচা-নুপীদো মমাগী মনাক্তা ফমখ্রে। মবুংনা, "ইবেম্মা! ঙসিদি ঐগী ইচনগা ঐগা চাসি, সিদা ফালদু থারগা ফম্মু হায়রম্মী"। মমানাঃ- "ঐগা চাগে নঙ্ নতোমতা নুঙাইনা নবুক্ থন্নবা চাও"। হুং! ইমা ইচনগা ঐগা চাগে, মানা নহান্দগী ঐখোয়গী য়ুমদা ইমাগা পুন্না লৈরন্নবদি মবুংগা মচনগা অঙাং ওইনা পুন্না চাম্মিন্নবা ফংলমগদবা; মদু ইমানা সিদা লৈখিবদগী ঐখোয়গী ইচিল-ইপ্পাগী মরীসু ইমানা থদৎপীবনি। ঐগীদি য়ুমদসু ইচলসু লৈতবনিনা মা অমা লৈরগা মীগী মমাংদা ইচল নুপী লৈতবগুম্ লৈবসি য়াম্না নুঙাইতে। ইমাসু খল্লু, ইমানা নচাবু নুংশিরবদি মসি থোক্লোইদবনি"। মচাগী ৱাদু তাবদা "চুম্মী ইচানা হায়বা লোইনা চুমই, ইমানা লানবনি। চৎলো ফম্লুরো নবুংগী মনাক্তা, নবুংগা পুন্না চারুরো"। মবুংনা হৌগৎতুনা মচলগী মখুত্তু পায়রগা মাগী পুখমদা পুন্না চামিন্নরে। চীঙ্মী নিঙোল লিজিশা মবুক্তা করি খল্লুরবনো নোংসু মংদনা মিৎলুদা নোংগী নোংলিক্ খুদক্তা শুংদুনা চারিবা পুখমগী চাকলুক্তা পিগী মতুম্-মতুম্ শিনথখ্রে।

মচা নুপানা মদুবু উরগা চীঙ্গী ইমাসু মমা ওইবীগী থম্মোইদি চেল্লিকো খনজে। হে তাইবঙমপু! চীঙ্দদি নোংশি মংদ্রবসু হেক্তা চুবোইকো? অসুক্ শাংবা মতম্ অমা কায়নরুরবসু অঙাং ওইবগী ৱাখলনা মমাতোন্না মচন্নুপী পুরগা চৎখিবা মতমদা জ্ঞ্যানগী মপুং ফাদ্রিবনা মচনবু পুখিনু হায়বা ঙমহৌদ্রবসু মীওইবগী মরীগী চেৎলবা লিপুন অমনা ঈগী মরী অমা মফম খঙ্দনা চন্নফম্ খঙ্দনা মাঙ্খিবা তারে খঞ্জদুনা মচলগী খোঙ্গুল লিরক্লি কয়াদা নুংশিখ্রবা মীওইবগী পুনসিগী মখল-মথেলশে। খরা অমনা অতোম্বীগী মচানি মাগী শরুক তাল্লক্কনি চঙহনগনু হায়দুনা তানথোক্লরি। শোমদনা চীঙ্নুঙ্-মান্নুংদা চন্নফম্ খঙ্দনা মাঙ্খিগদ্রা ৱাজদুনা মাগী মাঙ্লুরবা মনি ফংবগুম্ মমা অতোম্বী অদুসু চীঙ্মী নিঙোল মানা পোক্পা মচা- মচন্দুবু খুনগত্তুনা নীঙ্থিনা শেন্নবা গান্না থক্তা চীঙ্গী লৈরাং খোংগলমৈলেগুম্ থেন্দুনা থমগে খঞ্জরি। কয়াদা খেন্নবা ৱাখল, লমচৎ ময়ামনো-সমাজসিদা উরিবা। ঙসিদি মচনগা মবুংগা চাক্লুক্ অমত্তদা চামিন্নবদু চীঙ্মী নিঙোল্ লিজিশানা কয়াদা পেঞ্জরুরবা!! মবুংগী অপেনবদু পুখম্ অমদা পুন্না চামিন্নবা অদুখক্কা লোইদ্রি। করিগুম্বা ৱাহে খরসু মচলদগী তানীঙ্লি। "সে! ঐঙোন্দা তামোচৌ হায়না অমুক্তা কৌ" মবুংনা হায়রম্মী। মচন্দো ইকাইজরম্মী। মমাসু পাংশিল্লক্ই, "কৌরো-কৌরো"। মচন্না, "হৈরোইয়ে হায়"। মবুংনা, "য়েংউ!" নঙ্গী মনাতোনগা ঐগী মনাতোনগা তুম্বা মান্নরিবসি ঐখোয় পাবুংগী মনাতোন্দু মান্দ্রনে ইমা"? মচাগী ৱাঙাঙ্দু তাবদা কপ্পুবগী হন্দোরক্পদা মমাদো মচিন-মপ্পাগী নুংশিনা শানরিবা ৱারীদু তারগা অমুকসু নোক্থোরক্ই। মরক্-মরক্তা এস.দি.ও ইবোচৌনা মাবু লৈশারিঙৈদা থেম্বদা ঙাঙ্খিবা ৱাঙাঙ্শিংদো মাল্লুরমাল্লে হন্না-হন্না হায়মনবদুদা মচন্দো মরোন্দু খর খোইরপ্পা 'তামোচৌ' হায়না কৌরক্ই। মদুহেক্ কৌরক্পগা মবুংনা প্রাইজ পীরগে হায়রগা তেংকোত্তগী ঙাদু মতুম্ অমা লৌরগা চাক্কা তোৎলগা মচন্দা নয়া কাথোক্উ হায়না নমদুনা কাথোক্হল্লগা ইনবীরম্মী। মমাগী হরাউজবগী ঙমখৈ লৈরমদে। সিবু মানা নুপা অমদা অমুক্ ময়ুম পাল্লন্নবদি নুঙাইবসি ফংলমগদ্রা? মতম্ কুইনা খাঙজরক্পগী মহৈনি।

অসুন্না মমা-মচা মখোয় অহুম চাবা থক্পা লোইরে। মবুংনা ঙসাই য়ুমদগী পুরক্পা অথুম-অহাও লোইনা ইয়ারবেক্তগী লৌথোক্লগা মচন অমদি মমাদা পীরে। মচনগীদমক্ পুরক্পা ফি-রোল্ মথং-মথং লৌথোক্তুনা উৎলে। চীঙ্দদি অদুগুম্বা অতাংবা ফিদি অয়াম্বনা শেৎনদে। মচন নুপীবু ফি-রোলদু শেৎহল্লগা মুন্না য়েংজরম্মী। মশরুগা শেৎলি-মখৈ ইপক্তা পক্চৈ তৌরিবা। মবুংসু মমাসু হরাউবদা লোইখ্রে। বীজয়কুমারনাঃ- "ইমা সিদা ফোটো স্টৌদিও লৈব্রা"? মচন্না, "লৈয়ে তামোচৌ" হায়রক্ই। ঙসাইদি অমুক্তা তামোচৌ কৌরক্উ য়ারমদবদু মপাগী ঈদি মাগী হকচাংদা চেল্লিবনিনা কয়াদা

থুনা শিংলি থুংনবা চেনখ্রিবা! 'তামোচৌ' হায়বা বাহৈদো তোয়না হায়বা হৌরক্লে। মাগী ফজবা ড্রেসতু শেংলগা মমাবুসু ফনেক্ মপাল-নাইবা উপুদগী লৌথোক্হল্লগা শেংহন্দুনা মখোয় অহুম্গী ফোটো খর স্টৌদিওদগী মী কৌরগা নমহল্লম্মী। পুংদি নুংথিলগী অহুম তাথোক্খ্রে। নুঙাইনা শোমদা মচল-নুপী থেংনবগী হরাউ-তয়াম্বা হোৎনরিঙৈদা য়ুমদা হনবদি কাউরুরে। গাড়ীসু লোইখ্রবনা হয়েং চৎপদা তারেদনা হায়দুনা নে তানা বারী শাদুনা মচনবু মেট্রিক্ পাশ তৌরগা টুরেলফ পাশ তৌরগদি এম.বি.বি.এস শোয়দনা তম্বা ঙম্লবা হোৎনহনগনি হায়দুনা মমাদা বাশক্লে। লিজিশাগী মবুং দুশোং বাখল লৈবা অঙাংশিং লাইরিক্ লাইশু তম্বদা থবায় য়াওজবা নুপানি। মাদি হান্নদগী অঙাংশি মশানা লাইরিক ফবনিনা ইম্ফালদা মপাগী মনাক্তা লৈজরগা অশেংবা মীতৈ নুপীমচা ওইনা লৈবনা ফৈ হায়জবনি। বীজয়কুমারনা কন্না তক্পদগী মচন-নুপীদু মাগী অপাম্বা ফি-রোলগা লোইনা লৈদুনা শেংহনবদুদদি মপুক্লিং ওক্লে। মমাদি মচা-চৎখ্রগনি খনবদা অহিংদু কপ্তুনা লেল্লম্মী। তুল্লমদাইদা মচন-নুপীনা মবুংগী ফমুং ফজনা নান্না থাবীরম্মী, কাংখলসু নীংথিনা খনবীরম্মী। শেম্বা লোইরবা কান্দা তামোচৌ তুম্বা য়ারনি হায়রম্মী। মবুংনা সিদা লাওনে পীক্লিঙৈদা ইবুংনা পো-পম্বা ফংহৌদবনা হৌজিক্তদা নীঙম্লক্লে, হায়দুনা নুংশিনা মচনবু মকোক্তা চুপ্পীরম্মী। মচনসু মদুদা থোইদোক্না হরাউজরম্মী। ঐগীসু ইবুং লাইরিক্ হৈবা, ইপা ফম্ অচৌবা ইম্ফালদা লৈ খঞ্জবদা।

অসুন্না মখোয় লোইনমক্ তুম্নখ্রে। অদুবু মমা লিজিশা মচানুপী লুনা তৌজবী মাগীদমক্ খন্দুনা হিংজরিবী হয়েং মপাগী মনাক্তা চৎখ্রগনি খল্লুবদা তুম্বা য়ারমদে। লোন্না মখোল থোক্তনা কপ্পা লাক্লে। অদুবু করিগুম্বদা মখোন থোকখিবসু য়াওই। মদু থংনবা কাদা বীজয়কুমার তারম্মী। ও! ইমাসে মচা চৎখিগদৌরে হায়দুনা কুইনা বামিন্নরক্লবা মবুক্তা থা ১০ নাওপুদুনা বাজরক্লবী মমা অমনা অসুন্না তৌবসি হৌনশানি খল্লি। মানা মমা অমা ওইরগা অসিগুম্বা মচা নুংশিদবা ওইরম্লবদি ঐনা তারিবা মাগী হিক্লা-হিক্লা লোন্না কপচরিবশে তাবা ফংলমলোই। ওন্না তৈননা মানা অতোপ্পা নিপা অমদা ময়ুম্ পাল্লমদুনা অসিগুম্বা নুংশিবগী মরীসি তৎলম্বসু য়াই। মপুক্লীংদা চীঙ্মী নিঙোল ওইজরবসু ঐগী ইমাতোনসি থম্মোই শেংবী মরমচৎ চুম্বী মচা নুংশিবা নুপী অমনি হায়দুনা চাওথোক্চে।

নোংঙাল্লে, মমাদু অহিং কপ্লুবগী মমিত্তু চাওনা পোম্মী, ঙাংবসু ঙাংশং ঙাংই। মচানুপানা "ইমা ইচলগা ঐগা থা খুদিংগী ইমা উনবা লাক্কনি, ইমাগী বাখল নুঙাইতবা করিসু খনবীগনু। ইমানা ইম্ফালদা লাক্লবসু ঐখোয়গী ইমুংগী মী অমত্তনা য়েৎপা তৌরোই, নচা ঐ ইবোচৌগী মচা বীজয়কুমারনি, মচানুপা অহলনি, ঐগা ইমাগা ইচনগা তোঙান লৈরগা লোইরে" হায়জে। মী অমগী বারবা থম্মোই জ্ঞান তানা ফাথবা ঙম্বা

পুকচেল চেনবগী ফজবা ৱাঙাংনি, তাবদসু নুঙাইবা। ফরে, "হৌজিক্তি, ঐনা করিসু হায়নিঙাই লৈতে, নংগী নচন্নি, নংনা শেমদনা কনানা শেমগনি, ইমাসু ইচাগী তুংগী ফনবা মমা অমা ওইনা খর ৱাবা তারেদনা। মীগী ময়ুমদা লৈবা চৎপা নত্তে, ইচাগী ময়ুমদা চৎচবনি, চৎলো-চৎলো হায়দুনা বিদাই তৌবীরে"। মাগী তন্নবা লাইরিক, ফি-রোল অয়াম্বা মবুংগী ইয়ারবেক্তা হাপচিল্লে। মবুংগী মমাং থানা পুবীরে বস ঙাইফমদা। মাগী মাম্মা দুশোং মমাগা লেপ্তুনা পিরাং শিনথ-শিনথ মখুৎ হাই-হাইদুনা লেপ্তুনা মচানা বস কাখৎপদু য়েংদুনা থম্মোই কায়না লৈহৌই। নুমিৎ মরি-মঙানিদি চাক্-ঈশিং চারমদাই খুদিংগী কপচৈ, অদুবু তপ্না তপ্না মচাগী ৱাখল খর খর কাউনবা হোৎনজৈ।

শোমদা মমাগা মপাগা বীজয়কুমারদুনা চৎখিবদুবু কদাইদা চৎলিবনো, মফমসু তাক্লমদে হায়দুনা নুমিদাংদু হন্লক্লবদুদা মতম্নগা ফত্তবগা হায়দুনা ৱারী শানৈ। নোংঙাল্লে, মমানা মচানুপাগী চাক্তি হাপ্পী, মানা পুং ১১ দা থুংলবা য়াই হায়রম্বদুদা। ইমুংগী চান-থক্লবা শিল্লম্নগা মাগী স্কুল নংনবা চৎখ্রে। বীজয়কুমার নুপীমচা অমা পুরগা য়ুমদা তুংথ-মাংথ চংলক্পদুদা থংনবা ইমুংগী মীশিংনা চিবন-চিবন ঙাংনৈ। "কনানো মানা পুরক্লিবা নুপীমচা অসিবো"? মীনা হংবা-লাক্পা করিমত্তা তাদনা ইমুংদা মচন পুরগা চুমদ্রিং চংশিল্লক্ই। মবোক্লা ঙক্লা য়েংদুনা লৈহৌই। মবুবোক্তি নুংশা য়াইরগা লাইরিক্ ইরি, মখোয়না চংলক্পদু উহৌদে। মপাসু ওফিস চৎখিদুনা লৈরমদে। মচন-নুপীদা মফি-মরোল হোংদোক্হন্লগা ইরুজফম্ কা, তোইলেৎ, মাগী কা, মমা-মপাগী, মনাও নুপা রনবীরগী কা লোইনা দলান মথক্তা কাদুনা মথং-মথং তাক্লম্মী। অদুগা কা মচা অমা মী লাক্পদা তুম্নবা ফমুং থাদুনা লৈবদুদা মাগী কা ওইরো হায়রম্মী। মবুং রনবীরগী ফোটো অমা রনবীরগী কাগী টেবলদা লৈ। মদু মবুং অহন্না নবুং য়াইমনি মাদি য়াম্না শাথিবনি, মী ফুগনবনি হায়রম্মী। ফজরবা চাওরবা দি.সিগী য়ুমনি, কা ময়াম, য়ুমগী দেকোরেসন্ মফম্ য়ুমদুগী অৱাৎপা অমত্তা-লৈতে, ৱাৎলিবা হায়ববু মচননুপী লক্ষমীগী গুণ চেনবী অমখক্তনি। মদুসু ঙসিদগী লাক্লবনিনা ৱাৎত্রেদনা। মচন-নুপীবু ইরুজথোক্হল্লে, অদুগা মাসু লুজবা লোইদুনা মমানা মাগী খাক্তুনা শমুক্তা চাক্লপ্না কুপ্তুনা থন্নম্বা-চাক্তু থাংথরগা মচিন-মপ্না চামিন্নরে। মখোয় অনিনা চাক্ চারিঙৈদা মবোক্তু চংলক্ই। মবোক্তু অমাং অশেংদা খম থেংবী মীনা শোক্লক্নি হায়দুনা কোই-কোইদুনা চৎপা কন্না হোৎনজবী অহন্নি। বীজয়কুমারনা মচননুপীগা নোক্-নোক্তুনা চাক্ চামিন্নবদু উরগা মা ঙক্পগী থেংবদু য়ৌখ্রে। "হৈমা! বীজয়কুমার নংনা তৌরিবদুবু করিনো? নংগা চাক্ চামিন্নরিবা নুপীমচাদুনা কনাগী মচানো? লৈশাবীদুগা নংগা পুন্না চাক্ চামিন্নরিবদুবু ঐদি লোইরে-লোইরে, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, ইমুংশি নংগী হাক্তক্তা সর্বনাশ শাগদৌরিকো" হায়। বীজয় কুমার মচল নুপীদা করিমত্তা তারুন্নু, নবুক্ থন্নবা

চাও, চাবা লোইরগা কোন্দু খরফেংলগা আদগী পোলাংশিদা হাপ্লগা থনম্মু হায়রল্লগা মাদি খুৎ হাল্লগা তোকখ্রে। "মীনা হংলগা করিমত্তা খুল্লুগনু কো" হায়। মবুংনা হায়বদুদা মাসু বা মচেৎ অমত্তা ঙাংথোক্তে। মচন্দা কোল ফেংঙু হায়রল্লগা ফমুংদা চংলগা হৱাগাড়ীদা লাক্পদুদা ৱারমাল্লে, তুমথখ্রে। ঙসিদি য়ুমদা মচানুপাদু লাক্হৌদে হায়দুনা মমাদু ছুটি লৌরগা হাপ্তা য়ুমদা হল্লক্ই। কাইনেটিক্ হোন্দা অমা থৌজিল্লগা চংলক্পদা মনীংদা নুপীমচা অমা কোন ফেংবা উই শুমাংদা গাড়ীদু খাম্মী। মনেমবোক্না, "নচা নুপাদু লৈশাবী মচা অমগা পুল্লা পুখম্ অমত্তদা চাক্ চামিন্নদুনা লৈহৌবনি। ঐদি য়ুমশিদা লৈবা ঙমজররোই, রাধাকুন্দদা খর থিনবীরো হায়বা তারে, ইচানুপাদা" হায়। মনেমবোক্‌কী ঙাংলিবা খোন্দুদা ইহা হাদনা জান্ধবী ইমুংদা চংলক্ই। কোন ফেংলিবা নুপীমচাদু মচানুপানা চেল্লক্পা ওইরবসু থুমল্লি, চহিসু নৌরি। মশক্তু হেক্ য়েংবদা মচাগুম্ খংনুং-নুংশিবা, মখোইগী ইমুংগী মীওই মানবা ৱাখল অমা ফাওরকপগুম, তৌই। মশানা অফবত খনবা হৈনরক্পা পুক্চেল চেনবী মমাগী ৱাখলনি। মসিবু কনাগী মচা ওইগদৌরি? মানা ঙরাং মপাদগী লুপা ৫০০/- পুরগা থবক্ অরুবা অমা চৎকনি, নুমিদাংৱাইদা য়ৌরক্তুগদি হয়েংগী পুং ১১ দা থুংলগনি হায়রম্বনি। পুংদি মতম চপ-চানা থুংলরি। য়াম্না নুংশিনা "ইবেম্মা! নংবু কনানো, ইমাদা শেংনা অমুক্তা হায়য়ো"? হায়জে। নুপীমচাদু মবুংনা খুম্মনু হায়বদুদা খুল্লমদে। খুমদবদুদা করিনো ঐগী ইচানুপাসিবো, নুপীমচাসিবু মানা হুঁ! থাজদে। ফরে, মচানুপাদা ইংনা তপ্পা হংলগে খন্দুনা মফি-মরোল হোংদোক্লগা মচানুপাগী কাদা চংলক্ই। মতমদু মচন্ নুপীদি মবুংনা তাক্লম্বা মাগী কা ওইয়ু হায়বদুদা চংলগা ফমুংদা ঙাইহাক্তং পোথারি। ময়ুমদা লাপ্পা লৈহৌরবী মমাগী মরমদসু অমুক্ খল্লি। জান্ধবীনা মচা নুপা তুল্লিবদু হৌদোক্লগা নুপীমচাদু কনানো হংই। মচানুপানা; "মশক্তু মুন্না য়েংলগা কনা মানগে য়েংউ" হায়। মমাদু মচাগী ৱাদুদা ভাবনা লাম্বা ফংলমদে। অমুক "কৈদৌনবা করিগী পুবীরক্লিনো শেংনা হায়োমি নংবো"। "অদুফাও খংবা ঙমজদ্রদি তোক্ও, মাগী মনাক্তা চৎলগা হংঙুরো"। মচানা খোঙ্গুল তানা ঙাংনবা য়াদ্রবদুদদি ভাব তাবা ঙমদদুনা মাগী তৌগদবা থবক্-ইনখাং শুদুনা অমুক্ লৈখ্রে। মপুক্লিংদা খনবদি লেপত্রি। ওফিস কুম্লরক্পা মতম ওইরে, দি.সি. ইবোচৌ মাগী এমবেসেদর কারদা ড্রাইবর রোমেশনা থৌরগা চংলক্ই। মাগী কাদা চংলক্লে। মতমদু জান্ধবী চাক্খুমদা চাক্ থোংলি। থুনা য়াংনা মপুরোইবদা মচানুপানা ঙরাং চৎলুবদো য়ুমদা নুপীমচা অমা পুদুনা লাক্লে হায়না তমই। "নুপীমচাদুদি কদাইদা লৈ"? "মথক্কী কা মচাদা লৈ" হায়না তল্লে। চীংশাং লম্বীদা হৱাগাড়ী তোংদুনা লাকপগী ৱাদুনা মাসু ঙাইহাক্ তুমথখ্রে। মমাগা মপাগা লোয়ননা মথক্কী ফ্লোরদা কারক্লে। নুপীমচাদু য়াম্না নুঙাইনা ফমুংদা করিমত্তা নীঙাইদনা মতম্ শাংনা লৈরক্‌লবা ময়ুমগুম্ তুমদুনা

লৈবদু উবদা মপাদু শ্বাই লাওই। মশাগী ঈনা পোক্‌পা মচানিনা পুক্লিংদা নুপীমচাদুবু হেন্না নুংশিবা ফাওখি। মমানা— "য়েংউ মোই পাবুং মনাতোনসে, মশক্তু ফাজেনে" হায়জে তাঞ্জাদুদা বীজয়কুমারসু মচনগী কাদুদা কাখৎলক্‌ই। মমাগা মপাগা য়েংদুনা লৈরিবা নুপীমচাদু কনা মানবগে হংলক্‌ই। পরপ্ পরপ্ মপা-মমাগী মমাংদা অঙাংদুগী মনাক্তা চংশিল্লগা ইবেম্মা! চান্দনী, চান্দনী কৌই। মমিংদু তাবদা করিনো'ম নীংশিংলক্‌পগুম, মপাসু মমাসু হেক্ ফাওই। "সে, সে! হৌগৎলো পাবুংগা ইমাগা নং য়েংবা লাক্‌লে" হায়। মচন্দো তুম্লুবদগী ফুক্ হৌগৎলি। মবুংনা মশমদো নুংশিনা নানথবিরগা - 'য়েংউ- মাংদা লেপ্লিবসে ইমাগা পাবুংগনে খুরুমউ" হায়জে। নুপীমচাদু পাবুং, ইমা হায়না মখোং শোক্লগা খুরুম্মী। মবুংনা ড্রামাগী দাইরেক্তরগুম্না হান্না তৌগদবা ময়ামদো অমত্তা চিংথদনা তশ্বীশ্রবনা মানা হেন্না হৈখ্রে। মচাগী-মতৌদুদা মমাগা মপাগা অনিমক্কী মিৎলুদগী পিরাং খংহৌদনা চপ মান্ননা লৈমাইদা মচানা খুরুম্বা ওক্‌পদা তামিন্নখি। বীজয়কুমার কুমগী নোংশিদি চীংদসু তমদসু মংদনা হেক্তা চুবা য়াবোইরে, ঐদি নহানমখৈ খংঙুদেদনা হায়রগা পাখোংদু ফোংলম্মী। মমা-মপা অনিমক্ মচাগী বাঙাংদু তারুরগা অমুক্ নোকথোরক্‌ই। মপানা নুংশিনা মচাবু মনাক্তা কৌশিল্লগা ইচানা অসুক্ চাওরবা ফাওবা ইপানা কাউথোক্লুনা ঐগী ইথৌনা হেন্না লুনা খল্লুরবা। নবুংনা হেন্না ভাব তারম্লবা? হায়না মচাবু মথাদা কোল্লগা মকোক্তা নুংশিনা চুপ্পীরম্মী। মপানা কোল্লুবগী থাদোরকপদা মমানা অমুকসু কোল্লগা মখজাইদা ওন্না ওন্না চুপ্পীরম্মী"। ইমা অখোয় অবোক্কা ইবুবোক্কদু ঐগা ইবেম্মগা চাক্ চামিন্নবগী য়ুমদা লৈররোই হায়বনি, হয়েংদগী বৃন্দাবোন্দা থিনবীখ্রো" হায়রম্মী। থুনমক্ মচানুপী পুরগা দলান্‌দগী কুমথরক্লে। মবোক্কা মবুবোক্কা মৈফুদা মৈ তিক্লুনা লৈ। মমানা, "ঐগ্যাবোক্ নুপীমচাশে ঐখোয়গী চান্দনী লিজিশানা পোক্‌পদো মবুংনা ঙরাং চৎখিবদো মচল্ লৌবা চৎপা ওইরম্লে।" "ইবেম্মা, অবোক্কা ইবুবোক্কা খুরুম্মু"। চান্দনী চংশিন্দুনা মবোক্কা মবুবোক্কা মখোং পায়দুনা খুরুম্মী। হনুবা হনুবী অনিদু হৌজিক্তদা জ্ঞ্যান লাক্‌ই "ও! ইশু ওইরেকো! ঐদি খংদেদনা অঙাওবা অসিনসু তাক্তে। "ঐদি সেরান-তুরানবু খল্লুরেদনা" হায়। লাও-লাও অবোক কোনগে লাও, ইশুনা পীক্লিঙৈদদি অবোক্তি পমহৌদ্রেদনা হায়বশাই"। মবুবোক্সু হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদ্রে। মশুনুপী য়াওদবদু ঙসিদি শোরারেন্দগী থাদরক্‌পা খুনবগুম্ নুঙাইজরে। চৎলু ইশু লাক্‌পগী ঙা লৈরু হায়দুনা ফুরিৎখাওদগী নমৈশেল লুপা ১০০ শৎতোরক্‌ই। অসুন্না ঙা লৈরুদুনা নুমিদাংদু মমানা থোংলগা মচানা য়েনশাং শেম-শাবা তৌদুনা নুঙাইনা চাব-থক্‌পা লোইদুনা তুম্নখ্রে। মমানা মচানুপীদা অয়ুক্ তৌগদবা, নুমিদাংবাই তৌগদবা ধুপ্ থাওমৈ কৎপা লৈকৎপা, ঈশিং কৎপা পুন্নমক্ বারী লি-লিদুনা নুমিত্তু মমা-মচা নৌনা থেংনবগী অহানবা শক্‌খংনবা ওইনা মমানা কোনবীদুনা তুমিন্নখি।

নোংঙাল্লে, মবুংনা মাগী হান্নগী স্কুলগী সারটিফিকেটনচিংবা পুরগা মিং চন্নবা হোৎনরে। মমানা ঐনা থোক্পা তৌরগে হায়দুনা মানা ওজা ওইবা স্কুলদা মিং চনবীরে। মমাগী কাইনেটিক্তা নুংতিগী পুদুনা চৎমিন্নে। মবুংনা অফবা সাইনসকী, অঙ্কগী ওজা থিদুনা প্রাইবেৎ তমহল্লি। মরক্-মরক্তা গাড়ী থৌবসু তম্বীরম্মী, কাইনেটিক্, মারুটি কার থৌবা লোইনা হৈহল্লম্মী। মমানা নুপী ওইবীগী মনুং-মপাল হৌনবী ইনখৎলক্পা মতমদা মমা অমনা লৌগদবা দাইত্ব লোইনমক্ লৌদুনা মফি মরোল হুন্দোক্রম্বা, কাওরম্বা ইচা-মীচা থিদনা শুবীদুনা মমা অমগী চপ-চানা মথৌ তৌবীরে। মপোক্ ফৈ নুপীমচাশে, অসিগুম্বা মমাদি মপোক্ তরেৎলক্ তব তৌদুনসু পাক্ হেক্ ফংলরোইদবা শেম্বসু থোক্ররোইদবা মমানি। অশোমদনা অপোক্পী মমানদি মচা উজবা ফংজদবগী ৱাজবা শোমদনা মমা অহন্না চেক্শিন্না শেন্নদুনা পূন্নমক্ খংনবা তাকপীদুনা মবুং অনিগী অচুম্বা মিৎয়েংগী মখাদা মী অমদি শোয়দুনা ওইজরগনি। অমাং-অশেং, লাইখুরুম্বা, পুজা তৌবা, মবুংগী শেবা, মপাগী, মবোক্কী, মবুবোক্কী শুনবা তাক্পীরম্মী। নুংতিগী মবোক্ মবুবোক্কী মৈফু থাগৎপী। তুম্নমদাইদা ৱাটর বেগ ঈশিং হাল্লগা ফৈজুপ লোল্লগা নীংথিনা থম্বীগনি। মবুংগী মফি-মরোল নোংমাইজিং খুদিংগী শুবীদুনা ইস্ত্রি তক্পীরগা থুপতুনা নৎত্রগা হেঙ্গরদা য়ান্দুনা থম্বীগনি। কা নান্না ফমুং নীংথিনা লুনা শেমদুনা থম্বীগনি। মী ৱিসিপ তৌবসু অচৌ-অশাংগী ইমুংনিনা লোইনা হৈরে। টেলিফোন তৌবা, পায়বা লোইনমক্ তম্বীদুনা হৈরে। তাক্পগা খংবগা খংবনা হানবা লৌশিং লৈজবী নুপীমচানি। মঙোন্দা য়ানিংদবা, অসাওবা, ৱারৌবা থোইনা উদে। মদুদনি, ইমুংগী মীপুম্ খুদিংনা মাবু নুংসিরিবা। মাবু চীংমী নিঙোল লিজিশানা পোক্পনি হায়বসি পুন্নমক্ ঙন্না কাওনখ্রে। জান্ধবীগী মচানুপী বীজয়কুমারগী মচন্নি হায়দুনা মী পুন্নমক্কী ৱাখলদা ফাওনরক্রে।

মমাহল জান্ধবীনা মতম্ অমদা নীংজখিবা ইচানুপী অমত্তং য়াওরবদি কোনুংগী জগোই রাস অমুক্তং য়াওহনগে খনখিবা হন্দক্কী হিয়াংগৈ পুর্নিমাগী জগোইসি ইচা য়াওহন্দবা য়াদে হায়দুনা মিং চনবীরুরে। নুংতিগী মমানা জগোই তম্বা থিল্লি, লৌরুই। মবুংনা মরোল অমা অঙাংসি লাইরিক্তা শোয়ররনি হায়দুনা ঙাংলি। চান্দনী হায়বা মিংসি নুংতিগী তোয়না কৌরবনিনা মাসু হৈনরক্রে। হান্নদি চীংদদি 'শংলা' কৌরুরবনি। মবুংনদি মাবু নোংমতসু মমিং ফানা কৌজদে, ইবেম্মা হায়বদগী হেনজদে। চান্দনীনা য়াম্না কিজরিবদি মাগী মবুং দেসতা লৈখিবদুনি। মবুংনা-নোংমা মাদি য়াম্না শাথি, ফুগল্লি হায়বদুদা। হন্দক্ নিঙোল চাক্কৌবদা থোক্রক্কনি হায়রি। মবুং অহন্না মাগী মরমদা পাউদি হান্না হায়খ্রে হায়। মাগীদমক্ শোয়দনা করিনো অমদি লৈবীরক্কনি হায়না তায়। হায়না হায়না নিঙোল চাক্কৌবা য়ৌদুনা মবুংদু থোরক্রে। কিজবনা মাদি থোং লোনশিন্দুনা

লোৎলম্মী। মবুং য়াইমসু মাগী মচল অমা লৈবদু লৈশাবী ফারে হায়বদুদদি কয়াদি য়েংনীংলে। য়ৌরক্পগা ইমা ঐখোয়গী ইচননুপীদি কদাইদা চৎখ্রে হংই। নঙকিজে হায়দুনা মাগী কাদা লোৎলিবনি হায়জিল্লুরে। পরপ-পরপ, মথক্ তা কাখৎলগা "বেম্মা, বেম্মা! থোং হাংউ, ঐনা য়ুমদা থোক্লক্লিবসে নংগী নশক্ য়েংনীংদুনা থোক্লক্পনে। য়েংউ-মৈতৈগী নিঙোল চাক্কৌবা হায়বদো মচল য়াওদ্রবদি মতমদুদা মচল লৈজদবা কাংবুনা চাক্লা ৱানা খাংনরিবনি। ঐগীদি ইচল লৈরবনিনা ইবুংনা নংগী চাক্কৌবগী দখিনা লৈরক্লে থোরক্ও লাকওে। কৈদৌবগী ঐবু কিরুরিবনো? ইমুংসিদা ঐমুক্ ফবা লৈতবনি" হায়রে। মবুংগী ৱাদু তাবদা থোংদু তপ্পা হাংদোরক্লে। পিক্লিঙৈদা স্ত্র্যান তানা খংখিদবনা করম্বা শক্‌ফম, ওইরমগদবনো' ভাবনা শাদুনা লাম্বা ফংলমদবা হৌজিক্তি মমাংদা লেপ্লরে। মানা ভাবনা শারুবা শক্‌ফমদগী মাংদা উরিবা মচলগী শরুবু হেন্না ফজরম্বদুদা কয়াদা হরাওজরিবা। তামোচা হায়দুনা মখোংদা খুরুমলে। মচনগী অহানবা ৱাহৈনা তামোচা হায়বদু তাবদা মবুংনা কয়াগী মতিক্ নুংশিরুরবনো নুপানবু কপ্পা হৌনরবা হায়গদবা মানা মচনগী পুন্সিগী অহানবা কনানা তম্বীবনো খংদবা ৱাহৈগী তামোচাদুনা নুংদগী ফুক্তুনা পুথোরক্পা ৱাখলগী পাখোল পুদুনা মিৎলুদা পিরাং য়েৎ-ওই অনিদগী চপ মানননা শিনথরক্ই। মচনবু নুংশিনা কোনবীদুনা মকোক্তা চুপ্পীখি।

অঙক্পা অনৌবা থৌদোক্তুনা মশীং লাক্ঙমদনা নুংতিগী ইমুংসিদা উরি। পূন্নমক্লা মাবু লুনা তৌবীরি, শেন্নবীরি। মবুংনা মাগী লৈবীরক্পা ফিশিংদু বেক্তগী মথং-মথং লৌথোক্তুনা পী। মাসু ফজে, পাম্মী হায়দুনা লোইনমক্ হরাওনা লৌশিল্লি। মসিগী মরক্তা মমানা মচাগী জগোইগী ৱারি। মতম্না পুখিদুনা হিয়ঙ্গেগী পুর্নিমা য়ৌরক্লে। জগোই রাসকীদমক্ মমানা ময়ুমদা মচাগী পোৎলোই অহনবা ৱায়দুনা মাংগোলদা মৈ ঙান্না থান্দুনা পোৎলোই শেৎলি। পোৎলোইদু শেৎপা লোইরে। নীংথিরবা নাতোন তুমতক্ তাবা অদুদা চন্দোন ফজনা থিনবদুদি করিদা প্রমান তৌরুনি। মবুং অনি মপাবুং মমা, মবোক্ অমদি মবুবোক্ ইমুংগী মী লোইনমক্ ফোটো নমদুনা মচাগী, মশুগী, মচনগী মঙ্গল পীজরি। অসুক্ লাইবক্ ফবী অতোনবীগী মচা উরব্রা? অসুম্না গোবিন্দগী মান্দোবতা হিয়াংগৈগী পুর্নিমাগী জগোই রাসতা চীংদা চাওজরক্পী মবুংনা তমদা ফুক্লগা পুরক্তুনা গমলা থক্তা থাজবদগী গোবিন্দগী মন্দির য়ৌরকখিবা তরাইবদি নত্তেকো। অসুম্না ইমুং হুপ্পা চৎতুনা মবুং অনিগী মরক্তা চেকসিন্না হোৎনজদুনা মচনগী জগোই মমা-মপা, মপু-মবেন্ লোইনমক্ মশুগী অমদি মচাগী হৈশিংনা নীংথিনা লৈয় লৈয়দুনা শাখিবা জগোইদু উজরগা চীংমী নিঙোল লিজিশানা পোক্পনি হায়বা মখোয় লোইনা কাওথোক্খ্রে। য়োৎনা উগা তিন্নরগা ঈশিংদা তাওই, মহিক্লা লৈরাংদা তোংলগা গোবিন্দগী কোক্থোন য়ৌই"। য়ৌজরে চীংমী নিঙোল লিজিশাগী মচানুপী চান্দনী

গোবিন্দগী কোক্থোন অমুক্তা হেন্না নুংঙাইরিবদি মমা-জাহ্নবীনা মচানা-চেপ্পদা মানা চেপ্পা, মচানা লৈয়বদা মাসু লৈগে লৈগে তৌদুনা ফানবদুনি।

"লাংবা লোইরসি অঙাংসি লাইরিক্তা শোয়বা য়াবা নত্তে ইমা হয়েং শোয়রবদি ইমাদা তাইনদোইনিকো," মবুং বীজয়কুমারগী ৱানি। অহিংখুদিংগী মচাগী তুমফমদা চংদুনা য়েংজে। লাইরিক্ পারম্বদগী উইদুনা ফমুংদা কাংখল থাদনা তুন্নম্বা য়াওবদা কাং নীংথিনা হুমদোক্পীদুনা কাংখল থাবী। তুমখ্রবা মচাগী খজাইদুদা নুংশিনা চুপ্পুরি। করম্বা ঈশ্বর অমা চংদুনা জাহ্নবীনা অতোম্বীগী মচানুপীসিবু অসুক্ নুংশিরুরিবা। মচানুপীসিনা হয়েং লুহোংদুনা মীগীদা লৈখ্রবদি মমাসি শোয়দনা ঙাওদৌরি। মবুং অনিনা মরোল অমা লুনা তৌজরিবা। অসুম, অসুম, হৌখিবনা মচাগী মেত্রিক্ পরিক্ষা য়ৌসিল্লক্লে। মমানা অমুক্ শংই, মবুংনা অমুক্ শংই, লাইরিক পাফমদা। অসুম্না মেত্রিক্ পরিক্ষা নীংথিনা থাখ্রে। মহাক্কী রিজলট শোয়দনা ফরকনি হায়না অশা তৌনরি। থা অহুমগী মতুংদা রিজলটসু থোক্লে। নুমিদাংৱাইদা মাগী পাবুংনা টেলিফোন্দা হংবদা ফার্স্ট দিবীজন্দা পোজিসন ১৫ দা ইংলিসতা লেটর অমসু চংলে হায়দুনা য়ুমদা টেলিফোন তৌরক্লে। ইমুংগী মীপুম, খুদিংমক্ য়াম্না হরাউজরম্মী। নুমিদাংদা মপানা মবুং য়াইমদসু ট্রংকোল তৌদুনা মচননুপীগী পাউ পীরম্মী। মবুং য়াইমনা মদু তারগা মচন্দা টেলিফোন পায়হল্লক্উ হায়দুনা ঙাইহাক্ টেলিফোন্দা ৱারী শান্নে। এদভাইস য়াম্না পিদুনা মবুংনা পুক্লিং থৌগৎপীরক্খি। শোমদা নোংঙানবগা মচিন-মপ্পা মরামগী মমাগী মনাক্তা লাক্লুনা পাউদু তন্নম্মী। মমাগী মাম্মা দুশোংসু লাক্লুনা নুঙাইবা পাউদু তন্নম্মী। মখোয় লোইনমক্ হরাউমিন্নরগা অমুক থুনা ইম্ফালগী ময়ুমদা হল্লক্লে। মমা কৌবনিনা মচাগী মাইপাকপগী পাউ তারগা নুইরোইদবা মমা লৈফম্ থোক্তে। অদুবু মচাগা মমাগা পুন্না লৈমিন্নদুনা নুংতিগী অৱা-নুঙাই তাথোক্-তাশিন তৌনবদি ইৱাৎ-ৱাৎলে।

নুঙাইবা মরক্তা মপাবুংগী সারভিসকী পেনসন মতম য়ৌদুনা থবক্তগী পোৎথারে। বী. পিসু খর ৱাংনা লৈ। নোংমা মখোয়গী ওফিসতা পেনসন ফংবগী ফেয়ারৱেলগী মিটিংদা ৱা ঙাংলিঙৈদা হার্ট এতেক্ তৌদুনা ৱানথরম্মী। হোসপিটালদা পুখৎতুনা য়াম্না কন্না ফম্নবা লাক্লরম্মী। মচানুপী চান্দনী মপাবুংগী মনাক্তা ফমদুনা লৱাইদা ঈশিং অয়িংবা ফিদা লুপ্পগা তোয়না তোয়না শিনজৈ। মমা লাক্পগা মমাদা শিন্নরল্লগা মবুংনা চাক্ চারুনবা য়ুমদা অমুক্ থিনবী। ৱারনি য়ুমদা পোথারো হায়বদা মানা য়াবা কৌবা লৈতে। ঐ পাবুংগী মনাক্তা লেক্লে হেক্তা হায়গনি। শেবা তৌরম্বদগী উইনিংলক্লমাল্লে, মপাবুংগী নাকন্দা মোরাদা ফল্লগা মকোক্তু মপাবুংদা ঙাথরগা ঙাইহাক্তং তুমথোক্লুরে। মাগী মতৌদু উবদা মপানা মচাশিংসিবু থাদোক্লুল্লগা চৎলগনি খল্লুবদা ৱাজৈ। ৱা ঙাংবা ঙমদ্রবা মপাবুংনা মচানুপীগী মতৌদুদা পেল্লদুনা মমাগা মচানুপা বীজয়কুমারদা ইচাবু

লুনা তৌবীয়ুকো! হয়েং মবুং অনিনা ইচাগী মনীং থুংহনবীয়ুকো হায়রম্মী। মপাবুংগী ৱাহৈশিংদু তারগা বীজয়কুমার মমিত্তা মপি তানা কপচৈ মপাবুংদি উহনদে। মমানা অদুন্না হকচাং শোনথগদবা ৱাখল খনবীগনু। মবুং অনি ইচাও চাওনা লৈরিবসিদি হায়জে। ৱানা নুমিৎ কয়ানি চংনা হোৎনরবা তুংদা মপাদু খর অমুক্ ফরক্লুনা চৎপা খোৎপা খর-খরদি ঙমলে। হিদাক্ মতম্ চানা পীজবা ঈশিং শাহনবা শেবা খুদিংমক্ মানা হৈতবা লৈতে, মঙোন্দা তাক্লিঙ্ডাইব্রু লৈত্রে। মমানা শিৎ-শিৎনা অমত্তা লোৎশিন্দনা মচাদা তাক্পীরবনিনা মানসু মশানা জ্ঞান লৈজবা অঙাংনিনা তাক্পগা হেক্তা খংবনা হান্নি। মমা চৎথোক্খ্রবসু করিসু ৱানীঙাই লৈত্রে। অসিগুম্বা ইমুংগী য়ুম্বালসিনি মীনা তান্নরিবসি। মপাসু হক্চাং খর কল্লবনিনা মাগী লাইরিক্ লাইশু পাবদা অমুক্ পুক্লিং চংলক্রে। মতম্না অসুম্ হৌখিবনা মবুং বীজয়কুমারসু মাস্টর লোইদুনা পি.এচ.দি অমুক্ তৌথবা হৌরে মরক্ মরক্তা মচনগী ট্যুসন্নচিংবা তৌবদা থিনবা খোৎপা তৌই ইমুংগী নোর্মেল ওইবা ইচেল অমদা মতম খরা লৈরে। মপাগী হকচাং খর ফনবনি হায়দুনা নুংতিগী মপাগা মোর্নিং ৱার্কিং চৎমিন্নে। অসুন্না চান্দনী হৌজিক্তি ক্লাস টুৱেলফকী পরিক্ষা মতম য়ৌশিল্লক্লে। মহাক্ শোয়দনা পোজিসন খরদি হাইগৎলক্কনি হায়বগী থাজবা লৈ। মমানা মচানা লাইরিক্ ঔরাইবদা চানবা অফ-অফবা হৈ, শেম্, অংগুর অৱাথবী, হৈ মহিনচিংবা কয়া লৈদুনা থম্মী। ৱাখল মাংদনবা টৌনিক্ লৈদুনা মচাগী লাইরিক্ পাফমদা ফমদুনা শেন্নে। করিগুম্বা কান্দা-মচাগী মনাক্তা তুমথোক্পসু তোয়না য়াওই। চেৎনা লুন্না মথাদা কোনবীদুনা ঙসাইদগী লাইরিক পারুবগী ৱারবনিনা উইবা য়ানবা মনঙ্গন্দা নানবীদুনা শুম্বীরি। অসুন্না পরিক্ষা মথং-মথং চৎথখিবনা পরিক্ষাদি লোইসিনখ্রে। মবুংনা পরিক্ষা হল্লক্পা খুদিংগী কোইসনশিংদু কয়াম্ তৌরম্বা, তৌরমদবা তখৎতুনা হংই। অয়াম্বা সবজেক্তা ফজনা তৌরম্মী হায়না খুম্মী। হায়না হায়না টুৱেলফকী পরিক্ষা হায়দোক্লে। ফার্স দিবীজন্দা তরেৎশুবা পোজিসন ফংদুনা পাশ তৌরে। মদু তাবদা ইমুংগী মীপুম্ খুদিংমক্ য়াম্না হরাউজরম্মী। মবুং য়াইমা রনবীর টেলিফোন তৌদুনা ঐখোয়গী ইবেম্মা-মনিপুরগী টুৱেলফকী পরিক্ষাদা তরেৎশুবা পোজিসন্দা পাশ তৌরে হায়দুনা তম্মী। মবুংনা অরাপ্পা লমদমদগী মচনগী মফমদা কংগ্রেচুলেসন্ পীরক্ই।

অসুন্না হেন্না কন্না অমুক্কা হোৎনদুনা মেদিকেল এন্ট্রান্সকী কোচিং অমুক্ তৌবা হৌরে। মবুং অহনদি মচন নুপীগী হোৎনরিঙৈদা মাগী পি.এচ. দি কাওবু কাওরুরে। মাগী গাইদনা নোংমা য়াম্না শাওনা চৈবীরে। অসুন্না মেদিকেল এন্ট্রান্স টেস্ট লোইরে। চান্দনী সেরিএল নম্বর ১১দা খল্লে। থুনমক্ মবুংগা মরাম্ তানা মমাগী মনাক্তা মপালদা এম.বি.বি.এস তম্নবা বর নিবা লাক্ই। মরামগী মমাগী য়ুম্ য়ৌবদা মমাগা মাগী মাম্মা দুশোংগনা কয়াদা হরাওজবা। মাম্মা দুশোংনা মচননুপীদা হায়রক্ইঃ- "ঐনা

নহান নঙোন্দা হায়ব্রা নচাশি ইম্ফালদা মপাগী মনাক্তা থম্মু হায়না"। মানা ঙসি ফংলিবা ডাক্তর তম্বগী সেলেক্সনসি মানা মরামদা লৈরম্লবদি ফংলম্লোইদবনি। মমা-মচা মখোয় ময়াম, চাক্-ঈশিং থোংদুনা চামিন্নরে। ঙাইহাক্তুদা মাগা মতম্ অমদা লুনা তিন্নরম্বী মমান্নবী রোমোলাগী মনাক্তা চৎলম্মী। অদুবু য়াম্না থম্মোই শোক্পদি মাদি ময়ুম্ পাম্লগা মচা নুপা অমা পোদুনা লৈরম্লে। মাগী অহোংবা ফিবমদু উরুরগা চান্দনী ঐসু ঐগী ইবুংনা ঐবু লৌবা লাক্লমদ্রবদি শোয়দনা মাগী ফিবমসি ওইরমগনিকো। ও! ওনথোক্পা চীংগী পুন্সিনি। মসিবু পুন্সিগী অশেংবা মহাওদু ফংলিবরা? নোংমা মানা ইম্ফালদা ঐগী ইবুংগা লাইরিক্ পুন্না তমিন্নবা হায়বদা মানা চৎনিংদুনা ময়ুমদা চেন্দুনা মপাদা হায়জরব্দা মপানা য়াবীখিদবা। ঙসিনা মমিত্তা মচা উদুনা অনৌবা হেন্না ঋবা সংসার অমদা চংশিল্লক্লিবা। কয়াদা খেন্নরিবা পুন্সিনো? নীংবা কায়না মরুপকী মনাক্তগী হল্লক্লে। মানা পুরক্পা অচাপোৎ খরদি মাগী মতারোইদা পীরম্মী। মমাগী মনাক্তা অমুক্ লাক্তুনা ইম্ফালদা হন্ননবা তৌরগে হায়ররে। গাড়ী লাক্পা মতমদি য়ৌশিল্লক্লে। মাগী গোবিন্দগী জগোই য়াওবগী, ইমুং-মনুংগী ফোটো ময়ামদো মমাদা য়েংহল্লম্মী। মমানা ফোটো ময়ামদু থরায়তানা য়েংজরম্মী। খর খল্লগা মমাদা পীরম্লে। চৎলমদাই অদুদা মমানা বীজয়কুমার কৌশিল্লগা লুপা লিশিং তরাখক্ মচানা ডাক্তর তম্বা চৎপগী মতেং ওইনবা পীরম্মী। মচানা "ইমাগী শিজিন্নবা থম্বীয়ুদা হায়জৈ"। "ঐনা খর-খর তাল্লিবসিসু নখোয়গীনি; হয়েং ইমানা নংগী পাবুংনা লৈবীবা য়ুম, দুকান ভারাশিংসে নচনগা নংগা পুন্না পানবীরমগনি"। মমাতোন্না হরাউনা পীবদুদা লৌশিল্লে। মমানা খাংদা শাবা মচাগী হাওফি ফনেক্ অমগা মবুংগী ইন্নবা হাওফি শাল অমগা পুথোক্তুনা মচা অনিদা পীরে। মমাগী মফমদা মচিন মপ্পা অনিমক্ মঙ্গল ওইজরক্লে হায়না খুরুমজে? মমানসু ইচা অনীগী মঙ্গল ওইয়ু হায়দুনা মকোক্তা নানবী। মমাদু মৈতৈগী চৎনবী খরসু খং, খরসু খংদ পংবা ঋাজে? অসুম্না অমুক্ বিদাই তৌনরে। মথংগী লৈপাক্পোক্পা নুমিৎকী নুংথিল পুং ১.৩০ দা এরোপ্লেন্দা চৎকদবনি হায়রম্লগা গাড়ীদা মচিন মপ্পা অমুক্ কাখৎখ্রে। মমাদু ঙসিসু পিরাংগা লোয়ননা মখুৎ হাই-হাইদুনা মচা অনিবু য়েংদুনা লেপহৌরে। চাওখৎপা অফবা লম্বী অমা ফংনবা হোৎনবদা মমা-মপা নুংশিবা, মরুপ-মপাং নুংশিবা কয়া মতম্ মতম্গী উন্নদবা, কায়নবা তারক্ই। অশোমদনা অনৌবা মরুপ-মপাং কয়া কয়া অমুক্ থেংনদুনা পুন্সি লম্বীদা অনৌবা সংসার অমদা অমুক্ খোং থাংজিল্লক্ই। ময়ুমদা হল্লক্লগা মাগী চৎপদা পুননবা পোৎচৈ থৌরাং পুমলোই লোইরে। মবুং রনবীরনা তম্লিবা মফম বেঙ্গলরদা তানবা ঙাংনবনি, অদুবু হায়দ্রবাদতা ওইনা মাগী কলেজগী মফম্ পীরে। মরক্ মরক্তা মবুংনা চৎলগা উনবসু য়াই খন্দুনা ফরে অদুমঙাইরে য়াদ্রবনিনা করমদি তৌনি। হয়েং চৎকনি হায়বা

নুমিদাংনি। মমানা স্কুল কুম্লক্‌পদা ঙা অঙৌবা র্অমদি নুমিদাংশি থোংলগা পীজগে হায়দুনা কৈথেল চংদুনা ঙা লৈরম্মী। মচা নুপীগী শিজিন্নবা নুপীগী তোঙানবা ফি মচা-মশু খরসু লৈবীরম্মী মমা ওইবীগী মচা নুপীশিংনা ইনখৎলক্‌পা মতম্‌দা খনবা ৱাখল পুক্লিং শুনা কুপ্না খংবী মমানা নুমিদাংদু মমা মচা চাক্‌ পুন্না চামিন্নরবা মতুংদা মচাগী ফমুংদা ফম্লগা মচানুপীগী মকোক্তা নাল্ল-নাল্লগা লংফৈদা লৈবদা ঙাওশিন্নবা য়াদে, নশাগী মহৈ মশিং তম্লিবা বিদ্যাদা য়াম্না পুক্লিং চংগদবনি। নংনা ডাক্তর ওইরবদি পাবুংগী অনাবকাসি ইচানা য়েংজরবদি নংগী পাবুংনা কয়াদা হরাওজগনি। নবুং অনিনা নংগীদমক্‌ চাওথোক্‌চরিবা কয়াসি লম্মখাংদা মাংহনবা য়াবা নত্তে। ইমানা হায়রিবশিংসে মুন্না চেক্‌শিন্না তারগা নংনা থবক্‌ ওইনা শোয়দনা পাংথোরক্কদবনি। ইচাদি লৌশিং জ্ঞ্যান লৈবীনি ইমানা হায়বা ইনবীনি হায়দুনা মচাগী মকোক্তু মতম্বাক্তা ঙাথহল্লগা শুম্বীরম্মী। মচাবু নীংথিজনা শুম্বীরম্লগা মচানুপা বীজয়কুমারদা অমুক মনাক্তা চংদুনা- "নচনশে নংনা য়াম্না নীংথিনা মখোয়গী হোস্টেলগী ৱার্দেন্নচিংবদা শিন্নরম্মু। নুপীমচা হায়বসিদি অমুক্‌ পাউথোক্‌খিবদা লোইরবনি" হায়না তাক্‌পীরম্মী।

নোংঙাল্লে, ঙস্তনা ঈরুজরগা মচাগী মঙ্গলগীদমক্‌ তুলশিবুংদা, লাইনিংথৌদা অথেনপোৎ কৎতুনা মমিত্তা মপি তানা মচাগীদমক্‌ মঙ্গল নীজরি। চাক্‌ থোংনা থোংনা মচানুপী চৎখ্রগা হাংহৌগদবা ময়ামদু খল্লুবদা মপিদি শিন্থবা লেপ্তে। ঙাইহাক্‌ লৈতনা ইল্লিবা ফিদুনা তৈথোক্‌চৈ। অপোক্‌পীনা কনানো, পোক্তবীনা কনানো অফবী মমাগী মফমদদি মচাগী মচা ঙাক্লি চপ মান্নে। অসুন্না চাক্‌ ঈশিং চাবা লোইদুনা অহল-লমন্‌, মবুবোক্‌, মবোক্‌, মপাবুং অমদি মমা-মথং-মথং খুরুমজরে। মবোক্না মশুগী মকোক্তা নাহুদুনা ইশুগী নকোক্‌মক্তা চিক্তনা অবোক্না হিংলিঙৈদা ইশুগী ডাক্তরদো থুনা লোইরক্‌পা ওইয়ুকো হায়না বর পীরম্মী। লুপা ৫০ চৎপী অমা লুনা থমজবা শেনগাওদগী লৌথোক্লগা মশুদা পীরম্মী। মবুবোক্নসু মশুগী মবোক্না মান্নবা বর অমমুক্‌ পীবীরে, লুপা ১০০ ফিজিদগী লৌথোক্লগা ইশুগী মহৈদা থুনা মপুং ফাবা ওইরকউ হায়দুনা বর অমুক্না পীনবীরে। অৱোইবদা মমাগা-মপাগা পুন্না অমুক্‌ মখোংশোক্না মখুৎনা মপা-মমাগী মখোং মরিমক্তা লাইবক্‌ কচ্চদুনা খুরুম্মী। মমাদি মমাইদু মচাবু পুরা য়েংবা ঙমদদুনা ইল্লিবা ফিদুনা মখুৎনা মমিৎলোমদা খুমজিন্দুনা পিরাং ফাজিনবা লাক্লরি। মমাগী মতৌদুদা মচাসু পিরাং শিন্থজে। অসুন্না নুংশিনা বিদাই তৌরম্লগা মচিন মপ্পা মখোয়গী অঙৌবা মারুটি কারদা মবুংগী মরুপ্‌ রাজেসনা থৌরগা থোঙ্গালদা ইয়ারপোর্টকীদমক্‌ খোংশানখি। ইমুংদু মখোয় অনী থোকখিবদুদগী উন ৱাইমুক্‌ চিক্‌হৌখি।

মচানুপী চৎখিবগী নুঙাইতবা ৱাখলনা মপাদু অনাবা হৌগে-হৌগে তৌই। ডাক্তরগা চেক্‌শিন্না তানদুনা হৌরক্তনবা হিদাক্‌ চাং-নাইনা চাদুনা কন্না হোৎনৈ। হার্ট এটেক্কী

লায়নাসি অনিরক্ শুবদদি শোয়দনা শিবা নৎত্রগা পেরেলাইজ তৌবা অমদি শোয়দ্রে হায়বসি মশাসু ভাব তাজে। মচননুপী থিনবা চৎখিবা মবুং মচনগী তমগদবা কলেজ, লৈগদবা হোস্টেল, হোস্টেলগী ৱার্দেন্নচিংবা উনদুনা চেক্‌শিন্না লৈনবা মুন্না তাকপিরে। অদুগা মপাল্লমদদি অহানবা চঙঙক্‌পা ছাত্র-ছাত্রিদা মখল-মখলগী রেগিং তৌই হায়, অদুনা মখোয়না তৌ-তৌ হায়বদো খর তৌরগা লোইরে। য়াম্না কন্না মরৈ তৌরুগনু হায়না তাক্‌পীরে, শিন্নবা য়াবা-লৈবা য়াবা লাইরিক্-নোংলিক্ সিলেবসতা য়েংলগা লোইনা লৈরে। কায়নরমদাইদা মচননুপীনা মবুংদা তামোচৌ পাবুং পুরগা নোংমতং ঐগী মরাইবক্ থিরবী মরামগী ইমাদো অমুক্তং উনহনবীয়ু হায়জরম্মী। অরোইবদা মচন-নুপীনা মবুংদা খুরুমজরগা বিদাই তৌনরে। মবুংনা মচনগী মকোক্তা হন্না-হন্না নানবীরম্মী। মচনসু মবুংসু পিরাংদি থিংবা ঙম্নদে। অসুন্না মচনবু নীংথিনা মফম্ চানা শিন্নরম্লগা মবুং বীজয়কুমার নুমিদাংগী ট্রেন্দা অমুক্ ময়ুম-মাইকৈ পাংলকখি।

ময়ুমদা থুংলবগা মমানা মচানুপীগী করম্না লৈহৌবা করি-করি অৱাৎ-অপা শুনা লৈবীরম্না, মাবু নুঙাইনা হরাও-হরাও লৈহৌব্রা হংজে। মচাসু য়াম্না নুঙাইনা নোক্-নোক্তুনা মনিপুরদগী হান্না তম্বা সেনিয়ার অনি-অহুমসু লৈরমদুনা শক্ খংনহল্লম্মী তম্মী। মচন নুপীনা মরামগী মমাবু মাগী পাবুংগা অমুক্তং উনহনবীয়ু হায়জরক্‌পদু মাসু য়াম্না চুম্মী খন্দুনা মমাগা মপাবুংগদা হায়জদুনা নোংমা মখোয়গী মারুতি কারদা মানা থৌরগা পুন্না মরামদা চৎলম্মী। লিজিশা মপুরোইবগা মচেগা মচানুপানা পুদুনা লাক্‌পদুদা পুমঙক্ ঙক্লম্মী। মতম্দু মখোয় লোইনমক্ চহি হুমফু শুরবা, নকশিল্লক্‌পা ওইবনা মুরম্বা মশমশিং অঙৌবা খর-খরদি লোইনা য়াওনরে। মতম্ অমদা মপা লৈতনা ফজরম্বা মশক্‌শিংদু মমাইদা ময়ি-খর খরদি, চৎনরক্লে। হৌখিবা থৌদোক্‌শিং মপুক্লিংদা নীংশিংনবা নত্তনা, পুক্লিংগী ইথক্-ইপোমদি অমুক্ নৌনা কাহনবা ঙম্নখিদ্রে। লিজিশা মচেগা মপুরোইবগা খুরুমজে। ঙাইহাক্ ফমদুনা মচানুপীগী ৱারী কয়া শানরে। মচানুপাগা মমা জান্ধবীগা পোৎ-চৈ খর লৈখিসি হায়দুনা দুকানশিংদা য়োল্লিবা চীংগী দশকুশ, কোবী, আলু মমল হংলি, য়েংলি। শোমদা মপাবুংগা মমাতোনগা ঙাইহাক্ তোঙান্না ৱারী শানহৌই। হৌখিবা কয়া নীংশিংনদুনা মমিৎঅ মপি তানা কপচৈ লিজিশা। মচাগী ফরক্‌পা কয়াদু মপানা মচাবু লুনা তৌবীবা, মমা অহন্না, মবুংনা শেন্নবীবদগী ওইখিবনি ঐনদি অসুন্না ওইহনবা ঙমলোই হায়দুনা তমজে। মপুরোইবসু মা করম্না লেল্লিবা, পৈশা নুংশা চাবা থক্‌পা কোন্নরিব্রা হংজে। মানা ইম্ফালদা লৈগে হায়রগসু লাক্তুনা লৈরনবা পাউতাক্ পীবী। অদুবু হৌজিক্‌মক্কীদি মঙোন্দা করিসু অৱাবা লৈতে, মবুং দুশোংনসু লুনা তৌবীবনা থোইনা ৱাদে তম্মী। অসুন্না ৱারী খর শানরবা তুংদা

মচেগা মচানুপাগসু পোৎ খর লৈরগা হল্লক্লে। মানসু খর অমগা লৈরগা হাপ্লে। মচানুপা বীজয়কুমারনসু মমাতোনবু ইম্ফালদা পুম্না লৈরুরসি হায়জে। অদুবু মমাতোন্না মতম্ খরদি সিদা লৈখিগে হায়রে। অমুক্ হন্নবা তৌরগে হায়দুনা বিদাই তৌনরগা মমাতোনদু মখোয়না চৎখিবদু য়েংদুনা লৈহৌরে। বীজয়কুমার মাগী মথৌদা পুক্নিং চংনা হোৎনদুনা পি. আইচ. দি ফংলে। মশানসু খরসু ফরক্পনা অনৌবা কলেজগী ওজাগী ইন্টরভিউ য়াওবদা খল্লক্লুনা কলেজগী লেকচরর ওইরে। মবুং য়াইমগীসু হন্দক্কী চহিদা ইঞ্জিনীয়ার লোইদুনা য়ুমদা থোরক্লে।

য়াম্না নুঙাইনা ইমুংদা অৱাৎপা অমত্তা লৈতনা লৈরক্পা অৱাবগী মতাংসু থুংঙবা হৌরে। নোংমা দিসেম্বরগী অহিংদা ইংবা য়াম্না হেঞ্জিনবা মাইনস দিগ্রি য়ৌবা অমা য়াওখি। দি.সি. ইবোচৌ খংহৌদনা ৱার্কিং চৎলুবা হল্লকপদা লম্বীদা ৱাম্ভরক্লুনা হোসপিটালদা পুখত্তুনা য়াম্না কন্না লাক্লখি। অদুবু নিনি শুবগী অহিংদা সংসার থাদোক্খি। মচন নুপীদা টেলিফোন তৌদুনা য়াম্না থুনা থোরক্লবা পাউ পিখি। ছন্নিশুবা নুমিত্তা থুংঙদুনা মপাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা য়াওখি। মপুক্নিং য়াম্না নুংশিনা কপচখি। চীংগী মমাতোন্দু বীজয়কুমারনা লৌরুদুনা শোরাৎ লোইবা ফাওবা মচাগা উনদুনা ৱারী কয়া শানখি। অসুম্না মপাগী শোরাৎ লোইদুনা অৱাবগী পোৎলুম্ মকোক্তা থোনগৎলগা মবুং য়াইমনা মচন নুপীবু অমুক্ মাগী কলেজগীদমক্ হায়দ্রবাদ তানা থিনবীখি বীজয়কুমারনা মমাতোন্দা ইমা পাবুংসু লৈত্রে ইচনগী ডাক্তর তম্বসু লোইশিল্লক্ লগনি সিদা পুন্না লৈরসি হায়জে। অদুবু মমাতোন্না মতম খর লৈরগা খন্নসি ঐসু আদা য়ুম, অমা লৈবনিনা মদু হুন্দোক্পা য়াদ্রি হায়জে। মমা অতোম্বী লিজিশাসু মরামগী ময়ুম্ তানা অমুক্ হনখি। বীজয়কুমারগী মমাসু পেনসন ফংঙে, মবোক্, মবুবোক্ অনিমক্ চহি য়ামশিল্লক্পগা লোয়ননা নোংম-নোংমগী সোনজিল্লক্লি। হৌজিক্তি ইমুংগী ভার পুম্নমক্ মাগী মথক্তা তারক্লে।

বীজয়কুমার মাগা লাইরিক্ তম্মিন্নরক্পা হয়ার সেকেন্দরিগী ওজা ওইবী থাংমৈবন্দগী হিদংময়ুম গোপালগী মচানুপী মীনারানিগী য়ুমদা মমা থাদুনা হায়ন-শিংনবদা য়ানদুনা মাসু লুহোংলে। মচন নুপীদি মাগী পরিক্ষা মতম ওইদুনা তাক্পীদ্রে। হয়েং ছুটি থোক্লক্পদা চহিগী খুদোল ওইনা মাগী নুপীবু শক্ তাক্কে খল্লে। য়াম্না নুংশিবা অমনা বীজয়কুমারগী ফজবা পুক্চেলনা চীংগী মমাতোন লৌরুরগা মাগী লুহোংবদা 'কুজ' য়াহনখিবদুনি।

মীনদি মখোয় মমা-মচাশি অনিমক্ ঙাওরবনি ঙাংনখি। অদুবু মীয়ামগী চৎনবীদা অঙাওবা ওইনা উজরবসু তোপ-তোপ্পা মীনা তমজনীঙাই ওইবা মহাও অমদি

বীজয়কুমার অমদি মাগী মমা জাহ্নবী অনিনা সমাজসিদা নৌনা পুশিল্লক্পা পামখি। মদুমক্ মমা-মচা চংদুনা পাংথোক্পদা মবুক্লিংদা অমক্পা, চিংনবা, নুঙাইতবা অমত্তা লৈখিদে। থাগৎনিঙাইনি, বীজয়কুমারগী অমদি মাগী অপোক্পী মমা জাহ্নবীগী ৱাখল, পুকচেল অমদি লোনচৎ। লুহোংবা, মঙানি চাক্নৌবা য়াওরল্লগা মমাতোন মরামদা অমুক্ থিনবীরুরে

নৌনা লুহোংলক্পা মতৈমদা মনাও নুপাদু হায়ফেৎ কোইজরম্মী। নুমিদাংদু মতৈমনা চাক্ থোংবা লোইদুনা ময়াম্ চাক্ চামিন্নবদা রনবীরনা "ঐখোয় ইতৈমসি পুজারিদি হৈকো, ঐনা পামজবা ঙাক্তসু থোংবা অদুগা হাওবসু মপা লৈতে। ইতৈমা নং চাক্ থোংবদি খর তোয়বা তারেদো, করিনা চাক্-য়েনশাংগী মরোল চুম্বসিনা" হায়জে। মতৈমসু মনাওগী অহানবা মিংগৌ ৱাঙাংদুদা হরাওজে। অসুম্না থা খর নুঙাইনা অমুক্ লৈরুরে। অদুবু অহনগা ওইশিল্লকপগা নিংথম থাগী ইংবগা অহল অনিদু নোংম-নোংমগী শোনবা হেঞ্জিল্লক্ই। মমৌ-নুপী অমদি মৌ অনৌবী মীনারানি শেবাদি অদুম তৌই, অদুবু ইংবসিদা খাংবা খর ৱারম্মী। নোংমা অহিং অমা মবুবোক্কী অনাবা নুঙাইতে হায়দুনা কোইচেন-চেন্নে, অদুবু নোঙাল্লমদাইদা সংসার থাদোক্খ্রে। তাঞ্জাদুদা মীনারানি মবুক্ য়েক্পা হৌরে হায়দুনা কুম থাগা শুরকপগা হোসপিটালদা পুখৎখ্রে। শোমদা মবুবোক্ লৈত্রে, অশোমদা মাগী নুপী দেলিবরিগী মমাগা মনাওনুপাগা মাগী নুপী পুদুনা চৎখ্রে। থুনমক্ অসোয় অঙাম্ য়াওদনা মচানুপা অমা পোক্লে হায়না টেলিফোন্ তৌরক্লে। কপ্পগা নোক্পগা মচিল-মনাওনি হায়নবদু মঙোন্দদি মতম্ অমত্তদা পুন্না থোক্লরে। বীজয়কুমার মপা ওইবগী নুঙাইগদ্রা মবুবোক্ লৈতবগী ৱাগদ্রা তৌফম্ খংলমদে। চিরবা তাঞ্জাসিদা মবুবোক্কী মথৌ-মঙম্না হেন্না লুম্না খন্দুনা মাগী নুপী অমদি নৌনা ফংজবা মচাগী ৱাখল নাথৈদুনা থল্লগা মবুবোক্কী শোরাৎ ফজনা শোন্দুনা লোইশিনখি। থা অমগী মতুংদা মচাগী ষষ্ঠি পুজা মমিংত ওইনা পাংথোক্খি। অসুম্না অৱাবা মরক্তা নুঙাইবগা য়ান্ন-য়ান্নদুনা চৎপা পুন্সিগী মশিন্নি। কনানসু অসিগুম্বা থৌদোক্ থোক্হল্লোই হায়দুনা খামদুনা থম্বা য়াবা নত্তে সংসারসিদা।

থা অহুম, লৈরগা মবোক্সু নোংমা ইখং-খংহৌদনা মৈফু মনাক্তা মৈ তিক্লিঙৈদা ৱাম্বরক্তুনা খুদক্তা লৈখিদ্রে। উশাদা উচেক্ জুরা পুন্না তোংমিন্নরম্বা অমা পাইখিবগা মাগী মাইকৈ য়েংদুনা অতোপ্পা অমদুসু পাইখিবা হৌনশানি। মবুবোক্না মবোক্কসি মৈতৈগী হায়নবী ঙাগা-ঈশিংগা তাই হায়বদু থোক্ই। মবুবোক্না ঈশিং ওইরগা মবোক্না ঙা তাবদুনা মবোক্সু থুনা চৎখ্রবনি খন্নে। বীজয় কুমারগী মথক্তা পুম্নমক্শি লোইনা নল্লরে। মবোক্কী কর্ম্মসু নীংথিনা শোন্দুনা লোইশিনখ্রে। মতাং অসিদা মনাও নুপাগী ইঞ্জিনীয়ারগী পোস্ট অমা ফংদুনা গুৱাহাটিদা চৎপা তারে। মানবু পাল্লবদি গুৱাহাটিদা লৈরবসু ফৈ হায়দুনা

মমাগা মতম খর য়ুম ভারা ৱায়রগা লৈরুনবা শিল্লে। পোৎ-চৈ পুন্নমক্ য়োম্বা লোইদুনা গুৱাহাটিদা মমা-মচা অনিমক্ বসতা চৎখ্রে। চাওরবা য়ুমদুদা ইহাং হাংনা মতৈ-মনাও পিক্লিবা মচাদুগা লৈবদু বীজয়কুমারগী ৱাখলদা য়াম্না নুংঙাইতবা পোক্লম্মী। নোংমা মরামদা মমাতোনগী মনাক্তা মারুতি কারদা নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা নৌনা পোক্চবা মচা পুরগা থুংলে। মমাতোনবু মতৈ-মনাওমক্ খুরুমদুনা ব্যাবহার তৌজে। মমাতোন্না মশুবু নুংশিনা পমজে। মমাতোন্দা মতম্ খর য়ুমসি থোং লোল্লগা মাম্মা দুশোংদা শিন্নরম্মো ইম্ফালদা চত্তবা য়াদে হায়দুনা মমাতোন নমদুনা পুরক্লম্মী। মশুনুপা-গাড়ী মনুংদা পমজরগা লংন-লংনা লাক্পনা ময়ুম্ য়ৌরক্লে। মতম্ খর মমাতোন্না য়ুম্ শংবীদুনা অঙাং শেন্নবীদুনা মতৈ-মনাওমক্ থবক্ নীংথিনা কাজরে। মসিসু নুঙাইবা সংসার অমনি। হৈনা শিল্লবদি ইফদা ফজৈ হায়বদু বীজয়কুমারগী ইমুংদা য়াম্না শেংনা উবা ফংলি। মচন নুপীদা টেলিফোন্দা মাবু পোক্পী ইমাসু ইম্ফালদা লাক্কুনা মবুংগা পুন্না লৈমিন্নরে, অদুগা মমা অহন্না মবুং য়াইমগা গুৱাহাটিদা লৈখ্রে হায়না ফোংদোক্লম্মী। মমা মচাবুসু ৱারী শানহল্লম্মী, মদুদা মচন্না কয়াদা নুঙাইজবা। ইমুংগী মীনদি খংদবা গুৱাহাটিদা ইঞ্জিনীয়ার ওইরিবা মনাও নুপাসু মাগা তম্মিন্নরক্পা বঙ্গালি নুপী অমগা মরি লৈনরক্খি। কৃপা ভট্টচার্জি কৌবী নুপীমচা অদুসু গুৱাহাটিদগী ওইরল্লে। মপাসু হান্না পোস্ট ওফিসতা জেনেরেল মেনেজরগী ফম পায়রম্বদগী রিটয়ার তৌবা চহি ফাদ্রি। মরক্ মরক্তা রনবীরগা মাগী ভারাগী য়ুমদা কোয়বা লাক্ই। রনবীরনা ফংলিবা থবক্ অসিসু মানা পাউ পীরক্কুনা মখোয় অনি পুন্না থামিন্নবদা অনিমক্ খনমিন্নবনি। মমাসু মানা তোয়না লাক্কুনা মামি, মামি কৌবদুদা মশক্সু অদুম্ মফজৈ, ইচানা পাল্লগদি করিবু তৌগবনো মানা য়ারবদি ইমুংগী য়েৎপীনবসু লৈতবদুদা য়ানীংবগুম তৌরে। নোংমা কৃপাবু পোক্পা শুবোধ ভট্টচর্জি মাগী নুপীগা লোইননা রনবীরগী ভারাগী য়ুমদা মমাগা উন্নবা লাক্লম্মী। মচানুপী কৃপানা তম্বদগী মখোয় অনি নুংশিনজৈ, থবক্সু পুম্না তৌমিন্নরি অদুনা মশানসু য়ানজবদুদা ৱাফমসি ফোংদোক্লে লাকচবনি তম্মী। মমাসু ধর্ম্মসু মান্নবা করিসু অকায়বা লৈতে মীগী মী অমহানি হায়দুনা লুহোংবগী নুমিৎ য়েংদুনা লেপ্নরে। বঙ্গালি শুবোধ ভট্টচার্জি মৈতৈগী কলচর, জগোয়-ঈশৈ, ফিজেৎ-চাক্চা, শান্নবদা ফবা, লাইরিক্ লাইশুদা ফবা কয়াসিদা য়াম্না পামজরম্মী। লুহোংবদি মৈতৈগী চৎনবীদা হোংবা মফমদি গুৱাহাটিদা 'বীবাহ ভাবন' অমা ৱায়রগা হোংশি হায়রে। মনিপুরদগী ময়াম্বদা টেলিফোন্দা পাউ পীদুনা পোৎলোই শেৎপী, ঈশৈ শক্পী নুপী মরিগা পুংয়ৈবা অনিগা ফেমিলি লোইনা লাক্কুনা মনিপুরগী মওংদা পুং-ঈশৈ তৌদুনা হোংবদু অনৌবা অমা ওইনা মীয়াম্না থাগৎনখি। ফজখ্রেদা মনিপুরগী কলচরশে, অসিননি পুম্নমক্কী মকোক্তা হাইগৎলক্লিবসি ঙাংনৈ। অউনপোৎ খরগা

লুপা লাখ-মঙাগা ডাওরি ওইনা পীরক্ই। মমানা য়াদদুনা লুপা লাখ মঙাদু হন্দুনা পীখি। বঙ্গালি ফেমিলিদু অঙকপা অনৌবা চৎনবী অমা নুপা ময়ুম্না উৎলক্পদুদা য়াম্না মপুক্লিং পেঙ্খি। মনিপুরী হায়বা জাতিসি নোংমদি ভারতকী মকোক্তা শোয়দনা লাক্কনি, মখোয়দগী অতে জাতিশিংনা তমজনীঙাই য়াম্না লৈরম্লে খল্লখি।

লুহোংবা লোইরগা বস অমা রায়দুনা মনিপুরগী ময়ুম, কাকৈথেলদা বঙ্গালি মৌগী ফেমিলি লোইনমক্ লাক্কুনা মঙানি চাক্কৌবগী মওংদা অচৌবা চাক্ অমা শিনখি। মদু অমুক্তা থেংনদবনা বঙ্গালি ভট্টচার্জি ফেমিলিদু অপেনবা পোক্খি। ইউনিফোর্ম অমদা লুনা-নাম্না পুজারি ১০ মুক্ অরাংফম্নচিংবা অমত্তা রাক্তনা নুপীশিংনা ফিগে ফনেক্, রাংখৈফি, শেৎ-ইন্দুনা লুনা-নাম্না স্না-লুপা কয়াগী লৈতেং শিদুনা চাবা য়াওবা লাক্খিবা, নুপাশিংনা ফৈজোম্ পুময়াৎ শেৎ-ইন্দুনা ঙক্তা শাল থাদরগা লাক্পদু উবদা লমদম্ অসিদি স্না লৈবাক্ মনিপুর হায়রিবসিদি য়াম্না চুম্মী খনখি। অসিগুম্বা জাতি অমদা ওংদুনা মচাগী তুংগী পুন্সিনা তিনখিবা হায়বসি চাওথোকচনিঙাইনি খনখি।

মবুং অনিমক্ থবক্ তৌরে, লুহোংলে। মচন চান্দনী মাগী মেদিকেল কোর্স লোইদুনা থোরক্লে। মবুং অহন-মনম্মা অনিনা লুনা তৌবীদুনা মমাসু মরামদা চৎনিংবগী রাখল কাওরক্লে। ইন্টর্নসিপতি ইম্ফালগী রিমসতা তৌনবা ঙাংনরে। মমা-মচা, মবুং, মনম্মা, মবুংগী মচা পুম্নমক্সিনা মাগী অপেনবা নুঙাইবা পুন্সি অমদি ফংজরে। অদুবু মপাবুং, মবোক অমদি মবুবোক্তি মানা অমুক্ হন্না পুন্সিদা উবা ফংলরোই খল্লুবদা মপুক্লিং নুংশিনা পরেং শানা লৈপরেং অমমম্ শিরগা ফক্লাংদা লাই ওইনা থেৎলিবা ফোটোশিংদু য়েংজরি। হৌখিবা মতমদা তুংগী ফনবা মশাগী মহৈ-মশিং তম্লিঙৈদা কায়নরমদাই মিক্কুপ্তা মখোং শোক্লা শেবা তৌজবা ফংহৌদ্রবা কয়াদু নীংশিংলুবদা মমিত্তগী মপি মতুম মতুম শিঙ্গুরি। তাইবংগী খোংচৎনি, মপুগী শিঙ্গানি, হোংদোক্-হোংজিন য়াবা নত্তে। রারবসু রানা, নুঙাইরবসু নুঙাইনা মতম্না লোইনমক্ পুখিদুনা অহোংবা কয়া কয়ানি উরক্খিগদৌরিবা মীওইবনা। মনম্মবু খুরুম্দুনা “ইনম্মা ঐবুদি লুনা তৌবীয়ুকো”– হায়জে। মনম্মনা “ঐগী অমতং লৈজবা ইচনবু করিগী লুনা তৌরোইদোইনো। নংগী অনিংবগী মায়োক্তা লৈরুরবদি নংগী তামোচৌগী কিন চাবা শোয়দ্রবনি ইবেম্মা” হায়। হরাউনা মনম্মবু কোনজে, ওইনজে। মনম্মদগী মচাদু লৌরগা মখজাইদা হন্না-হন্না চুপ্লীরি।

অসুম্না ময়ুমদা লৈদুনা রিমসতা ইন্টর্নসিপ লোইশিল্লে। হাউসজোব অমুক্ তৌথরে। নোংমা গুরাহাটিদা মবুংনা কৌদুনা মনম্মগা শক্খংনবা গুরাহাটিদা চৎখি। মমা জাহ্নবীনা মচানুপী লাকপদা কয়াদা হরাউজখি। য়ুমগী অরাৎপা মাগী পাবুং, মবোক্, মবুবোক্

লৈখিদবগী মরমদা নুঙাইতবা ৱারী তমদুনা মমা-মচা কপমিন্নখি। নোংমা মাগী পাবুংনা কন্না নাবা মতমদা নচানুপীবু লুনা তৌবীয়ুকো, ইচাগী মপুক্লিং নুংশিহনগনু হায়রম্বদু নীংশিংদুনা মমাগী মমাংদা হিক্লা হিক্লা কপমিন্নখি। অসুন্না কপমিন্নদুনা লৈরিঙেদা মবুংয়াইমা রনবীরগা মাগী মনম্মা কৃপাগা চংলক্ই। মচন্নুপীগা মমাগা পুন্না কপম্মিন্নদুনা লৈরম্বদুদা মখোয় অনিদি ওফিসতগী মচল লাকনি হায়দুনা খর ঙন্না হনজরক্পনি। ৱা অমত্তা ঙাংদনা তুমিন-তুমিন চংলক্ই। মমাসু-মচনসু কপ্পুবগী পিরাংশিং তৈথোক্চরগা তামোচা, ইনম্মা হায়দুনা চংশিল্লগা খুরুম্মী। মাগী তাক্লুদনা মফম-মতম্ চপ্ চানা তৌথোরক্পা ব্যাবহারসিদনি মীপুম্ খুদিংমক্লা মাবু নুংশিরিবা। বঙ্গালি মনম্মদু মাগী ব্যাবহারদুদা নুংশিনা কোনবীরম্মী। থুনা য়াংনা মাগী কাদা পুশিন্দুনা মাগী অরৈবা ফি-রোল লোইনমক্ মচন-নুপীদা নংগী অপাম্বা খল্লু হায়দুনা য়েংহল্লি। মনম্মনা "নং হাউসজোব তৌরবদি ডাক্তর ওইরবগুম্বনি। ঐবুসু খর য়েংবা তারে" হায়রম্মী। খুৎলাইদি মাসু পুদুনা লাক্ই, মনম্মগী বি.পি. চেক্ তৌবী, অদুগা ইনম্মা নং থা অহুম্ শুরে হায়রগা মখোল হৌনা মখোয় অনি নোক্মিন্নরম্মী। "মমানা সন্ধ্যাদা হৌনা নোক্নু" হায়। অচুম্বগীসু মনম্মদু থা অহুম শুরে, মীরোনবা। মাদি ফাগি ওইনা হায়জরুবনি। মনম্মনা ইচনদি য়াম্না হৈবা ডাক্তর ওইরম্লেদনা হায়। অসুন্না মবুংয়াইমা অমদি মনম্মা য়াইমগা শক্ খংনদুনা নোংমনিনি লৈরম্লগা মমা জাহ্নবীগা পুন্না য়ুমদা অমুক্ হনমিন্নরক্লে। মচনগী অপাম্বা খুদিংমক্ মবুংগা মনম্মগনা লৈবীরে। মপুক্লিং নুঙাইনা মমা-মচা হল্লক্লে।

মতম্নদি লেপ্তুবনিনা মাগী হাউসজোবসু লোইশিল্লে। ডাক্তরগী শিনফম, মপুং ফারবনিনা থাজ-য়োনজবগী মতাং অমুক্ য়ৌরক্লে। মাগীসু মাগী পামজবা খংনজবা করিগী লৈতনি। জৌবনগী লম্বীনা মাবু নুংশিদনা কান্দুনা চৎখিবদি কদাইদগী য়াগনি। মমা জাহ্নবীনা মচা নুপীদা ইচাগী অপাম্বা 'নুংশিনবা' নুপা লৈব্রা হংই। মচাসু মীনম্মদুনা কৈদৌনি খন্দুনা মমাদা শেংনা হেক্তা হায়রে। ৱাংখৈদগী রোমেস কৌবা ঐগী মমাংগী বেদজদা তম্লম্বা হৌজিক্ রিমসতা রেজিস্টার ওইনা চংখ্রবা মপাসু এস.ই. ওইবা অমা লৈ। অদো! ইমা মাদি মৈতৈনি, য়ুম্নাক্লা লাইশ্রমনি হায়রে। মমাদু ৱাখল লৈতানা মুন্না খল্লুরগা মবোক্সু মকুবোক্সু লোইনা লৈত্রবনিনা য়েৎকদবা থোইনা লৈত্রে। বামোন্না মৈতৈ লৌবদি য়ারগা মৈতৈনা বামোন লৌবদা য়াদে হায়রিবা চৎনবীসি মা শোয়দনা মচানুপীগী লুহোংবসিনা সমাজদা খরদি চুমথোক্লগে খল্লে। মচানুপীদা নুপাদু নোংমা য়ুমদা পুরক্উ ইমুংগী মীগা-লোইনা শক্ খংনহনশি হায়বদুদা- মচানুপীদু কয়াদি হরাউরে। মমাদা কোনশিন্দুনা ইমা! হায়না ওইনজরম্মী। মমানা নুমিদাংদা মাগী লোন্নবী মনাও নুপী-লিজিশা, মচা অহল বীজয়কুমার, রনবীর, মাগী-মাগী মৌ-লোইনমক্ পুন্না মিটিং অমা তৌই। মচানুপা রনবীর অমদি মাগী মৌ-কৃপাসু য়ুমদা থোরক্লুনা লৈ নখোয়

লোইনমক্ ঐনা হায়বসি য়ারো, ঐদি ইচাগী নীংবসি থুংহনবীগে খল্লি হায়। কনামত্তা মমাগী ৱাদুদা য়েন্ত্রে, য়াম্না ফবা ৱানী হায়রে। মনাও নুপীসু ইচেনা শিনবনা ঐখোয়গী শোয়দনা ফংগনি হায়না খুমই।

নোংমা মারুটি কার অঙাংবা অমদা মমান্নবা ডাক্তর অম্নগা ডাক্তর রোমেস চান্দনীখোয়গী য়ুমদা লাক্ই। মবুং বীজয়কুমার থোরক্নুনা ওকই। ফমফম্ কাদা পুশিন্দুনা ইমুংগী মী লোইনা কোয়না ফম্মী। মৌ অতোম্বীগা মচেগনা চা নুং, চান থরুবা পুথোরক্ই। মীওই শুনা ফম্লবা তুংদা বীজয়কুমারনা মমাদগী পার্মিসন অমা লৌরগা মখোয় পুন্নমক্তা মখোয়গী ইমুংগী মমা অতোম্বীগী য়াওনা অশাংবা ৱারী লীরবা তুংদা ইমুংগী মীশিংদু অমমম্ত ওইনা শক্ তাক্ই। সিনা ইৱাই কৌগদবনি, সিনা ইচে, সিনা-ইমা-নৎত্রগা অবোক্, ঐখোয়গী ইমুংদি ব্যাবহার য়াম্না পামজবা নিতি-নিয়ম, নীংথিনা ঙাক্লা চৎপা ইমুংনি। জাৎ-বীজাৎকীদি থোইনা ঐখোয় খায়বা পামদে। মতৈ-মনাও ওইরগা তোঙান-তোঙান পৈশাগী থবক্কী তোঙানবা পাউ ফাওনদবদগী সমাজদা অকায়বা কয়া থোক্ই। মসি মখোয় অনিনা মোত্ তিন্নবা ৱারবসু নুঙাইরবসু মতম্ মতম্গী পুন্না শরুক্ য়ামিন্নবা হায়বসি তঙাইফদবনি। ঐনা হায়রিবা ৱাফমশিংসিদা ইবুঙোগী য়ানীংদবা, লৈরবসু শেংনা ফোংদোক্উ। ঐদি মবুং অহন্নি, পুন্নমক্কী ভারিসি ঐনা পুগদৌরিবনি। হয়েং ইচন্না খাইনবা থোক্লবসু ঐগীদি ইচন্নিনা হায়রিবা কন্দিসন খৎন-চৈনবা য়াওদবা অফবা ইমুং অমা ওইখিবদো ইমুংসিগী অপাম্বনি। ঐগীসু ইচন্দি মথন্তনি, অদুনা ইবুঙোনা য়ানীংবা, য়ানীংদবা-লোইনা ঙসি হায়বীরো হায়রম্মী। মবাই ওইগদৌরিবা বীজয়কুমারগী ফজবা মবুং অমনা মচল অমদা উৎলিবা নুংশিবা তুংগী য়াওনা উবীদুনা শোয়দনবা লম্বী তাকপীবদুদি ঐগীদি লাইবক্ য়াম্না ফরবনি হায়রম্মী। ইবুঙো অনিমক্ ৱারৌবীবা য়াদে, ইবুঙোখোয়গী অহল-লমন থারক্নুনা অমুক্তং হায়বা লাক্হল্লু, মসিসু চৎনবীনি, ঐখোয়দি চেল্লগা হোংবসু পামদে, অদুগা য়াম্না চাওনা পৈশা চংনা হোংবসু পামদে হায়রম্মী। মাগী অপাম্বা ঙাক্তা বীজয়কুমারনা হায়রক্পদুদদি মাদি কয়াদা নুঙাইরে মরুপ্ অদুনসু ভাই নংগী নুপী মপামসিদি থাক্ য়াম্না ৱাংবা, ৱাখল লৈবা ইমুংনি। অসিগুম্বা ইমুংসি মশিং খর য়াম্লগদি মনিপুরসি অওনবা অমদি শোয়দনা পুরক্কনি হায়না ৱারী শান-শানদুনা হনখ্রে। শোমদা মনাও নুপা রনবীর মাগী নুপী, কৃপাগা লোইননা মাগী থবক্ মফম্ গুৱাহাটিদা চৎখ্রে। হন্দক্তি মমাদি য়ুমদা মতম্ খর লৈথিগে হায়দুনা লৈহৌরে।

নোংমা লাইশ্রম্ গৌরকিশ্বর ডাক্তর রোমেসকী মপা-মাগী মরুপ্ কুল্লধজ দি.সি. ইবোচৌগসু হান্না মুন্না খংনবা রিভিনিউ দিপার্টমেন্টতা হেট ক্লার্ক ওইরম্বা অমগা বামোন্ ইমুংদা চান্দনীগী দমক্ মৌ হায়বা লাক্ই। মবুং বীজয়কুমার থোরক্নুনা ওক্ই। মচন্দা

ইবেম্মা চাদু ঙসিদি নংনা শেম্মকৃউ হায়। মনম্মনা লোল্লগা মচল নুপীনা ফি মতেক্ অমনা মকোক্তু খুল্লগা চা পুদুনা থোরকৃই। বীজয়কুমারঃ- সিনি ঐগী নুংশিনা থমজবী ইচলদো মাম্মা হেক্তা কৌজরগে হায়। গৌরকিশ্বর মমৌ ওইগদৌরিবী খুত্তুনা লানবা চা কপতু পায়রগা লৌই। কুল্লধজসু লৌই। চান্দনী থোইনা ইকাইবা হৈনদবা পোক্তে। মরমদি পুল্লমক্ শুনা খংলবী মমা-জাম্ববীগী খুৎ চানা অমত্তা চিৎথদনা তম্বীদুনা হৌন-লোনচৎ লোইনা খংলবী নুপীমচানি। মশক্ মতৌ ফজবী, রাসি লৈবী মমৌ ওইগদৌরিবীদুনা মখুৎনা চা লান্দুনা থক্পদুমুক্ নুঙাইবা অমা লৈখিদ্রে, রোমেসকী মপাদো। মমা থোরক্তুনা মচাগী মনাক্তা মোরা অমা পুশিল্লক্লগা থাদুনা ফম্মী। চা থক্পা লোইরল্লগনি হায়বা তাঞ্জাদু খংনা মমৌনুপী অমুক্ চংলক্তুনা কপ্পচিংবা অমুক্ পুদুনা চৎখি। হৌনা খংবা ইম্মুংগী লোনচৎ হায়নবা নাইদবী শৎ-শৎ তৌবদু উবদা মৌ হায়বা লাক্লিবা অনিদু ইকাইজে। মমানা ঐখোয়গীদি মপাসু লৈত্রবনিনা ইচানুপানা য়ারগা লোইরে। নোংমা অমুক্ কুঠি ককা পুরগা পক্ল ব্রাইনা অমুক্তংদি য়েংথোক্লবা ইচন নুপীদো থাবীরকৃও হায়জে। ঙাংনবা য়াবা তানবা য়াবা খর ঙাংনরগা ডাক্তর রোমেসপু পোক্পা গৌরকিশ্বর মাগী মরুপ্ কুল্লধজগা য়াম্না পুক্লিং নুঙাইনা থোক্লকৃই।

পক্ল-ব্রাইনা য়েংবদসু য়াম্না পক্লে তম্বা থোক্তে হায়না পাঞ্জিনা হায়রে। ফাইরেনগী ১১ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা লুহোংবগী নুমিৎ লেপলে। গুব্রাহাটিদগী মবুং য়াইমদসু পাউ পীখিদুনা মাসু মাগী নুপী কৃপাগা অমুক্ থুংলরে। ময়াম্ পুল্লমক্ অউন্ পোংকী পোৎ-চৈ লাংগদবা পুল্লমক্ মমানা হান্না খর-খর মচাগী লাংশিনজদুনা অমত্তা ব্রাত্তনা লৈরে। মমা অনিমক্ য়াম্না মত্ তিন্ননা মচাগী করি ব্রাৎলি করম্ করম্বা পোৎ হাপ্পা য়াবা মখৈ তোঙান্না থম্লে। মবুং অনিসু হৌজিক্ কানগী অনৌ অনৌবা অউনপোৎ কয়া তানদুনা য়াম্না পুকচেল খোয়জেল তিন্ননা শুনবা হোৎনজে। অসুম্না ফাইরেনগী ১১ নি পানবা ফেব্রুব্রারি থাগী তাং ৫ ইরাই নুমিৎকী পুংফম, য়ৌরক্তুনা চান্দনীগা রোমেসকা লুহোংবগী বার্তোন নমদুনা হৈজিংপোৎ পুবা লোইখ্রে। মমা অনি চংদুনা য়ুম্বাললোন মখল মথেল কয়া হয়েং তুংগী য়াওনা মচাদা তাক্পীরে। হয়েংনি হায়বগী অয়ুক্তা বর বার্তোন চৎখ্রে। নুমিদাংদো মখোয়গী লৈখিদ্রবা ইমুংগী মবোক্, মবুবোক্ অমদি মপাবুংগী মিংশেল চনবা ফোটোশিংদু নীংথিনা শেংদোক্তুনা পরেং শানা ব্রাই-রম্ তৈথোক্লগা মফম চানা থম্লগা মমাংদা ধুপ থাওমৈ থাদুনা মমা মচা ইমুংগী মী অমত্তা চিৎথদনা খুরুমজে। মমাসু মবুংসু লোম্না থুপ্না হিক্লা হিক্লা কপ্লম্বদগী খাংবা ঙল্লক্তুদুনা মখোল থোক্লা হো! মাইপাবুং নচা নুপীবু লুনা তৌবীয়ু ইচাগী নীংবা থুংহনবীয়ু হায়রম্বদো ঙসিদি নচা নুপীসে লুহোংবা নুমিৎ য়ৌরক্তুনা মীগী ময়ুমদা থিনখিদৌরে। নচানুপীবু মকোক্তা নানবীদুনা নুঙাই য়াইফবা বর পীবীররো হায়না মখোল থোক্লা

কপ্লম্মী। মমানা কপ্পদু উরগা ইমুংগী মী লোইনমক্ পিরাং থিংবা ঙমখিদরে। মচানুপীসু মখোল থোক্লা কপ্লক্লে। মবুং অহল, মবুং য়াইমা, মমা লিজিশা, মৌশিং লোইনমক্ মবুক্ পেন্না কপমিন্নখি।

চাক্-ঈশিং চানদুনা তুম্নবা মতম্ ওইরক্লে। চীংগী মমা অপোক্পীগা মচাগা ফমুং অমত্তদা তুম্মী। শোমদা মমা অহলদু মথন্তা তুম্বদু মচানুপীবু অসুম, নুংশিবনা হেল্লক্লুনা মমা-মচানা তুন্নিবা ফমুংদুদা কাখৎলগা মচাবু ময়াই থংহল্লগা মমা অনিনা কোন্দুনা তুম্মিন্নখ্রে। ব্রজগী জশোদানা মচাবু নুংশিজবা অপোক্পী মমা দৈব্যকীনা মচাগা তুম্মিন্নবা ফংখিদবা, ঙসিদি অমুক্তা থোক্তবা লোন্নবী মমা অনিনা অতোম্বীগী মচাবু মমা অনিগী মথাদা পুন্না কোন্নদুনা তুম্মিন্নরি। লাইয়াম্ নখোয়সু লোইনা লেপ্লগা অহিংসিগী দৃশ্যসি য়েংলোলাও! উবা ফংলোই তাইবংসিদা, তাংনা থোক্পা থবক্নি, যুগ অমদা অমত্তা ওইরমগনি, অমুক্উগে ফংলোইদবা!

নোংঙাল্লে, পুন্নমক্ হৌগৎনরে। থবক্ ইনখাং শৎ-শৎ লোইশিন্নে। অরাংফম লাক্পা হৌরে। চাক্-ঈশিং চানরে। ঙাইহাক্ লৈরগদি পালা হৌখ্রে। বর যাত্রা তৌদুনা লাকপনা দুউটি ওকখ্রে। মগুব ময়াইদা নুংশিবা বেন খোংদুনা বর পুথোকখ্রে, বর লুহোংফালদা ফমখ্রে। শোমদা পোৎলোই শেৎপা লোইদুনা কৈন্যা থোক্লনবা বেন অমুক্ খোংলক্লে। চান্দনী মাগুব ময়াইদা পুথোরক্লে, মবুং খুরুমলে, শোনবা খোৎপা লোইদুনা মমা জান্ধবীনা মাগুব ময়াইদা চংদুনা মচা-ময়া অনিগী খুৎতা কুশনা পুন্দুনা কুজগী কম্বী থাংগৎলি। মমা লিজিশানা মচেদা হান্ননা মচাগী লুহোংবগী লাইগী তিনগী হৌনবী পুন্নমক্ মশানা য়ানা শিন্নদুনা মচেনা তৌরিবনি। মবুং অহন্না দান পীরে, মবুং য়াইমা মরুপ-মপাং, ইমুংগী মনম্মশিং মমা অনি লোইনমক্ মচাগী দান পীজরে। অসুন্না মাগুব ময়াইদা তরেৎলক্ হন্না কোয়দুনা লৈ হুক্লুনা বর কৈন্যা অনিমক্ লুহোংবা লোইদুনা নুপা ময়ুমদা থিন্দুনা চান্দনীগী লুহোংবা মপুং ফাখি।

মমা অনিবু নুঙাইনা শেবা তৌদুনা মচা নুপা অনিনা পুকচেল খোইজেল তিন্ননা ইমুংদুদা পুন্না লৈমিন্নখি অদুবু মনাও রনবীরদি গুবাহাটিগী মাগী থবক্ মফমদা মাগী নুপী কৃপাগা লোইননা অমুক্ চৎখ্রে। মচন-নুপী লুহোংখ্রবা তুংদা মবুং অনিগী পুক্লিংদা য়ান্না নুংশিবা ইহাং-হাংবা থম্মোই অমগুম্ নুঙাইহৌদবা অমদি পুক্নিসিদা লৈহৌরে।

১৫-১২-২০০২

# চীঙ্য়া তময়াদসু

নবকিশ্বর চীঙ্গী স্কুল অমদা ওজা ওই মানা ওজা ওইরিবা খুল অদু অৱাংবা চীঙ্দোলদা খুন্দাবা লমনী। য়ুম্নাক্ চহমলোম্ লৈবা খুলনি। খুল অদুগী চান থরুবা পোৎ-চৈ ইম্ফালদগী পুরক্পা তারগদি বস থাফম্ ম্যেন্ রোততগী য়াম্না শাংনা খোঙ্না চৎলগা অঙম্বা খুলগী চীঙ্দু ৱানা কাবা তারম্মী। নুংতিগী চান-থরুবা ঈশিং শোক্পগী থবক্স্থু য়াম্না ৱাবা থবক্ অমা ওই। মাগী স্কুলদুগী ওইনা খুলনা শাবা ক্বাটর ওইনবা য়ুম অমদি খুলগী চৎথোক্ চৎশিন তৌরিবা মরুওইবা লম্বীদুগী ময়াদা লৈ। মদুদা মা মৈতৈ অহল পেন্সন ফংগদৌরবা ওজা গোপাল (মপাগুম্বা) অমগা লৈমিন্নে। নুংতিগী চাক্-থোংবা ঈশিং-শোক্পা অয়াম্বা মাগী মথৌনি। মানা ঈশিং-শোক্পা চৎলিবা মফমদু য়াম্না য়েংবদা পুক্লিং হুবা মফম্ ওইনা তৌই অশঙ্-অমানতনা থল্লবা চীঙ্মাইদুগী হায়থরক্পা পারিংদুদা হৈতুপ পাম্বীশিং মরাং কায়না হৌই। কনাগুম্বা হৈতুপ-চানিংবা অঙাংশিংনা কারগা হেক্পসু য়াওই। হৈক্রু পাম্বীসু মরাঙ্-কায়না হৌই। অদুবু কনানসু হেক্কুনা করবারগীদমক্ ইম্ফাল তানা পুরক্পগী ৱাখলদি থোইনা তৌরুদে। কুমগী অশিৎঅৱানথা য়ৌরক্পদা লম্মৈনা চাক্কুনা অয়াম্বা মাঙ্লি। অসুম কুমথরক্রুগা ঈশিং খোংদু অরাপ্পদগী পোলিথিন পাইপতা পুরক্রুগা মফমদুদা পাইপতগী টৌতিগুম্না য়াম্না মরাং কায়না তরু তরু লুবা অইঙ্বা লোক্কী ঈশিং ওইনা ময়াম্না চানা থরুবগী পাত্রদা য়াদুনা পুনৈ। লৈশাবীশিংনা মাগী মাগী শমদা এল্লুমিনিয়মগী স্নাবুল অমমম্ হাপ্লগা শমগী মরীনা লাইবক্কী খর মথক্ লৱাই ওইরপ্পা ফারগা নঙ্গন্দা শমদু পোদুনা অদুম চৎলি। ঈশিং খোংগী অকোইবদা পাক্লবা নুঙ্পাক্ কয়াসু ফি-রোল পুরক্ লগা নোংমাইজিং নুমিৎকুম্বদা শুনৈ। নবকিশ্বর খুলদুদা ওজা ওইরক্পসি চহি অমগা মখায় ফারক্লে। মা নুপী থিদ্রিবা পাখংনি। ইনখৎলক্পা পাখংগী থম্মোইদা নোংমগী মনুঙ্দা অমুক্তংদি কনাগুম্বা মানা খোয়দাজবা নুপীমচা অমগী ৱাখলদা ঙাইহাক্ মোন্দ্রঙ্ চুদুনা শান্নবসু নুঙাইবা অমদি ওইনৈ। মাসু মানা অসুম্ খল্লুবদা পুক্নীঙ্দা মাগী ওইবা য়াবা নুপীমচা অমগী ৱাখলদা ভাবনা লাম্বদা ইফং-ফংদবা হান্না খঞ্জরম্বা অমসু অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ুম্ পানথোক্খিবদগী মাগী ৱাখলসু থাদোক্খ্রে। মাগী চানবা অমত্তা ঙসি ফাওবদা

তম্বীদবগুম্ ৱানা ঙাইজরক্‌ই। মরিংনা শাবা শংবাইবু নাম্মদা শাবা হৌনৱ্রা; জুরা জুরা শাফম্ থোক্‌ই ঐগীসু অমদি শোয়দনা লৈরমগনি থেংনদবগী ৱানি খঞ্জে।

চীঙ্‌গী খোংদা ঈশিং শোক্‌পা চৎপসিসু কনাগুম্বা মানা পুক্নিঙ্‌না খোয়দাজবী অমনা মফমদুদা ফিককা শুদুনা লৈরম্লবদি মাসু ঈশিং শোক্‌পদু ঙাইহাক্-লৈতনা শোক্লিঙ্গদবা। অদুবু মফমদুদা ঈশিং শোক্‌পা লাক্লিব়ী, ফিশুবা লাক্লিব়ী লৈশাবীশিংদুদি মৈতৈ লোনসু থোক্তে, লাইরিক্লু কয়া তমদবনা চীঙ্‌গী লৌমী ওইনা হিংবনা অয়াম্বা ওইবনা ৱারী শাফমসু খঙ্‌দে, মশা নানবসু থোইনা য়াওদে, অদুনা মানা খোইদাজবা ৱাখল নুঙাইবা খন্নবগী মচাক্ ইফং ফংদে। চীঙ্‌গী অঙম্বদু কুমথরগা ঈশিং বালটিন্দু থন্না শোক্লগা অঙম্বা চীঙ্‌দুদা অমুক্ অরুম্বা বালটিন্দু খুৎ-য়েৎ-ওইশিন্ন-শিন্নদুনা কারক্‌পদু কয়াদি ৱাজে। মাগা লৈমিন্নরিবা ওজাদুদা কমদৌনা ঈশিং হোল্লু হায়গনি, চহী মতাং অদুদা। অসুম্না মঙোন্দা ঈশিং শোক্‌পগী থবক্ সিমদি য়াম্না অৱাবা অমা ওইরম্মী। নোংমদি নবকিশ্বরনা ৱাখল ফুম্বংননা ঈশিং শোক্‌ফম্ ঈশিং খোংদা ঈশিং শোক্‌পা কুমথরক্‌ই। মা ইরুজবগী থৌরাংসু মাল্লি; ফদি-সাপোন, তাৱেলনচিংবা লোইনা শুনবা য়াওরক্‌ই। মানা লাপ্না উবদা নুপীমচা অনীখক্ ফিশুদুনা লৈবা উই। মখোয় অনিনা শেৎলি-ইল্লিবা ফিশিংদু খুন্দুগী লৈসাবী মচাশিংনা শেৎ-চারিবদুগা য়াম্না খেন্নৈ। অমদি লেপখৎলগা ফি শুল্লি, মতুং ওঙ্খোরক্‌পদা পুল্লম্বা মাগী শন্নাংদু নাম্বরক্লুনা জ্বাই লাওনা তারক্‌ই। মদুনা নবকিশ্বরবু তুংলোমদগী উবদদি মমিৎ ইথক্ থক্‌হল্লি। মমাইদি পাক্লা লৈথোরক্তে। অসুম্ কুমথরক্‌পনা নবকিশ্বর ঈশিং খোংদু য়ৌরক্লে। মশক্ মতৌ ফজরবী লৈশাবী অনিখক্ মমায় মমায় ওনশিন্নদুনা ফি শুদুনা লৈবদু উরুবদা নবকিশ্বর মবুক্লিঙ্‌দা খল্লক্‌ই; — "ইস ! ঙসিসিবু করিনো মঙ্‌লা তাইবংলা; অসুক্ মশক্-মতৌ ফজবী লৈশাবী অনিসিদি ঐদি খুনশিদা লাক্‌পদগী অমুক্তসু উখিদ্রি। কমদৌনি সিদে", "মখোয় অনীসিবু অকোয়বা নিপাকক্তা লৈরমগদ্রা"? মাগী ৱাখলনি। কনাগী মচা-মশু ওইরিগবা? মখোয় অনীসি ইম্ফালদা নৎত্রগা করিগুম্বা সহর অমদা লাইরিক্ তম্লুরগা ময়ুমদা লাক্‌পা ওইরমগদ্রা খল্লি। মহাক্ মখোয়দা ৱা হংগদবসু ইকায়বগুম্ তৌরে করিনা হায়ববু মানা হেঞ্জিন্না খনজিল্লুবনা। মানা ইচম্ চম্না খল্লম্বা ওইরগদি ইরায় লায়না হংনদুনা ৱারী শানবা য়ারবনি। মখোয়গী মমাঙ্‌দা মা-মফি মরোল হোংদোক্‌তুনা ঈরুজগদবা ফাওবা ইকায়জরম্মী। অদুবু মাগী ৱাখলদা ঐনা ঈরুজদনা ঈশিং বালটিনশি পুরগা চৎখ্রগসু মখোয় অনিগী মশকশি কুইনা য়েংবা ফংলোইদৌরি। অদুনা মা পাক্লসু মফমদু থাদোক্লুনা চৎনীংদ্রি। মচিল-মনাও অনীদুদি মখোয়গী মরোলদা করি করিনো ৱারি শানরি। নবকিশ্বর তুমিন্না ঙাইহাক ফমদুনা ৱাখল তৌরিঙৈদা মনাও নুপীদুনা নবকিশ্বরদা ওনশিল্লগা— "ইবুং নংদি মীতৈরা"? নবকিশ্বর ইঙক-ঙক্লা — "অ...অং মানি" খুমই। " নংদি খুলসিদা

করি তৌবা লাকপ্রা"? "ঐ খুলসিগী হায়স্কুলগী অঙ্কগী ওজানি" হায়না খুম্মী। মখোয়না ঙাঙবা হৌরকপদুদদি মাসু ইকায়বা খর ফরে। "নখোয়দি ঐনা খুলসিদা লাকপদগী অমুক্তসু উদে, নহানমখৈ কদায়বাইদা লৈরুই"? ওজা! "ঐখোয়দি ইম্ফালদা দুলালেন্দা লৈবনি"। দুলালেন্দা ঐখোয়গী য়ুমসু লৈবনি, নংদি করি লৈকায়দগীরা"? "ঐসু ইম্ফালদগীনি, শিংজমৈদগীনি"। "ইবুংগী মিংদি করি কৌব্রা"? "ঐগী মিংদি নবকিশ্বর কৌই"। "নঙ্গী মিংদি"? "ঐগী মিংদি আইরিস শমুএল কৌই"। "ইচন অমসিদি ৱাসু ঙাঙ্দে, তুমিন্না অসুম্ লৈ, মাদি মরোল থোক্তব্রা"? "করিগী থোক্তগনি, নঙ্গী নশক্ ফজবদু উবদা ইকাইজৈ হায়দুনা ঙাঙদবা ওইরমগনি"।। মনাও নুপীগী ৱাদু তাবদা মচেদু মোমোন নোক্চৈ। "অদু, মাগী মমিংসি হংবা য়াগদ্রা"? "করিগী য়াদগনি, মশাদা ফজনা য়াম্না নুংশিনা হংবীয়ু মা শোয়দনা খুমগনি"। নবকিশ্বরনা অদুদি হংলগেকো, "হো! চীঙ্গী ইচল!! অদোমগী মিংবু করি কৌবীবগে"? মনাওনুপীদু হৌনা নোক্থোক্লগা; "নঙ্গী সিদি দ্রামাবু মাল্লিনে" হায়। মচেদু মোমোনতমক্ নোক্ই, খুমদি ইখুম্ খুমদে। "ফরে, খুমদ্রবনিনা হয়েং ইম্ফালগী য়ুমদা নোংমা কোয়রক্লগা হংবা তারেদনা"। তশেংনমক্ করি খল্লুরবনো মচেদু করিমত্তা খুমদনা মনাও নুপীগা মখোয়গী খুলগী মরোন্দা মনাও নুপীনা পংঙাঙ্ ঙাঙবদুদা চৈরম্মী। মখোয় অনী ফিশুবা লোইদুনা শম্ অমমম্দা অশুবা ফিনে ঈশিং স্নাবুল অমমম্ হাপ্লগা নবকিশ্বরদা মনাও নুপীনা ইবুং মমিং হংবদা খুমদবদো মাগী ঈশিংসি খর থোনবীরো হায়রম্মী। নবকিশ্বর হরাউনা চংশিল্লক্তুনা শমদু পায়রগা থোনবীরম্মী, মনাওগীসু অমুক্ থোনবীরম্মী। মনাওনুপীনা "ইবুং নঙ্ লৈহৌখো ঐখোয় অমুক্ চৎলগেকো" হায়রম্মী অঙম্বদু খর কাখৎলগা মচেনা মনাও নুপীদা করিনো খর হায়খিবগুম তৌই, অদুদগী মতুং ওম্থোক্লগা ইবুং! নঙ্ হয়েং ইম্ফালগী দুলালেন্দা ইচেগী মমিং হংবা শোয়দনা লাকউকো" হায়রম্লগা অদুম তপ্না তপ্না অঙম্বা খুলগী লম্বীদুদা ময়ুম্ তানা চৎখ্রে। নবকিশ্বর মতোমত লৈহৌরে। চীঙ্য়া তময়াগী নীঙথিরবা দৃশ্যদু য়েংনা য়েংনো থম্মোইদা ঈশৈ অমা ঙংদুনা শক্পা হৌরক্লে। ঈরু-মাইথজবা লোইদুনা ঈশিং বালটিন পুদুনা অঙম্বা চীংদুদা কাখৎলক্পদু ঙসিদি করিমতা ৱাখিদ্রে। কান্নবা ফংগদবা লৈরবদি অরুম্বা পোৎ পুবসু অদুম্ ময়াংই, থবক্ অরুবসু লাইনা তৌবা ঙম্মী। পাত্তা থম্বৌ তাল্লিবসিবু লৈনুঙ্দা থম্বৌ লৈরম্লোইদবা লৈরবদি তানগদ্রা? পাত্তা ইন চিংলিবসিবু ইন্দা ঙা লক্লোইদবা লৈরগদি ইন চিংগদ্রা? পুন্নমক্ কান্নবা য়েংদুনা অৱাবা কাওনরিবনি, মীওইবগী হৌনশানি, অদুননি নবকিশ্বরসু কান্নবা ফংগদ্রা খনবদগী ঈশিং বালটিন পুদুনা অঙম্বা চীঙ্দা কাখৎপদা হান্নগুম্ ৱাদ্রিবা। হৌজিক্মক্ পামজবা মখোয়না মফমদুদা লৈরমগদবা ওইরবদি অমুক্তু কৃমদুনা ঈশিং শোক্লুবা লায়না ঙমগনি। অসুন্না খঙ্হৌদনা উরুবা মুর্তি অমনা মাগী

থম্মোইবু ঈশিংখোংদা তত্তনা কৌরক্লে, চীঙ্নুংগী হরিগী মখোল, ঈশিং খোংগী পিক্লবা ঈচেলগী ঈরাওখোল, উচেক্শিংনা উশাদা তোংদুনা চিলোক্-চিলোক্না খোংবগী মখোল লোইনমক্ নুংশিবা ফাওরক্লে। মাগী তুংয়ানগী শম্বুলদুনা করম্না ঐবু য়েংজরসনু মতাগুম্ পুল্লস্বদগী খঙহৌদনা জ্বাই লাউনা নীঙ্খাইরক্কুনা নীঙ্দু য়েনা চোইজাইননা তারক্লিবা? মায়থোংনা ইকায়জদুনা নাক্চেক্তমক্ উবা-ফংবা পুরা-উখ্রবদি মমল কারোই খন্দুনা ঐবু তংখাইদমক্ উৎলিবরা?

মথংগী নুমিত্তু নোংমাজিং নুমিৎনি। নবকিশ্বর চাক্ ঙস্তনা থোংদুনা ওজা গোপালগা চামিন্নরে। ছুটিসু ওইবনা চাক্ চাথোক্লগা ঈশিং বালটিন অমদি হোরেনগী ওইনবা শোক্চিল্লমগে অদুগা লৈশাবী ময়াম্ চর্চ কাবদা ঙরাংগী লৈশাবী অনিদু শোয়দনা য়াওরক্কনি অমুক্তংদি য়েঙহৌগে খন্ন-খন্না ঈশিংখোংদা ঈশিং শোক্পা কুমথরক্ই। মানা খল্লুবা ৱাখলগা তৌথোরক্লিবা থবক্কা ওম্ভোক্লা খেন্নরম্লে। ঙসিদি আইরিসকী মচেদু মতোমত ঈশিংখোংদা ঈরুজদুনা লৈরম্লে। নবকিশ্বর— হে! ঈশ্বর ইবুঙো ঙসিসিবু ঐবু মঙ্লা তাইবংলা তৌরিবসিবো খল্লি। মী কনাসু য়াওদনা হেল্লোই অতোম্বীগুম্না নীংথিজরবা মাগী মাইথোং, মশমদু শুধা-শাপোন, সেমপুনচিংবা লুজরগা জ্বাই-জ্বাই নবকিশ্বরগী মফমদা লেন্নরগে মতাগুম্ ৱাংনা তারক্লিবা ঈশিংদুনা মশা পুম্বা ঈশিং জ্বাই-জ্বাই তাহন্দুনা মতোমতা ঈরুজদুনা লৈরম্বদু উরুবদা মহাক্ মতু চুংলম্মী। অদুক্ ফজবা নীংথিজবা মাগী ইনখৎলক্পগী ইকাইনা লোন্না থুপ্না থমজবা হকচাংগী মফম্-মফমদা লৈরিবা মমি-শামিবা মফমশিং নবকিশ্বর শ্বর হোল্লিব্রা, লেপখ্রব্রা চিংনজে। মীদি লায়রদনা লাই ফাওবনা উরুবদা ইকাইজরবা, মীহৌগদবা শক্ফম্ অমা নবকিশ্বরগী মমাঙ্দা লেন্নরগে মতাগুম্ তৌথোরক্লিবা মওংদুনা নবকিশ্বর লম্বীদা চুমদ্রিং কুমথদনা ওন্ননা চৎখিদুনা মানা উরোইদবা মফম্ অমদা লোৎলগা ঙাইহাক্ লৈরে। মিকুপ্ খরগী মতুংদা মফি-মরোল্ হোংদোক্পা লোইখ্রে। মতাংদুদা নবকিশ্বর জ্ঞান খর লাক্কুনা ঈশিংখোংদুদা কুমথরক্ই। মাদি নবকিশ্বরনা মানা ঈরুজরিঙৈদা উখি হায়বদি খঙ্খিদরে। করম্নসু অদুগুম্বা মতাংদুদা মানদি মী অমত্তা উদে খঞ্জরিবা অদুবু অতম্ননা চঙ্শিল্লুবা তারগদি করি খনখিগনি। মদুনসু নবকিশ্বরগী হেন্না শাফবনি। অদুবু মসিমদি চুম্লবনি, নবকিশ্বরগী পুক্সিদা ঙসি মানা উখ্রিবা দৃশ্যসিদি কাউবা য়াররোইদবা অমনি। ঙসিদি মখোয় অনিতসু ঙায়রে, মমিংদুদি হংহৌরোদনা? নবকিশ্বরঃ- "ইচনগী মিংবু করি কৌবনো ঙরাঙ্সু তাক্লমদনা চৎখি, খঙ্জবা য়াররোইদ্রা" হায়। "মীগী মিংবু অমুক্তসু খঙ্নদ্রিবা মীদা হেক্তা তাক্থোক্কদ্রনে? নঙ্ কনানো হায়বসু ঐদি হান্না খঙদে। নখোয় মীতৈসে নমথাক্ তৌবা চীঙ্গী নুপী নুংশিবা তম্বীরগা লৌদি লৌবীদনা হেক্ -হেক্ মাঙ্হনবীবা য়াম্না লৈরে। অদুনা নঙ্দি মীতৈনি, পাখংলা নুপী থিরব্রা হায়বসু খঙ্দনা

ঐনা হেক্তা মিং তাক্পা য়াব্রনে”? মাগী ৱাশি য়াম্না চুম্বা অমনি, মসি লাল্লি হায়রুবা য়াদে। “অদো, ঐদি না অনী পায়রগা নঙোন্দা ৱাশক্লিবসিনি সৈত্যনা সাখি ঐগী পুন্সিদা নুপী অমত্তা কোয়জরক্তিবা মৈতে পাখংনি” “এ! অদুম্না ননা পায়রগা তাৎ তৌগনু! ঐগী মিং হংবদা নঙ্না ৱাশকপা ঙমলিবদো নঙ্না ঐবু পাম্বগী নৎত্রা”? “নখোয়না নুংশিবা শাবা, মোইথেম্ তৌদুনা ঐখোয় চীঙ্গী মরাইবক্ থীবী নুপী কয়া মচা পোক্লগা হুন্দোক্লম্বা য়াম্না লৈরে, নঙ্ খঙ্ব্রা?” নবকিশ্বর মানা হায়রিবা ঙাংলিবা পুন্নমক্ অচুম্বা ঙাক্তনি হায়বদু মাসু য়াই। “অদো ফরে, পুন্নমক্ ঐনা লাল্লে। নঙনা মৈতে খরনা অদুম্না অরানবা ফত্তবা থবক্ তৌরগা মৈতে লোইনমক্ চেঙ্হনবদি ঐদি য়াবা ঙমলোই” হায়। “অদুদি নঙ্গী থম্মোই মনুঙ্গী ৱানি, ঐনা করম্না উগনি? ঐগী থম্মোইগী ৱাবু নঙ্বু খঙ্বা ঙম্বনে” হায়। নবকিশ্বর— “কনাগুম্বা লাঞ্জদবা পাখং অমনা চীঙ্গী মচল অমদা চুম্না মমিং খঙ্জগে হায়বদা নঙ্না অদুক য়াম্না শাওরিবদুবু চুম্রা”? “শাওবগী ৱা নত্তে, ঐনা হায়রিবা ৱাসিদা লানবা য়াওরবদি নঙ্সু লাল্লি হায়য়ু ঐ করিসু শাওরোই”। “অদুদি নখোয় খুলগী ওজা জোসেবনা নুপী অনী খাইনরগা অকোনবদা তাংখুল নুপী অমা লৌরিবসি নঙ্ য়াব্রা?” “জোসেব হায়বদু ঐগী মাম্মনি, ইমাগা পোক্মিন্নবনি, ঐদি মাবুসু য়াম্না শাওরিবনি, নঙ্সু মাগা তিন্নব্রা?” মাগা তিন্নবা য়ু থক্পা মীতৈ ওইরবদি ঐবু মিং হংগনু” হায়। নবকিশ্বর- ঐদি নঙ্গী মাম্মনি হায়বসু খঙ্দে, চুম্না মানা হান্না নুপী অনী থিরগা মচাসু অমমম্ পোক্লগা খায়নরগা তাংখুল নুপী অমা লৌদুনা লৈরিবসিদি চুম্রা হংবগী ৱানি। ঐগী মাম্মা ওইরবসু মাগী ৱাদি ঐঙোন্দা ঙাঙ্গনু, তাশু-তানীঙ্দে হায়রক্ই। কন্না য়েৎনবা লোইরবদুদা চীঙ্দসু মী ফত্তবা নুপীবু হুম্বনা খনবা মীগী প্রমান খর পীবদুদদি মাসু নবকিশ্বরবু খরা থাজরক্লে। “অদুদি নঙ্ অশেংবা পাখংনি নুপী অমত্তা কোয়নবা লৈতে রোজালিন্না সাখিনি হায়য়ু”। নবকিশ্বর ভাব তাবা ঙম্লমদে। “হৌজিক্কীদু করি হায়বনো”? “অদুদা ভাব তাদ্রবদি নঙ্ পাখং কুইনা ওইদুনা লৈরগনি, ঐ চৎলগে ঐগী ঈশিংসি য়াম্না লুম্মী শমসি কোক্তা খরা থোনগৎপীয়ু” হায়রম্মী। অসুম্না লৈশাবীদো ঈরুজবা লোইরগা ঈশিং স্নাবুল অমা মাগী শমদা হাপ্লগা নবকিশ্বরনা থোনগৎপিদুনা খুল তাবা অঙম্বা লম্বীদুদা তপ্না তপ্না চৎখ্রে। খর কাখৎলবা তুংদা ওজা নঙ্ হন্দক্কী খৃস্টমাসতা খুন্দা লৈগদ্রা, লৈরবদি ঐসু লাক্কনি হায়রম্মী। নবকিশ্বর — ঐনা মাগী মমিং হংলগা “নঙ্ অশেংবা পাখংনি, নুপী অমত্তা কোয়নবা লৈতে রোজালিন্না সখিনি হায়য়ু” হায়রিবসিবু — ও! মাগী মমিং রোজালিন কৌই, অসি ওইবা তারে হায়না কোম্হংদা ভাব তারক্লে। অদুগা মানা অকোনবদা ওজা নঙ্ খৃস্টমাসতা খুন্দা লৈগদ্রা ঐসু লাক্কনি হায়রম্বদুনা করি হায়রিবা, খৃস্টমাসতা য়াওমিন্নসি হায়রিব্রা? চুম্মী, মা পঙ্পঙ্ পঙ্দবা অদুগা ঐগী পুক্নিঙ্বু চাংয়েং খর

তৌবা পাম্বা নুপীনি। খন্ন-খন্না ঈশিং শোক্কনি চৎখিবা মানা হেলোইনা পুরুবগুম্ বালটিন অহাঙ্বদু ঈশিং য়াওদনা পুরগা ভাব অমদা হক্লক্লম্মী। মাগী কাদা য়ৌরগা ওজা গোপালনা হায়রক্ই। "হৈমা! নবকিশ্বর নঙ্দি ঈশিং শোক্কনি চৎখ্রগা ঈশিংদি কদাই"? ইহে! হায়রম্লগা অমুক্ অঙম্বা চীঙ্গী খোং তানা চেনথখিরম্মী

অসুম্না নবকিশ্বর ব্রাখল মোন্দা নুঙাইনা চীঙ্দা ওজা ওইবদা নুঙাইজবা ফংজরে। মাগী ব্রাখল অমদি মঙ্লান্দা রোজালিনগী ঈরুজবগী মূর্তিদু হেক্তা চোংথোরক্ই। নোংঙাম্লে, মখোয়গী কাটরদু খুলগী লম্বী ময়াদা লৈবনা অচৎ-অওক্ লোইনবা উই। অয়ুক্ অদু মখোয়গী কাটরগী মংগোলদা লাইরিক্ অমা পাদুনা চৌকি অমদা ফম্লগা মরক্-মরক্তা অচৎ-অওকসু য়েংই। খঙ্হৌদনা রোজালিনগা মনাওনুপী আইরিসকা অতোপ্পা পাখং অমগা ইম্ফাল চৎপা থোরক্ই। নবকিশ্বর মখোয়দু উবদা করিগুম্বা খর হংনীঙ্বগুম্ তৌই। অদুবু পাখং অমা য়াওবদুনা হংবা ঙম্লমদে। মচিন-মনাও অনীদু মাবু উরগা নোক্ই। মা তৌফম্ খঙ্দে, থুনমক য়ুমদা থোক্লিঙ্খি। ছুটিদি লৈতবনা করম্না থোক্কনি, অদুগা মাদি চঙ্লক্পসু কুইদ্রি। খৃস্টমাসসু থা অহুম লোম্ ব্রাৎলি। অস! মা-পাক্লা লাক্কদবা মান্দে। মপুক্লিঙ্ য়াম্না শোম্ভনা ব্রাখল্ ইতুক্ তুকথনা তৌফম্ খঙ্দনা লেপ্তুনা চীঙ্দা নবকিশ্বর ঙরাঙ্দি ঈশিং শোক্পা থোইনা ব্রাখিদবনি। অদুবু ঙসিদি ব্রাখলসু ব্রারে, পাঙ্গলসু চোক্থরে। স্কুলদসু অঙাংশিং পারা তাক্পদা থোইনা খোইজঙ্বা উদ্রে। থাঙ্গৈশেংনা মহাক্কী থম্মোইদু রোজালিন্না ইম্ফাল চৎপদা পুবিখ্রে। অসুম্না হাপ্তা অমদগী অনী হৌখ্রে। স্কুলদগী য়ুমদা নোংম-নিনিদং চৎননবা ছুটি লৌরে। অমরোমদা ওজা গোপাল মতোমতা লৈহৌগদবদু খক্লুবদা মপুক্লিংদা নুঙাইতবদি ফাওই। অসুম্না ইরাই নুমিৎকা থাঙ্জা নুমিৎকা ছুটি লৌরগা নিংথৌকাবা নুমিত্তা স্কুল কাবা নংনবা লাক্কে হায়রম্লগা ইম্ফালদা থোকখ্রে। ময়ুম্দা নুংথিলগী পুং অমা মখাইদা থুংলে। থুনা য়াঙ্না স্কুটর অমদা দুলালেন্দ তানা চৎলম্মী। মফমদু য়ৌরগা আইরিস অমদি রোজালিন খোয়গী য়ুম্ থিরক্লম্মী। নুপীমচা লৈশাবী অমখক্তা হংবদা মখোয়গী মপা হান্না মন্ত্রি ওইরম্বদুরা হায়না হংলকখি। মদুদা মাদি মুন্না খঙ্দবনিনা মানি হায়জিল্লুরে। মখোয়দি হৌজিক্তি কলেজ চৎলমগনি হায়রে। "মখোয় করম্বা কলেজদা তম্মী"? মনাও নুপী আইরিসতি ক্লাস তুরেলফতা টিজিদা তম্বনি অদুগা মচেদি দি.এম. আর্টসতা বি.এ. ফাইনেল তম্লিবনি হায়রে। মখোয়গী মবুংসু টেক্সেসন দিপার্টমেন্টতা টেক্সেসন্ ইনসপেক্টর ওইবনি, মমিংনা লাওথে কৌবনি হায়দুনা নীঙ্থিনা তাক্পীরে। মখোয় য়ুমদা লৈরমদ্রবদি চঙ্লুবদা নুঙাইররোই টি.জিদা চৎলগা মনাও নুপী ঙাঙ্বা য়াম্না ফবিদু উন্নবনা ফগদ্রা খন্দুনা টিজি তানা লাক্কে। গেটতা অসুম্ পুংখাইমুক য়েংবদা থোক্লক্পা উদবদুদদি মীঙোন্দা হংবসু খরা ইকায়বগুম্ তৌদুনা দি.এম. আর্টসতা অমুক্

হল্লক্লে। উখোঙ্দা গাড়ী থারগা অসুম্ মা থোক্লক্পা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মপুক্লিঙ্দা "হে! ঈশ্বর ইবুঙো মাবু অমুক্তদি উনহনবীয়ুবা" হায়না ঈশ্বরগী মফমদা নীজরম্মী। মানা শোমদা রোজালিন থোরক্পা ঙাইরিঙৈদা অশোমদা মোটোরবাইক্ তোংবা সনগ্লাস উপ্পা নিপা অমনা রোজালিন হাপ্তুনা পুদুনা চৎখ্রে। রোজালিন্দু মাবুদি উখিদ্রে। অদুবু মানা উহৌবা মওংদুদদি মাগী থম্মোই পুবা য়াদনা ৱাজরম্মী। নহান চীঙ্য়া তময়াদা য়াম্না চন্না লোইবী চীঙ্গী চমজরবী চনুরা অমা ওইনা উখিবী মহাক্না ঙসি উরুরিবা মাগী শক্তমসিগদি ওঙ্গোক্না খেন্নরম্লে। মহাক্ শোয়দনা মফম্-মফম্গী হৱা-নুংশিত্তা মতম্-মতম্গী য়াওন পুবী অমা ওইবা তারে। ঐগী পঙ্লবা ৱাখলনা মগী ৱাঙাঙ্ খুদিংদা য়াম্না চন্না উখি অদুবু মনুঙ্গী অর্থদি লোইনা ওন্নরম্লবা! সহর য়ৌরগদি মানা সহরগী অশাবা নুংশিত্তা নোংলৈ নুঙশিংনা হুমদুনা পুরবসু অদুম্ খাঙ্বা ঙস্বী নুপীগী শক্লোন, অদুগা ঐনা সহরদা পোক্পা ওইরবসু চীঙ্য়া তময়াদা অশেংবা অইংবা নুংশিত্তা চানজবা থায়নগী অমনবা মীগুম্ তাহৌরবা কয়াদা খেন্ননা ঐনা খুল্লুরবা! ঐগী ৱাখল তাইওন্নরম্লবা! মহাক্ হায়ফম্ তৌফম্ খঙ্দনা ৱাজে উপাই লৈতদুনা ময়ুমদা অমুক্ হল্লক্লে। মহাক্ নিংথৌকাবা নুমিত্তা খুন্দা চৎকে হায়দুনা ছুটি লৌরক্পনি অদুবু নোংমাইজিং নুমিত্তা ওইনা অমুক্ হনখ্রে। মাগী থম্মোইদা তারিবা মমিদি সহরগী পখংগী নুঙাইরবা মোটোরসাইকলদা খোঙগ্রাও শেৎলগা নুপাগী মনিংদা তোংদুনা চৎপদু নত্তে, চীঙ্য়া তময়াদা চন্না চীঙ্গী ফজবা হাওফি ফনেক্ শেত্তুনা শমদা ঈশিং স্নাবুল হাপ্তুনা ইবুং অমুক্তা থোনবীয়ু হায়বদুনি তাজবা পাল্লিবা। ঈশিংখোংদা চৎতুনা নুরা-পাখং ৱারী শাদুনা ঈরুজমিন্নবদুনি উজনীঙ্বা। অদুবু খঙহৌদনা নুমিত্তুগী থৌদোক্ অদুনা মাবু তত্তনা কৌবগুমসু তৌরি খুৎলাম্ তোয়না ঈশিং খোংদুনা। সর্গদগী লাইরেম্বী অমনা মাবু মমিৎ থক্হল্লন্নগা চিকমাঙ্ মাঙ্খিবগুম্ মানা ইম্ফালদা লাক্লগা মাগা উনরগা ৱারী শাবা ফংগদ্রা খঞ্জরুবা মাদি অৱাংবা অজকালগী লাইরেম্বী ওইরম্লবা। অদুবু ঐনা করম্বা ৱাখল অমনা মাগী শক্তমদুবু কাউগনি? ঐবু য়ু থক্লসিরা? য়ু থক্লবদি পুন্নমক্ কাওই হায়নৈ। অদুবু মানা হায়রম্বা মাগী মাম্মা জোসেব য়ু থক্পা মীনি, ঐদি মাগী ৱা তানিংদে হায়খিবা; পুন্নমক্তুনা করম্না হায়রিবা? মাগী ৱাঙাঙ্ মাগী তৌথোরক্পা মতৌদা লোইনমক্ অচুম্বা ঙাক্তা ঙাঙ্খি। অদুগা করম্না নুপা অমগী মোটোর সাইকল মনীঙদা খোঙ্গ্রাও অমা শেৎলগা! মকোক্ কন্না পায়শিন্দুনা মাবু কাউগে খল্লি। কাউগে খল্লুরগা মাবু হেন্না হেন্না নীঙশিঙহল্লিবসিনা করিগীনো?

নবকিশ্বর খুল অমুক্ য়ৌরক্লে। মাগী মথৌদি তৌদবা য়াদে ঈশিং খোংদগী ঈশিং শোক্পা, চাক্ থোংবা নুংত্তিগী মাগী রুটিন। মাগী ৱাখল খল্লগা থবক্ খরা পাঙ্গদ্রা খল্লুবনি, চিন্তাগী পোৎলুম্ পুনবা ওইরম্লবা। নবকিশ্বর হৌজিক্তি রোজালিনগী ৱাখল

কাউবা ঙম্নবা মা য়ু থক্লে। খুনগী অতিঙ্বা য়াওদ্রবদি মা তুম্বা য়াদ্রে, চাবা য়াদ্রে। য়ু থক্পা রোজালিন্না তিন্নগনু হায়বা মাগী মাম্মা জোসেবকা লুনা তিন্নবা হৌরে। অদুনা মাগী তলব য়ুদা তংখায় অমদি চৎলে। মতম্না হৌখিবনা খৃস্টমাস য়ৌরক্লে। নোংমা মানা ঈশিং খোংদগী চীঙ্য়াগী লম্বীদগী হায়রম্বা ওজা নঙ্ খৃস্টমাসতা খুন্দা লৈগদ্রা ঐসু খুন্দা খৃস্টমাস য়াওবা লাক্কনি। বাহৈদুদি মা কাওদ্রি নীঙ্শিঙলক্ই হেক্তা মাবুসু। চুম্লে, খৃস্টমাসতা মা, মনাও নুপী আইরিস অমদি মমা-মপা লোইনা লাক্লে। মবুং লাওথেগা মাগী নুপী বেলোংলাগা ইম্ফালগী ময়ুম্ দুলালেন্দা লৈহৌরে। ওজা নবকিশ্বরদি মাগী মাম্মা জোসেবকা কন্না য়ু থকমিন্নদুনা লৈরি। হয়েং খৃস্টমাসনি হায়বগী নুমিদাংনি খুলগী ময়ায়দা লৈবা লম্পাক্তা মৈ ঙান্না থাল্লগা খৃস্টমাসকী কুম্মৈ তৌরি। অকোয়বদা ফাল পরেং শানা থারগা নুপা-নুপী ফমফম্ তোঙান তোঙান্না থম্মী। পাখং-মীয়ায় চল্লবা, হনুবা পুন্নমক্ নাকল অমদা ফম্মী। নাকল অমদনা লৈশাবী, মৌনহা মীয়ায় চল্লবী, হনুবী পুন্না ফম্মী। নুপা ময়াম মরক্তুদা নবকিশ্বর জেসেবকা থংননা ফম্মী। য়ুসু ঙাওফিং ঙাওফিং তৌই।

ইহান হানবা আইতেমদা খুলদুগী হান্না ওজা ওইরম্বা অহল চহি মরিফু শুরবা অমগা মাগী নুপীগা লৈশাবী অমগা পাখং অমগা থোরক্তুনা লৈশাবীদুনা অহলদুগী নুপীদু মখুৎ শমদুনা পুথোরক্ই অদুগা পাখং অদুনা ওজা অহল অদুগী মখুৎ পায়দুনা পুথোরক্লগা মীয়াম্গী ময়ায়দা মখুৎ শন্নদুনা চৎহল্লি। মখোয়গী খুনগী মরোলদা মখোয় অনী লিলাগুম্না বারী খর শানৈ। মদুদা ময়ামদু হৌনা-হৌনা খুবাক্ খুদুনা নোক্ই। মখোয় অনীগী কুম্মৈদু লোইশিল্লক্পদা হনুবী অদুনা চর্চকী পাস্টর ওইবা ওজা হোইশি কৌবদুগী নুপীদু ময়াম মরক্তগী মখুৎ পায়দুনা চিংথোরক্ই ওজা অহল অদুনা পাস্টর হোইশিগী মখুৎ পায়দুনা চিংথোরক্ই। মখোয় অনীগী কুম্মৈ অমুক্ মতৈ-মনাও ওইবগী ঙাঙনবা য়াবা ইমুঙ্গী মচা লাইরিক্ তম্বগী চাক থোংলমদবগী খৎনবগী মতাঙ্দা ফাগি তৌদুনা ঙাংনবদুদা ময়ামসু নোক্ই। অসুম্ অহলশিংগী তৌরম্বদগী লৈশাবী পাখংগী মতাং য়ৌরক্লে। আইরিসনা মচেগী খুদাঙ্ পায়রগা থোরক্ই শোমদা জোসেবনা ওজা নবকিশ্বরগী খুদাঙ্ পায়রগা ওজা লাউ নঙ্গী লম্বা থোরক্লে হায়দুনা চিংথোরক্ই। মখোয় অনী দন্দিনা মখুৎ অনীদু পায়নবা তারম্মী অদুগা মীয়াম্গী মমাঙ্দা মৈঙান্দুদা ইকোয় কোয়না চৎপা হৌরক্লম্মী। রোজালিন্না শোঙ্গাংননা ওজা! নঙ্ ঐগী মাম্মগা য়ু থক্মিন্নরেকো, নঙ্ য়াম্না ফত্তবা মীনম্বা মীনি” হায়রম্মী। নবকিশ্বর “নঙ্দি ইম্ফালদা নুপা য়াম্না কোয়নবা নুপীনি, নঙ্না ঐবু য়ু থক্হনবনি, ঐনা য়ু থক্পদি নঙ্বু কাউনবা থক্পনি, মসিদা নঙ্না ঐবু থিংবগী হক্ লৈতে। নঙ্গী মরমদা ঐ য়াম্না মুন্না খঙ্ই, নঙ্গা ঐগা ঙসি মতৈ-মনাও ওইবসি ঐখোয় অনীগী যিশুনা ঙাইহাক্কী ওইনবা শীনবীবনি,

নঙ্না ঐবু ঙাওহনবনি হায়দুনা দ্রামাগী মওঙ্দা য়াম্না শাউনা মসি য়াম্না ফত্ তবী লম হেনবী নুপীনি, ঐ নঙ্বু খাইনরে হায়রগা রোজালিনগী মখুত্তু থাদোক্লগা থোকখিরম্মী। মাদি জোসেবকী মনাক্তা চংশিল্লগা মখোল হৌনা হৌনা লাউদুনা কপ্লম্মী। মাগী মতৌদুদা লিলা মান্দুনা অকোয়বদা ফল্লিবা ময়ামদি নুঙাইদুনা নোক্লম্মী। অদুবু রোজালিনসু কপ্লগা ময়ুমদা থুনমক্ হনখিরম্মী। মানা খল্লি মাদি খুলদা ওজা ওইরগা করম্না ইম্ফালদা মানা তৌবা থবক্ লোয়না খঙ্লিবা। রোজালিন্না ওজা নবকিশ্বরবু নুংশিদবদি নত্তে, অদুবু মাগী মপানা ইম্ফালদা লাইরিক্ তম্বা মাও মচা অমবু নুংতিগী মাবু কলেজদা থিনবা লৌবা তৌহল্লি। নিপা অদুদা মাবু লুহোংবা পাম্বদগী মাগা মরী লৈননবা মপা-মমানা শিনবনি। মদু হেক্ য়াদবদা মহাক্ নমদুনা নিপাদুদা থুনা লুহোংগদৌরিবনি। মানা বি.এ. ফাওবদংদি থাখিগে হায়বদগী ঙাইহনবনি। নুপা অসিদি মাদি পামদি পামদবনি। মরমচৎসু কয়া মানা য়ানীঙদে। অদুবু উপাই লৈতদুনা মতম্ ঙাইবা ওইনা মশানা য়াবা শাদুনা লৈবনি। মাসু নোংমা খঙ্হৌদনা ওজা নবকিশ্বরবু ঈশিং খোংদা থেংনখিবা নুমিত্তগী ওজা নবকিশ্বর মশক্-মতৌ, চুঙ্ ফিরাল চাবা শাবান, মাগী নুংশিবা ৱাঙাঙ্শিংদু তারুবদগী থম্মোইদা করিগুম্বা খরদি শাগৎচখ্রবনি। অদু নৎত্রবদি করিগী মানা ওজা নবকিশ্বরদা "নঙ্না অকোয়বা নুপী লৈতে রোজালিন্না সাখিনি" হায়রমগনি ? খৃস্টমাসতা খুন্দা লাক্কনি অদুগা খৃস্টমাস য়াওমিন্নশি করম্না হায়গনি ? দুলালেন্দগী ময়ুমদা লাক্কদ্রা হায়না মনাও-নুপীগা মতম খরদি খন্নরম্বনি, মানা লাক্ষন্দবদুদা খরা খরা নোংম-নোংমগী কাউরুবগী ৱানি। অদুবু ঙসিগী খঙ্হৌদনা মাবু স্টেফেন্না মোটোরসাইকন্দা হাপ্তুনা পুদুনা চৎপদু মানা উহৌই হায়রিবদু করম্না উত্থিবনো মদু মানা অরানবা ঐসিবু য়াম্না তৌঙম্বী অমা ওইনা উরল্লবা ! করম্না ... পুন্নমক্সি মঙোন্দা শেংদোক্নুনা ভাব তাহনগনি খনজে ? রোজালিন ৱানা নুঙাইতনা নবকিশ্বরগী অশাওবদুনা মাবু তুম্বা য়াহনখিদে।

নোংঙাল্লে, জোসেবনা নবকিশ্বরদু অমুক্ পুদুনা রোজালিন খোয়গীদা লাক্ই। লম্বীদা অতিঙ্বা খরসু থকচিল্লুরে। ঙরাং ওজা নবকিশ্বরগা রোজালিনগা মতৈ-মনাও শাবগী দ্রামাদু য়াম্না নুঙাই হায়না মীনা ঙাঙ্নৈ হায়। রোজালিনখোয়গী মাঙ্গোলদা মুরা অনিদুদা মখোয় অনী ফম্মী। অদুবু জোসেবতি আইরিসনা ইমুংদা মমাগা ৱারী অমা শাসি হায়দুনা চঙ্খ্রে, ওজা নবকিশ্বর মতোমতা ফমহৌরে। রোজালিন চা কপ অমা পুদুনা থোরক্ই অদুগা নবকিশ্বরদা পী। নবকিশ্বর— "ঐদি চা থক্তে, য়ু ওইনা থক্কে হায়"। য়ু ওইনা থক্কে হায়রগদি মাম্মা জোসেবকী য়ুমদা য়ু লৈরমগনি মদুদা থক্উবা তারেদনা"। "ঐ নঙ্গী নমাঙ্দা য়ু পেন্না থক্লগা ঙাওবা পাম্মী; ঐশে শোয়দনা ঙাওরগদবা মীনি, ঐগী নুংশিবীনা ঐবু ঙাওহল্লে"। "নঙ্গী নুংশিবীদো কনানো" ? লৈ, য়াম্না নক্না লৈ, অদু মাদি খুনগী ঈশিং খোংদা — হেলোই খঙ্ব্রা ? হেলোইগুম্না মশক্ য়াম্না ফজনা

মশমদু জ্বাই জ্বাই মানা ঈরুজবগী ফজবদো ঐ পুক্সিদা উদ্রি; অমুক্ উগনিসু খনদ্রে। মাদি বি.এগী পরিক্ষা লোইরগা লুহোংনবা হায়না-শিংনবা লোইরে হায়না তায়। মাগী বাদু অসুম্ তারস্বদগী রোজালিন মপি তারক্ই। নবকিশ্বর— এ! করিগীনো নঙ্না ঐগী অবাবা বারী তারগা নমিত্তা নপি তারক্লিবা? রোজালিনগী বাখলদা মানা তৌখিবা পুন্নমক্ মানা লোইনা কমদৌনা খঙ্লিবা, ঐনা ঈশিংখোংদা ঈরুজবসু মানা উবা, ইম্ফালদা স্টেফেন্না গাড়ীদা ঐবু পুবসু মানা উবা; মানা ঐবুদি থাঙ্গৈমক্ শেংনা নুংশিবা জাৎনি, অদুবু ঐগী লুহোংবদি স্টেফেনগা শোয়দনা হোংবা তারি, হৌজিক্ ঐনা তৌগদবসি করিনো? হৌজিক্ ঐনা তৌগদবসিবু করিনো? করম্না মাবু থেমজিনগনি খল্লি। অসুম্না হায়রক্ই— "ওজা নঙ্ য়ু থক্কনু হায়বসু য়াদ্রে, অদু ঐদি নঙ্বু মাঙ্হনবা পামদে, অদুনা নঙ্গী নুংশিবীদো ঐনা বারী শাবীগে মশক্ অমুক্তং তাক্উ"? নবকিশ্বর-- ঐনা ঙসাইনা হায়খ্রগা নঙ্না করিগী অমুক্ হংলি, মাদি ঈশিংখোংদা থেঙ্নবনি, মশমসু য়াম্না ফবনি, মাগী ঈশিংসু ঐনা থোনবীবনি, খৃস্টমাসতসু খুন্দা লৈরম্মু মাগা শোয়দনা খৃস্টমাস য়াওমিন্নসি হায়রম্বনি; মদুগী নুপীদু তশেংনা নঙ্ খংদব্রা"? রোজালিন-- "মদুগী নুপীদুদি মরৌ য়াম্না লৈবী নুপীনি, মাদি লুহোংবগী বা লোইনখ্রবনি, নঙ্না মা নত্তবা অমা হায়য়ু, ঐ য়ানবা হায়নবীগে"। নবকিশ্বর— ঐদি মা নৎত্রবদি নুপী থিরোই হায়দুনা মাগী মমিং পল্লগা মানা বাশক্উ হায়দুনা বাশকখ্রবনি। ঐ মাবু কাউবা শুক্ঙম ঙম্লোই"। থাঙ্গৈশেংনা নবকিশ্বর অঙাওবগুম্ তৌরে। রোজালিন— "ফরে, অদুদি মাগা মশক্ চপ মান্নবা থম্মোই চপ মান্নবা অমনা মহুৎ শিনবদি য়াগদ্রা?" নবকিশ্বর— "মদুবু চংনবা য়াবা বারা? পোৎ পুবদি মী অমগী মহুৎ অমনা শিল্লগা পুবসু য়াই অদুগা নুংশিববু মী শিন্দোক্ শিনজিন য়াগদ্রনে"? রোজালিন— "তপ্না - তপ্না শক্ খঙ্নরগা মদুসু ওইথোক্পা শোয়দনা য়াগনি"। নবকিশ্বর— "মীদু কনানো মশক্ তাক্উ"। রোজালিনঃ- "ঐগী ইনাও আইরিসনি, মানা নঙ্বু দুলালেন্দগী য়ুমদা লাক্কনি হায়রগা লাক্কে হায়দুনা শাওবনি"। নবকিশ্বর— "নঙ্গী বাদু ঐ তাবা য়াম্না বারে, ঐ ঈশিংখোংদা চৎলগা মা লৈব্রা অমুক্তা য়েংগে, ঐ চৎলে" হায়রম্লগা মথবাই নুঙাইতনা হাই হাইদুনা থোকখ্রে। শোমদা অতৈ খুনগী লৈশাবী পাখং লোইনমক্ চর্চতা লাইশোল ঈশৈ শক্কুনা খৃস্টমাসকী কুম্মৈ তৌদুনা নুঙাইনা চাবা থক্পা তৌরি, অদুবু জৌবনগী পুক্সিদা নুংশিগী লাংদা পাখং লৈশাবী অনিদি ময়ামগী নুঙাইববু লাপ্না থমখ্রগা মখোয় অনিগী থম্মোইগী লান শোক্লদুনা লৈরে। নবকিশ্বর চুমদ্রিং চৎখ্রগা ঈশিং খোং মনাক্তা লৈবা নুঙ্পাক্ অমগী মথক্তা তুমদুনা নুংশা লুম্বু লুম্বু শাবদুদা নুঙাইনা রোজালিনগী বাখলদা ঙাওদুনা তাদুনা লৈরি। রোজালিন চর্চ চৎপগী বাখল পুমকাও কাউখ্রে, মানা হায়রম্বা, ঙাঙ্লম্বা কয়াদুদা নুঙাইতদুনা মানা ঈশিং খোংদা চৎলুখিগে হায়রম্বদু চুম্রা

য়েংনীঙ্দুনা শম্ অমদা ঈশিং স্নাবুল অমা হাপ্লগা ঈশিং খোংগী লম্বীদা কুমথরক্‌ই। মানা নহান ঈশিংখোং চৎপদা শেৎখি ইনখিবা ফি খক্তমক খল্লগা শেৎলি, ইল্লি, মশমসু পুক্নিন্দনা জ্বাই-জ্বাই তারি। মদুগী মনুঙ্গী অর্থদুনা নবকিশ্বরনা তোয়না পঞ্জবা ঈশিংখোংগী লাইরেম্বী হায়বদুদা মাগী থম্মোইনা পেঞ্জনবা ওইরমাল্লে। মসিরা নুংশিবা অমগী পেন্ননবা নুংশিবা অমগী থৌদাং? হায়বগা তৌবগা চপ্ মান্ননা নবকিশ্বর ঈশিংখোংগী ফি-শুনবা নুঙ্পাক্ থক্তা নুঙাইনা তুমদুনা লৈরম্লে। মফমদুদা কনাসু লৈবা উদে। খৃস্টমাসকী নুঙাইবা কুম্মৈনা অতে খুনজাশিং লোইনা মথৌ চিলহল্লি। নবকিশ্বর উরুবদা মা য়াম্না নুঙাইরক্লে। মী লৈতবগী খুদোংচাবা লৌরগা মানা নবকিশ্বরবু মশা নোমদুনা হৌদোক্‌ই। "ওজা! ওজা! নঙ্ করিগী নতোমতা সিদা তুমদুনা লৈব্রা"? নবকিশ্বর তুম্লুবগী ইঙাও-ঙাওনা "নঙ্ মীরা? নৎত্রগা চীংগী হেল্লোইরা"? শেংনা হায়য়ু। নঙ্না ঐবু মফমসিদা নুংশিবা মশক্ খঙ্হনখিবনি; নঙ্না ঐবু নঙ্গী নমিং পন্দুনা ৱাশক্‌হনখিবনি; নঙ্না ঈশিং খোংসিদা ঈরুজরগা ঐঙোন্দা নঙ্গী অশেংবা শক্তম্ মশক্ তাকপীখিবনি, নঙ্ ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিগনু; ঐ শিরবসু নঙ্গা লোয়ননা শিমিন্নরসি হায়দুনা মখুৎ পায়দুনা চিংই। রোজালিন মাগী থম্মোই শোক্পা মতৌদুদা য়েংবা ঙমদ্রে। রোজালিন— "অদুদি হায়য়ু নঙ্ হুজিক্ ঐবু পুরগা চৎপা ঙমগদ্রা? ঐবু নঙ্গী পুক্নিগী লোইনবী ওইবা ঙমগদ্রা?" ঐগী নুংশিবীনা য়ারবদবু ঐ করিগী ঙমলোই; নঙ্না য়ারবদি হুজিক্ হেক্তা চৎখ্রসি"। নুপীনা নোংমদা অহল্লক্ পঙ্ঙি হায়বদু চুমগদ্রা? মপা-মমানা মাগী জাৎ মান্নবা নিপা ইনাক্-কৈরাকসু খুনবা অমগা লুহোংগনি হায়দুনা লৈরি, অদুগা মানা ঙাইহাক্‌শিদা পাঙ্থরক্তুনা নবকিশ্বরদা চেল্লসি হায়রুরি। ৱারেপ্নরবা তুংদা য়াম্না থুনা ঈশিংখোংদগী ঈশিং স্নাবুল অদু মাগী শমদা হাপ্লগা নবকিশ্বরবু থোনগৎহল্লগা ময়ুম্ তাবা লম্বীদা কাখৎখ্রে। নবকিশ্বরদি মফমদুদা লেঙ্দনা মাবু ঙাইদুনা লৈরে। থুনা য়াঙ্না ময়ুমদা ঈশিং স্নাবুলদু শমদগী লৌথোক্লগা মফম চানা থল্লে অদুগা খাউ অমদা লম্বীদা চানবা পোৎ খরগা মাগী লৈজবা পৈশা খরগা হোরেন লম্বীদা চৎপদা মীনা চিংনদনবা নুপা শারবসু য়ানবা খাউদুদা জিন খোংগ্রাও অমসু হাপচিল্লে। পোৎ-চৈ য়োম্বা লোইরগা মী লৈতবা তাঞ্জাদুদা য়ুমদগী ঈশিংখোংগী লম্বীদা অমুক্ কুমথরক্‌ই। নবকিশ্বরসু মানা হায়রম্বদু চুম্না হায়রম্ব্রা নৎত্রগা তাৎ তৌরিব্রা য়েংবা তারে হায়দুনা লৈরে। তশেংনমক্ মহাক্ মফমদুদা লাক্লে। মাগী অশেংবা মতৌদু উবদা নবকিশ্বর কিবা হৌরক্লে। হৌজিক্পু ঐনা মা পুরগা চৎপা মতমদা লম্বীদা খুনগী মী থেংনরো ঐ হিংফম্ লৈতে। অতোপ্পা চীঙ্গী জাতি অমা হেক্তা থেংনবদা ঐখোয় অনীগী মওংদুনা চেনবনি হায়বসি লায়না খঙ্গনি। ম্যেন রোত তাবা লম্বীসু য়াম্না শাংই, কিলোমিটর ১৫ নি; থোকঅবা অমা লাক্চরনি, নুপামচানি লাইবক্ য়েংবা তারেদনা।

মাগী খঙ্গানবা মতৌদুদা রোজালিন— কৈদৌরে নঙ্ চিংনরব্রা? পাউখুম্ পীদনা খুদাঙ্ তাপ পায়দুনা লাকও চৎশি হায়দুনা চৎমিন্নবা হৌখ্রে। খর চৎলগা চীঙ্য়া ওইরম্লা লৌতাংশঙ্" পাম য়ানবা, লৌশুবা শিংনা নুংশা শাবা মতমদা পোৎথানবা, চাক্-ঈশিং, চয়োম্ চাননবা নাকল অনি নীঙথিনা খাবা অমা উরম্মী। মদু উবদা রোজালিন শঙ্দুগী মনুংদা চঙ্লগা মানা শেৎলি-ইল্লিবা ফিদু হোংদোক্পা পাল্লম্মী। মরমদি মদু শেৎলগা চৎপদা কনাগুম্বা মী অচৎ-অওক্ থেংনরগা চিংনবা পোক্নুনা খুদোংথিবা থোকপসু য়াই খনবদগী। মানা য়োমদুনা পুরক্পা জিনগী খোঙ্গ্রাওদু উপ্পগা চৎলবদি মীনসু নুপাগুম্ খনবসু য়াই অসিনি। রোজালিন— "ওজা নঙ্ সিদা ঙাইহাক্তং লৈরম্মু ঐ ঐগী ফিসি শঙ্ অসিগী মনুঙ্দা হোংদোক্লুগে"। "নঙ্ ফি য়াম্না থুনা হোংলক্উ, নুমিৎ থেঙ্থিবনা হানগনি" হায়রগা মাসু রোজালিনগী মতুংদা ইন্নদুনা চঙ্খ্রে। রোজালিন— "নঙ্ মপান্দা লৈয়ু ঐ ইকাইজে"। নবকিশ্বর— "করিগী ইকাইগনি, ঐখোয় অনি চেল্লবদি মতৈ-মনাও ওইরবা নৎত্রা"? "অদু ওইরবসু মপান্দা লৈয়ু" হায়দুনা মখুৎনা ইনথোক্চৈ। মানা ফনা ইনথোক্চরবসু কনবা হেনবা মানা মখুৎ অনিমক্তা চেৎনা পায়শিনবীখ্রে। মমুল ফারবা হৈরাংনো উথক্তা কয়া কুইনা য়ান্দুনা লৈগনি? নবকিশ্বর অমদি রোজালিন ঙরাং নুমিদাং কুম্মৈদা মতৈ-মনাও শারুবদগী মখোয় অনিগী মমুল ফারবা ব্বাখলগী থম্মোইগী ইচেল অনীদু পিক্লবা চীঙ্নুংদগী হৌরক্পা ইচেল মচা অমনা মতোমতা শাংনা চেম্থরক্পা ব্বারদুনা তম্পাক্কী ঈচেল অমগা ঙাইহাক্ পোৎথাবা ওইনা পুন্না শংগম্ অমা শেল্লগা পুনিস্গী থব্বায় তংখাই অনিনা ঈচেল অমত্তদা পুন্সিন্নখ্রে। পীক্লবা শঙ্দুগী মনুংদা ঈচেল অনিগী ঈতুংফম্ ঙাইহাক্ ওইরম্লগা মমুল ফারবা হৈরাংনা নুংশিরবা মাগী মখোক্ থাদোক্লন্নগা লৈমাইদা কেনখি। শঙ্দুদা নুরা পাখং অনীনা ঙাইহাক্ মিৎকুপ খর চঙ্লুরগা মোমোন মীনোক্কা লোইননা মাঙ্গী অব্বাবা ব্বাখলতনা ফুম্বংনরুরবা থম্মোই অনি মকা লাম্না শাৎকাইরক্খি। রোজালিন মাগী জিনগী খোঙ্গ্রাও হোংদোক্নুনা অমুক্ থোরক্নুনা মিৎকুপ খরগী মমাংদা ইকাইনা লাপ্পা খনজরম্বা মশাবী মাঙ্গা পামুবগী মখুৎতু পায়দুনা ওইনজরগা থোরক্লে। অসুম্না লম্বীগী মতুং ইন্না মাংলোমদা অমুক চৎখৎলক্ই। করিনো রোজালিন খংশোন শোম্থরকপগুম নবকিশ্বরগী মখুত্তা য়ান্দুনা খিত্তং অঙম্বা লৈরম্বদা চিংখৎপীয়ু হায়দুনা ওইনবা হৌরক্ই। হান্নগা মান্নদবা নবকিশ্বরদা তোয়না ঙাথু থেংথুরগা পকশিন্না চৎনিঙ্বা থম্মোই অমা ওল্লক্ই। নবকিশ্বরসু নুংশিনা কোনবীদুনা নুংশা শাবে, য়েৎলোমদা চৎলু হায়দনা মাকোক্নু মাগী জেকেৎনা কুপশিনবী। লম্বী তংখাই চল্লক্লে, লমশাঙ লাকপদুদা চোকথদুনা উরুম অমদা ঙাইহাক অমুক্ পোৎথারম্মী। খৃস্টমাসকী কুম্মৈ তৌবনা মী অমত্তা লম্বীদা থেংনরম্দে। উরুমদুদা ময়ুমদগী য়োল্লকপা চানবা খর লৌথোক্লগা চামিম্লে। উচেক্না উশাদা তোংলগা হুরাউনা

চিঙ্গোক্লবগুম্ নবকিশ্বর রোজালিন ইন্ন-ইন্নদুনা নোক্-নোক্তুনা চাম্মিয়ে। নুংশিনা নবকিশ্বরগী মকোক্তু রোজালিনগী মতম্বাক্তা ঙাথদুনা অঙাং মচাগুম্ পুল্লপ্পা হুপথদুনা মাংলোমদা থাদরিবা মশমদুনা নবকিশ্বরগী মমাইদু খুমজিল্লি। নবকিশ্বর— "সিগী শমলাংসিননিকো হেন্নোইগুন্না ঈশিংখোংদা ঈরুজরিঙৈদা ঐবু ঙাওহনখিবা, হৌজিক্তি ঐগী ইপোৎ ওইরবনিনা ঐগী মাইদা জ্বাই-জ্বাই তাররে, মসিবু মঙলা তাইবংলা অমুক্তদি হায়য়ুবা?" "তাইবংনে, নঙদি য়াম্না নরমচৎ ফত্তবা নুপানি, মীনা খোংদা মতোমতা ঈরুজববু লোন্না করিগী য়েংবা" হায়দুনা মকোক্তা কিন্না শুই। "অয়ো" হায়রল্লগা রোজালিনগী মখজাই অনানবদুদা খুজপ্পীনা চপ্পী। রোজালিন— "অয়ো" হিংচাবা নঙ হৌগৎলো, হোরেন থেঙ্খিদুনা মীনা ফারবদি ঐখোয় অনি দশা তাগনিকো"? অসুন্না অমুক্ লাক্পনা ম্যেন রোত য়ৌবদা নুমিদাংবাই ওইরে। ইম্ফাল থোকপসু গাড়ী লাক্লরোই করম্ তৌশিগে খন্নরিঙৈদা ট্রক্ অমা দিমাপুররোমদগী লাক্ই। মখুৎ হাইদুনা খামই। কদাই য়ৌগদবনো হংই। লাইরৌ ফাওবদং ওইরবসু হায়বদুদা খাল্লগা কাহল্লে। অসুন্না খর চৎলগা লাইরৌ চীঙ্ য়ৌরে। নবকিশ্বর — গাড়ীসিবু মখা তানা চৎলরোইদ্রা? দ্রাইবর— সেনাপতি ফাওবদি য়ৌশিরা খল্লি। লাইরৌদা চা-নুং থক্লিঙৈদা রোজালিন্দি গাড়ীদগী কুমথহন্দ্রে, নবকিশ্বর কুমথরগা শিংহারাগা চাগা লৈরগা রোজালিন্দা লামদুনা পী। অসুন্না অমুক্ থৌরক্পনা মৈ থানগৎনবা মতমদা সেনাপটিদা থুংলে। সেনাপটি য়ৌরগা অমুক্ কাংপোক্পী ফাওবদি চৎলগনি হায়দুনা কাংপোক্পীদি য়ৌরে। হোটেল অমা থিরগা লৈননবা ঙাঙ্নরে। কা অমা ফংদুনা মথক্কী ফার্স্ট ফ্লোরদা লৈরে। চাক্-ঈশিং চাবা থক্পা লোইরগা মখোয় অনীগী থেংনরক্পদগী হৌজিক্ ফাওবগী ইমুঙ্ মনুঙ্গী য়াওনা ৱারী কয়া মনীঙ্ তম্না শান্নবা ফংজরে

নবকিশ্বরনা মাগী ইমুঙ্গী ৱারী লিরক্ই— ঐদি লুখ্রাবী মচানি, ইপা লৈত্রে, ইথক্তা ইচে অমা লৈ, ময়ুম পাল্লে। মচা মরি লৈ, মখোয় করবার চাউনা তৌই। ঐগী ইখাদা ইচল নুপী ক্লাস তুরেলফ তম্বী অমগা ইনাও নুপা ক্লাস ঐট তম্বা অমগা লৈ। ইমাদি বজারদা ফিয়োনফম ফম্মী, ঐখোয়গী বাবানা থবক্ তৌরম্বগী পেন্সন খর ফংই। ঐগী ওজাগী থবকশিংসু বাবাগী দাই-ইন-হারনেসতা ফংবনি। চাবা থকপদি থোইনা ৱাৎতে। য়ুম পিকতক্লা তরু-তনান্না লৈ। মখুরা অমা লৈ মমিং তোমাল কৌই। য়াম্না ফবা মীনি ময়াম্বগী মচাশিংগীদমক্ য়াম্না খঙ্জে। পৈশা ওইনা পাংদ্রগসু থবক্ শিন্দোক্ শিনজিন য়াম্না হৈবা মীনি।

শোমদা রোজালিনগী মপা সোনি শমুএল হান্না এম.এল.এ কাদুনা মন্ত্রি কাসু ওইরল্লবনি। আজকালগী মী-চপ-চাবীনি। মানা মন্ত্রি ওইরিঙৈদা দুলালেন্দগী য়ুমগা ইংখোলগা পুন্না তাংখুল নিপা অমদগী লৈহৌবনি। মাগা য়াম্না লুনা তিন্নবা মাওদগী

অশোলি থিকাদার ফার্স্ট ক্লাস অমগা করবার তৌমিন্নদুনা য়াম্না লুনা তিয়ে। মচা রোজালিন অশোলিগী মচা নুপা স্টেফেন্দা লুহোংবগী হান্নদগী ঙাঙ্নদুনা রোজালিনগী বি.এ. হেক্ লোইবগা হোংগনি হায়নদুনা লৈরিবনি। মখোয় অনীগী ৱারী শারম্বদগী মাগী মমাগা মপাগনা মখোয় অনী চেনখিবগী পাউ তারগা করম্ হায়না করি তৌবা তাবা হায়বগী মতাংদা খন্নবা হৌরক্লে। মপানা মাবুদি মাও মচা স্টেফেন্দা পীগনি হায়রিবনিনা খরদি শাওগদৌরি। মানা নবকিশ্বরদা চেল্লবনিনা করি থোক্লগদৰনো খনবদা খনফম থোকখিদরে। অসুম্না ৱাখল মথং-মথং খল্লম্বদগী তুমথখ্রে।

নোং ঙাল্লে, খ্বাইদগী অহানবা লাকপা গাড়ীদা ইম্ফাল তম্না লাকপদা য়াওরক্লে। অয়ুক্কী পুং নিপালমখাইদা ইম্ফাল য়ৌরে। ময়ুমদা হেক চঙ্বসু ফজরোই অদুনা মচেগীদা মচানুপী রিতাগা লৈমিন্নবনবু ফগদ্রা খন্দুনা মচেগীদা ওইনা লম্বী ময়াগা ওইবদুদা চঙ্শিল্লে। ইমুংদু মী ইচিক্ চিক্লা লৈরম্মী। মচেগা মবাইগসু মোরেদা চৎখি হায়দুনা লৈরমদ্রে। মচানুপী রিতানা য়ুম শঙ্দুনা লৈরম্লে। অদুবু চঙলুরবনিনা অতোপ্পা মফমদা হোংবসু নুঙাইররোই খন্দুনা রিতাদা ইবেম্মা! মাগী মমিং রোজালিন কৌই; নঙ্গীদি ননে থোক্লে। মা দি.এম. আর্টসতা হন্দক্ বি.এ. থাখিবনি। রিতানা ঐসু উখিবগুম, তৌরে হায়। রিতানা দি.এম. সাইনসতা বি.এস.সি. জুলোজি ওর্নসতা পরিক্ষা লোইখ্রবনি। রিতানা মাগী মফি-মরোল পীদুনা হোংদোক্হল্লে। মৈতৈ ফনেক্ অমা শেৎলগা খুঁদে মতেক্ অমনা মকোক্ খুম্লগা বাথ রুমদা ঈরুজবা চংখ্রে। নবকিশ্বরঃ- নখোয় অনী নীংথিনা লৈমিন্নরম্মু; ঐ য়ুমদা চৎলুখিগে হায়রম্লগা রিক্সো অমদা চৎখ্রে। ময়ুম য়ৌরগা মমাদা ৱাফম্ খুদিংমক্ শেংনা তমলে। থুনা য়াঙ্না ঈরুজথোক্লগা মমান্নবা ইরোম্ মোবী খোয়দা অমুক্ লাক্লে। "ভাই! ঐ চীঙ্দগী নুপী অমা পুরক্লে; ঐ ভাব অমা তাদ্রে; মাগী হান্না হায়ন-শীংনবা নুপা অমসু লৈ। অদুবু তঞ্জা অমদগী ঐহাক্লা পুদুনা লাক্ লবনি"। মোবীনা— "ভাই মশক্তি কমদৌই"? "মসক্তি ঐনা পামজবনিনা ফজৈ হায়বা তারেদনা"। মখোয় অনী অমুক্ মচেগী ময়ুমদা লাক্লে। নবকিশ্বর মোবীবু ফমফম্ কাদা পুশিল্লগা ফমহল্লম্লগা রোজালিন কৌথোরক্ই। রোজালিন মৈতৈ ফনেক্ অহনবা অমা শেৎলগা ফি মতেক্ অমনা মকোক্তু খুম্লগা থোরকপদা নবকিশ্বরগী মরুপ, মোবী পুরা য়েংবা ঙম্লমদে। ঙাইহাক্ ফমদুনা শক্ খঙ্নহল্লে। মচেগী মচানুপী রিতানা চা শেম্লক্তুনা রোজালিন্না লাল্লগা মোবীদা পী। চা থক্পা লোইরগা মখোয় অনী অমুক্ থোরক্তুনা ময়ুমলেমদা লাক্লে। লম্বীদা মোবীনা ভাই নঙ্গী নুপীসিদি পুরা লাইরেম্বীবু মাল্লিনে। অসিগুম্বা অমত্তা লৈহৌদ্রব্রা হংই। নবকিশ্বরনা মনাও নুপীনা হেন্না ফজৈ, মদু নঙ্ কোয়রো হায়জিল্লুরে। মোবী, ভাই অশেংবগীরা হংই।

অসুম্না ময়ুম, য়ৌরগা হায়দোক্পা চৎনবা ভান অমা ৱায়রগা মখুরা তোমালগা

মখোয়গী য়ুমলোন্নবা রাবৈগা অতোপ্পা লৈকায়গী অহল তোম্বী কৌবা অমগা দুলালেন্দা লৈফম্ নীঙথিজনা হংলগা হায়দোক্পা থাগ্রে। হান্নসু মন্ত্রি ওইরম্বনিনা হংবদসু লায়না থোক্কুনা য়ুমদুগী থোঙ্গালদা গাড়ীদু খাল্লগা মৈতৈগী হৌনবী ফেজোম্ পুময়াৎ অমদি ফি অমমম্ মঙক্তা য়াল্লগা চঙলক্ই। অশোমদনা খৃস্টমাসকী কুম্মৈ তৌদুনা নুঙাইনা হরাউদুনা চাব-থক্পা লোইরগা নুমিদাংবাই য়ুমদা হল্লকপদদি রোজালিনদি য়ুমদা লৈরমদ্রে। জোসেবকা চৎমিন্নথিবা মৈতৈ মচা নবকিশ্বরসু কাটরদা হল্লক্লে হায়দুনা ওজা গোপালসু মতোমতা তৌফম্ খঙদনা লৈরম্মী। পাউদু খুন্দুগী মীপুম্ খুদিংমক্ তানরক্রে। ওজা নবকিশ্বরদা রোজালিন চেনখ্রে। মখোয় অনিবু হান্না খঙনব্রা? খরনা থাজদে, ওজা নবকিশ্বরদি ময়ুমদসু তোয়না চৎতে, অদুগা রোজালিন্দি ইম্ফালদা লৈরগা লাইরিক্ তম্বনি। অদুবু ঙরাং নুমিদাং মখোয় অনি কুম্মৈ মফমদা মতৈ-মনাও সাদুনা থোক্পদা ওজা নবকিশ্বরদু য়ু ঙাওরগা য়াম্না হৌনা হৌনা লাউদুনা কপখিবনি হায়। অহল অমনা মখোয় অনীবু যিঙ্কুনা মতৈ-মনাও ওইসনু হায়দুনা মখুৎ শম্নদুনা চৎলুবদুদগী নুংশিনবা ওইগনি হায়। শোমদা মপাদি শাওবনা বা ঙাঙ্খিদ্রে। মচানুপী আইরিসনদি মমাদা মখোয় অনী খরা খরদি হান্না খঙনবনি হায়জে। মমাদি মরাইবক্লা তম্বনি, মীতৈদা লৈরবসু মাদি ইম্ফালদা চাওরক্পনিনা ইম্ফালগী চৎনবীসু খরা খংবনি খল্লি। মপাদি মাগী মরুপ্ স্টেফেনগী মপা অশোলিগী মমাঙদা য়াম্না ইকায়গদবদু খল্লুবদা শাওদুনা নোংঙানবগা ইম্ফালগী য়ুমদা চৎখ্রে। মপা চৎখ্রবা মতুংদা মমাগা মচানুপীগসু খর কোন্না অমুক্ ইন্নদুনা চৎখ্রে। ইম্ফালদা দুলালেন্দগী য়ুমদদি মচা অহল লাওথেগা মাগী নুপী রেলোংলাগা লৈহৌবনি। শোমদগী নবকিশ্বরগী অহল-লম্মন্ য়ৌরক্পা মতমদা মপাদি লাক্লমদ্রি। মচা নুপা অহল লাওথেদি মৈতৈ অহল খরা মশা নান্না চঙলক্পদুদা করিনো হায়দুনা খল্লুরে। মাদি থবক্সু তৌবনিনা মৈতৈগী চৎনবীসু মুন্না খঙলবনি। নবকিশ্বরগী মখুরানা বারীদু হৌদোক্লে। বাদু তাবদা মাদি পুমঙক্ ঙক্লা থোক্লে। মাগী নুপীনা চা-নুং শেমদুনা য়াম্না নান্না পুথোরক্ই লাওথে ঃ— "ঐগী ইপাগা-ইমাগা ইচল-নুপী অনীগা লোয়ননা খুন্দা খৃস্টমাস য়াওবা চৎখিবনি, অদু মখোয় লৈতবনিনা করম্ তৌশিরা?" ঐগী ইপাদি লাক্লগা খর শাওগদবা মাল্লি, ইচন-নুপীসি ইপাগী মরুপ্ অশোলি কৌবা মাওদগী, মাগী মচা স্টেফেনগা হান্না লুহোংগনি হায়দুনা চহী অনীগী মমাঙদগী ঙাঙনদুনা লৈবনি, অদুদা ঐনা ইচলগী বি.এ. পারিক্ষা লোইরগা তৌশি হায়দুনা ঙাইবগী বানি। অস! অদু করম্ তৌগদ্রকো! তাঙ্গাদুদা জীপ অমা থোঙ্গালদা খাম্মী। মপাদু য়ুমদা পরপ-পরপ চঙলক্ই। মৈতৈ নুপা অহম্ মাগী ইমুঙদা মশা নান্না লৈরম্বদু উবদা মচা চেনখিবগী পাউ হায়দোক্পা ওইরমগনি খল্লি। মীশিংদু মাবু উবদা ওজাবু হায়দুনা মখুৎ লোইনা লোন্নে। মাসু হান্না মন্ত্রি ওইরম্বগা ইম্ফালদা কুইনা লৈরক্পগা

মৈতৈগী চৎনবী অয়াম্বদি খঙ্লবনি। মা শাউবগী শক্ফম্ উৎতনা ইংনা তপ্না ঐগী ইচাদু মানা পামদুনা চেনখ্রবনিনা ঐ শাওররোই। লুহোংবীবা তারেদনা হায়। অউনপোৎ খ্বর শেম শাবা মতম চঙ্গনি, অদুনা ইচাদু ঐ লৌরো হায়ব্রা, থিনিবীরকে হায়ব্রা হংই। এ! এ! ঐখোয় থিঞ্জরকে ওজাবু হায়না নবকিশ্বরগী মখুরানা খুরমই। য়াম্না থাজদুনা "অদুদি ওজা শাওবীবা য়াদে হোরেন নুমিদাংগী চাক্ চারগা ওইনা পুং ৭কী অদুবায়দা য়াগদ্রা?" য়াই-য়াই হায়না য়ানদুনা অমুক ঐখোয় চৎচরগে হায়রম্লগা হল্লক্লে। মপাগী বাদুদা মচানুপা লাওথেদি মরৌ তৌবা শোয়দনা ওইগনি খল্লি। অদুবু মপানা হায়বনিনা বাদি ঙাঙ্দে নবকিশ্বরগী হায়দোক্পা লাক্লম্বা কাঙ্বুদু হরাউনা য়ুমদা হনখ্রে। শোমদা রোজালিনগী মমাগা মচানুপী অতোম্বীসু ময়ুমদা থুংলরে। বা পুন্নমক্ তমদুনা তারে। মচানুপা লাওথেদি মমাগা আইরিসকা খন্নবদা ওজা নবকিশ্বর হায়বদুদি য়াম্না ফবা ওজানি হায়না খুন্দা ঙাঙ্নবনি; মঙোন্দা ইচন্না লৈখিবদা থোইনবু কায়দব্রা খঁন্নে। মপাদি শাউদুনা হান্না এম.এল.এ মন্ত্রি ওইরিঙেদগী ওইদবা ঙাঙ্বা, তাৎতৌবা, চোংথোক্ চোংশিন তোয়না তৌবা য়াওরক্পনিনা নবকিশ্বরগী অহল-লম্মন্দা ওইদবা খরদি ঙাঙ্খ্রে।

অমরোমদা নবকিশ্বর, রোজালিন মচেগী ময়ুমদগী লৌরুদুনা ময়ুমদা পুরক্লে। মচন নুপীগা মনাও অতোম্বগনা কয়াদা হরাউজরে। শক্ ফজবা হায়বসিগী তোঙানবা মগুন অমদি লৈকো। মৌ য়েংবা লাকপা লৈকায়গী লৈশাবী মচাদগীনা খরা লৈশিল্লবা কাঙ্বু লোইনমক্ নবকিশ্বরনা চীঙ্দগী মানা ওজা ওইবা খুন্দগী নুপী অমা পুরক্লে য়েংলুসি হায়দুনা মথং-মথং লাক্ই। খরনা ইনম্মা! নকোক্ খুমিমবদু লৌথোক্উ, অদুক ফজবা শক্তু পুন্না য়েংগে হায়জে? রোজালিন ইকায়না নোক্ই। তৌঙম্বীসু য়াওই, হৌগৎলগা মকোক্ খুল্লিবা ফিদু মখুৎনা চিংথবীরে। মাগী য়েঙ্বা নুঙাইরিবা মশক্তি মায়থোংদুদা নত্তে; মাগী তুংয়ানগী নীঙ্দু য়েনা তারিবা শম্লাং অদুসুনি। শক্লা লূম-লূম, লাউনা রাসি য়াওনা ফজবা শক্ফমদু উজবদা লৈশাবী ময়ামদু তুমিন, তুমিন লৈনৈ। মপুক্লিংদা অসুক ফজবা শক্সিবু চীঙ্গী খুলদুদা চহী মতাংসি ফাওবা করম্না ময়ুম পান্দনা লৈরম্লিবা! ঐখোয়গী শ্বাইদা ওইরম্লবদি ফাবরা, চিংবরা, চেনবরা, মচা অনী অহুম, শুরনি খঁঙ্গে। অসুম্না খরনা ঐখোয় তাদা নবকিশ্বরসি নুপী খনবা ওহোক্লা হৈখ্রেদা, সিননি মানা য়ুমদকা অমুক্তা থোরক্তনা চীঙ্দা লুমদুনা লৈরুরিবা! খরনা হেরো! মাদি দুলালেন্দা মপা মন্ত্রিগী মনাক্তা লৈদুনা চাউরক্পনি, ইম্ফাল মচানি। হুজিক্তা দুলালেন্দা হায়দোক্পা চৎলুরিদুদি। মখোয় ময়াম্না ঙাংনরিবদু তারগা মমা চাওবীনা চীঙ্খী নিঙোল ওইরবসু মশক্ মতৌ চঙ্খোনবা মরোল চীঙ্মীগুম্না কয়া খোইদবদুদা হরাউজে। অসুম্না লৈকায়গী লৈশাবী ময়ামসু ময়ুম্ ময়ুমদা হন্নখ্রে। রোজালিন নবকিশ্বরগা অরুবা বা অমত্তং ঙাংননীঙ্বনী; মী লাক্পা মাবু য়েংগে য়েংগে হায়বদুনা

দিসর্টর্ব তৌদুনা মখোয় অনী পুকমেন্ পাওমেন্নবগী তাঙ্গা শুকফং ফংদ্রে। মী লাক্লিবশিংদু করন্নসু চঙ্লক্কনু হায়রুগনি। অসুন্না নুমিৎ তাশিনখ্রে। মচেদু মোরেদগী হল্লকপগা মপামদা মপ্পাগী নুপী অমা চেল্লক্লে তাবদূদা থুনা য়াঙ্না মপামদা লাকই। মচনগী মশক্ উবদা মানা হন্না খল্লকপা ফত্তবা বাখল চীঙ্মী নিঙোল হায়বা পুন্নমক্ রোজালিনগী মশক্তুদা কাউখ্রে। মসিসু শক্ ফজবগীগুন অমনি। মমাগা ফমদুনা বারী শারিঙেদা অমুকসু মাগী মশক্তু ফজমনবদুদা য়েঙ্বা লাক্ই। কমদৌনি সিদে! য়েঙ্লিমখৈ পেন্দ্রেদনা? মখোঙ্দু নাপ লৌই, অদুগা মমাদা ইমা ঐ শিংজমৈ দুকান্দা ইচনগী খোঙুপ অমত্তা লৈরুখিগে হায়রল্লগা থুনা য়াঙ্না চৎখ্রে। অমুক্ হল্লক্তুনা খোংঙুপতু উপশিনবীরে, চপ চারে। পামদ্রব্রা হংই। পাম্মী খুমই। মচন নুপীনা মাগী ফি অহনবা ফনেক্ অমগা শাল অহনবা অমগা শেৎ ইল্লগা চৎখিনবা পুথোক্তুনা থল্লে। নুমিদাংগী চাক্তু মচন্না থোংদুনা চামিন্নরে। পুন্নমক্না য়াম্না লুনা নুংশিনা তৌবদুদা মীতৈসিদি ঐখোয়না খল্লুবগা য়াম্না খৈন্নে খনজে। অসুন্না চাবা থক্পা লোইদুনা মনম্মগা লৈকায়গী মৌ-অনী অহুমগা ভান অমদা চাৎনবা থৌরাঙ পুন্নমক্ লোইরে। রোজালিন মবুক্তা ইপেন্ পেনবা ঙমজদে মপানা হায়রক্পা বাদু ওইদবনি হায়না কন্না চিংনরি। অদুবু মদু মীঙোন্দা মপাবু ওইদবা ঙাংবা ওইরমগনি করন্না হায়গনি। নবকিশ্বর মাগী কাদা চঙদুনা চৎলমদাই য়ৌবদুদা রোজালিন কৌশিল্লগা লুপা ৫০০পী। রোজালিন নবকিশ্বরগী মখোঙদা মৈতৈগী চৎনবীদা খুরুম্মী অদুগা চৎলুবা তারেদনা হায়রগা মপি শিন্থুদুনা কপ্পী। নবকিশ্বরসু কপমিন্নে। মমানা লাকও থোরক্ও ইবেম্মা হায়রক্পদা নবকিশ্বরগী চেৎনা পায়রিবা মখুৎতু পরদা মরুমদা মখুৎ নাম্মনা তপ্পা লৌথোক্লগা থাদোক্লল্লগা থোরক্ই। মনম্মনা হরাউমন্দুনা মচন নুপীদা মাগী লিকতু লৌথোক্লগা শিজিল্লি। অরোইবদা মনেমবোক্ ওইগদৌরিবী নবকিশ্বরগী মমাদা খুরুমই, চৎলুখিগে ইমা হায়রগা মপান থোক্খ্রে।

অসুন্না নুমিদাংগী পুং তরেৎ চপ চানা রোজালিন মপাম লমদম্ দুলালেন্দা থিনবা লাক্ই। নবকিশ্বর ইচিক্ চিক্লা মতোমতা লৈহৌই। দুলালেন্দা রোজালিনগী য়ুমদা মখোয় চঙ্লক্ই। মপাদি থোক্লক্তে, মমাগা মনাও নুপীগা, মনম্মগা থোরক্তুনা বা খর ঙাঙ্নরগা অমুক্ থিল্লুবা নুপী কাঙ্বুদু রোজালিন্না পুন্না নোঙ্থুদুনা খুরুল্লগা লৈহৌরে। মাগী হৌন খঙ্বা মতৌদুদা পুং মুক্তা থেংনবদা ঙায়রিবা মনম্মদো মমিৎতা মপি তারক্ই।

মাবু থিল্লক্পা কাঙ্বু হনখ্রবা তুংদা মপা চঙ্লক্লগা "নঙ্বু ঐনা চাউনবা য়োক্লক্পা অসিথোরম্বরা? নঙ্না শেৎলি-ইল্লিবা ফিন্দু ঐ পামদে লোইনা হৌজিকমক্ হোংদোক্উ"। মমা চঙ্লক্তুনা মফি-মরোলদু মখোয়গী চীঙ্গী ফি ওইনা শেৎহল্লে। মনাও নুপীনা মচেগী মঙক্তা স্নাগী ফজবা লিক অমা শিরম্বদু উবদা "ইচে সিদি কদাইদগীরা"? মানা

মদু শিরগা মৈতে ফনেক্ শেৎলগা চঙ্লক্পদু উবদা নুপী ওইবী মমাগা মনাওগদি অদুম্ হোংদোক্তনা শেৎহন্নিঙ্ই। অদুবু মপানা শাওবদু নেমথনবা হোংদোকহল্লে। মচেগী মঙক্তগী লৌথোক্লগা মানা অমুক্ শিরগা ইচে ফজবরা য়েংউ হায়। মদু উরুবদগী রোজালিন মপি তারক্লুনা তৈথোক্চে। মপানা মমাদা "ঐ স্টেফেনগী মপাদা লুহোংবগী ব্রা হায়খ্রগে, হয়েংমক্ নঙ্ নচানুপী পুরগা খুন্দা চৎলো। খুন্দা ওইনা হোংদ্রবদি মীনা খঙ্খ্রগা য়াদবসু য়াই"। মচিন মনাও অনীনা মপাগী ব্রাদু তাবদা য়াম্না ব্রারম্মী। মচেনা শেৎলক্পা ইল্লক্পা ফিশিং নীঙ্থিনা থুপ্লগা থমখ্রে। লিক্ মরী অদুসু নীঙ্থিনা মফমচানা থমজিল্লে। মবুং লাওথেদি মপানা তৌরিবা মওং অদুদা মাদি ইম্ফালদা থবক্ তৌদুনা লৈবনা মীনা নোক্লরগনি, য়াম্না উশিৎপিররোই, ইপাগী মত্সি য়ানীঙ্দে, ঙরাঙ্না মী লাকপদা মচননুপী লুহোংগনি, অউনপোৎ খর লাঙ্খিগে হায়রগা ঙসিনা ওন্না তৈনবা থবক্ তৌরবদি হয়েং ওজা নবকিশ্বরগী মীনা হংলবা তারবদি পাওখুম্ পীবা ঙম্লরোই হায়রম্মী। মানা হায়রিবদুসু লাল্লি হায়রুবা য়াদ্রি, নবকিশ্বরগী কাঙ্বুদি শোয়দনা মাগী য়ুমদা পাউ লৌবা লাক্কনি। মপানা "নঙ্সু য়াওনা মীতৈগী মীচঙ্ চঙ্লব্রা? নখোয়না য়াদ্রবসু ঐগীদি হায়রিবসিনি মা থুনমক্ খুন্দা পুরগা স্টেফেনগা লুহোংদবা য়াদে। অসুন্না মরৈ তৌনরক্পদগী লাওথেদু মতৈ-মনাও লাঙ্গোলগী ক্বাটর অমা লৌরগা লৈরগনি হায়দুনা ক্বাটর থিবা চৎখ্রে। মমাদি নোংঙানবগা মচানুপী অনী পুদুনা চীঙ্গী খুলদা অমুক হনখ্রে।

হুম্নি শুবা নুমিত্তা নবকিশ্বরগী অহল-লম্মন দুলালেন্দগী রোজালিনখোয়গী য়ুমদা লাক্ই। অদুবু য়ুমদু শো লোন্দুনা লৈরম্বা উরে। য়ুমলোন্নবদা হংবদা মখোয়দি খুন্দা লোয়না চৎখ্রে, মবুংনা লাঙ্গোলগী ক্বাটরদা লৈখ্রে তল্লে। মখোয়গী ইমুঙ্দু মচেৎ-মচেৎ তানরে। অশোমদা স্টেফেনগী মপাগা ব্রারী কুপ্না শান্নদুনা লুহোংনবা ব্রা তানগে চৎলুবদা রোজালিনদি মখোয় খুন্দা ওজা ওইবা মীতৈ মচা অমদা চেনখ্রে হায়বগী পাউদু হান্নমা তারল্লে। মপাদু য়াম্না ইকাইরম্মী। অদুবু মচানুপানা য়ারবদি কায়দে হায়বদগী মচানুপাদা হংবদা মচানুপানা মনাও নুপীগা ওইনা হোংলসি হায়রক্লে। মপাদু মখোয়গী ব্রাদুদা মথব্রাই য়াম্না নুঙাইরমদে। অদুদগী উপাই লৈত্রদুনা অতোপ্পা খুনগী নিপা অমদা হোংনবা ওইনা ঙাংনরে। মমিংনা ঙুপানি কৌই। মাগীদি হান্নগী নুপীদু মচা পোকপদা শিখিবনি। মচাদি হিংহৌদুনা মাগী মমানা য়োকই। চহি অনী শুরে। ঙুপানিনা য়ারবনিনা য়াম্না থুনা হোংলগা মাগী ইকায়বা অমদি মথা শাবা খরা ফগদ্রা খল্লি। অদুবু মচা নুপীনদি মা মশানা ওজা নবকিশ্বরবু নুংশিদুনা চেনবনি ঐবু ঙুপানিগা লুহোংবা হায়বসি য়াবীগনু খুলগী গাঁওবুরানা বিচার তৌবীয়ু হায়দুনা ব্রাকৎলুরে। অদুদগী মপা সোনিনা

মচা রোজালিনবু খুপাক্লা থাদুনা ফুরম্মী। খুনগী গাঁওবুরানা ওজা নবকিশ্বর য়াওদনদি বিচার চৎথবা য়ারোই; মা কৌরগা বিচার তৌশি হায়না তাক্পিরে।

নবকিশ্বর কৈরোয় লৈকায়গী মমাঙ্দা মমায় থমফম্ লৈরমদে। চীঙ্দা চৎকদবসু ময়াম্না চৎলুরনু হায়বদগী চৎত্রে। নোংমা মাগা পুন্না ওজা ওইমিন্নবা ওজা গোপাল লাক্কুনা নঙ্না চৎতুনা খুন্দা ওজা ওইবদা কনানসু করিসু তৌরোই। মখোয় লোইনমক্ নঙ্গী মীচঙ্দা লৈ হায়না তম্মী। নুপীমচাদুনা খুনগী গাঁওবুরাদা ৱাকৎলুবদা মপানসু ফুবিরে হায়না তায়। নুপী মচাদুবু নখোয় লান্না লৌবীগনু। মানা ঐগী ইনাক্তা লাক্কুনা চিঠি অমসু পীরে। সে! লৌশিল্লু হায়দুনা পী। অদুগা মাবু নহান ময়ুমদা থিল্লমদাইদা শিবীরক্ই হায়বা লিক্ অমসু শিন্নরক্ই হায়দুনা পুথোক্কুনা পীরে। নবকিশ্বর অমদি মাগী মমা মচননুপী পাউদু তাবদা য়াম্না নুঙাইরমদে। মানা পীরক্পা চিঠিদুগী মরোলদু পারুবদা নবকিশ্বর থম্মোই কায়রমই। ওজা গোপালনা নবকিশ্বরবু খুন্দা মাগা পুন্না চৎলগা গাঁওবুরাশিংনা মিটিং অমা তৌরগা শোয়দনা মখোয় অনী লুহোংবা য়াগনি হায়দুনা খুন্দা শোয়দনা চৎনবা হায়রম্মী। শোমদনা মাও মচা স্টেফেন্না পাউশি তাবদগী নবকিশ্বরদু করিগুম্বা খুন্দা লাক্লবদি লম্বীদা শোয়দনা ফু-চৈবা তৌগনি হায়বগী পাউসু কদাইদগীনো শন্দোরক্কুনা খঙ্ন-চান্নবা পুন্নমক্লা চৎখিগনু নঙ্ অরেম্বদা খুদোংথিবা তাগনি হায়রে। মখুরা তোমালনসু ইবুংঙো নঙ্ চঙ্লুরনু অদুগী শরুক্পুদি নঙ্গী ওজাগী ফমদু খর শাফগদবা মফম্ অমদা ট্রানসফর তৌনবা খুরা ঙাঙ্নবীরগে হায়রে। অদুনা চৎতি চৎনিঙলবসু মা চৎপা ঙমদ্রে।

নোংমা রোজালিন ঈশিংখোংদা চৎতুনা মাগা অহানবা উনখিবা মফম্ মখোয়না ফি-শুখিবা অমদি নবকিশ্বরনা য়ু ঙাওরগা তুমদুনা লৈরম্বা মফমশিংদু য়েংজরগা অৱা পোৎথাবা য়াগদ্রা খন্দুনা মতোমতা চৎলম্মী। অদুবু মাদি য়াওদবনা কনাগা ৱারী শাগনি। চেঙ্গরক্লিবা ইচেলগী ইৱাউখোলদু তারুরগা পুক্লিঙ্ নুংশিনা মমিত্তা পিরাং শিঙ্গুদুনা নুঙপাক্তা ফম্লগা মখুৎ অনি খুকউদা কারন্ চল্লগা মখদাঙ্না খুদাংদা শৌরগা তারক্লিবা ঈশিংগী ইচেলদুবু য়েংলগা উংদুনা ফম্লম্মী। মাগী ৱাখলদা খঙহৌদনা নবকিশ্বরদু ঈশিং শোক্পগী লম্বীদুদা মাগী ৱালটিন্দু য়াল্লগা কুমথরক্কদবোই নীঙ্জরি। কায়নরমদাই মতমদা মাগী মখুৎনা রোজালিনগী মখুত্তা চেৎনা পায়দুনা চিংহৌবা চৎহন্নীঙ্দবগী ৱাখলনি, অদুবু চৎতবা য়াদবা চৎনবী অমনা পাম্মুনা থাদোক্লিঙ্দা থাদোক্লিঙ্দা মখুৎ নাম্মনা পারদার মরুমদা ইনথোক্লগা থল্লম্বা নুমিত্তগী মাগী মশক্ উরক্তবনা কায়না মৈশা থম্মোইগী মচি খুদিং থুংনা চাকখ্ৎলক্লে। লুতুংগী শম্লাংদুনা ইচাই-চাইনা মনঙ্গন, অপাকপদুদা থুংনা চোইজাইন্নবা তারি। মনাও নুপীনা মচেদু শোয়দনা মফমদুদা চৎলম্বা তারে খন্দুনা

মচেবু থিবা লাক্লই। মফমদুদা ফমদুনা লৈরম্বদুদা মচেবু থেল্লগা য়ুমদা পুরক্লম্মী। খুনগী গাঁওবুরাশিংনা নবকিশ্বর লাক্লবদি ৱারেপ লৌবা য়ারোই হায়রবনিনা মপানা মাবু ঙুপানিগা লুহোংবসু ঙমদরে। অসুন্না থা অমা হৌখরে। নবকিশ্বর খুন্দা চৎপা কিদুনা চৎতরে। মখুরা তোমালনা তঙাইফদনা অকুপ্পা মরোল পুন্নমক তমদুনা হায়জরুবদগী স্কুলগী ডাইরেক্তর তোমচৌবাবুনা য়াবীদুনা চীঙ্দি ওইরগসু খর নক্পা মোটবুংদা ওইনা ট্রান্সফর তৌরে। মদুগী ওর্দর থোক্পগী পাউদু রোজালিন মনাও নুপীনা তম্বদগী তারুরে। মাগী ৱাখলদা নবকিশ্বর অমুক্ হন্না খুন্দা লাক্লরোই হায়বসি চপ চানা থাজরে। মানা মতম্ অমদা নবকিশ্বরদা হায়খিবা "নখোয় মীতৈ পাখংনা চীঙ্গী চনুরা কয়াবু মোইথেম্ তৌদুনা নুংশিবা তম্বীরগা মচা পোক্লগা হন্দোক্লম্বা চীঙ্মী নিঙোল কয়া য়াম্না লৈরে নঙ্খঙ্ব্রা" হায়খিবদু চপ চানা মঙোন্দসু তাররে খঞ্জে। রোজালিন পুক্নিঙদা মওল-মওল ৱাখল জাৎ-জাৎ খনবা হৌরক্লে। নবকিশ্বর লোন্নবু ওইরবসু ফোংনবু ওইরবসু মা খুলসিদা চৎলগা রোজালিনগা অমুক্তংদি উননীঙ্ই।

শোমদা অসুন্না তৌরিঙৈদা স্টেফেনগী মপা অশোলিনা রোজালিনগী মপা সোনিদা মচেদু মীতৈদা চেল্লুরবনিনা মনাও নুপী আইরিসতু মচানুপা স্টেফেনগী ওইনা হোংনবগী ৱাফমদু খর থুনবা তকশিল্লকই। মপানা মচা আইরিসকী ৱা অমা তাখিগে হঞ্জিন-হঞ্জিন চোপ্পা নংবদি পামদে হায়রম্মী। নোংমা রোজালিন্না মনাও নুপীদা লোন্না ৱা অমা তম্মী। মা চানীঙ্থক্নিঙ্বা পোক্তে, ওনিং-ওনিং তৌই। ঐ মীরোল্লবা মাল্লে, করম, তৌশিগে হায়। মনাওনা মমাদা অমুক তল্লে। মপাদদি হায়দেক্তে। মচেনা মীতৈগা চীঙ্মীগা চাংদম্নবা য়াখিরোই, মখোয়না হেনবা য়াম্না লৈ। ঐবু য়েংবা লাক্পা লৈশাবী য়াম্মন্দুনা ওজা নবকিশ্বরগা ঐগা ৱারী অমত্তা শাবা নংলক্তে। ঐবু য়ুমদা থিনগদবগী গাড়ী খামদুনা চৎকদবা মখোয়গী মচেগা মী অতোপ্পা খরগা ঙাইদুনা লৈরবা মতমদা ওজা নবকিশ্বরনা ঐবু মাগী কাদা কৌরগা ঐঙোন্দা লুপা ৫০০ পী অদুগা ঐগী খুৎশি কন্না পায়দুনা চৎহন্নিঙ্দনা চিংবদু ঐনা নমদুনা মখুত্তা খুৎ নাম্মনা লৌথোক্লগা লাক্পনি। ঐ মঙোন্দা করিসু হায়নবা তাঞ্জা ফংখিদে হায়রগা কপ্লম্মী। মচেগী ৱাদু তারুরগা মাসু কপ্লম্মী। হৌজিক্তি মপাসু মবুক্ খর ওল্লক্লে। অদুবু মচা আইরিসনা য়াগদ্রা য়ারোইদ্রা খন্দুনা স্টেফেনগী মপানা হায়রম্বা ৱাদু মচাদা হংবসু কিবগুম্ তৌবা অদুনা হংদনা অসুম্ লৈরিঙৈদা মাওগী স্টেফেন মখোয়গী খুলগী নুপী অমা চেল্লগা লুহোংগদৌরে হায়বা তারে। মদুনা মখোয়গী ইমুংসু খর শান্তি ওইরে। অদুবু মরুপ্তি খর লাপথোক্লবা তারে।

শোমদা নবকিশ্বরনা নোংমা মমাদা ইমা ঐ থবক্ অমা চৎলুগে নুমিৎ নিনি হুন্নিদি লৈরক্পা তাই হায়রম্মী। মমানা নঙ্গী হান্নগী খুন্দরা হঙ্ই। নত্তে হায়না খুল্লে। মাদি

থাঙগৈশেংবদি রোজোলিনগী মনাক্তা চৎকে হায়না পুক্লিঙ্দা চপ্ য়ুংনা লেপ্লম্মী। চৎপদি উখ্রুল লম্বীদা চৎলগা ফাওদোক্পা য়াবা খুল্ খরা লৈ। খুলশিংদু ফাওরগা চৎকে হায়বা ৱাখলনি। মতমদি নোংমা পুরা খোঙ্না চৎপা তারম্মী। অসুন্না উখ্রুলগী গাড়ী তোংলগা চৎখ্রে। উখ্রুলদগী কচাই খুল তাবা গাড়ী তোংলগা অমুক্ লাক্পনা নুমিদাংৱাইদা কচাইদা থুংলে। কচাইদগী শুংলেপ লেপ্তনা খোঙ্লম্বীদা কিলোমিটর ২০ মুক্ শাংবা লম্বী অদুদা মতোমতা লাক্পনা নুমিদাংগী পুং ৭ তা ঙমচু হায়বা খুলদুদা থুংলে। মানা লৈরিবা খুলগা ঙমচুগা অমুকসু কিলোমিটর ২০ গুম্বা লাপ্নে। ঙমচুদদি জুনিয়ার হায়স্কুলদগী হেন্না মখা তমথনবা স্কুল লৈতবনা নবকিশ্বরনা ওজা ওইরিবা খুলদুদা লৈবা হায়স্কুলদা ঙমচুগী ক্লাস নাইন অমসুং তেনগী ছত্রা তম্মী। মখোয় জাতি অমত্তনি। শাগৈসু মান্নবা য়াম্না লৈ। ইমুঙ্ মনুঙ্ ওইনা অয়াম্বা তৌনৈ। নবকিশ্বর ঙমচুদা মাগী ছাত্র মাবুসু য়াম্না লুনা খনবা অহুম মরিদি লৈ। মখোয়শিংগী মরক্তা মানা হায়বদা য়ারব্রুদবা ছাত্র শংবু কৌবা অমা থিরে। শাংবুগী মমা মপানা হয়েং অয়ুক্ ঙন্তনা চৎনবা হায়। অদুবু নবকিশ্বরনা নুমিদাংসিদা চত্তবা য়াদে হায়দুনা তোর্চলাইট অমা পায়রগা মাগী ওজাগা লম্বীদা চানবা খরা য়োমদুনা পুরগা মখোয় অনী ঙমচুগী অঙম্বা চীঙ্দু অমুক্ কাবা হৌরক্নে। পুং নিপাল তাবা মতমদা চীঙ্য়াঙ্ য়ৌরে। কন্না চৎলবদি পুং ৯ দদি থুংবা য়াই খন্নরে। অদুবু অয়ুক ঙন্তাদগী হৱাগাড়ী তোংলগা লাক্পনে, লমশাঙ্ লেপ্তনা চৎলকপগী চোক্থবনে মশাদু চৎপা ৱাশিল্লক্নে। ঙাইহাক্ পোথাবদা লোংনা হেক্তা তারম্মী। অঙম্বদু কাগনি খল্লুবদা মা মখোঙ্দু থাংবা থোক্লমদে। য়াম্না ৱানা-ৱানা শাংবুনা মখুৎ শমদুনা চিং-চিংদুনা খুলদু য়ৌনবা পুরক্নে। লৈশাফাল ফম্বা পাখং-লৈসাশিংদি নুঙাইনা নুংশি ৱারী শাদুনা মতম লেল্লি। রোজালিনগা মনাও নুপীগসু থবল ফবা অহিংদুদা তুম্বা য়াদদুনা মপান্দা থোক্লগা মুরা অমমম্দা ফমদুনা ৱারী শারি। মখোয় অনীনা শারিবা ৱারীদু করিগুম্বা রোজালিন্না ওজা নবকিশ্বর লাক্তদুনা মখোয় খুলগী ভুপানিগা লুহোংবা তারগদি মাগী মবুক্তা য়াওরিবা অঙাংসিদি মরাইবক্ থিবা তারদরা নৎত্রগা ভুপানিগী মচা ওইরদরা হায়না মচেনা মনাওদা হংলি। অঙাংসিদি মপাগী মশক্ মাল্লক্পসু য়াই, হয়েং মপা অশেংবা নত্তবনা নুংশিনা চান্নসু তৌবীরোই। ঐসি শিখিবনা হেন্না ফরে হায়দুনা মনাও নুপীদা কোল্লগা কপ্লম্মী। মখোয় অনীনা অসুন্না ৱারী শানদুনা কপমিন্নদুনা লৈরিঙৈদা থোঙগালদগী নুপামচা অমা তোর্চলাইট অমা কাপ্লগা চঙ্লক্লম্মী। "করিগুম্বা অমত্তা হংজগে"? "করিনো" হংবীয়ু আইরিসনা খুমই। "ওজা নবকিশ্বর ইম্ফালদগী লাক্ই রোজালিনগা অমুক্তা উন্নগে হায়দুনা থোঙ্গালদা লেপহৌই" হায়ররে রোজালিন অমদি আইরিস হৱাউবনা লুতোন কাখ্রে। রোজালিন মনাওবু চেনশিন্দুনা চেৎনা কোল্লগা মরাইবক্তা হঞ্জিন-হঞ্জিন চুপ্লম্মী। মহাক্

হৢাউবনা মথুম-মরাং হৌরম্মী। থুনমক্ নুপামচাদুদা ওজাদু ইমুংদা চঙ্‌হনল্লকউ হায়রম্মী। নুপামচাদু থোঙ্‌গালদা থেক্লগা মাগী ওজাদা মনুংদা চঙ্‌লকউ হায়রি হায়রুরে। নবকিশ্বর ইকাইরপ তৌনা চঙ্‌লক্ই। রোজালিন— মপুরোইববু খুরমই। মচেগী ব্যাবহারদু উবদা মনাও নুপীনা হৢাউজরম্মী। মচেসি নোংমতং মীতৈগী ইমুংদা চেল্লুবদা মীতৈগী ব্যাবহার হৈরক্লে হায়না খনজে। ইমুংদা চঙ্‌লগা ঙমচুদগী লোয়নরক্‌পা অঙাংদুসু মখোয়গীদা ঙসিদি লৈরো হায়রম্মী। অদুবু মাদি মাগী শাগৈগী মচিল-মনাও লৈ, মদুদা ওইনা লেক্লুরগে, ওজাসি লমশাং লাক্‌পদা লম্বী চৎপা ঙমদ্রবনি, মা য়াম্না ৱারবনি, খর নীঙ্‌থিনা পোথাহনবীয়ু হায়রম্লগা মাদি মাগী শাগৈগী য়ুমদা থুংখ্রে। ঈশিং অশাবনা মখোঙ্‌দু নীঙ্‌থিনা হামদোক্‌পিরগা মাগী ফমুংদা ঙাইহাক্তং পোৎথাহল্লে। মমাদু থেক্লক্তুনা য়াম্না ৱারল্লগনি আইরিসপু চাক্ থোংহনগে অদুগা চাক্ চানবা হায়রল্লগা মনীঙ্‌দা চঙ্‌খ্রে। মপাদি মাওদা স্টেফেনগী লুহোংবা য়াওবা চৎখিদুনা লৈরমদে। মদুনসু নবকিশ্বরগীদি খরা শাফবনি। রোজালিন্না নবকিশ্বরগী মনাক্তা ফল্লগা ঐদি নঙ্ লাক্তুবদি হু-চাদুনা শিরগে খল্লুরবনি; হৌজিক্তা আইরিসতা কপ্তুনা নঙ্ লাক্তুবদি ঐ শিরগে হায়দুনা মাসু ঐসু কপমিন্নদুনা লৈরম্বনি হায়না তমজে। মখোঙ্‌দু লমশাং চৎপগী লোইনা পোক্‌থোক্লম্মী। তপ্পা তপ্পা মাগী তম্পাক্তা থাংগক্তুনা মখোঙ্‌দু নোইদুনা শেবা তৌনা তৌনা নবকিশ্বরগী নাকোংদা নোম্বরগা নঙ্ মপা ওইদৌরে, ঐ পুক্ কংলে হায়রম্মী। নবকিশ্বর ৱাবনা চোক্‌থরবা হকচাংদু মাগী চান্নবীগী ৱাহৈদু তারুবদা ফুক্ হৌগৎলক্ই।

মপুক্লিংদা চিংনবা লৈতনা ফরে, লাইনা তম্বা হায়বদুনি হায়রগা তুমথখ্রে। মখোয়দি অহানবদদি মাও লম্বীদা লাক্‌প্রা হায়না খল্লুবনি, অদুবু মাদি উখুল লম্বীদা য়াম্না শাংবা লম্বী অমা মাগী নুংশিবী উননিঙবগী ৱাখলদা শিবা চঙবা কিদনা থেঙ্‌লবা অহিংশিদা জংগল ফাওদুনা লাক্লিবসিবু মাগী ময়া নুপাশি মরিলদি লৈবা জাৎনি হায়না রোজালিনগী মমানা মবুক্তা হরাওজে। রোজালিন নবকিশ্বরগী মখোঙ্ পায়দুনা নাল্লম্বদগী মাসু ফমুংদুদা ঙাথদুনা মতম কুইনা তুম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ তৌদুনা ৱাজরক্‌পা কয়াদু নবকিশ্বরগী মথবাক্তা মকোক্তু নোম্বদুনা তুমথোক্‌খ্রে। মনাও নুপীনা চাক্ লোইরে, চানবা তৌরশি হায়গে চঙ্‌লুবদদি মখোয় অনিগী তৌরল্লিবা মওং অদু মমা কৌরুরগা পুন্না য়েংমিন্নে। অসুক্ নুংশিবা দৃশ্যসিবু কদাইদগী উবা ফংগনি। মনাও নুপীনা মীনা নুঙাইনা তুল্লিবদুদা হৌদোক্লুদবনা হেন্না ফরগদ্রা খনবদগী হৌদোক্তনা মনাও নুপী আইরিসনা রোজালিন্দু তপ্পা ফমুংদা মখোঙ্ পায়দুনা থাংগৎপিরগা নুঙাইনা মপুরোইবগী মনাক্তা তুমহল্লল্লগা কাংখল থাবীরল্লগা মাসু মমাগী মনাক্তা চঙ্‌দুনা তুমখি। নুরা-পাখং অনিগী থুংনজবগী নুঙাইবগী ৱাখল অমা খ্‌লল্লগা নিদ্রা লাক্তুনা নুঙাইনা মাবুসু শুম্বীখ্রে।

নোংঙাল্লে, মিকপ থোক্লকপদা রোজালিন মনাক্তা তুমদুনা লৈরম্বদুদা য়াম্না ঙক্না থোক্লম্মী। অদুবু রোজালিন্দি মখুৎ য়েত্তুনা নবকিশ্বরগী মশাদা তপ নপ্না কন্না কোল্লগা নুঙাইবা মঙলান অমদা তাউদুনা লৈরি। মখুত্তু তপ্না লৌথোক্লগা নবকিশ্বর হৌগৎখ্রে। মচিন ময়া শেংবা লোইরে। শোমদা মনাও নুপী আইরিসনা চা-নুং লোন্দুনা ওজা নবকিশ্বরদা পী। অদুগা তুন্নিবা মচেবু মখোল থোক্তনা নোম্নগা হৌদোক্ই। মচেদু নুঙাইবা মঙ অমদা মচানুপা অমা পোক্লে মদু পমদুনা নবকিস্বরগী মংগোলদা মচন নুপীনা মা পম্বীগে হায়না অঙাংদু মখুত্তগী লৌগে তৌবগা মনাও নুপীনা মশা নোম্নকপগা চপ্ মান্নবদুদা মঙ্দু লোইদনা মিকপ থোক্লে। হৌগত্তুনা মচিন ময়া শেংদোকপা লোইদুনা মখোয় ইমুংগী মী লোইনবা ফমদুনা বা তানৈ। হৌজিক্তি নবকিশ্বর লাক্লবনিনা মিতিংদা বারেপ অমা লৌরগা মখোয় অনী লুহোংবা য়ানবা তৌবীবা তারে হায়দুনা মপা হল্লকপা ঙাইদুনা লৈরে। নুমিদাংবাইদু মপাসু মাওদগী হল্লক্লে। নবকিশ্বর লাক্লে তাবদা মাসু হরাওরে। মানা চৎলুবা স্টেফেনগী লুহোংফমদা ঙাঙ্নবা তারকপদা ওজা অশোলিগী মচানুপা স্টেফেন আইচ.আই.ভি পোজিটিভ ওইরবনি, ওজাগী নচানুপী পীহৌদবা যিষুনা কনবীবনি হায়না মরুপ্ অমনা তম্বা তারকপদগী মা নবকিশ্বরবু য়াম্না নুংশিরকখি। মা থুংলবদা নবকিশ্বর খুরুমদুনা ব্যাবহার ফজনা তৌবদুদা "নখোয় মীতৈগী ব্যাবহারসিদি ঐখোয়দি হৈতবনিনে। য়ারে য়ারে হায়।" নবকিশ্বর— "ঐ ঙসিদি ওজা গোপালগা কাটরদা লৈজরুগে হায়জে। ওজা সোনিনা— "য়ারোই করিগী ঐগী ইয়ানুপানা মীগীদা লৈগদ্রা? ঙসিদি ইচানুপী অনিনা য়েনশাং অহাউবা নঙনা চানিঙ্বা অমা খন্দুনা থোংহনগনি"। মপাগী থুনা হোংলকপা বাখলদুদা মমাসু থোইনা হেন্না হরাউজরে। মনাও নুপী আইরিসনা মতাং চানা ইপা অদুদি ঐখোয়গী ইচেদি মীতৈদা ময়ুম পাল্লবনিনা মীতৈগী ফনেক্না ইন্নফিগসি শেৎহনবা য়ারব্রা হংই। য়ারে, নখোয়গী অপাম্বা তৌরো ইপা লোইনা য়ারে হায়বীরে। অসুম্না খুনগী গাঁওবুরাগী মিতিংদা ওজা নবকিশ্বরগা রোজালিনগা মৈতৈগী ফিরোল শেৎ-ইন্দুনা মখোয় মশা-মশা য়ানদুনা নুংশিনদুনা চেনবনিনা মখোয় অনি লুহোংবদা অকায়বা করিসু লৈতে হায়না লাওথোক্লে। খুনগী মিতিং ফম্বগী ওইনা খুনগীদমক্ ঐনা লুপা ৫০০/- দান তৌজগে হায়দুনা গাঁওবুরাগী মখুত্তা নবকিশ্বরনা পিরম্মী। রোজালিনগী মপাসু ঐসু লুপা ৫০০/- পীরে হায়দুনা ময়াম হরাউনা মিটিংদু লোইশিনখি।

খুনগী নুপা ভুপানি রোজালিনগা লুহোংগনি তৌরম্বদু মপানা চৎলগা শাওদনবা থেমজিল্লুরে। মাসু করিসু কায়দে, মাগী নুংশিনবা ওজা অমা লৈবনিনা অদুনা ফৈ হায়রগা লৈহৌই। নুংথিলদু নবকিশ্বর, রোজালিন অমদি মনাও নুপী আইরিস ঈশিংখোংদা শম্ অমমম্ মকোক্তা য়াল্লগা ফি খরসু নবকিশ্বরগী য়াওনা শুনবা ঈশিং স্নাবুল অমমমগা

ঈশিংখোংগী লম্বীদা কুমথরক্ই। থায়না উখিবা মওংদা মশমদু মতুংদা ষ্বাই-ষ্বাই তাহল্লগা নুঙ্পাক্তা ফমদুনা মচিন-মনাও মমাই ওনশিন্নদুনা নোক্না -নোক্না ৱারী শাদুনা ফি শুবদো নবকিশ্বরনা য়েংনীঙ্দুনা অমুক্ হন্না তৌহল্লম্মী। মদুগী ফোটোসু হন্না-হন্না লৌরম্মী। অদুবু মানা মখোয় অনীবু অহানবা থেংনবা নুমিত্তা উখিবা, খনখিবা, ফাওখিবা থম্মোইগী ইথিল অদু অমুক্ য়ৌনা ফাওহনবা ঙমখিদ্রে।

প্রকৃতিগী ফজবগা খুৎশেমগী ফজবগা কৈদৌনুংদা চাংদম্নবা য়াফম থোক্তে। মানা অহানবা উখিবা শকতম্ মতম্ মফম খুদিংমক্ প্রকৃতিগী ফজবা অশেংবা মচুনি; অদুগা মানা ঙসি উরিবা তৌরিবা খুদিংমক্সিদি খুৎশেমগী ওইবা ফজবা য়াব্রা য়েংবা চাংয়েংনি। অদুনা অনীগী খেন্নবা মশানা লৈফম, থোক্পনি। মহাক্ মপুক্লিঙ্দা য়াম্না ৱারৌখি। লাপ্না উবা পোৎকী ফজবসু, খুৎনা লাম্বা ফংদবা পোৎকী মগুনসু লাম্বা ফংদনা লৈরিমখৈ ফজবগী মগুনসু অদুম্ হষ্টদনা লৈগনি, খুৎনা ফংদুনা হেক্ পায়রুবদা পোৎতুগী মগুন হেক্তা হষ্টখিগনি। নবকিশ্বর মতম অমদা মানা রোজালিনবু অহানবা উরুবা নুমিত্তদি রোজালিনগী থম্মোই, পুক্লিঙ্, ৱাখল, ফজবা শক্ফম, পুন্নমক্ অৱাংবা পামেলদা খুৎনা লাম্বা ফংদনা লাপ্না লৈবনা মাগী মগুন্দা ৱাংনা তান্না ফজনা লৈরম্মী। ঙসিদি মানা অৱাংবা পামেলদগী উপাই কয়া থিদুনা রোজালিনগী থম্মোই, পুক্লিঙ্ ৱাখল, ফজবা মশক্ মাগী খুবামনুংদা লৈরে, অদুনা মাগী পুক্লিঙ্দা ঙসি মতম অমদা ফাওখিবা পুক্লিঙ্গী ইথিলদু য়ৌবা ঙমদ্রিবনি। মানা হায়বদগী রোজালিন চাইনা তারক্লিবা মশমদু ঈশিংদুদা শুধা শাপোন্ সেম্পু লুজদুনা মানা মতম্ অমদা উখিবা দৃশ্যা ফাওখিবা ৱাখলগী পারিংদু হল্লক্প্রা য়েংনীঙ্খি। অদুবু করম্বা অরানবা য়াওবননো মানা মতমদুদা ফাওখিবা ৱাখল, তু চুংখিবা কয়াদো ঙসিদি লোইনা থম্মোইগী কাচিন্দা লোৎখ্রমাল্লে, অমত্তা থোরক্উ য়াখিদ্রে। অহোংবা নাইবা প্রকৃতিগী খোংচৎনা মতম্ অমগী মাগী থম্মোইদা তাখিবা মমিদুগা ঙসিগী মানা হায়রগা খুৎশেম্না মালহনন্নবা হোৎনবসিগা থাক্ য়াম্না খেন্নরম্লে। মানা মতমদুদা ফাওখিবা চীঙ্য়া-তময়াগী ফজবা মরক্তুদা ইকাইথিবী নুজা অমনা মতোমতা ঈশিংখোংদা মনিঙ্ তম্না ঈরুজবদুগী ফজবা শক্তমদুদি অমুক্ থোক্লকউ য়াদনা থম্মোইনুংদা লোৎখরে। ঈশিংখোংদগী মচিন-মনাও ফিশুবা লোইদুনা মনাওনুপীনা মাংথারে, মচেনা মতুং থংলগা খ্বাইগী তুংদা নবকিশ্বর ঈশিংখোংদগী য়াম্না ৱাখল নুঙাইনা রোজালিনখোয়গী য়ুমদা অহিং অমা লৈরম্লগা পুন্না ফেমিলি লোইনা থোরক্লগা ইম্ফালদা নবকিশ্বরগা রোজালিনগা লুহোংদুনা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙ্দাখি।

২১-১২-২০০২

# ফুগাইনা শাৎখিদ্রবী খুঙ্গংগী লৈরাং

চাউতোন চহি ৫০গী লোন্নি, মাগী নুপী চান্দনিসু চহি ৪৫ গুম্বদি শুরম্লগনি। লুহোংলবা মতুংদা মচা নুপা নুপী মথং-মথং পোক্লুনা নুপী অনীগা নুপা অহুমগা পুন্না মচা মঙানি। অহল-লম্মনদি লৈখিদ্রে অদুবু অহল লম্মন্না থম্বীরম্বা য়ুম্-ইংখোল লৌ পারি অমগা, মতৈ-মনাওমক্ ওজা মচা অমমম্ ওইজদুনা কন্না হোৎনজরগা চাবদি অদুম লেম্না পানা কোন্নজে। মদুগী মথক্তা মচাশিং লোইনমক্ মহৈ-মশিং তমহন্দুনা মী অমমম্ ওইনবা কন্না হোৎনজে। চাউতোন্না মখোয়গী মতমদুদা খুঙ্গংদা মেট্রিক্ য়ৌনা তম্লক্পদু য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা তম্লক্খি। চাউতোন্না মেট্রিক্ থাবা কুমদনি মপা-মমা অনীমক্ লৈখিদবা। মপা লৈখিদবা থা অনীগী মতুংদা মমাসু তুংথ-মাংথ অদুম্ লৈখিদ্রে। মপাগা পোক্মিন্নবা মপল অমদি লৈ, অদুবু মাসু মচা ময়ামনে, লৈকায়নগা খরা লাপ্নবনে, মাগী য়েংশিনবগা ঙমপোৎ নত্তে। মাগী হায়ববু মনেতোন মনিতোম্বী নত্তনা কনাসু লৈত্রে হায়বা য়াই। মেট্রিক্ পাশ তৌরবা মতুংদগীদি মহাক্ মখা তমথদনা অদুম্ তোক্খ্রে।

মতমদো চাউতোনখোয়গী য়ুমলোন্নবা কৈসামগী ইমুংদা কৈসাম অঙৌগী মচানুপা অমত্তা পোকচবা বোবো কৃষ্ণ শাহন্দুনা জগোই রাস অমা কথলি। সরাংথেমগী বোনোগী মচানুপী রাসিরৈনা মকোক্ চিংই। বোনোগী মচননুপী য়াইমবী অৱাং লৈকায়দা ওংই। মাগী নুপীগী মিংনা চিংথাম্ রাজমনি কৌই। রাজমনিগী মচানুপী অহল লনধোনি মশক্-মতৌ য়াম্না চঙ্খোল্লি। মখাদা মপ্া অমগা মনাও নুপী অমগা লৈ। চহিদি মাগা য়াম্না কান্নবনা অনীমক্ য়াম্না পীক্লি। লনধোনি অৱাং লৈকায়দগী নুংতিগী মখোঙ্না লাক্লুনা জগোই তম্বা য়াওরৈ। নোংমা ইখঙ্ খঙ্হৌদনা চাউতোন্না লম্বী মপানগী পুখ্রি অচৌবদা ইরুজবা থোরক্ই। পুখ্রিদা কুমথরগা ঈশিং বালটিন অমা শোক্লগা সিরিদুদা কাখৎলক্পগা মপা চপ চানা নুপীমচা লনধোনিসু মপাদু হেক্ য়ৌরক্পনি। চাউতোন লম্বীদা মী অমা চৎলিবদু হাইফেৎ য়েংখৎলুবনি। নুপীমচা অদুসু চাউতোন্দা হেক্ য়েংলক্ই। খঙহৌদনা মিৎচানখি। চাউতোন্না অৱোইবা সিরিদা নেৎকে খল্লক্পদা শোমগী লৈশাবী অমগা খঙহৌদনা মিৎচান্নবদুদা ইকাইবোই করিওই মখোঙ্দু সিরিদা নানথুদুনা

ঈশিংগা করিগা তুশিনবনি। নুপীমচা অদুসু মানা য়াম্না থীনা তুশিনবদুদা শোক্প্রা-খোৎপ্রা হংগদবসু নুপীজা ওইবীগী ইকাই থীবা মতৌনে, শক অহানবা উনবনে, মাগী মতৌদুদা ইকাই-নুংশি য়ান্নবা হংবসু ঙমদনা থম্মোইনদি হংনিঙ্লবসু হংলমদনা মখোঙ্না পুবা মাইকৈদা তপ্না তপ্না অদুম্ মাঙলোমদা হেন্থোক্লুনা চৎখ্রে। চাউতোন শোমদা খুরাইদু হুবাত্তুনা ঈশু ঙাঙ্না থোক্লে। ঈরুজগে খন্দুনা থোক্লকপনি দশা তারে। ময়ুমদা থুনা য়াঙ্না চেনশিনখিদুনা হিদাক্ থিদুনা তৈশিল্লগা বেন্দেজ অমনা পুনশিল্লে। মপুক্লিঙ্দা নুপী মচা লনধোনিগী বাখলদা তরঙ্ হেক্-হেক্ চৎপগুম্ তৌই। অশোমদা কৈশামগী ইমুংদা জগোইগী ওজা ডাউজি শর্ম্মনা জগোই তম্বীবা হৌখ্রে। শুমাঙ্-মংগোলদা মী খরসু জগোই য়েংলি। নুমিত্তুগী জগোই তম্বা লোইরদুনা লনধোনিদু লৈশাবী খরগা থোঙ্গাল্লোমদা থোরক্ই। ঙসাইগী সিরিদা তুশিলহৌবা পাখংদু থংনবা শুমাঙ্দা খুরাইদা বেন্দেজ পুল্লগা লেপ্তুনা য়েংহৌবদু মিৎচিনা হাইফেৎ য়েংখিবগুম, তৌই। শোমদা চাউতোনসু লনধোনিনা মমান্নবী জগোই তম্মিন্নবী খরগা থোক্খিবদু য়েংদুনা লেপহৌই।

মীওইবগী মরী নুংশিনবগী মরীসি কনানসু তম্বা ঙম্বা নত্তে। করম্বা কান্দা করিদগী হৌবা, চাওতোনগী সিরিদা খুদি থিদুনা তুশিনবসিসু হন্দক্তি কান্নদৌরি। মহাক্ হন্দক্ মরক্সি পুক্লিঙ্দা মহৌশাগা মান্নদবা লাং-ফাং বাখল য়াম্না খল্লক্লে। মীঙোন্দা হায়দোক্লুদ্রগসু মতোমতা তুমিন্না লনধোনিগী বাখলদা ঙাউজবা লোম্না-লোম্না লনধোনিবু হুবান্দুনা য়েংনীঙ্বা পোক্লক্লে। লনধোনিসু কদোমদগী পাইরক্পা বাখলনো নহান সিরিদা খুদি থীখিবা নুপাদুগী ফিবম্ মূর্তি, মশক্কী শক্তম্ থম্মোইগী মচি-মচিদা য়েক্লুনা সাগৎপা হৌগৎলক্লে। জৌবনগী পুন্সি অসি ওইরে, "ইরুজনিঙ্বগা থোংগ্রা তেক্পগা মান্নে" হায়বা প্রমানসু লৈরি। কদোমদগী, কদায়দগী মাইগৈ খঙ্হৌদনা মতমগী ইচেলগা ইরোইননা তাইবঙ্ মীওইবগী চহী মতাং চানা শাবী শানৌশিংগীদমক্ ঈশ্বরনা তম্বা অমদি হেক্তমক্ লাক্ই। লনধোনিনা জগোই তম্বা লাক্দবা মতমদতা চাউতোন লম্বী মপানগী পুখ্রি অচৌবদা ইরুজবা থোক্লক্ই। লনধোনিসু ময়ুমদগী কেনা চাউতোন্না ইরুজরমগদবা লম্বীদুদা মতোমদা নুংতিগী লাক্কনি। বাহৈনদি নোংমত ফোঙ্দোক্লদ্রবসু মখোয় অনীগী মমিত্তা শানরিবা নুংশিবগী বারী, মদুনা থম্মোই-থম্মোইদা চঙ্খিদুনা উনবা খুদিংগী লাইবক্তা হুমাং কাংনরিবা অদুনদি মখোয় অনীগী নুংসিবগী মরীসি নোংম-নোংমগী চেৎশিল্লক্লি হায়বদু তাক্লি। নোংম-নোংম হৌখিবনা জগোই রাস শান্নগদবা নুমিৎসু লেপখ্রে, লমদা থাগী ১৬নি পানবা পিচকারি নুমিত্তা। মতম, অসুক্ কুইবশি বাহে অমত্তসু নুংশিবীগী মফমদা ফোঙ্দোক্পা ঙল্লক্তি। অদুবু থম্মোইদদি চাম্মরক্ হন্না হংখ্রবনি। "মাগী মিৎয়েঙ্ অদুবু নুংশিবগী মিৎয়েঙ্ নত্তবরা? নোকমি-নোকমিবা মায়থোঙ্না লৈদুনা খঙ্হৌদনা হেক্তমক্ য়েংলম্বদুবো?" অমুক মতোমত

খঙ্গরুই — "মশক্-মতৌ অদুক য়াম্না ফজবা মমা-মপা, শাগৈ-নাতৈ অদুক্ খুৎ কনবা ইমুং অদুনবু লমজা ওইরবা ঐঙোন্দবু য়াবীরকদ্রা?" মরুপ্-মপাংসু কয়া তিন্নদে। ৱাফম্ অসি চাউতোন্না-নোংমতসু মমান্নবা অমগী মফমদা খঙ্হনখিদে। লোম্না থম্মোইদা মা-মতেমতগী ওইনা কনা খঙ্হন্দা থমজবনি। মসি পাঙ্দবদি নত্তে, অতোল-অতাশিংগী থম্মোইদা অয়াম্বনা নীংহন্নবগী ৱাখলসি হেক্-হেক পোকল্লি। ফোঙ্দোক্তবা নুংশিববু নুংশিবা কৌবা য়াগদ্রা, মমিদা খাউশাবা, মশানা য়াদ-য়াদ থা তরুক নুংশিনৈ হায়বদু তাদৌরিব্রা?

অহল-লম্মন য়াওদনা পানবা য়ুম্ ওইরগসু চাউতোন মরম্ ৱাম্না মোক্ই। ইংখোল নীংথিনা কোই, য়েনশাং-নাপী মনা-মশীংনা ইংখোলদু পুমশঙ্ শঙ্ই। মপাগা পোক্মিন্নবা মনে অতোম্বী মনিতোম্বীনা মরক্-মরক্তা লাক্কুনা খরা খরদি য়েঙ্শিনবীরিবনি। নুমিত্তু জগোই রাস শান্নগদবগী অয়ুক্নি। লনধোনি অয়ুক্তগী লাক্কুনা মমাগী মপাম্ বোনোগী য়ুমদা থুংলরে। চাউতোনগী য়ুমগা কৈসাম অঙৌগী য়ুমগা থংনৈ, বোনোগী য়ুম্না চাউতোনখোইগী য়ুমদগী মখা রোমদা ইমুং অহন্না খল্লগা লৈবনি। চিরোম্ বোনোগী মচানুপী রাসিরৈ লনধোনিগা মমিং কৌনৈ। চহীসু লোনগানি, মচন-মনিং থোক্লে। হোরেন জগোইগী লৈপরেং লেংনবা লৈ মথং-মথং থিবা লাক্পনা চাউতোনখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরক্লে। পুখ্রি মপালদা শাৎলিবা লৈশিংদু উবদা হেক্লীঙ্বনা ঙাওরম্মী। অদুবু মপু তাক্ত্রবদি ফজদে খন্দুনা শুমাংলোমদা চঙ্লক্ই। রাসিরৈনা "তা চাউতোন তা চাউতোন" অনিরক্ কৌই। "কনানো করি হায়গে" হায়দুনা চাউতোন ইমুংদগী থোরক্ই। মানা ইমুংদগী থোরক্পা মতমদদি মখোয় অনীদি লৈগী পোলাং অমমম্ মখুত্তা পায়রগা মঙ্গোলদা থেৎলিবা ফোটোশিংদু য়েঙ্দুনা লৈরম্লে। মমা-মপা অনীগী ফোটোদু থংননা মিংশেল চন্দুনা থোঙ্ মথক্তা থেৎলি। লৈপরেং অমমম্ ফোটোদুদা য়াল্লিবদুনা চাউতোনগী মমা-মপা লৈত্রে হায়বা তাক্লি। "অদুদি মাদি কনাগা লৈরিবা?" নুপীমচা লনধোনিগী থম্মোইগী ৱাহংনি। তাঙ্গাদুদা রাসিরৈনা "তা চাউতোন হোরেনগী জগোইগী লৈ খিত্তা হেক্কে তৌবনে"। চাউতোন্না তবং তবং "হায়দসু কোক্ হেক্পা য়াবদুবু" হায়। চাউতোন উবদা লনধোনিদু ইকাইরপ তৌই। চাউতোন্দি কোকচাওবীবু ভুং লাওনা কাখ্রে। খঙ্হৌদনা অসুম্না মাগী য়ুমদা লনধোনিনা চঙ্লক্কনি হায়বদি মঙ্দা ফাওবা খল্লুদবনি। মখোয় অনী তপ্নি-তপ্নি পুখ্রি মপাল তান্না চৎতুনা লৈ হেক্পা হৌখ্রে। মাগী মতম্নবু য়ৌরবদি ঙাঙ্দ-লাক্ত য়াপোৎ নত্তে। লনধোনি রাসিরৈদা চাউতোনগী মরমদা হংবা হৌরক্ই। "হে! রাসি! নখোয়গী তা চাউতোনশিবু মমা-মপা অমত্তা লৈত্রবো"? "লৈত্রে ইবেম্মা!" রাসিরৈনা খুম্লক্ই। মখা তারক্ই "তা চাউতোনসে লৈকায়সিদা মরম্ মোক্পদা হায়নরিবনি, হৌজিক্ য়ুমশে মতোমতনি

লৈরিবা। উরেদনা ইনশাং কোবী হংগাম ফরিবা— লৈ ময়াম্ শাৎলিবশিংসে মানা লোইনা থারিবনি। ঐখোয় বাবাখোয়না নুপী অমা থিবীরনি হায়বনি। খঙ্দে অদুবু মমা-মপা লৈত্রে হায়দুনা মীনা য়াবীরক্কদবা মান্দে"। অকোনবগী রাসিরৈগী ৱাহৈশিংদুনা লনধোনিগী থম্মোইদা চৈনা থিনবগুম্ খংনা নাবগুম্ তৌই লনধোনিদি রাসিরৈগী ৱারীদুদা পুক্নিঙ্দা ৱারী মথং-মথং ভাবনা কোইপু পুখিদুনা চাউতোনগা মাগা লুহোংলবদি কমদৌবা হায়না লাং-ফাং খল্লিঙেদা লৈদি ইহেক্ হেকলমদ্রে। মনাসু করিসু য়াওনা পঙ্হাপ্তা হাপচিল্লম্লে। রাসিরৈনা নঙ্গী লৈদু কয়াম্ হেক্লে হংলক্পদদি মাদি মিকপ্ থোক্লককপগুম্ মতমদুদা জ্ঞ্যান লাকপদা ঙায়রি। য়ারনিদা চৎলসি হায়না মখোয় অনী থোঙ্গাললোমদা থোক্খ্রে। থোঙ্গাল য়ৌরগা লানধোনিনা হন্না অমুক্ য়েংলুবদা মঙ্গোলদা লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈহৌরিবা চাউতোনগীদমক্ খল্লুবদা অৱাৎপদু মানা মাগী পোৎলুম্ হেনগৎলক্ই। মাগী চাক্-ঈশিংনা কমদৌবা, মতোমতা থোংলগা চারমগনি খল্লুবদা অৱাৎপদু মানা মেনশিনবীরবদি হায়বা ৱাখলনা ফুম্বংননা চৎলি।

অসুম্না নুমিত্তুগী নুমিদাংগী জগোইদু নীঙ্থিজনা পাঙ্থোক্নুনা লোইখ্রে। চাউতোন জগোই লোইবা ফাওবা মান্দোব মচিদা য়াম্না পুক্নিঙ্ চঙ্না জগোই য়েংখি। অদুবু মানা থৱায় তানা য়েংজখিবা জগোইদু লনধোনিনা উখিব্রা হায়বদুমদি ভাব তাখিদ্রে। মসিমদি খঙ্ই মদুদি নুমিত্তো লনধোনি জগোই ফজনা শাখিদে।

জগোই লোইখ্রবনিনা নুংতিগী পুখ্রি অচৌবগী সিরিদা ফমদুনা মা লাক্পা ঙাইগদবসু মা লাক্লরোই খনবদগী পুখ্রি অচৌবদা ইরুজনীঙদ্রে। শোমদনা লনধোনিনা মতমদু য়ৌরক্লগা জগোই তম্বা চৎনিঙ্লক্ই, মরমদি ফোঙ্দোক্তবা নুংশিবা অমনা মাবু লাক্পা শোয়দনা পুখ্রি মপান্দা ঙাইরমগনি হায়বগী ৱাখলদা। জগোই লোইখিবা হুন্নি শুরে। কদোমদগীনো খঙ্দে, লনধোনি নুংশি মৈনা চাক্পা হায়বদুরা। জগোই তম্বা নুংতিগী চৎলম্বগী শ্বাভাবনি, মতোমতা য়ুমদগী থোরক্লে। লম্বীদুদা অসুম লাকপনা লম্বী ময়াগী পুখ্রি অচৌবা য়ৌশিল্লক্লে। অরাপ্পদগী পুখ্রি মপাল্লোমদা মিৎয়েং থন্নক্ই। কনা 'মতা উদে। "ও ! ঐনা লাক্লিবসিবু মা উদনা হনবা তারবা। ঐ লাক্লরোই খনবনা জগোইশু লোইখ্রবনিনা কান্নররোই খনবদগী মা-ইরুজবা থোরক্তবনি।" অসুম্না ৱাখন্না অমা মখোঙ্না পুবনা অমা তৌদুনা মমাগী মপামদা থুংলরে। রাসিরৈ লৈরমদুনা জগোই লোইখিবগী ইচিক্-চিক্পা, নুংতিগী মখোয় ময়াম্ পুন্না পুন্না জগোই তন্নম্লগা হৌজিক্লা শুমাং-মাংগোল ইহাং হাংদুনা মী ইতাক্ তাক্পদু উরগা হেন্না পুক্নিঙ্ খোইরাংঙি। ঙাইহাক্ ৱারী শানরবা তুংদা লনধোনিগী পুক্নিংদা চক্নি অমা তৌরক্লে। করম্না রাসিরৈগা লোয়ননা চাউতোনখোয়দা চঙ্শিগে অসিনি। অসুম্না হায়রক্ই "য়েংও রাসি ! নহান ঐখোয়না লৈ হেক্লুবা ইমুংদো" "ও ! তা চাউতোন খোয়দা" রাসিরৈনা খুম্নক্ই। "অদো মখোয়গীদা

ঐনা য়াম্না পাম্বা লৈ চারা অমা মখোয়গী পুখ্রি মপান্দা হৌহৌরে। মদু নঙ্গী তা চাউতোন্দগী খর নিরুসেমি"? "নঙ্গীসে মওং অমা মানশিল্লকএকো" রাসিরৈনা। "হোয়দা হোয়দা হায়বীগেদা" হায়রম্লগা ইমুংদা চঙ্খ্রে। রাসিরৈনা মাগী পুক্লিংগী ৱা খজিক্তং খঙ্বগুম, তৌবদুদা চাউতোন্না রাসিরৈদকা হৌদোরকপ্রা সিনি মানা খল্লিবা। রাসিরৈ ইমুংদগী ফি মতেক্ অমা ইল্লগা থোক্লক্তুনা মখোয় অনী হৌনদুনা চাউতোন খোয়দা চঙলক্ই। অদুবু শোমদা চাউতোন্দি ময়ুম, শো লোল্লম্লগা চৎথোক্খিরম্লে। য়াম্না পুক্লিং নুঙাইতনা অমুক্ থোরক্লম্মী। রাসিরৈনা হংই— "করম্বা লৈ পাম্বীনো? ঐঙোন্দা তাকুউ ঐ হয়েং তা চাউতোন্দা হায়রগা ফুক্পীরমগে"। লনধোনিদি অশেংবা লৈপাম্বীদি খংদবনা আ! আ! হায়রগা কোন্না অমুক্ নোংমা লাক্লগে হায়রম্লগা চৎখ্রে। ইনখৎলক্পা চহী লোনগাগী মশেন্নিনা রাসিরৈদু ভাবনা লনধোনিগী ৱাখল হায়ফেৎ উবগুম্ তৌখি।

শোমদা চাউতোন লনধোনিনা জগোই লোইখিদুনা লাক্খিদ্রবদুদা মাগী পুক্লিং লৈতাফম্ খঙ্লমদে। ময়ুমদগী সাইকল অমা ইনথোক্লগা লনধোনিখোয়গী লৈকায়দা মাগা লাইরিক্ তম্মিন্নখিবা ইবোয়াইমা কৌবা মমান্নবা অমা লৈ। ইবোয়াইমা উনবগী মওংদা ৱাখলদি লনধোনিগী ৱাখলদনি, লাক্তুনা ইবোয়াইমাগা উনদুনা হৌখিবা ৱারী কয়া শান্নদুনা লৈরি। নুমিৎ থেঙ্জিল্লক্লে, অমুক্ হন্নবা তৌরগে হায়দুনা ইবোয়াইমানা চাউতোন থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোরক্ই। সাইকলদা কাখৎকে হেক্ তৌবদা ইবোয়াইমাখোয়গী থোঙ্গালগী হেক্ লৈথোরকপদা লনধোনি থেংনরে। মমিৎ অনিদু ঙসিসু অমুক্ মিৎচানরুরে। লাইবক্ অনিদা হুমাং কাংনখ্রে। চাউতোন কৌগে খল্লি মশাদি নীক্ই, লনধোনিসু চপ মান্নে। চাউতোন অ: অ: হায়রগা হেনদোক্পনা হাল্লে। লনধোনিদু চুম্না চৎলম্বদু ইকাইবা খাঙ্বা ঙম্লক্তদুনা চেন্ন চেন্না চৎখিদুনা মখোয়গী থোঙ্গাল মপাদগী চাউতোনবু নোক্ফেৎ তৌনা অমুক্তং য়েংলম্মী। চাউতোনসু হন্না য়েংলুবদা লনধোনিগী মিৎয়েংগা মপা চানখি। মতাংদুদা চাউতোন্না খল্লি "ঐসিবু অসুক্ পাঙ্দ্রিবসিবু করিগীনো"? অসি খন্দুনা মতোমতা থম্মোইদা খুদুম্না শুজখি। নুমিত্তু মহাক্ সাইকল ইল্লগা ময়ুম য়ৌরক্খিবদু করম্না য়ৌরক্খিবনো খঙ্হৌদে।

নোঙানবগী অয়ুক্লি রাসিরৈনা "তা চাওতোন নহান নখোয়গীদা জগোই নুমিত্তা ঐগা লৈ হেক্পা লাক্লম্বা নুপীদো খঙ্ব্রা" হংই। চাউতোন য়াম্না ঙক্লা "করি তৌরে"? য়াম্না খঙ্নিঙ্না "খঙ্বু খঙ্ব্রা হায়ৱানি"? "খঙ্ই, অদু কৈদৌরবা"? "মা লুহোংদৌরে" হেক্ হায়জিল্লুরে। চাউতোন শ্বাই লাওই, কোক্চাওবী ভুং কায়। "ফাগি তৌনিদা। তা চাউতোন কৈদৌরে শক্ফম্ হনজিল্লিদুবো"? "হা! কৈসু তৌদে"। "মা লাক্অমমেবা, অদো নখোয়গী পুখ্রি মপান্দা মানা য়াম্না পাম্বা লৈ পাম্বী অমা হৌরি, মদু মানা য়াম্না

পমজৈ মদুমতং নঙোন্দগী নীজগে খর হায়বিয়ু হায়রম্মে"। ঐনা হায়বীগে হায়খিবনি। ফাগিদি ফাগিনি হায়ববু চাউতোন রাসিরৈগী অহানবগী ৱাহৈনা তাশোন্না থম্মোইদা থুম্না থিংজিন্নুই; অকোনবগী ৱাহৈ অদুনা অমুক্ শৎতোক্লগা মলম তৈদুনা ফনবা হোৎনবগুম্মী।

নুংশিবগী মৈচাক্ নক্লরগা মগুন লৈতবগুম্ উনদ্রগা লৈঙমদবা করম্বা বিধিগী খুৎশেন্নো? জৌবনগী মতমনিনা খরদি ৱাবা তারেদনা মীসু তৌনরিবনিনা। অদুবু তুংগী ৱারীনা কমদৌবা তারিবা? মথংগী অয়ুক্লি, চাউতোন্না পুখ্রি মপান্দা কোয়না চৎতুনা কোয়েং য়েংই। খল্লকই "মানা পাম্মী হায়রিবা লৈ পাম্বীদুবু করম্বা পাম্বী ওইহ্রিগবা, "নাইতোম্ হৌবা লৈ পাম্বীসু অমত্তা য়াওদে মশানা খনবা নত্তনদি খঙ্লোইদা"। ঈশিং চাইনবা পেরেদু লৌরুরগা নুংশিবীনা পাম্মী হায়রম্বা লৈশু থিফম্ খঙ্দে ঈশিংদি মশা লুপ্পা চাইবীরগে, মাগী থম্মোইনা পেনজনবা" অসি খন্না লৈশিংদু ঈশিং মশা লুপ্পা চাইবীরম্মী।

য়াওশঙ্সু লোইখ্রে, বারুনিসু চৎখ্রে। মতমদো জেনেরেল ইলেক্সনগী য়াম্না লাঙ্নরম্মী। খুঙ্গং অদুগীসু কেন্দিদেৎ অমা ভোৎ লেপ্পী। মমিংনা তাওরেম জুগোলসিংহ কৌই। লনধোনিখোয়গী মনীঙ্ পরেংদা লৈবনি ইনাক্ খুল্লি। খুঙ্গংদুদা লৌয়াম্ চাবগী মমিং লৈরিবনি। মচা নুপা অনী লৈ, মচানুপী লৈশাবী অমগা। মচা অহলদুগী মিংনা বীরমনি কৌই। হৌজিক্ হৌজিক্ এলাহাবাদতা এগ্রি তম্মী। মচা য়াইমগী মিংনা শুভাচন্দ্রা কৌই। ইম্ফালদা বী. এ. অহানবা তন্নি। মচন নুপীগী মমিংনা লতাস্না কৌই। মাদি লনধোনিগা ক্লাস মান্নরক্পনি, হন্দক্ ক্লাস টেন পাশ তৌবদা ঙাইরি। জুগোল হান্নসু প্রধান অনীরক্ ওইরক্পদা রেকোর্দ অদুক্ হাক্না ফত্তবা লৈখিদবনা শোয়দনা কাগনি ঙাঙ্নৈ। ভোৎকী য়াম্না লাঙ্নবদুদা জুগোলগী মচানুপী লতাস্না লনধোনিবুসু হৌবা লাক্লুনা ভোৎ খোম্বা চাৎমিন্নে।

মখোয় অনী লুনসু তিন্নে, মপা মপাসু মতাও শান্নে। ভোৎতা পৈশা কাসু পাংদুনা হন্দক্কীসি কাহৌদবা য়াদে খন্দুনা কন্না মিতিং তৌবনে, চাক্পু চানবনে তৌদুনা হোৎনরি। ভোৎকিদমক্ মতমদো জুগোলগী মচা অনীমক্ ময়ুমদা থোরক্লুনা লৈ। নোংমা লনধোনি লতাস্নাগা লোয়ননা চাক্ চামিন্নে। মমা ইবেনিনা চাক্ চারিঙৈদা লনধোনিদা ফাগি ওইনা "ঐগী ইচা বীরমনিগী ট্রেনিংসে হেক্ লোইবগা লনধোনিসে ইমৌ ওইদৌরিনি" হায়রক্ই। লনধোনি ৱাদু তাবদা মশাদু শ্বাই লাওই। মমাঙ্গী কাদা বীরমনিসু লৈরিবনি, মাসু মমানা হৌনা মাবু তানবা হায়বনিনা মাসু তারে। লনধোনিগী ইনখৎলক্পগী চুংফিরাল চানা ফজরবা রাসিগুন্ চীঙ্লেম্বা মতৌদুদা করম্বা নিপানা পাম্লোইদগে?

মমানা চাক্শঙ্দা ঙাঙ্খিবা হায়খিবা পুন্নমক্ বীরমনি মাগী কাদা লোইনা তারম্মী। মমাগী ৱাদুদা পুক্নিঙ্দা হরাওবা পোক্চরম্মী। মথং থোরক্পদদি লনধোনিগীদমক্ ফজবা ফি অমদি লৈবীরক্কে খল্লি। হায়নরিঙৈদুদা ইমা ঐসু চাক্ লাম্লে চাক্ চারগে হায়দুনা চঙ্লক্ই। বীরমনি চঙ্লক্পদুদা লনধোনি হৌগৎখিবগা চপ চান্নে। মচানুপী লতাম্না না মমাদা "ঐখোয় ইমাসিমা ৱাশি লাওনা লাওনা ঙাঙ্বসিনা হায়"। লনধোনিদি লতাম্নাগী মমাগী ৱাহৈদুদা মরাইবক্ থিরবা চাউতোনগী ৱাখলদা হেন্না-হেন্না অৱাবা ওইহল্লে। মপা মপাসু লুনা তিন্নবা মনুঙ্দা শোয়দনা মরম্ অমদি লৈরমগদবা মানশিল্লক্লে। হান্নদি সিগুম্বগী ৱাখলসি নোংমতসু খল্লুদবনি। হৌজিক্তি মপুক্নিঙ্দা থোইনা হেন্না অৱাবা মাসি শোয়দনা বীরমনিদা লৈবদা তারগদ্রা অদু ওইরবদি তা চাউতোনদি কমদৌবা তাবা? মথং-মথং চাউতোনগীদমক্ মপুক্নিঙ্দা হেন্না-হেন্না নুংশিবা হেনগৎলক্লি।

নুমিদাংদু ময়ুমদা হল্লক্লগা মাংগোলদা দারিদা ফমদুনা ৱারক্তগী হন্দোরক্লিবা পুর্নিমা মতুং নোংমা কোনবগী থাজদু পুক্নিঙ্ হুনা য়েংলি। জৌবনগী মতম্নিনা পুক্নিঙ্দা হেন্না হেন্না থাজগী মঙালদুনা নুঙোলহল্লি। খঙ্হৌদনা মানা য়াম্না পুক্নিঙ্না খোয়দাজবা মতমদুগী রেকোর্দকী ঈশৈ অমা নুংশিনা অথাপ্পদগী নুংশিৎনা হুমদুনা মাগী নাকোং তন্না পুশিল্লক্লি। মদুনা মাগী পুক্নিঙ্দা চাউতোনগী নাইতোম্ হিংজরিবা পুন্সিগী লম্বীদা মাগা পুন্না খোঙ্দামিন্নদুনা শিগুম্বা পুক্নিঙ্ হুবা দৃশ্যসি নুংশি-নুঙোনগী অৱা-নুঙাই পুন্না ফম্মিন্নদুনা ৱারী শাবা ফংজরবদি খঞ্জরি। *রাজকুমারি স্নাতোস্বীগী নাইতোম খোনথোক্তা শক্পা "নোক্মি নোক্মি নুংশিবা! তান্না চেংলৌ শক্হেনবা। নোংমত উজবা ফংজদরে, খায়না মৈনা চাক্লবা,* হায়বা ঈশৈ ময়েক্ অদুনি। পুন্না তাগেসু ফংদবা নুংশিৎনা অমুক্ হুন্নক্পদা হৌনা হেক্ তায়, অমুক্লা মুশি মুশি হেক্ তায়। অসুম্ পুক্নিঙ চঙ্না তারম্বদগী খাঙ্তপ্তা মাইক্তু খোংবা লেপখ্রে"। ওহ্যোক্লসু ফত্তেদা! অদুক্ নুংশিবা ঈশৈদুবু অসুক্ থৱায় য়াওনা তাজরিবা অদুগবু মীগীসু খনবীদনা খাঙ্তপ্তা করিগী মুথৎপীরিবা! নুজাগী পুক্নিঙ্ খোইরাং খোইশাওনহল্লিবা! মঙোন্দদি মদুনা হেন্না অৱা পোৎলুম হাপ্পবগী মশক্ ওইখ্রে। মাবু লকনবগুম্ থোকখ্রে। পুক্নিঙ্ চঙ্না তারম্বা ঈশৈসু লেপখ্রে, থাজসু কদোমদগীনো খঙ্হৌদনা লৈচিল মপৈ অমনা থুনা য়াঙ্না পাইশিল্লক্তুনা কুপশিনখ্রে। খঙ্দে লনধোনিগী পুনশিসু অসুন্না খঙ্হৌদনা খাঙ্তপ্তা লেপখিবা ঈশৈগুম্ খঙহৌদনা পাইশিল্লক্পা অমুবা লৈচিলগী মপৈনা নীঙ্থিবা থাজগী মায়থোঙ্বু খুমজিনখিবগুম্ তম্বা ঙমদবা পুন্সিগী লমবেলনি। অসুন্না মিৎলুদা পিরাং শিনথরুদ্রবসু থম্মোই নুংদদি পিরাংনা চোৎপগুম্ ফুক হৌগৎলগা য়াম্না শাওনা ইমুংদা চঙ্খ্রে। থাজসু মতোমতা ঙাইহৌরে, ঈশৈসু কেমদুনা মাঙ্খ্রে। বীরমনিগী মৌ ওইদৌরিনি হায়রুবা নুমিত্তগী লনধোনি ভোৎ খোম্বগী থবক্তা কয়া থৱায় য়াওদবগুম তৌখ্রে। লতাম্নানা মমাদা

"হিংচাবী নঙ্না মী ইকায়নি ইকায়রোই খঙ্দনা লংনরব্বদগী ইতাদু লাক্কুবা নৎত্রা" হায়দুনা মমাদা শাওই। মমানা "হেরা করি থোক্এনা ঙাঙ্জশারিনো, নপাগা মপাগা হান্নবা বা লোইনগ্রবনি, মাসু খঙ্জসনু হায়দুনা তৌবনি"। "ঐখোয়গী মতমদদি হিদাক্ হান্নকউ নখুৎ য়েংগে হায়দুনা নখোয়গী নবোক্লা য়ুমদা তোয়না তোয়না লাক্কুনা হায়ররিবনি। মদুদা ঐখোয়দি করিসু ইকায়বীদে"। "ইমাখোয়গী মতমদুগা হুজিক্কদি কদাইদগী মান্নরনি"? অসুন্না ভোৎ থাদবা লোইখ্রে। তাওরেম জুগোলসিংহ ভোৎ কারে। খুঙ্গংদু হরাওবগা লাঙ্বগা অমুক্ তোইবা লোইরে। ভোৎ হায়দোক্পা মতুং হুন্নিসুবা নুমিত্তনি তাওরেম্গী ইমুংদা খুনগী মীয়াম্ পুন্না চাক্ চাখিবা। লনধোনি য়াওদি য়াওরবসু কয়া খোয়দাবা উখিদে।

শোমদা চাউতোন্না কমদৌরি, মাগী মমান্নবা ইবোমচা কৌবা অমা চীঙ্দা ওজা ওইবনি। মতম খরগী মমাঙ্দা মানা লৈরব্বা খুন্দুদা অঙ্কগী ওজা অমা হাঙ্গনি হায়দুনা তাখি। স্কুল অদুসু গ্রান্দ-ইন-এদনি। করিগুম্বা স্কুল অদুগী অঙ্কগী ওজা কৌরক্ লবদি মাসু চৎকে হায়নখি। ইবোমচাদু ভোৎকা ওইবগা য়ুমদা নোংম-নিনি থোরক্কুনা লৈ। স্কুলদুগী ওইনা অঙ্কগী অফবা ওজা অমা মানা হন্দক্ ভোৎকী য়ুমদা থোক্পদা পুবিরক্কবা য়াদে হায়না কন্না শিন্নরক্লম্মী। ক্লাস আইট ফাওবগী তম্বীনবনি হায়রে। ইবোমচা লাক্কুনা চাউতোনখোয়গী মঙ্গোলদা মখোয় অনী মোরা অমমম্দা মায়-মায় ওনশিন্নদুনা বারী শান্নে। চাউতোন তাঞ্জা অদু নানথোক্হন্নিঙ্দে। অদুগা খুদোংচাবা অমনা স্কুল অদু চহী অদুদগী স্কুল খর গবর্নমেন্টকী লৌশিনবদা শোয়দনা য়াওগনি হায়বগী থাজবসু লৈরবনি হায়না তায়। অদুবু লুরিবদি মানা চীঙ্দা চৎখ্রগা য়ুমদি কনানা শঙ্বীহৌগনি? মানা খনবদা মনেতেন মনিতোম্বীগীদা চৎলগা খন্নরগে লেপ্লে। থুনা য়াঙ্না ইবোমচাগা লোয়ননা মনেতোনখোয়গীদা চৎলে। মনেতোনগী মচা নুপাদু হন্দক্তা লুহোংবদা ঙাইরিবনি। মখোয় অনী মতম খর লৈহল্লগা কোন্না-কোন্না অমুক্ শীন্নরসি হায়দুনা শোয়দনা চৎপদা লেপলে। তাং ১৫ ফেব্রুয়ারি থা, য়ুমশকৈশা নুমিত্তা চৎপা তারে।

হয়েং চৎলগনি হায়বা নুমিত্তুগী নুমিদাংনি, চাউতোনগী পুক্নিঙ্দা মনীঙ্-মমাঙ চিংনা বাখিবা। মমা-মপা অঙাং ওইরিঙেদগী থোক্খিবা থৌদোক্শিং মথং-মথং নীঙ্শিংলক্ই। মমাগী অরোয়বা মতমগী বাহে "ইচাগী ইমৌ অমতং থিরগা ইমিৎসিনা ইমৌগী মশক্কুদং উরগা চৎখ্রবদি নুঙাইগদবনি" হায়বা বাহে। খুদাং পায়দুনা শিন্নরম্নবা কনা অমত্তা মনাক্তা উখিদবা মমা মচাদা মুন্না য়েংনরগা সংসার থাদোক্খিবা মিকুপ লোইনা নীঙ্শিংলক্ই। অরোয়বদা জৌবনগী পুনসিদা অহানবা উখিবা নুমিত্তগী কাউগে ঙমদবা মাগী চেংলৌদুবু হন্না হন্না উরক্ই। টেবল চৌকিদা ফম্মী। লালটেন ঙান্না

থাঙ্গথলি। পুক্লিঙ্দা খল্লি চিঠি অমদি ইরগে মাগী মফমদা। অঙৌবা চেবাংদা ৱাহৈ পরেং খর থাদরক্‌ই—

করি হায়না কৌগদবনো খঙ্দে। ঐগী অৱাবসে খঙ্‌বীরমদবসু য়াই। খঙ্‌হৌদবা খুদি থিবগী থৌদোক্তগী নহাক্‌পু উরুবা মিকুপ্তুদগী ঐগী থম্মোইদা হায়ফম্ খঙ্‌দবা নহাক্কী মমি অমা তাথ্রমান্নে। তুম্বা-চাবা, অহীং-নুংথিল অনিমক্তা নহাক্‌পুদা উদুনা লৈরে। করম্বা চিত্রকারনা নীঙ্‌থিনা হৈ-শিংনা য়েক্‌পগুম্ নীঙ্‌থিবা রাসি লৈবা নহাক্কী মীনোক্তু পুন্সিগী ওইনা ইনাক্তা লেঙ্দনা থন্নগা নুংতিগী য়েংজনীঙ্‌বনি। নুংশিবনা হেনখিবনা ওইবা তাই, নহাক্কী নফমদা ইচিনসিনা হায়গে খনবা ৱাহৈ চাম্ম-চাম্মনি মফম্-মতম্ চাবা ঙাইনা ঙাইনা ঐগী মরোমদোম, তরক্ থোক্লিবা নুমিৎসিসু খঙহৌদনা তাখিগদ্রা হায়বা ঙমদে।

নহাক্না পামজবা লৈরাংনা ঐখোয়গী পুথ্রি মপালদা মনীঙ্‌তম্না শাথলি হায়। মদু তাজবদা থম্মোইনা খোয়দাবা লৈরাংগী লৈশক্‌সু তাক্‌পীরদবনা ইতোমতা মশক্ খঙ্দবা লৈরাং পাম্বী অমনা করম্না কদাইদা কেকু-লোৎপী শান্নবগুম্ লোৎতুনা লৈরিবা? নুংতিগী ঈশিং চাইজবা নত্তনা করি উপাইদি লৈরি। পুন্সিসিনা মপুগী শিষ্থা কায়দনা চৎলগদি নোংমতংদি তাক্লখোকো অপাম্বা লৈরাং পাম্বীদো? থম্মোই শেংনা শিন্নজগে নুজাগীদমক্তা, থারুনবা পাম্মু মাগী লৈকোন্দা নুজানা খোয়দাবা কনাগী।

লোইশিনজরগে।

অদোমগী লমলানবা অমা।

ইকায় ইকি হুন্দোক্লুনা চিঠিসিমতংদি শিন্নরম্লগে খন্দুনা রাসিরৈখোইগীদা চঙ্‌লক্লগা রাসিরৈ নংনা লৈশুশিংসে খর য়েংবীরম্বা তারে, ইবুং চৎলুখিগে হায়রগা চিঠিদু পীরগা লনধোনিদা খর পীবীয়ু হায়রম্মী। মানা চৎকদৌরিবা জগা লমদমদুগী মরম্ থবক্কী পাউদি চিঠিদুদা করিসু পল্লমদে। অসুম্না মমা-বাবাগী ফোটোদা খুরুমজরগা য়ুমদগী বেদিং অমা মনঙ্গন্দা থোঙ্গৎলগা থোকখ্রে। বজারদা ইবোমচাসু থোরক্তুনা মখোয় অনী উনরে। অসুম্না তান্নবা চীঙ্‌গী খুঙ্গং অমগীদমক্ চাউতোন খোঙ্‌শানখি।

লনধোনিদি চাউতোনগী পাউশি করিসু তারমদে। নোংমা লতাস্নাগা হৌনরগা মমাগী মপামদা লাক্‌ই। মাগী ৱাখলদি চাউতোন্দা অমুক্তংদি মাগী অনীংবসি মমান্নবী রাসিরৈদা ফোঙ্‌দোক্‌হল্লগে অসিনি। রাসিরৈখোইগী থোঙ্গালদা মখোয় অনী চঙ্‌ঙক্‌ই। রাসিরৈ মঙ্গোলদা ফি শাদুনা লৈরম্মী। মমান্নবী লাক্‌পদুদা ফি শাবা থাদোক্লম্লগা ফিদা থাদুনা ফম্মিন্নে। লনধোনিগী পুক্লিঙ্দি চাউতোনখোয়দা য়ৌথ্রবনি হান্নরা। রাসিরৈ

ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলগা নহান চাউতোন্না পীরম্বা চিঠিদু লনধোনিদা পী। লতাম্লানা কনাগী চিঠিনো হংই। খর চিংনবগুম তৌই। লনধোনিদু চিঠিদু হাংদোক্পা ইকাইজে, মপুক্লিঙ্দা য়েংনীঙ্বনসু লাংতক্লে। হাংদোক্পসু কিগুম্ তৌই। কোন্না পারগে হায়রগা ফিজিদা য়েপশিনখ্রে। রাসিরৈনা ৱারী হৌরক্ই— "তা চাউতোন্দু চীঙ্দা ওজা ওইনি হায়দুনা মমান্নবা অমনা হৌদুনা চাৎখ্রে"। করম্বা কান্দা অমুক্ থোক্লক্কদবনো হায়বসু খঙ্দে। মানা চৎলমদাইগী অয়ুক্তা পুখ্রি মপালগী লৈশিংসে ঈশিং লোইনা চাইরম্মী। ঐঙোন্দসু লৈশিংসে শাৎলবা কান্দা কনামত্তা হেকহনগনু হায়রম্মী। ঐনা লনধোনি ঐখোয়নিনা হেকপদি য়াইদনা হায়। মাসু নোক্ই। নঙ্গী লৈ পাম্বীদুদি ফুকহৌদ্রেদনা হায়। লনধোনি ফনা কেনা লাক্চবনি অদুবু রাসিরৈগী ৱারীদু তারুবদগী থম্মোইদু খঙ্শোন শোনথখিবগুম্ মশক্তু য়েংবা য়াম্না নুঙাইত্রে; মশক্ মচুকা থোক্খিদ্রে। করি উপাইদি লৈরি। পাম্মুবগা নোংমতসু পুকমেন পাওমেন্নবা ফংজদ্রিবা পুন্সিগী অহানবা পারা তাক্পিনবা ওজা-গুরু য়াওদবনা নুংশিবা করিনো খঙ্জদ্রিবিনি। ৱাহৈ অমত্তংসু মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা অবা-নুঙাই পুন্সিগী পাউদম্নদ্রিবীনি। ইচম্-চম্না মিৎকা-মিৎকা য়েংনরগা থম্মোইদা ওমচারুন্না খাঙ্নবদুতনি হৈরিবা। খঙ্দে, নুংশিবা হায়বসিগী অর্থবু করিনো? পুন্না-পুন্না লৈশাবী পাখং খুদাং-খুদাং পায়নদুনা য়াওশং থাবল চোংদুনা নোক্লা খেনা হরাউবদুরা? নৎত্রগা উনা পুঙ্বা উপালগী মচি-মরুমদা ফমদুনা পাখং-লৈশা অনীনা ইংন-চিক্লা ৱারী শানবদুরা? নৎত্রগা ফোঙ্দোক্তনা নুঙ্দা লোম্না থুপ্না মাগী মুর্ত্তিবু কনা খঙ্হন্দনা পুক্লিঙ্গী কাচিন্দা থম্মোই শেংনা লাৎচরগা তুমিন তুমিন মদোম্ চাকনবদুরা? অদুবু খঙ্দে, অশেঙ্বা নুংশিবগী মরীসিদি মশক্তি উদবা পাক্ থদৎপা ঙমদবা লংলা অমনা তিংলগা থম্মোই অনী নক্লবসু লাপ্লবসু লংদুনা শন্নদুনা তৎতনবা চিংনবদুরা?

জৌবনগী নুংশি-নুঙোনগী চহী মতাং অসিদদি য়েংঙু-য়েংঙুবা পোৎ পাম্মুবগী লমদমদা হৌবা উপাল-ৱাপাল, হৈরাং-লৈরাং খুদিংমক্ পাম্মুবা মাগুম্ নুংশিজে, পাম্মুবনা ওইরগনা নুংশিবীগী লমদমদা হৌবা উপাল-ৱাপাল, হৈরাং-লৈরাং তাউবা হুই ফাওবা নুংশিবীগুম্ উবদা পুক্লিঙ্ নুঙোল্লিবনি। নামিবা নুংশিৎনা হুম্লক্পদা পাম্মুবগী মপাও য়াওরক্পরা হংজরিবনি পুক্লিঙ্দা। অসুক্ নুংশিবা মতাংশে তাইবঙ্ মীওইবনা করম্না কান্দুনা চৎকনি। মনা কংলুরবা লৈরাং কুন্দোনা বসন্তচঙ্লক্পদা কুমগী নোংনা চুরক্পদা পাম্বীদা অনৌবা ময়োল চোংদুনা মপাল পোম্বা হৌরক্লিবনি। মীওইবগী বসন্তসু শোয়দনা মতম্না পুদুনা য়ৌরক্লিবনি। কনানসু কান্দুনা চৎখিবা য়ারোই। হকচাংগী ইন্দ্রি কয়াৎ পুম্নমক্ মপুঙ্-মরৈ ফারক্তুনা মখোল থোক্তনা মরোল লোল্লক্লিবনি। অঙাওবা কাওরেন

লাক্পগুম্ মথুম-মরাং হৌরক্পা থম্মোইনা মৈথক্কী শঙ্গোম্না পাত্রদা খঙ্হৌদনা শৌগৎলক্তুনা মৈনুংদা পাথদুনা চাক্পগুম্ শেম্নহৌদবা মিকুপ্তা ইনখৎলক্পা, ইনখৎলক্পি কয়াগী পুন্সি পিখম্নখিবা জৌবনগী পুন্সিনি মীওইবগী।

মথোৎ-কারক্পগী লম য়ৌনা ফজরবী ইং-তপ্না-রাসি-গুন্না লৈতেংলবী য়ুমগী লৈতেং ওইজরিবী খুঙ্গং চনুরা লনথোনিগী মফমদসু করিগী জৌবোনগী মতম্ কানথোক্তুনা চৎখিবা য়াগদগে। লোম্না থুপ্না শামান লেংমান্নবা পাখং কয়া কয়ানা মাবু মীতাদবা, পামদবা মাগী ওইনিঙদবা কনাবু য়াওগদগে? অদুবু মাগী ৱাখলনদি মীয়াম্ পুনবা হরাউ-কুম্মেগী জগাদা মানা লৈনিঙ্দ্রিবসি করিগীনো? মীওইবনা মচিন-মনাও লৈতবা য়াই মরুপ্তি লৈতবা য়াদে হায়নে। করম্না কনাদা ফোঙ্দোক্রগা মাগী অৱাবসে কোক্কনি? মাগী মপাউ তাবীগদবা মাম্মগী মচা রাসিরৈ নত্তনা মাগী অৱাবগী ৱারী তাবীনবা কনাসু লৈখিদে। লতাম্নাসু মমাগী নোংমগী ৱাহৈ হন্দক্ বীরমনিগী ট্রেনীং হেক্ লোয়বগা লনথোনিগা লুহোংগদৌরিবনি হায়খিবা অদুনা লুনা তিম্নজবী মমান্নবী ওইরগসু মাগী অৱাবগী মরমদা ফোঙ্দোক্লুবা য়াদ্রি। রাসিরৈনা পীরক্পা চাউতোনগী চিঠি পারুবদগী অৱাবগী পোৎলুম্ পুঙমদনা ৱাজরি। খোঙ্থাং খুদিং তুম্বা চাবা অনীদা মাগী কনা লৈজদ্রবা লমজা ওইরবা চাউতোনগী চিঠিদা মরোমদোম্ থোক্লিবা ঐগী নুমিৎশিনা খঙ্হৌদনা তাখিবসু কনানা খঙ্ই হায়বা ৱাহৈ অদুনা করিগুম্বা মানা বীরমনিগা লুহোংবা থোক্রবদি চাউতোনগী পুন্সিদা করি থোক্রগবা? অকোনবগী "নহাক্না পামজবা লৈরাং পাম্বীনা ঐখোয়গী পুথ্রি মপান্দা মনীঙ্তম্না শাৎলি হায় অদুবু লৈরাংগী লৈশক্ তাক্পীরদবনা করম্বা পাম্বীনো হায়বসু খঙ্দরে, হয়েং নুজাগীদমক্তা থম্মোই শেংনা শিম্নজগে, থারুনবা পাম্মু মাগী লৈকোন্দা নুজানা খোয়দাজবা কনাগী" হায়বা অদুগী অর্থনা করি ওইগদৌরি? ঐসিবু অতোপ্পা অমনা শোয়দনা লৌখিগনি হায়বসিবু মাগী অরেপ্পা ৱাখল্লা? মওল-মওল্ পঙ্খন্দা খল্লি। মাসু ইদুনা পাউখুম্ পীবদি লুনা থোক্লে, মরমদি রাসিরৈসু মখোয় অনীগী মরীসি খঙ্লবনিনা। অদুবু করম্বা কনাগী মখুত্তা পীরগা চিঠিসি য়ৌহনগনি। মদুনা অমুক্কা হেন্না লুখ্রে। মা থোক্লক্লিবা ফাওবদি ৱানা চাক্লা খাঙ্বদা মতারে। মহাক্কী মফমদা ঐগী পুন্সি অসে হন্দক্কী মপোক্কী কৎথোক্চরে হায়বা ৱাহৈ অসিমত্তংদি তশেং তশেংনা ফোঙ্দোক্চনিঙ্বনি। ৱাফম্সি মতোমতা খল্লম্বদগী নোংমা রাসিরৈখোয়দা লাক্লুনা মানা জগোই তম্বা লাক্পগী লম্বীদা নোংমা চাউতোন্না পুথ্রিগী সিরিদা তুশিনবদগী হৌরগা নুংত্তিগী মা লাক্পা মতমদতা চাউতোন্না পুথ্রি অচৌবদা ইরুজবা মতমদুদা য়েংনখিবা মিৎয়েং। জগোই লোইখ্রবা মতুংদা নোংমা মানা রাসিরৈ খোয়দগী হল্লক্পা চাউতোনসু মমান্নবা ইবোয়াইমখোইদগী থোক্রক্পা

মপাচানা মখোয় অনী উনদুনা মিৎকা মিৎকা মিৎচানখিবা লাইবক্তা হুমাং কাংনখিবা, কৌনিংবা চিন্নালদগী ৱাহৈনা ইকায়দুনা লৈয়েং ফাজিন্নখিদুনা থোক্লকউ য়ানখিদবা পুন্নমক্ অমত্তা চিংথদনা তমদুনা ৱারী শারুরে। মাগী ৱারীদু তারগা রাসিরৈনা "নখোয় অনীগীসিদি আ মনুং য়ৌনরবা জাথনিদনা" হায়।

অসুন্না নোংমা-নোংমা হৌখিবনা থা মঙা-তরুক্ হায়রক্লে, চাউতোনগী মপাউ তাখিদবা। শোমদা তাওরেম্ জুগোল মন্ত্রি ফম্ ফংগনি হায়দুনা কন্না ঙাঙ্নরি। মচা নুপা বীরমনিসু এগ্রি ফাইনেল পরিক্ষা লোইদুনা ময়ুমদা থোরক্লে হায়বা পাউ ইমুংদা মপাগা মমাগা শানবা ৱারীদগী লনধোনিসু তারে। হায়রিঙৈদা নোংমা অয়ুক্ অমা লতাম্না মখুত্তা চেনা য়োম্বা ফি অমা পুরগা লনধোনিখোইদা লাক্ই। লনধোনিগী কাদা পরপ্-পরপ্ হেক্তা চঙ্দুনা মাগী ফমুংদা ফম্মী। মতমদো লনধোনিদি চাক্শঙ্দা চাক্ থোংদুনা লৈরম্মী। লতাম্নানা "লনধোনি লনধোনি" অনিরক্ কৌবদুদা থুনা য়াংনা "লতাম্না নঙ্ লাক্ইরো" হায়। "য়েঙ্উ"! ইবেম্মা! ঐখোয় দাদাদো ঙরাং থুংলরে। ঐগীনা ঐনা তোংলিবা খোঙুপসে লৈবীরক্ই, ইমাদকাদি খঙ্হল্লুনু হায়, সিগী ফিসে নঙ্গীনি হায় নপোৎনি লৌশিল্লু হায়দুনা কাম্নিরি শ্বাল অদু পীরে। লনধোনি ফিদু লৌশি কদাই, লৌনুশি কদাই খঙ্গানৈ। মীশিং-মীরুগী হৌনবী লৌদ্রদি লতাম্নানসু শাওদৌরি, ইমুং মনুঙ্দা ৱাথোক্ ওইরক্পসু কনানা খঙ্ই থন্দুনা হরাউ-হরাউ "য়াম, ফজৈনা সিদে" হায়রগা লৌশিল্লে। লতাম্নানা মখা তারক্ই— "ঐখোয় দাদাদো নঙ্গী ৱাখলদা খরদি খনবা মাল্লে, নঙ্গী মরমদা ঐঙোন্দা ৱা খরদি হংই নঙ্গা কনাগুম্বা মরী লৈনবা লৈব্রা হায়না। ঐনা মাগী অমা হান্না লৈজবনি হায়না হায়রুব্দগীদি মরু লুকথখ্রে। অদুদগীদি ঐসু নুঙাইতদুনা লৈতেদো ফাগি তৌবনি" হায়রম্নগা নখোয়দা লাক্ইসিনি হায়। "চুমই লতাম্না ঐ তাচাউতোনদু য়াম্না নুংশিবনি নঙোন্দা লোৎলুদুনা কৈদৌনি, নঙ্সু ঐগা লুনা তিন্নবা ইমান্নবীনি। খঙদে, মাগা ঐগা নোংমতসু নক্লনা ফম্মিন্নদুনা পুক্লিঙ্গী ৱা ফোঙ্দোক্লবসু লৈখিদ্রি অদুবু করম্বা মতমগী পাউজেলননো ঐখোয় অনীগী ফোঙ্দোক্লদবা মরী অমনা ঐখোয় অনীবু চেৎনা পুনশিনবগুম্ ঐগী পুক্লিঙ্বুসু মানা ফাদুনা পুখিবগুম পুক্লিঙ্শিনা ৱাজরি। কাউবা ঙমগদবা মান্দে"। লতাম্নানা হায়রক্ই— "নুংশিবা হায়বসিদি মীপুম্ খুদিমক্ লৈনরিবা ঙাক্তনি, অদুবু নুংশিনবা ঙাক্তনা থুংনবসু লৈতবনিদা। মতম্না উনদ্রগা তপ্না তপ্ন কাউনখিবা ঙাক্তনি। মানা অরাপ্পা চীঙ্গী লমদুদা লৈখিদুনা হেন্না নক্লবা নঙোন্দগী হেন্না চান্নজবী অমা থেংনখিবসু কনানা খঙ্ই"। মখা অমুক্তু তারক্ই— "ৱারী লাইরিক্তা য়াওরিবা নুংশিনবগী ৱারীশিংসিবু থুংনবা নুংশিনববুদি থুংদনদবনা হেন্না নুঙাইবসু য়াওরিদুদি"। পুম্নি হায়বসিদি তুংগী খরসু খল্লগা খুদোংচাবা

য়েংদবসু য়াদবনি। ঐখোয়গী দাদাসিদি নুংশিনবকা হৈজবজাৎ নত্তে, চুমদ্রিংনি" হায়। লনধোনিসু খল্লি, "চুমই বীরমনি থোইদোক্লা নুপী নহাগী ইরাংদা মমিৎ য়াম্বা মীওই অমদি নত্তে"। লতাস্না লনধোনিগী শ্বালদু পীরম্লগা চৎখ্রে। নুমিত্তুগী নুমিদাংবাইদা তাওরেম্ জুগোল মন্ত্রি এক্সপানসন্দা য়াওদুনা স্টেট মিনিস্টর এগ্রি ওইনা বাশক্ লৌবা য়াওখ্রে। মচানুপা এগ্রি পাশ তৌরবা বীরমনি শোয়দনা থবক্ অমদি ফংলগনি। মন্ত্রি ওইরবনিনা ক্বাটরদা লৈবনা শাফবা হেল্লি মতম্নগা ফত্তবগা হায়দুনা ইম্ফালদা টাটাগাড়ী অমদা পোৎ-চৈ ময়াম্ হোল্লি। এমঃ আরগী সিফাই গাড়ী জীপ অনী অমসু ইস্কোর্দ পীরে। ইমংদুগী মী লোইনমক্ ক্বাটরদা লৈখ্রে।

মথংগী নোংমাইজিং নুমিৎনি লতাস্না মমাগা মবুংগা মখোয়গা ক্বাটর থংনবা মন্ত্রি স্নাথোইগী মচানুপী শান্তিসু লোয়নদুনা মখোয়গী খুঙ্গংগী য়ুমদা লাক্ই। মতমদু কালেন থা মনুঙ্নি, মোইরাং লাই হরাউবা মনুঙ্নি। ময়ুম য়ৌরগা লতাস্নানা মমান্নবী শান্তিগা লোয়ননা লনধোনি হৌবা লাক্ই। শুমাংদগী "লনধোনি লনধোনি" অনিরক্ কৌরক্ই। লনধোনিসু তারদুনা ইমুংদগী থোক্লক্ই। লাতাস্নানা মাগা লাকমিন্নরিবা মমান্নবীদু শান্তি কৌই হায়দুনা শক্তাক্ই। ইরিগেসন মিনিস্টর ওইবা স্নাথোইগী মচানুপীনি হায়। "অদো ঐখোয়না লাক্লিবসে মোইরাং লাই হরাওরি লাই খুরুম্বা চৎলুশি হায়দুনা নঙবু হৌবা লাক্লিবনি নঙ্সু থুনা লোইশিল্লো, ইমাগা দাদাগসু ঙাইদুনা লৈহৌরবনি" হায়। মমানসু থোরক্তুনা "চৎলুরো চৎলুরো নফি-নরোনসু অশুবা লৈবদায়" হায়না ৱা পাংশিল্লক্ই। অসুম্না ঙাইহাক্ ঙাইনরগা ফিজেৎ হোংদোক্তুনা থোরকপগী মফজদুদি পুন্নমক্লা কল্লক্নিঙাইনি। নীঙ্দু য়েনা তারিবা নীঙ্থিরবা শম্লাংদুদা চিঙ্হি মনম মরক্তুদা লৈহাউ অনীখক্ চিনবদুদি করিদা প্রমান তৌরুনি। চাউতোনদু উজরবদি কয়াদা কল্লক্চগনি। মীগী ওইখিদবোই নীঙ্দুনা। মাদি সিগুম্বা তাঞ্জাদি মাঙ্জরেদো। মাগী নীঙ্থিবা শাবান মুর্তি, শেৎলিমখৈ পক্চবা, ফিজেৎনা তাংজবী চেংলৌদু উরগা লতাস্নাগী মমান্নবী শান্তিনা মপুক্লিঙ্দা কল্লক্পা পোক্ই। নুপী ওইবীশিংগী মরক্তসু অহেনববু কল্লক্তবা কনাবু লৈগদগে? লতাস্নাগী মচিন্দগী মবুং বীরমনিগা হায়ন-শীংনরবনি হায়বদুদা অমুক্লা পুক্লিঙ্দা হেন্না নুঙাইতবা পোক্ই। মাসু বীরমনিগী ৱাখল খরা খঞ্জবা মাল্লি। জীপ অমদা লতাস্নাগী মমানে, মবুং বীরমনিনে, মমান্নবী শান্তি অমদি লনধোনি পুন্না ড্রাইবরগা মখোয় মঙা মোইরাং হরাউফম্ তানা মখোয়গী খুঙ্গংদগী লাক্ই। লতাস্নাগী মমা, মবুং লনধোনিনা হরাউ-হরাউ য়ারক্পদুদা মপুক্লিঙ্দা হেন্না নুঙাইবা পোক্ই। লাইফম্ য়ৌরে, মখোয় লোইনমক্ লাই খুরুম্বা চঙলক্লে। মাগী মাগী অপাম্বা পুক্লিঙ্গী মতুং ইন্না বর নীজরে। করিগীনো খঙ্দে, লতাস্নানা মমাগা মবুংগা লোয়ননা লাই খুরুম্বা চৎপদা

লনধোনি পুবীরক্লিবা! মখোয়গী ওইবগী ৱাখলনা মাঙ্দা থারগা নুপীমচা অসিবু পুবীরক্লি। অদুবু মাগী থম্মোইদা চাউতোনগী মুর্তিবু চেৎনা কোন্দুনা চীঙ্দা চৎখিবা পাম্মুবা নঙ্না অশোয়-অঙাম য়াওদনা থোরক্লগা ঐবু পাম্মুবগী নাক্তা পুন্সি চুপ্পা ৱাইথুংজবা পীনবীয়ু হায়না নীজরি। লাই খুরুম্বা লোইদুনা নির্মল্লনচিংবা খর লৌরগা হল্লক্নে। অসোমদা লতাম্নাগী মমাল্লবী শান্তিনা মাগী অপাম্বা বর নিবদনা লনধোনিগা বীরমনিগা থুংনবীদবা মাগা বীরমনিগা ওইনা থুংনহনবীয়ু হায়না হায়া নিথোক্লল্লে। কনাবু থাংজিঙ্না চানবীবা য়েংবা তারি। অঙকপা মীওইবনা তম্বা ঙমদবা শিল্লুবা য়াদবা থৌদোক্সু থোক্তবা নত্তে তাইবঙ্শিদা। মীনা শেম্বনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বসু লৈরি। ঐখোয়সু কুম্মৈ য়েংখিবা তারি। অসুম্না খুদোংথিবা য়াওদনা মাবু ময়ুমদা থিনবীরল্লগা মখোয়সু ইম্ফালদা ঙন্না হাইগৎখ্রে।

মপা মন্ত্রিনা এগ্রিকলচর বিভাক্ পায়রগা মচা থবক্ হাপ্পা ঙমদ্রবদি মীনা করি ঙাঙ্নগনি। থুনমক্ পোস্ট অহাংবা খর এসিসটেন্ট এগ্রি ওফিসারগী এদভরটাইজ তৌদুনা মচানুপা বীরমনিসু থাবে। ইন্টর্ভিউ লোইখ্রে, বীরমনিসু খনবদা য়াওরে। মশানসু লাইহিরিকৃতি অদুম্ ফরকপনি অদুবু মীনদি মপানা মন্ত্রি ওইবনিনা হায়না খরদি ঙাঙ্নখি। ওফ্ফর পীদুনা জোইন তৌরে। নোংমা মাগী খুঙ্গংদা ইমুং মনুং লোইনা কুল্লক্তুনা বীরমনিগী থবক্ চঙ্বগী অহানবা তলব ফংই হায়দুনা চাক্ অমা চাখি। লনধোনিখোইগী ইমুংগী মীওই পুন্নমক্সু য়াওখি। অদুবু অমরোমদা লতাম্নাগী মমাল্লবী শান্তি লতাম্নাবু থাদোক্পা লৈখিদ্রে। মাসু মতুং ইন্নদুনা চাক্ চানবদু য়াওখি। মাগী ৱাখলদা লনধোনি লাকত্রবদি ফগানিদা হায়বা ৱাখলনা লাইনীঙ্ ওইখি। অদুবু লনধোনি মমাগা মনাও নুপীনে, মপ্পানে পুন্না চঙ্লক্পদু উবদা মপুক্লিঙ্দা নুঙাইতবা ফাওখি। লনধোনি হায়া অমুক্ উনখ্রবনিনা মাবু উবদা নোক্ফেৎ তৌনা কৌনীঙ্বগী ইংগিৎ পীখি। অদুবু শান্তিনা মমাই নাকন্দা লৈথোক্খিবদুদা করি নুপীনো হায়না চিংনবা পোক্খি। নুমিত্তুদা মন্ত্রি জুগোলগা লনধোনিগী মপা রাজমনিগা য়াম্না কুপ্পা মচা নুপা নুপী লুহোংবগী মতাংদা ৱারী শানখি। লাক্লিবা ফাইরেন থাদা হোংননবা তৌরশি হায়না লেপ্পখি। মমা মমাসু কৌশিন্দুনা তান্নবদা পরু-ৱাইনা অমুক্তংদি য়েংথোক্খিসি হায়না লনধোনিগী মমা য়াইমবীনা হৌদোরক্ই। ফরে, মথংগী নিংথৌকাবা নুমিত্তা বীরমনিগী মমা অমুক লাক্লগা পুন্না হিজমগী পাঞ্জি কুল্লচন্দ্রদা য়েংনবা লেপ্পখি। মখোয় ময়াম পুল্লগা লেপ্পখিবা ৱারেপ্তু লনধোনিসু ৱাবনা খমথেংলে। মপুক্লিঙদা পরুরমদ্রে হায়রদি নুঙাইনিদা খল্লি। শোমদা মমাগা বীরমনিগী মমাগা কুঠি পুদুনা থোকখ্রে। মাসু তাঞ্জা য়েংলগা রসিরৈ খোয়দা লাকই। রাসিরৈদা ৱারম্ পুন্নমক্ তল্লে। চাউতোনগী মরমদা করি ঈ-পাউ লৈ হংবদা

পোক্নুগী লৌ লোক্পা মতমদদি শোয়দনা থোক্লকপা য়াই হায়না তায়। মা থোক্লক্পগা পাউ অমদি পীরক্লবা হায়নরগা ময়ুমদা থুনা হল্লক্লে। শোমদা-মানা য়ুমদা হেক য়ৌবগা ইকান কান্নদনা মমাসু থুংলরে। ইশুক্ শুক্থবগুম্ উই। মচা নুপীনা ৱাদু খঙ্নীঙ্লদুনা মমাদা হংই। "ইমা- পাঞ্জিনা করি হায়রকপগে"? "পক্লদ্রে নুপা পুনশিরোই হায়রক্ই" তম্মী। লনধোনি ঈশ্বরসি লৈদি লৈকো খঞ্জে। মমানা শোমদা অশুক্ ফবা ইমুংসিগা ঙাই-শেন ওইবা ফংবসি ঐখোয়গীদি লাইবক্ ফবনি, অদুবু পক্লদ্রবদি করমদি তৌনি তোক্পা তারেদনা। অসুম্না মতম খর তুমিন তুমিন নৈরুরবা মতুংদা নোংমা ইখঙ্ খঙ্হৌদনা চাউতোন্দু থোরক্লে হায়বা পাউ তারে।

নুমিৎতো রাসিরৈ লনধোনি খোইদা লাক্ই। লনধোনিগী কাদা চঙ্দুনা মখোয় অনি ৱাতানৈ, য়ারবদি ঙসিসি রাসিরৈ খোয়দা লেক্লগা নোঙাল্লগা লাক্লবা মমাদা হায়নরে। মমানসু য়াবিদুনা মখোয় অনী য়াম্না পুক্লিঙ্ নুঙাইনা লাক্চবনী। মমলি মমলি তৌরক্পা মতমনি। মমশিল্লক্পদুদা লম্বী অশম্বা থিবদা ঈংখোল মী তাদবা অহাংবা ফাওরগা খরা থুনা য়ৌনবা লাক্পদা লম্বীদা ফত্তবা থোক্লনি হায়বদি খল্লুদবনা মখোয় অনীদা লাকচবনি। লৈকায় অদুৱাইগী য়ুঙাওবা ঙানু হুরানবা খর মফমদুদা য়ু থক্লুনা লৈরম্বনি। মমিংনা ক্লাক্চাবা হায়না খংনৈ, অশেংবা মমিংদি ইরাবোৎ কৌবনি। অতোপ্পা মমান্নবা অহুম অমনে করি করিনো খরশু চারি। কন্না ঙাওনরক্পা তাঞ্জা হেক্ থোক্লুরে। লনধোনিগা রাসিরৈগা উবদুদা লম্বী ময়ায়দা থত্তুনা লেপ্পী। "মশক্লাদি ফজৈহে", মসিদি নহানখৈদি উদেনা"। "নুংশিবী নঙ্ ঐনা লৌদনা কনানা লৌগনি হায়দুনা লনধোনিগী মখুদাং পায়দুনা চিংই। লনধোনিনা "সে থাদোক্উসে হায়জবশায়"। তাবীদে। তাঞ্জাদুদা রাসিরৈনা "লৈকায় লৈকায় নুপী ফারে, নুপী ফারে" হায়না লাউই। অমা চেনশিল্লক্লুনা রাসিরৈগী মচিন মেল্লি। তাঞ্জাদুদা লনধোনিদি ক্লাক্চাবগা কন্না মুক্লরি। অদুবু নুপাগী মপাঙ্গলনা হেনবনা মী লৈনদবা ঈংখোলগী খুজু খুৎলাই থম্ননবা শঙ্ মচাদুদা মখুৎ লাক্লুনা চিংশিনবীখ্রে। নুপীমচা অমগী খোঞ্জেলদা লাউখিবদু থংনবা য়ুমশিংদগী তানবা য়াওদুনা মখুত্তা চৈ পায়বও, থাং পায়বও ময়াম মা চেনশিল্লক্লুনা কদাইদনো কোয়েং য়েংই। খর অমদি নাম্থোক্লগা চেনখ্রে, ক্লাক্চাবদি নংহৌদদুনা শঙদুদগী চেনথোরক্পদা ময়াম চঙ্দুনা কাওবও ফুম্বও তৌবদা মকোক্ কায়দুনা তাদুনা লৈ। মখোয় অনী লাক্লবদুদা লনধোনিগী স্নাগী লিক্ মরীসু তাহৌরে। ময়াম চঙ্দুনা মৈ থাংগৎতুনা থিবদা শাঙ্দুগী মনুঙ্দগী ফংলে। থোইদোক্পা ইজৎ মাঙ্বা য়াবা থবক্তি থোক্খিদ্রে। নুপামচা খরনা মখোয় অনীবু রাসিরৈগী য়ুম্ তানা থিনজিনবিক্লরে। ক্লাক্চাবদি পুলিসতা তাক্লুনা ফাদুনা লোক্অপতা লৈখ্রে। রাসিরৈখোয়গী য়ুমদা অহিঙ্ লেক্লগা চাউতোনগা অশেংবা

থম্মোইগী বা ফোঙ্‌দোক্লগনি খঞ্জবদা নুজাগী পুক্নিং মকা লামজরুবনি। অদুবু অঙকপা অপাইবা গ্রাহগী দশা অমনা কদোমদনো লমজিঙ্‌বীরিবসিবো ? মসিবু মাগী মরাইবক্না তম্বা হায়বদুরা? রাসিরৈগী মমাগা মপানা থৌদোক্কুগী মরমদা তারগা ওম্থোক্লা নুঙাইরমদে। খুদক্তা অমুক্‌ লনধোনিদু ময়ুমদা থিনবীরক্লে। মমাদা থোকখিবা থৌদোক্‌শিংদুগী মরমদা অমত্তা চিৎথদনা তমলে। মমানা "ইস! মাংজরেদনা ঐদি হায়দুনা থবাক্‌ য়ৈরম্মী। চাক্কা অমত্তা চাদনা অহিংদু মিৎকি কক্লা অমত্তা উইবা য়াদনা কপ্পতনা নোংঙানবা খঙ্‌খিদে।

নোঙাল্লগদি খুঙ্গংদু বা-বা লাউনা লনধোনিদু কাক্‌চাবনা ফারুরে, য়ুম্‌ অমদসু পুশিল্লুরে, মাগী লিক্‌সু তাহৌদুনা থিনৈ হায় মাইদা ঙমজরোইদা! অসি ঙাক্তনা ৰারী ওইখ্রে। মীবা ঙাঙ্‌নরগা মবুক্‌ থনবা মীওই কয়া'মসু লৈরি। তোক্‌ঙা শম্ভোক্তুনা পাউথাঙ্‌ চৎখিনবা থৌওইনা হোৎনবা কাংবুসু ৰাৎতে স্নালৈবাক্‌সিদা। লনধোনিগী লাইবক্তনা করিবু তন্নিগবা ? পাউ অসি মস্ত্রি জুগোলগী ইমুংদসু য়ৌখ্রে। পক্লদ্রে হায়দুনা তোক্‌হৌবা ফৈদা ঙরাংত মঙাইরি পক্ল-ৰাইনা য়েঙ্‌লুবা, নোঙাল্লগা ফারিব্রা, চেল্লিব্রা খঙ্‌পোৎ নত্তেদা, ফত্‌তবা চৎথরমগনিসু খঙ্‌দবা মীগী শঙ্‌ অমদসু পুশিল্লুরে, লিককাসু তাহৌই হায় থাজনিঙাই করিবু লৈরিবগে? অসিগুম্বা মান্নবা শাজিল্লগা পকশিল্লগা পোৎহাপ ঙাক্তা হাপচিন্দুনা লমচৎ ফত্তবী তাহন্নবা হোৎনবসু কয়া অমনি। ইমুংদুদা লতাস্নাদংদি লনধোনিগী মীচঙ্‌দা লৈখি। মাদি লনধোনিগী মক্তবা থম্মোইবু ময়েক শেংনা খঙ্‌বীনি। তিন্নবা মতাগীদমক্তা মাগী থম্মোইনা ৰাজবা মহৌশানি। লতাস্নাগী মরুপ্‌ শান্তিসু পাউদু তারম্লে, মদু তাবদা মাদি হরাউবনা লুতোন শাৎখ্রে। মাগী মমা-মপানসু বীরমনিদা মচানুপী পীনীঙ্‌বগুম্‌ লতাস্নাগা তিন্নবদুদা হরাউবা পোক্‌চৈ।

শোমদা লনধোনিদি অসুম্না ঙাঙ্‌নরক্কনি হায়বসি মঙ্‌দা ফাউবা খল্লুদে। পুন্নমক্‌ অনৌবা ঙাক্তনি মঙোন্দা থোক্লিবসি মসিদনি মানা ঙক্লিবসু। মানা য়াম্না ৰারৌরিবদি মচিন থিবা সমাজসিবুনি। করিগীনো সমাজসিনা মী মাঙ্‌বা য়াবা ওইদ-পাদ পঙ্‌হায়দ হায়জিল্লিবশিবো ? শন্দোরক্লিবা পাউশিবু তাচাউতোন্না তারগা করি খল্লম্‌গনি। মথন্তা শাওনিঙ্‌বনা লৈফম্‌ খঙ্‌লমদে। হায়রিঙৈদা মরী মতা খরা খরা মখোয়গীদা লাক্কুনা মরম্‌ হংবা অমগী মথংদা অমা মরী মরী লাক্‌পা হৌরম্মী। অমনসু তারিবা পাউসিবু চুম্রা হায়দুনা হংবা লাক্‌পগী লোই-খম্বা লৈরমদে। মখোয়না চৎলমদাইদা মশক্‌ অসুক্‌ ফজবসি বদনাম্‌ চারেদো য়াইমবী নঙ্‌গী নরাইবক্‌সে ওনথোক্লসু থিখ্রেদা! মমাসু মপাসু মমাই থমফম্‌ লৈখিদ্রে।

শোমদনা রাসিরৈ থুনমক্‌ থোক্‌খ্রিবা থৌদোক্‌শিংদুগী মরমদা শুগায়না তমদুনা চাউতোনবু পুক্নিং ফাথরি। মীয়াম্না কম্না ঙাংনরক্‌পদুনা মাসু চমন্নরে। লনধোনি লাল্লম্লোই

হায়বদি মা থাজে অদুবু মীবা ঙাঙ্নবা তোক্ঙাদা থাজরিবা ময়ামশিবু কনানা মচিন মেল্লুগনি। অসিনা ওইরে খোঙ্থাং অমা শোয়খিবদা নুপীগী পুক্নিংদি লোইরবনি হায়নরিবসে! মাসু পাউ অসিনা লনধোনিবু ৱারৌবা হৌরক্লে। মমানা মচানুপীবু "ইবেম্মা নঙ মপাল-ইপাল পঙ্থোক্ থোক্লুখিনু" হায়রম্মী। মাগী লৌগী ফৌ খর খোমজিল্লম্লগা চাউতোন্দু অমুক্ মাগী থবক্ মফমদা চৎখ্রে। মা লনধোনিগী নীঙ্জববু মীরাইবগুম্ তৌখ্রে। রাসিরৈদসু করিগুম্বা অমত্তা হায়রমদ্রে। মাগী হোংলক্লিবা মওং-মতৌ অদুদা রাসিরৈ খর ৱারৌখি। নোংমা চাউতোন চৎখ্রবা মতুংদা রাসিরৈনা অঙাং অমা থারগা লনধোনিদা চিঠি অমা পীরম্মী। চিঠিদুদা মানা চাউতোন চৎখিবগী মরম্ মানা চৎলমদাইদা করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তসু ফোঙ্দোক্লমদবা পুন্নমক্ ইরগা খঙ্হল্লম্মী। চিঠি অদু পারুবদগী নুপাগী পুক্চেলবু লনধোনিনা য়াম্না ৱারৌখি। মাগীথম্মোই নুঙ্গুম্ কল্লগে কৈদৌরুগনো অসুক্ তমথিবা সমাজসিবু ঐ য়ুম কৌবদা পানখ্ররোই। ঙসিদগী নুংশি -নুঙোনগী ৱাখল পুম্বা থম্মোই নুংদা থোক্পা য়াররোইদবা কিসি অমনা কিশিল্লগা মহাক লাইনীঙ্বী অমা ওইনা মীয়ামদগী লাপ্না লৈখ্রগে হায়না পুক্নিঙ্দা চপ্ য়ুংখ্রে।

নাক্ল অমরোমদা লতাম্নাগী মমান্নবী শান্তিগী নীঙ্বা থুংবগী আশা নোংম-নোংমগী নকশিল্লক্লুনা মহাক্ বীরমনিগা লুহোংনবা মতম লেপখ্রে। ফাইরেন থাগী হুমনি পানবা ফেব্রুয়ারিগী তাং ১২ দা লেপ্লে। ৱারোইপোৎনচিংবা পুখ্রে, ইকাই খাঙ্দগী লনধোনিগী মমাগা বাবাগসু চৎতুনা য়াওখি। অদুবু পুক্নিঙ্দদি মখোয় অনীমক্ পিরাংনা থুমহৎলবা মমা-মপা হায়বদু ওইখি। লুম্নবা পোৎলুম্ অমমম্ পুদুনা নুমিৎতু য়ুমদা হল্লকখি। অসুম্না মতম্নদি লেপ্পা লৈতনা চৎখিবনা লুহোংবগী নুমিৎসু নক্শিল্লক্লি। মাগা হোংগনি হায়নরম্বা বীরমনিসু মীগী ওইখিদৌরে, চাউতোনসু মাগী ৱাখল থাদোক্পীরম্লে। মমান্নবা কয়ানা লুহোং-খোংদোংবগী বার্তোন তৌরক্পা, চাকচা হৈজনবা অমত্তা য়াওদনা মী অমত্তা তিন্নদনা লৈরক্পা থা অহুম্ ফারক্লে। ধর্ম্মগী ওইবা লাইনীঙ্ লম্বীগী মরমদা ইবা গীতাগী পাউতাক্ য়াওবা লাইরিক্তমক্ পাদুনা পুক্নিঙ্ তপ্না তপ্না ফাজিনবা হৌরক্লে। ঙা চাবসু তোক্খ্রে, ফজবা ফি অমত্ তসু শেৎখিদ্রে। অশেংবা ফি শেত্তুনা কৃষ্ণ ভক্তিদা পুক্নিঙ্ লুপখ্রে। করিগুম্বা মতমদা য়ুমদগী মপাল থোরক্পা তারবসু মকোক্ খুল্লগা মীনা মশক্ খঙ্বা ঙমদনবা হোৎনখরে। অহল লম্মন লাইনীঙ্ লম্বীদা লম য়ৌনা খঙ্বা থিরগা মখোয়গী মফমদগী পাউতাক্ কয়া লৌদুনা কন্না খঙ্নবা হোৎনরক্লে। মাগী মতৌদুদা মপা-মমাসু জ্ঞান মেন তাশিল্লক্লে। ওনথোক্লা শাথিবা মওং অমনি, পুমওন ওনখ্রবা মাগী ৱাখলনি। ফজবদা মপা লৈতবা মানা, মশন্না নীঙ্দু য়ৈদুনা মীনা কল্লরুবা শক্ফম্গী মাইথোঙ্না য়ুমগী লৈতেং ওইজরম্বা, মমা-মপানা করিদা নুঙাইদৌরি?

খুঙ্গংদুগী ওইনা বস অমদা লাইফম চৎকদবা মী খোম্বা হৌরক্‌পদা মাসু পাউদু তাদুনা চৎপা য়াওজগে হায়রুরে। পৈশা পীফমথোকপা লোইনা খায়জিনখ্রে হোলি মনুঙ্‌দা রাধাকুন্দ য়ৌনবা নবদ্বিপ্‌, বুধ গয়া, বৃন্দবন, হরিদ্বার, রিসিকেশনচিংবা লোইনা য়ৌগনি হায়রি। হায়না হায়না মতম য়ৌরক্তুনা লাক্লিবা ফাইরেন থাগী হুন্নি পানবা বীরমনিগী লুহোংবা নুমিৎসু তারিবা তাং ১২ দা লেপ্লে। ওহোক্লসু তমথিদা হে! বিধি নোংদম্বা পক্লা-ৱাইনা য়েংলুবদা পক্করম্লবদি নুমিৎ অসি মাগী লুহোংবগী নুমিৎ ওইনা লেপ্লম্বসু ময়াবনি। লনধোনিগী হোংলক্লিবা ৱাখল, লমচৎ-শাজৎকী ৱারীশি খুঙ্গংদুগী অঙাং অহল লোইনবা তানরক্তুনা য়ু থক্তুনা ঙাওশিন্নরুবা ক্বাক্‌চাবা/ইরাবোৎ অমদি মাগী মরুপ-মপাং ইকাইবনা কোন্নদি জ্ঞ্যান তারক্তুনা নোর্মেল লাইন্দা লাক্‌খ্রে। নোংমা লনধোনিখোয়গী য়ুমদা ক্বাক্‌চাবা/ইরাবোৎ মশামক্‌ লাক্তুনা মানা লানখিবা অদুগীদমক্‌ ঙাক্‌পীনবা হায়জবা লাক্‌খি। মমা-মপাগা উন্নরগা লনধোনিদি থোক্লকৃউ য়াদদুনা উন্নখিদে। মমা-মপানা ক্বাক্‌চাববু ঙাক্‌পীখি।

হয়েং চৎকনি হায়বা নুমিদাংনি মপ্পা অমদি মনাও নুপী পীশক্‌শিং কৌশিল্লগা নখোয় অনী লাইরিক্‌ কন্না তম্মু ইমা-বাবাগী শেবা নীঙ্‌থিনা তৌকো! মীগা খৎন-চৈনবা ঙাওশিন্নবা য়াদেকো! নখোয় অনীগীদমক্‌ ইচেনা ইচেগী উপু মনুঙ্‌দা পোৎ খর থম্লম্বনি। নাক্‌ল অমনা মপ্পাগী নাকল অমদনা মনাও নুপীগী ওইনবা স্না লুপা, মানা শেৎলম চারম্বা অরু-অপান ময়ামদো তংখাই তংখাই নুপাগী ওইবা য়াবা নুপীগী ওইবা য়াবা মশক্‌ নাইনা খায়দোক্তুনা থম্বীরম্মী। পীবা য়াবা পাউতাক্‌ কয়া পীরবা তুংদা ফমুংদা চঙ্‌দুনা পোৎথানখ্রে। কাওগেদি খল্লি অদুবু মুর্তি অমদি মাগী মাঙ্‌দা চোংথোক্তুনা হেক্তা লেপ্লবা মহৌশাগী জগোই তম্বা হৌরক্‌পগী পুখ্রি মপালগী মুর্তিদো। পিরাংতনা চোৎলবা মরাইবক্‌ থিরবা মোন্দুদা পুল্সিগী পোৎলুম পুন্নমক্‌ য়োমদুনা থনম্লগা মথংগী অয়ুক্তগীদি খুঙ্গং অদুদা মানা অমুক্‌ লৈশাৎ তন্নরোই।

নোংঙাক্লে, মীয়াম্‌ পুন্নমক্‌ মাগী মাগী পোৎয়োম্‌ পুদুনা বস মনাক্তা য়ৌনরক্রে। লনধোনিখোয়গী য়ুমদা মাগা লুনা তিন্নজবী রাসিরৈ উন্নদুনা বিদাই তৌনৈ। রাসিরৈ নোং খোংবগুম্‌ কপ্লম্মী, মপ্পা নুংশিবা কোনবীরম্মী, মনাও নুপী নুংশিনা মরাইবক্তা চুপ্পীরম্মী। মমা মপা খুরুম্লে কপ্পা য়াবা কপ্লে, পীবা য়াবা বিদাই পীরে। নকোকমক্তা চিক্তনা নাদ-য়েক্তনা থুনা অমুক্‌ হল্লক্‌উকো হায়দুনা বর পীনরে। অউবা মা থিন্দোক্‌পা থোরক্‌পা মীপুম্‌ খুদিংমক্‌ কপ্তবা অমত্তা য়াওখিদ্রে। করিনা লৈশাবী অমনা অসুন্না

তৌবশি পঙ্না থোক্তবনা। অসুম্না জাত্রিক্ ময়ামদুগী মরক্তা য়াওদুনা লনধোনি খুঙ্গংদু পুন্সিগী ওইনা থাদোক্লুনা চৎখি মমা-মপানদি মচাদু অমুক্ হন্নক্খিগনি খঞ্জরি অদুবু মাগী ৱাখলদি অমুক হন্না মীনম্বা সমাজসিবু ওইদবা ঙাক্তনা অওইবা শাদুনা মরাল্ লৈজদবা কনাবু নমদুনা মরাল পীবীরিবা সমাজসিবু অমুক্তং দন্দি পীরম্বা, খঙ্হল্লম্বা পামখি। মদুমক্তনা মানা পুন্সিগী অহানবা চন্না থম্মোইদা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা নুংশিজরুবা অদুবু অরানবা পাউ অমা থুনা য়াঙ্না শন্দোক্পীদুনা মাবু খুঙ্গংগী অঙাং অহল খাক্তনা লমচৎ নাইদবী অমগুম্ উহনখিবা মদুগী লমন্দি মা অমুক্ হন্না হন্দক্কী মপোক্কী খুঙ্গংসিদা মাই ওল্লক্তনবা অচেৎপা ফিরেপ লৌবসিনি হায়বসি মাগী অরোয়বা ৱারেপনি। চৎলমদাইগী মিকুপ্তা মমাগী খোঙ্ কোল্লগা কপ্পদু উরগা অউবা কনাগী পুক্নিঙ্না খাঙ্বা ঙমগদগে। অরোয়বা ৱাহৈনা রাসিরৈবু থেমজিন্নবা হোৎনখি। হৌখিবা থৌদোক্শিং মাগীদমক্তা ৱাবীখিবা কয়া পুন্নমক্ ঐবু ঙাকপীয়ুকো হায়না অরোইবা বিদাই তৌনরম্মী। মনাদা, মঙক্তা মখুত্তা স্নাগী লুপাগী লৈতেং অমত্তা য়াওখিদে, য়েংহৈদে হায়নৈ অউবশিংনা। চৎখ্রসনু মাসু মানা পামজবা লমদমদুদা, লেনখ্রসনু হেন্না নুঙাইবা পুন্সি মরেল অমদা থম্মোই শোক্পা অমনা থৌবা হৌরবা গাড়ীগী থোঙ্নাউদা লনধোনিগী মখুৎ পায়দুনা চেন্দুনা ইন্নখিবা রাসিরৈগী কায়রবা থম্মোই অদুনি। ইকাই ইকি খঙ্দনা লম্বীশোরোক থক্তুদা কপ্না কপ্না য়েংদুনা লৈহৌখি লৈহৌখি। য়াওশং থা- লোইরমদাইদা বসতা চৎখিবা খুঙ্গংগী মী লোইনমক্ লাইফম্ চৎলুবা খুদিংমক্ অশোই-অঙাম্ য়াওদনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নরক্লে। অদুবু মাদি লৈহৌরে কৃষ্ণগী মনাই ওইনা পুন্সিচুপ্পগী মীখা পোনবা য়াওদ্রবা পুন্সি অমগীদমক্ মশম্-মরুকোক্লুনা লৈশাবী মানা পেল্লসনু মাবু য়েক্লবা ওইনা উখিবা সমাজ, মীৱা ঙাঙ্নবতনা মথৌ চিঞ্জবা সমাজ করি থোক্ই পেল্লরিনি ঙসিদি নখোয় লোইনা। শক্তা চুদা লমচৎতা অশোয়বা অমত্তা য়াওদনা ইচম চম্না য়াম্না শেংনা খুঙ্গংগী তিঞ্জঙ্ কায়জঙ্দবী লৈরাং ওইনা পোমদুনা শাৎকাইবা হৌরক্পদা ঙাইরিঙৈদা ফত্তবা তমথিরবা সমাজগী অমোৎ-অকায় ময়াম্ অমা চাইশিনবীদুনা লৈরাংগী লৈশক্ লৈচু থোক্হনখিদে। অদুগুম্বা মফমদুদা করম্বা লৈরাংনা মনীঙ্ তম্না শাৎপা ঙমগদগে? ঈশিং চাইবীদুনা ফুগাইনা শাৎচগদবদু অমোৎ অকায় তৈশিল্লবনিনা কনানসু ঈশিং চাইবীনীঙ্খিদে। অদুনদি মানা থোক্পা মাগী অপাম্বা লম্বীদা চৎখিবা তাবনি।

চাউতোন মানা থবক্ তৌরিবা চীঙ্গী স্কুলদুদা চান্দনী কৌবী অমসু ওজা ওইবা লাক্খি। মখোয় অনী নক্লরবনিনা উরিনা মনাক্-নক্পা উপালদা য়েৎলি হায়বদু চুমদবা

য়াদে মতাগুম, নোংমা-নোংমগী নকশিন্নরক্লুনা লৌনা লৈনখি। অসুন্না মচা নুপা নুপী পোক্লুনা নুঙাইবা পুন্সি অমদা লেপ্লে। অঙাংশিং চাওরক্ শাংলক্পনা য়ুম চাউথোক্লবা য়াদদুনা পুখ্রি ফুনবা তারক্খি। পুখ্রি ফুনবগী অমখক্ লৈ অমখক্তং শাৎলগা লৈপাক্ থাদবদুদা পাম্লগা হাইনা হাইনা ৱানা খাঙ্জে। চাউতোন হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোক্ অমা মিকুপ্তুদা নীঙশিঙলক্ই।

থুনমক্ য়োৎপাক্ অমা লৌরুরগা নীঙ্থিনা ফুক্লগা তুলশিবুং ময়াদা থাদুনা হৌনবা ঈশিং চাইদুনা হোৎনখি। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা লৈদুগী মরমদা মপুঙ্ ফাবা ৱারী অমা মাগী নুপী চান্দনীগী মফমদা অমত্তা চিৎথদনা লিবিখি। মানা মিৎলুদা পিরাং শিন্থদুনা লিরিবা ৱারীদু অসুম্ তারস্বদগী চান্দনীদি উইখিদুনা মপুঙ ফানা তাখিদ্রমাপ্লে। মাগী মিৎলুগী পিরাংদু তৈথোক্পীনবা য়াওদনা চাউতোনগী ৱারীসু লোইশিনখি।

২৯-১১-২০০২

# লানজদবী

ব্রোজেশ্বরি নুংতিগী নুমিদাংবাই পুং মরীগী অদুবাইদা মাগা লুনা তিন্নজবী ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নবী সুনিতা, সুনিতাগী মবুং গোপেশ্বরদা অঙ্কগী টিউসন তৌবা লাক্ই। মখোয় অনী কুমসি চহিদা ক্লাস তেন থাগদবনি। লাইরিক্ অদুক্ হাক্লা ফত্তবসু নত্তে অদুগা য়াম্না ফবা মকোক্মক্ তাবসু নত্তে। ক্লাসসু মান্নবা, মত্সু তিন্নজবা নুংতিগী পুন্না পুম্না স্কুলগী হাফ থাবা মতমদসু পুন্না অরেবা য়েন্নদুনা চামিন্নে। অয়াম্বা মতমদা ব্রোজেশ্বরিনা পৈশা পুথোক্ই, মদুদা মা করিসু চিংনদে। য়ুমদসু মরক্ মরক্তা চাক্কাসু অদুম্ চামিন্নে। অমগীদা সুপরফাইনগা শৌগ্রিদা থুময়াক্পী থাক্লগা চাবা, অমগীদা শারেং ঙারেন চামিন্নবদা করিমত্তা হাওই হাওতে নোংমতসু মচিন মচিন্দগী পনথোরক্পা মীঙোন্দা তন্নবা শুকতা তাদে। অমত্তা ওইবগী মওংদা য়াম্না লুনা তিন্নজে? মবুংনা লাইরিক্ তাক্পীবগী পৈশাসু থোইনা ঙাঙনদে। অদুবু মানদি হেক্তা থা ফাবগা পীগনি। ব্রোজেশ্বরি মমা-মপা, অনিমক্ লৈরি, দুকান চাওনা ফমদুনা পৈশা পায়বা ইমুংনি। মবুং অহল চন্দ্রহাস চহি কুনমঙারোমগী লেংগানি, সুনিতাগী মবুংগা ক্লাস মান্নরক্পনি, লোনগানি। চন্দ্রহাস গুন্দা খর শাই, বা ঙাংনবা কয়া নুঙাইতে। মীনা ঙাঙবসু ইতা তাদে, মানা হায়বনা চুমই হায়দুনা লৈজবা, য়াদ্রগা মরে তৌরুরগা ফুনবগী মওংদা হেক্তা তৌরক্পা মীওংনি। ইমুংদুগী অতে মীওইশিংদি থোইদোক্লা হৌনা খঙ্দবা য়াওদে। মথৌ চিনজবগী লৈকায়গী মীগদি কয়া তিন্নদ্রে। মমান্নবশিংনা বি.এ., এম.এ. লোইন্নখ্রবসু মাদি মেত্রিক্তা হঞ্জিন-হঞ্জিন ফেল ওইবদগী মমৈদা মীহুৎ শিন্নগা অরাপ্পা খুঙ্গং অমদা চৎলগা থারুই হায়। কাইনথংদা পাশ তৌরে হায়দুনা মমান্নবা খরগা চাক্কাসু চানখি হায়বা তাখি। ময়ুমগী থবক্ ইনখাং শুনোম্বা দুকানগী থবক্ অমত্তা মা খোইজংনা তৌবা উদ্রি। মতম খর বোকশিং তম্লম্মী, মদুসু ওজা ফুরুবদগী বাথোক্ ওইদুনা তোক্খি। নুমিৎ চুপ্পা মী ফুননিঙবা অহাউবতা চানিঙ্বা মীতানি। থাঙ্গে শেংবদি মাগী মওংসি ময়াম্ পোক্লবদি, অমা য়াওই হায়বা মীতাদুনি।

শোমদা সুনিতা মপা-লৈখিদ্রে, ওজা ওইরম্মী এল.পি. স্কুলগী। মমানা কৈথেল ফম্মী, মপাগী পেনসন খর ফংবদুগা মবুং গোপেশ্বরনা প্রাইভেৎ স্কুল অমগী ওজা ওইদুনা ফংলক্পা খরদুনা পাঙ্না শানবা হিংবা ইমুংনি। ময়ুমদি মৈতে য়ুমজাও মপানা শারম্বা ইনা কুপ্পা য়ুমনি। য়াম্না চন্না হিংজবা ইমুংনি। সুনিতাগী মখাদা মপ্পা চহী নিপাল শুরবা অমা লৈ। মমিংনা ননাওতোম্বা হায়না ময়াম্বনা কৌবদগী ময়াম্নসু নাওতোম্বা/ননাও কৌনৈ। মমাগা মচেগনদি ইবুঙোমচাদগী হেনজদে, য়াম্না লুনা তৌজে। সুনিতাগী মমান্নবী ব্রোজেশ্বরিনসু ননাওতোম্ববু হেক্ পোক্মিন্নবা মপ্পাগুম, লুনা তৌই। নোংমসু নিংথম থাদা বজারদা মাগী ফি লৈবা চৎপদা মমাদা ঙংদুনা ননাওতোনগী জরসি স্কুলগী ইউনিফোর্ম অমসু মানা থোনবীখি। করিগুম্বা কান্দা সুনিতাদসু মাগী ফি পীদুনা শেৎহল্লি। মরক-মরক্তা লাইরিক্ তল্লিঙৈদা "ননাও ননাও শিংজু খিত্তা লৈবীও শিংজু চাশি, বোরা খিত্তা লৈবীও বোরা চাশি" হায়গনি। ননাওসু মখোয়না হায়বা ৱা লোইনা ইনগনি, অদুগা লৈরুবগা পুন্না নোক্ নোক্তুনা চামিন্নগনি। "চেচে হয়েংসু শিংজু লৈবীগে পৈশা পুরক্উকো" হায়গনি। ইনাক্ খুনবা ইমুংদা অতোল অতাং ওইনা কেনা য়োক্পগী হৌনবা পৈশাসু খর কোম্না শিজিন্নে। অদু ওইরগসু নুপীমচাসি হৌনা খংদবা লমকেৎ লমহায়বা মী উশিত্তবা মঙোন্দা সিমদি য়ানিঙদে হায়বা থোইদোক্না লৈতে, য়াম্না চমজে। অদুনবু সুনিতাগা তিন্নরগা নুঙাইজবা ঙমজরিবনি। মীগী অৱাৎ-অপাগী ৱারী তারুরগা মতেং পাংনীঙ্বা নুংশিবা হেক্তা পোক্পী নুপীমচানি। নোংমসু সুনিতাগা মমাগা লৈতবগী ৱারী শানবদা মাসু তাখ্রে। নোঙাল্লগা ময়ুমদগী লুপা ৫০০ মমাদগী লৌরগা সুনিতাগী মমাদা পীরম্মী। অদুনা সুনিতানা ইকায়জদুনা ব্রোজেশ্বরিগী মমাঙ্দা লৈতবগী ৱাকাদি পল্লুদ্রে। অসুম্না সুনিতাগা ব্রোজশ্বরিগসি য়াম্না লুনা চান্না অমত্তা ওইনা তিন্নৈ। মবুং গোপেশ্বরনসু মখোয় অনীবু হেক্ পোকমিন্নবা মচনগুম্ চপ্ মান্ননা খল্লি। পারা তাক্পীবা মতমদা চপ মান্ননা খল্লগা তাক্পী। লম্বী শোরোক্তা হেক্ উবগা ব্রোজেশ্বরি কদাই চৎতোইনো ঙাওশিন্ননুকো চৈ-চাজনি হায়না চৈবী, ৱারকপী। মমা মপানগা ডুকান্দদা অনম্বা লৈবনা মচাগী লারিক্-লাইশুগী মরমদসু থোইনা খল্লুদে। ব্রোজেশ্বরিগী মবুংশিংনফাওবা হায়দবা ঙাংদবা মমান্নবীগী মবুংনা ৱারক্পদুদা মানা হেন্না গোপেশ্বরবু মবুং মক্লি খঞ্জে। নোংমদি চৈরাউবা নুমিত্তা খোঙ্গ্রাওফি অমগা ফুরিৎফি অমগা মবুংগীনি হায়দুনা গোপেশ্বরদা পীররে। ফরে ফরে, ইচন্না মবুংগী পীবনিনা লৌবা তারেদনা হায়রগা লৌশিল্লি। হন্দক্তি ঐখোয় ব্রোজেশ্বরিসি ঐনা নিঙোল চাক্কৌবা তারেদনা হায়।

ইমুং অনিসি লৈকায়দি পুন্দে, তোঙাল্লি, ময়াইদা ম্যেন রোতনা খল্লি। থোইনা

লাপ্পবদি নত্তে, অদুনা ইমুং-মনুং কনানা করম্না হিংবা, ময়ুম, মকৈ খুৎলিংবা শাগৈ চাউবা, পীক্পা লোইনা অমসু অমসু ইখং-খংনৈ। লৈকায় অনিদু তোবর্বান ময়াদা লৈবা লৈকায় ঙাক্তনি। লৈকায় অনীদুগী শান্নবুং লম্পাক্ অমখক্ লৈ। লম্পাক্ অদুগী মতাইদা স্কুল অমসু লৈ। স্কুলদু জুনিয়ার হায়স্কুলনি। স্কুলদুদা সুনিতাগী মপ্পা ননাওতোম্বসু ক্লাস থ্রিদা তম্মী। নুংতিগী নুমিদাংবাই খুদিংগী লম্পাক্ অদুদা লৈকায় লৈকায় ফুটবোল তম্বা, শিংনদুনা শান্নবা ক্রিকেট শান্নবা তোয়না তোয়না তৌই। লম্পাক্ অদুগী মতাইদা পাৎথবী কোম্ পরেং অমা লৈ। কোমদু ঈশিং ফত্তবা অপুম্ অশা, থংনেবা ইমুংশিংদগী ফত্ত-হাওদি, অমোৎ অকায় লেত্রিনগী অমাংবা ফাওবা থাদনৈ। ঈশিং চাওখিবগী ঈশিংসু থন্না লৈ। কবোকংনসু অয়াম্বা শরুক্ কুপশিল্লি। করিগুম্বা বোল কাওবদা শোয়দুনা মদুদা তাগ্রবদি খুনবদা লৌতানৈ্। চৈনা কোৎপসু কবোকংনা পনবনা খুনবদা কয়া নুঙাইতে।

নোংমা স্কুল ছুটি থানরক্পা মতমদা লৈকায় অনিমক্ ফুটবোল শিংনদুনা পৈশা থানবীদা ফুটবোল মেটচ অমা তৌই। মীশু ময়াম্ অমা লৈকায় অনিদুগী য়েংনৈ। ননাওতোন স্কুল ছুটি থারগা ময়ুমদদি চৎত্রদুনা ফুটবোল শিংনবা অদু য়েংদুনা লৈথোক্লে। মমান্নবা অমদা মাগী লাইরিক্খাও পায়হল্লন্নগা মতাইদা তারক্পা বোলদু অমুক্ তং কাওহৌগদবগী কোয়চেন চেল্লি। অসুম্না মমান্নবা অনি অহুম্ মতাইদা আউত্ তারক্পা বোল কাওহৌগদবগী ঙাইদুনা লৈ। শান্নবদুদা ব্রোজেশ্বরিগী মবুং আহল চন্দ্রহাস মাইকৈ অমদা শান্নবা য়াওই। মানা য়াওরিবা টিমদুগী পৈশা মানা পুথোকই। অদুবু হাফ থাবা ফাওবদা মখোয়গী মায়োক্তা মীনা গোল অনি চনখিবগী য়াম্না নুঙাইতনা লৈরম্মী। মাদি শান্নবসু কয়া হৈতে। ফাউলদা মী কাওবগী মমিং চৎলি। মানা কাওদবা মী ইয়াও য়াওশিল্লক্লে। মী পুন্নমক্ মাগা ওনশিন্নগনি খল্লুবদা তনবা পোক্লে। অসুম্না গোল অনি মীনা চনখিবগী মথৱায় চাক্লা লৈরিঙৈদা বোলদু আউট তাখিরম্মী। তারিবা মফমদু ঙসাইগী অমোৎ অকায় লৈবা কোম ময়াদনি। ননাওতোন বোলদু খুল্লগা মনুংদা তানবা কাওবনি। অদুবু শোয়দুনা ফত্তবা লৈবা কোমদুদা তাশিনখ্রে। চন্দ্রহাস য়াম্না শাওনা অঙাংদুদা চেনশিল্লগা কাওবনি অঙাংদুগী শাগন্দা পায়রগা কোমদুদা নমদুনা থাদরগা বোলশি খুল্লকুউ হায়দুনা চৈরম্মী। মাগী মতৌদুদা য়েংলিবা ময়ামদু ঙক্লা য়েংনরম্মী কপ্পা কপ্পা অঙাংদুনা ফত্ত হাওদি মরক্তুদা কুল্লগা বোলদু খুন্নবা হোৎনবদা মথৱাক্ য়ৌনা চোৎলম্মী। বোলদু খুল্লগা লৈরাইদা কাখৎনবা হোৎনবদা অৱাবা ওইরম্মী। অহল অমনা মখুৎ পায়দুনা চিংখৎপিরগা লৈখোম লৈনাং ইতে-তৈনা মাগী লাইরিখাও পুরগা ময়ুমদা লাক্লে। মথুন্দা খোঙুপ্ বুটনা কাওবগী নাবগা, ইংবগা মশাদু নীক্লম্মী

অদুগা কপ্পসু লেপ্লমদে। য়েংলিবা ময়ামদু চন্দ্রহাসপু শাওনিংলবসু মচিন্দা মুরুম্-মুরুম্ শোল্লগা মাগা মান্নরুবা তনবনা কনাসু করিসু হায়রুদ্রে। মাগী মতৌদুদা য়েংলম্বা ময়ামসু তনবা য়াওনরক্তুনা ময়ুম্ ময়ুমদা হন্নবা য়াওখ্রে। বোলদ্ পোদুনা চন্দ্রহাস লুপা চানি তিংখি। শোমদা ননাওতোম্বা লৈখোম্ লৈনাং ইতৈ-তৈনা চংলক্পদু ময়াম্বনা উরে। ময়াম্বনা হৈমা! "ননাও নংদি কদায়দা তাশিল্লুরে, কপ্লিবদুনা কনানা ফুরক্লে?" কপ্পা-কপ্পা "চে-চে ব্রোজেশ্বরিখোয়গী দাদানা ফুরিবা অদুগা কোমদগী বোলদু খুলহল্লিবা" হায়না কপ্পা-কপ্পা তম্মি। মখা তানা "ময়াম্বনা নংনা করি হায়রুবগীনো"? ঐনা মতাইদা বোল তারক্পদুদা মঙোন্দা কাওরগা পীগে তৌবদা শোয়দুনা কোমদা তাখিবা, অদুদা ঐগী থুন্দা মখোংনা কম্না কাওরিবা, অদুগা অমুক্সু বোলদু কোমদগী খুন্নবা ঐবু কোমদা থাদরিবা" হায়। ময়াম্বদু মথৱায় প্রোক্ প্রোক্ চাক্রম্মী। তাঙ্গাদুদা সুনিতাগা ব্রোজেশ্বরিগাসু থোংগালদগী চংলক্ই। অঙাংদুগী মতৌদুদা "করি তৌরুরে নংদি, কদায়দগী লৈখোমনো, নফি নরোলকাসি লোইনা লৈখোম্না লোইরে। হয়েং স্কুল কাবদনা করি শেৎকনি" হায়না ঙাংই। গোপেশ্বর ৱা অমত্তা ঙাংদনা ইমুংদা চংখ্রে। ব্রোজেশ্বরিদি মরমদু খংদবনা সুনিতা অঙাংসি ইংবনসু লোইরে, মশাশি নিকইশি য়েংউ খর ইরুজথোক্পীরো হায়রম্মী। শুমাংদগী বালটিন্দু পুরগা পুখ্রিদগী ঈশিং শোক্লুরগা মখোয় অনি চংদুনা অমনা অঙাং শেংনা ঈরুজবীরে অদুগা অমনা খুদেংদা ফিদু নীংথিনা থাদোক্পীরে। মপ্পাবু ফি অরুম্বা অমা শুপ্পীরগা ফমুংদা ঙাইহাক্তং তুম্মুরো হায়রম্মী। মখোয় অনিগী থবক্ লোইরদুনা মাংগোলদা লৈরিবা দেক্স বেনচদা ফমদুনা মবুং থোরক্পা ঙাইরম্মী। মবুংদি শুকথোক্ থোক্লক্ত্রে। ঙসিসিবু ঐখোয় দাদাসিবু করি তৌরবা জাৎনো? অঙাংশিবু মানা শাওদুনা ফুবিরবা জাৎলা খল্লি। মখোয় অনিমক্ চিংনবা অমদি মবুক্ মবুক্তা অঙাং অমত্তা নত্রবনিনা ঙসিসি করিনো অমদি থোক্লে হায়বসি খল্লে। অসুম্না নুমিত্তু লাইরিক্ তাকতনা ব্রেজেশ্বরি ময়ুমদা হল্লক্লে। ময়ুম্ য়ৌরগা ঙসিসিবু করি করম্বা ঘতনা থোক্পনো য়াম্না চিংন-চিংননা লৈরম্মী। থৌদোক্তু উহৌবা মী খরনা মচন-মচনসু অশুক্ লুনা তিন্নরগা মানা অঙাংদুবু অদুক্ থিনা তৌবীরিবদুবু ঐনা অঙাংদুগী ময়াম্বা ওইরল্লবদি খংগদবনি হায়নহৌই। গোপেশ্বরগী মমান্নবা শস্তোসনা থৌদোক্তু মাসু বোল শান্নবা য়াওবনিনা লোইনমক্ খংবনা পাউদু অমত্তা চিংথদনা তল্লে। গোপেশ্বর মীনা ইনশিনবা য়াবা য়ম্না পংবা মীদি নত্তে। অদুবু মানা-উশিংথ্রিবসিগী মরমসি লাইরবা অসিনা ওইবা তাই। মরমদি মাগী মমানা লৈতবা মতমদা মখোয়গীদগী খর তিন্নবা কৌবনিনা পৈশা নুংশা তত্তনা পুথোক্-পুশিন তৌবনিনা মদুনা অচৌবা মরম্ অমা ওইগনি হায়বসি মাগী কন্না-থাজবীনি। ওইফমসু থোক্ই, মরমদি ইনাক্ খুনবা মীনা লাইরবশিংবু করিসু ওইনা

উদে হায়বসিমদি পুন্নমক্কা য়ানরবা ৱাফম্নি। মুন্না খম্বক্করগা মচন-নুপী সুনিতাগা ব্রোজেশ্বরিগা তিন্নবসি মহাক্ তোকহন্নিংখি। মরমদি মাগী মবুংগী মীশক্-মীমাই য়েংদনা হন্দক্ মনাও নুপাদা তৌরক্লিবা ফিবমদু মাবু উশিৎতবনি অমদি মানা লম্মন খুম্মকপা পামবদগীনি খনখি।

শোমদা ব্রোজেস্বরিদা মনে ইবেতোন্না "হায়! ব্রোজেশ্বরি! নংদি তারিরোই, নংগী নবুং অফাওবদুনা নংগী নতা সুনিতাগী মপ্পাদুবু থিনসু ফুবীরে, অদুগা মীগী অপুম-অশাগী কোমদুদা অঙাংদুবু থাদরগা মাগী বোল তাখিবদু খুলহল্লি, মসি মথোং চাদে হায়নরিবসি নংদি তারম্লোইনে" হায়। "মীগীসু মবুং অমা ইচাও-চাওনা লৈরি, মমাসু নখোয়গী দুকান্দগী পোৎ খর-খর লৌরগা য়োনজরি, নখোয় শোয়দনা মরি কক্করনি" হায়না মখা তারকই। হৌজিক্তদা মা জ্ব্যান তারক্রে। ঙসাই ননাওতোম্বগী মফি-মরোল লৈখোম, ইতৈ-তৈরম্বা, দাদানা ইমুংদগী থোরক্তবগী মরম্ লোইনমক্সি মাগী মবুংনা ওইরন্নবা! মা ওম্থোক্লা থম্মোই কায়রম্মী। মমাদা ৱারীদু নীংথিজনা তন্লে। "ইমা ঐদি হয়েংমখে ইতা সুনিতাখোয়দা লাইরিক্ তম্বা চৎপা ঙম্লরোই, নং খর চৎলগা শেংদোক্পীয়ু হায়রম্মী। মমানা হোয়-হোয় হায়রগা কাওদুনা সন্ধ্যাগী পোৎকা খর শিৎপদুদা চৎহৌদ্রে। অসুন্না অহিংদু হৌখ্রে। অশোমদনা সুনিতাগী মমা কৈথেল কুম্লক্লে। মচা অতোম্বদি হংই। ফমুংদা তুল্লি খুমই। কৈদৌরে, নারব্রা? চংশিন্দুনা য়েংলুবদা মশাদু মৈ-হৌনা শারম্মী। অহিংদা হুমাং কাংদুনা টেম্পরেচর ১০০গী মথক্তা লৈবদুদা চোইরোল-পারোল লোল্লি। মমাগা মচেগা চংদুনা হুমাং তৈথোক্তুনা লাক্লরি। মমানা জগাদু লাইফম্ কনবা মফম্নি মীনা কিনরিবনি, শোয়দনা লাই ওক্লরম্বা তারে খল্লি। মাইবী পাঞ্জি তান্নবদা লাই অমা খুরুমথোক্সি হায়দুনা মথংগী নুমিত্তা লাই খুরুমলে। নুমিৎতু মবুং গোপেশ্বরনা মচন সুনিতাদা ইবেম্মা! নং ইবুংনা হায়বা ইল্লু ব্রোজেশ্বরি খোইদা চৎলুরনু হায়রে। নংনা মাগা তিন্নরগা ইবুংগী থম্মোই কায়গদৌরি। মখোয়দি ইনাক-কৈরাক্ খুনবনিনা মী হাৎপা ঙম্বা জাৎনি। মবুংগী ৱাদু তাবদা সুনিতা থবায় য়াম্না ৱারম্মী। মতা ব্রোজেশ্বরিগীদি মরাল করিসু লৈতবনা মানা ব্রোজেশ্বরিগা তিন্নদ্রবদি মাদি য়াম্না নীংবা কায়রগনি খল্লি। অদুবু মবুংনা হায়রিবদুসু অচুম্বা মরম লৈরি। ইমুংদুগী মী অমত্তং লাক্লগা সেনি-মাইনি হায়রদবদুনসু হেন্না ৱারৌহল্লে। থাংগৈশেংবদি ব্রোজেশ্বরিগী মমাদি চৎকে খনবনি, সন্ধ্যাগা ওইবগা পোৎ খর য়োলহৌদবা য়াদে মীহুৎ শিনবীনবা লৈতবগা অদুম, কাওখিবনি। মচানুপা গোপেশ্বরনা মমাদা ইমা মখোয়গী দুকানগী পৈশা কয়াম্ চংনরি, হয়েংমক্ হিসাব পারগা পিথোক্খ্রসি হায়। মমাসু মচানুপাগী ৱাদু চুমই খল্লে। পৈশা পাদুনা য়েংবদা লুপা ৬৪৫/- পীরগা পুংকোক্ কোক্লে হায়না পানরে। মথংগী নুমিৎতু সুনিতা স্কুল চৎত্রে, মপ্পাগী লাইখুরুম্বা অমা অমা হোৎনবনা ঙমদ্রে। ব্রোজেশ্বরি স্কুলদা

মপাং ময়ামদুগী মরক্তা মতোমতা ঙাইবগুম্ পুক্লিং য়াম্না নুংশিরম্মী। খাংবা ঙম্নক্তদদুনা হাফ থাবা কান্দা মশা ঙমদ্রে হায়জিল্লগা ময়ুমদা ঙন্তনা হল্লক্নে। সুনিতা খোয়দা চৎকদবসু মমানা খর হায়বীরুচো হায়রগা চৎতবদুদা চৎপসু ইকাইরে। অঙাংদু য়াম্না কন্না নাদুনা লাই খুরুমদুনা লাক্লে হায়বসু তারে। নুমিত্তু মা সুনিতা খোয়দসু চৎত্রে। অঙাং নাবদি খর কিথিবগা, অয়িংবা ঈশিংদা কুম্লুবগা তৌবদুদা চুম্না টেম্পরেচর খর বাংবগী ওইরম্লে। মথংগী নুমিত্তা করিসু তৌদ্রে, স্কুল কাখ্রে। ঙসিদি য়াম্না কিজবা মবুংদা হায়— "দাদা নংনা হন্দক্ ননাওতোম্বদা তৌরুরিবা থবক্সি য়াম্না লাল্লি। ঐ ইতা সুনিতাগা কায়নবা ঙমলোই, দাদানা মখোয়গী দাদাদরা, ইমাদরা লাল্লে খর হায়বীরু, নৎত্রবদি ঐ হু চাদুনা শিজনি" হায়রম্মী। মবুংনা মীওইবগী জ্ঞান শুনা য়াওবা মী ওইরগদি মচনগী বাদু চুমই খনগদবনি। অদুবু মীরোল শুনা লোন্দবনা "করি! মথবায় মাংঙমদবা মরাইবক্ ফবনি" হায়রক্ই। "তিন্নরুনু ঐখোয়দগী মমাদু লাক্লগা নিরগা চারিবা নৎত্রা? নংনা মচন্দুগা তিন্নরগা নংগী করি তোংজবা লৈদুনা। ইনাক্ কৈরাক্ খুনবা নমান্নবী ময়াম্ অমা লৈরিবসি তিম্নবা য়াদ্রা" হায়। কপ্লগা "দাদা ঐদি খংদে হু চারগা শিবনা ফরে" হায়দুনা ইমুংদা চংলগা মাগী লাইরিকুকাদু লোইনা লংখায়রগা কপ্পুনা লৈরে। খুদক্কুদা মবুংদুনা মাবু উশিংতে হায়দুনা অমুক্কা খুপাক্কা থাবীরে। মমা লাক্কুনা "ইবেম্মা ইমানা লাল্লে, ইচানা ঙরাং চমথোরুবা ঐবু চৎলু হায়বদো ইমানা চৎহৌদবনা ইমানা লানবনি। হোরেন ইমা-ইচা চৎলগা হায়জরুবগা লোইরে" হায়। মবুংদুনা "করিগী হায়জরুবা! লমজা-শারা! মখোয়দবো অমত্তা য়ারোই, থাং চাজনিকো" হায়রক্ই। ঙাইহাক্ লাংলম্বদু নেমথখ্রে। তাঞ্জাদুদা সুনিতাগী মমা মেমচৌবী লাক্লগা— 'ইনম্মা! দুকালগী পৈশা নচানুপানা পাবদা পুন্না লুপা ৬৪৫/- বাৎলি পীগদবা অদু শিংজরম্লগে" হায়রে। ব্রোজেশ্বরিগী মমাদু ইকাইবনা মমাই পুবা ঙম্লমদে। "ইবেম্মা! নচানুপী ব্রোজেশ্বরিনা মাগী দাদাদা ঙাংদুনা খৎনরম্বা লোইখিবদা ঙাইরি"। নখোয়গীদা চৎলগা লাল্লে হায়রুদ্রিমখৈ মাদি নখোয়দা চংলরোই হায়রিনে হায়বশাই। মাগী বাদু থোইনা তারুদনা "ইনম্মা- ঐখোয়না লানবা ঙাক্তনি, পৈশাসি শুব্রা অমুক্তা য়েংবীয়ু" হায়রগা পৈশাদু পীরম্মী। ব্রোজেশ্বরিগী মমা ফজবী ইকাই-ইকাই পৈশাদু লৌহৌরে। "নংবু পোৎকাদি লৌররোইদ্রমি" হংই। "ইনম্মা লৈতবা কান্দা অমুক্ লাকচগে হায়রম্লগা হান্নগা মান্নদনা বাঙাংদি ইকায় কায়দনা ব্যাবহারদা ঙাংলম্লগা ময়ুমদা হল্লক্নে। ব্রোজেশ্বরি নুমিৎ হুম্নি স্কুল কারকখিদ্রে সুনিতা ব্রোজেশ্বরি লাক্তবদুদা তৌফম্ খংলমদে। মখোয় অনিদি নোংমতসু মরৈ তৌনখিবা লৈতে, অদুবু মরাল লৈজদবা মখোয় অনিদা করিগী অসুক্ চাওবা দন্দি পীবীরিবা? অসুম্না মেত্রিক্ পরিক্ষাসু নোংম-নোংমগী নক্‌শিল্লক্নি মখোয় অনিমক্ লাইরিক্সু কয়া খোয়জংবা উদে। মরিনি শুবা নুমিত্তা ব্রোজেশ্বরি স্কুল কারক্লে।

চাদবনা ৱাখলনগা নুঙাইতবগা ময়াংসু য়াম্না কংনা উরে। অঙকপনি মহাক নহান মখৈ ফম্বা ফান্দসু ফমদ্রে। সুনিতাগা মখোয় অনি ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংনরমদে, কৌসু কৌনরমদে। ক্লাসকী মমান্নবী অয়াম্বনা মখোয় অনিগী মতৌদু উরগা চিংনবা পোক্লম্মী। অহানবা পেরোত লোইদুনা অনিশুবা পেরোতকী ওজা তোমালনা মখোয় অনিগী লুনা তিন্নজবদু উরগা হরাওজবনি। মখোয় অনিবু মানা ক্লাস চংবা খুদিং পারা হংবা খংদবা য়াওবদা নীংথিনা তাকপীদুনা তিন্নবা মরুপ-মপাং হায়বসিদি অসুন্না পুন্সিগী কায়নদনা তিন্নগদবনি হায়দুনা অতে মমান্নবশিংদা তত্তনা মখোয় অনিগী মতৌ তমজৌ হায়রিবনি। অদুবু ঙসি নোংমা নিনিসিদা অমা কারগা অমা কাদবা, খংহৌদনা নুমিৎ হুমনি হেক্ কারক্তবা, ঙসিনা অমনা আ মনিংদা ফন্নগা অমনা হান্নগী ফমফমদা ফম্বদু উরগা ওজা তোমালনা ব্রোজেশ্বরিদা — "ৱা অমা হংগে শেংনা খুমউ ওজাদা" হায়। "নংগা সুনিতাগা খৎনরব্রা"? "খৎনদে ওজা"। "সুনিতা নংগা ব্রোজেশ্বরিগা ফাল অমত্তদা ফম্মিন্নদ্রিবা করিগীনো"? "করিসু তৌদে ওজা"। "ঙাইখো নখোয় অনিগী অহোংবা অমা ঙসি নোংমা নিনিসিদা ইপানা উইনে। নখোয়বু ইচানি হায়দুনা হংবনি ইকাইরুন্নু শেংনা খুম্মুনে" মরু লুকথদুনা মমিত্তা ইরা চেন্দুনা কপ্পা থিংবা লারুরি। "ফরে-ফরে নখোয় অনিনা খুম্মু য়াদ্রবনিনা ঐ অমা হায়রগে হয়েংদি নখোয় অনি হান্নগী ফমফমদা ফন্নম্মুকো" হায়রগা পারা মখা তাকথরে। পেরোত্তু লোইবগা ব্রোজেশ্বরি ময়ুমদা অদুম্ হনখ্রে। সুনিতা ব্রোজেশ্বরিনা চৎখিবদু নীংঙমদনা য়েংদুনা লৈহৌই। মরুপ্ কায়নবা হায়বদু অসি ওইরেকো। থম্মোই অনিগী কুইনা নুংশিননা চামিন-থক্মিন্নদুনা অমত্তা ওইনরম্বা করিসু লৈতবা মরম্ অমনসু মীওইবগী নুংশিবগী মরীসি লায়না তৎহল্লিদা।

ময়ুম য়ৌরগা তৌফম্ খংলমদে। মা স্কুলদুদা অমুক্ হন্না চৎনিংদ্রে। ননাওতোম্বগী স্কুল ছুটি থাবা ঙাইরগা মানা লাক্কদবা লম্বীদা ননাওতোম্বা ঙাইদুনা লৈরে। হায়না হায়না পুং তাদুনা ননাওতোম্বগী স্কুল ছুটি থাদুনা লম্বীদা মমান্নবশিংগা লাকপদু উরে। চংশিন্দুনা "ননাও সিদা লাকখো" হায়দুনা কৌশিল্লে। মাগীদমক্ লৈদুনা পুরকপা অচাপোৎতু পীরে। অদুগা মকোক্তা নানবীরগা নুংশিনা "ননাও নং ইচেবু শাওরব্রা" হংই। ননাওনা ইতিংতিংনা "কৈদৌ শাওদোইবা"। "চেচে নং ঐখোয়দা লাক্তুদি কৈদৌরে"? মপ্পাগী চুমদ্রিং চুম্বা ৱাঙাংদু তারগা ব্রোজেশ্বরি পাউখুম্ লৈরমদে। "চেচে, চেচে ঐখোয় চেচেদু মাগী কাদা তুমিন তুমিন কপ্পি ইঙো" হায়। নং লাক্তবদু মাদি য়াম্না নাঙাইতবজাৎনি অদু নং লাক্ওবা! হুজিক্ চৎমিন্নসি হায়রে। "হুঁ! ঐ কোম্না লাক্কে নং চৎলম্মো" হায়রগা চৎহনখ্রে। মাসু ভাব তারে, সুনিতাসু মাবু কাওদ্রি, ৱারৌদ্রি, নুংশিরি। হৌজিক্ করি তৌবা তাই। মমাদা ইংনা ঙাংনরগা মমাগা লোয়ননা অমুক্তুংদি চৎলগে খন্দুনা

মমা হৌরগা নোংমা লাক্ই। গোপেশ্বর মাংগোলদা লাইরিক্ অমা য়েংদুনা লৈরম্মী। ব্রোজেশ্বরিগী মমা উবদা "ইনে লেংঙক্ইবরা" হংজে। "নচনশে নখোয়গীদা চৎপা ইকাইজরে হায়রে ঐবু থিনবীয়ু হায়দুনা লাক্লিবনি" হায়। গোপেশ্বর ঃ- "ইনে! ঐহাক্ পরিক্ষা অমা থাগদবা লৈরে অদুনা খর ফবা ওজা অমদা ঙাংনবীরো, ঐদি থোইনসু হৈবজাৎ নত্তেদা। ইনেনা হেন্না খংবীরিবদুনি, চাদবা য়াদবগী লৈতদুনা খর দুক তৌবনি। ঐনা তাক্কুনা কয়াবু হৈরুগনো" হায়রম্মী। গোপেশ্বরগী ৱাঙাংদা কোচি থাংবা অমা য়াওরিবদু মমা মচামক্ ভাব তারম্মী। "ফরে অদুদি অমুক্ চৎলগে ইবুঙো" হায়রন্নগা থোক্লক্লে। গোপেশ্বর "ইনে ঐসু লৈজহৌরে" হায়না খুমই। ব্রোজেশ্বরি নীংবা পুম্বা কায়রে, হন্দক্ মপোক্কী মতা সুনিতাগা তিন্নবা ওইথোক্কদবা মাল্লে। ময়ুম্ য়ৌরগা স্কুল হোংলগে হায়রবসু মতম চাল্লে। মা স্কুলদুদদি অমুক্ হন্না চৎনিংদ্রে।

অসুন্না ওজা তোমান্না "হয়েংদি সুনিতা নংগা ব্রোজেশ্বরিগা পুন্না ফম্মিন্নগদবনি" হায়খিবা নুমিত্তুগী স্কুল চৎপা পুংলেপ্ লেপখ্রে। চাবা থক্পা তুম্বা চাং নাইরক্তবনা মশাদু য়ান্না শোক্চিনখ্রে। ডাক্তরদা পুদুনা লায়েংবা হৌরে। মাগীসি ৱাখল লায়নানি ৱাখল নুঙাইবা খনবা তম্মু হায়না ডাক্তরনা এদভাইস পীরম্মী। খন্দবদি করন্না য়াগনি, খনগনু হায়রগা হেন্না-হেন্না খল্লক্লে।

মেত্রিক্কী টেস পরিক্ষা লোইখ্রে, মাদি পরিক্ষা য়াওদ্রে। নোংমা মমাগা ডাক্তর চৎলুবগী হল্লকপদা সুনিতানা লাপ্না স্কুল কারকপদা উখি। মাগী মশাদু অসুক্কী মতিক্ শোক্চিন্না উরম্মী। নুমিত্তু সুনিতা স্কুলদসু, ময়ুমদসু ব্রোজেশ্বরিগী খল্লুবদা তৌফম খংদনা ৱাজরম্মী। খর লৈরগা ব্রোজেশ্বরিগী অনাবসি হিস্টরিয়ানি হায়রে। মশক্তু য়েংবা য়ারদ্রে কুচুসু তাইফেৎ তাইরে। অমুক্তং মপালদা পুরগা য়েংবনা ফগনি হায়দুনা ভেল্লরগী সি.এম.সি. হোসপিটালদা পুরে। গোপেশ্বরগী মমানা নোংমা নুমিদাং অমা মচাশিংদা ৱারীদু তারক্পদগী তম্মী। মখোয় অমত্তা পাউখুম্ পীনদে। মমানা হায়রক্ই, "ইচাদো কায়দি কায়জদবনি", ঐখোয়সু খর শোয়গ্রমাল্লে। মাগী অনাবদুবু খর লুনা তায়দা" হায়। ভেল্লরদসু ৱাখলগী লায়নানি ৱাখল কা হেন্না খল্লবদি ফত্তে, ৱাখল নুঙাইহল্লু হায়না এদভাইস পীরগা তুন্নবা হিদাক্ খর ইরগা থাদোরক্লে। নোংম-নোংমগী শোনজিল্লক্পনা মশাদু শরুদা ঙাইখ্রে। মতমদু মেত্রিক্কী পরিক্ষা হায়দোক্পা মতম্নি, সুনিতা সেকেন্দ দিবিজন্দা ঙমলে অদুবু মতানা পরিক্ষা য়াওখিদবদু খল্লুরগা মানা পরিক্ষা হায়দোক্পা নুমিত্তা কয়াদা কপখিবা। নোংমা ব্রোজেশ্বরি য়ামপক্ তানা ফমুংদা তাদুনা লৈরবা কান্দা মমাদা "ইমা! ঙসিদি ইতা সুনিতা মখোয়গী দাদা অমদি ননাওতোম্বা অমুক্তা পুন্না কৌবীয়ুবা" হায়জে। মমানা মচাগী মতৌদুদা নুঙাইমদ্রদুনা লাক্লে। মখোয়সু

বা পুন্নমক্ তাবদুদা অমুক্তংদি চথশিরা খন্নরম্মী। থুনা য়াংনা ব্রোজেশ্বরিখোইদা লাক্রম্মী। মখোয়না মাংগোলদা য়ৌবা মতমদা ইমুংদগী মখোল হৌনা ইমাগী ইবেম্মা ইমাদি লোইরেদকো। ও ! পাম্মুইদকো হায়দুনা থবাক য়েদুনা তেংথাবা হৌরক্রম্মী। সুনিতা থুনা য়াংনা চেনশিন্দুনা মতাবু কোল্লগা মথৱাই য়াওদ্রবা পুমইং ইংলবা মতাগী হকচাংদুদা কোন্দুনা মাগী নীঙমদবা মপাও তমজখি। গোপেশ্বর মমিৎতা রুমালনা পিরাং তৈথোক্পগী লোই খম্বা নাইখিদে। নীঙমদবা মাইথোংনা অৱাবা খাংখি। ননাওতোম্বা চে-চে, চে চে কৌদুনা হন্না হন্না মশা নোমদুনা হৌদোক্খি। অদুবু থৱায় য়াওদ্রবা মচেগী মফমদগী করিগুম্বা পাউখুম্ 'মত্তা ফংখিদ্রে। অসুন্না লাঞ্জদবী নুপীমচা ব্রোজেশ্বরিবু নমদুনা লালহনবীখি। অসুন্না মরাল পীশিন্দুনা অরোইবা য়াহিপ তানবা ফাওবদা নীংঙমদনা পুন্সি লোমখি। কনা অমত্তনা মাগী থম্মোইগী অশেংবা ৱাকৎ তাবীনবা লৈখিদে।

৪-১২-২০০২

# অঙাওবীদো

নোংমা ঐগী ওফিসতা থবক্ তৌমিন্নবা ইনাওশিং অমগী লুহোংবগী বার্তোনি অমা ফংদুনা ইম্ফালদগী পংলাপ লাপ্তনা লৈবা তাবুংখোক্তা লুহোংবা য়াওবা চৎলম্মী। লুহোংগদৌরিবা নুপা ময়ুন্না তাবুংখোক্তা ওইরগা নুপী ময়ুন্না চঙাংগৈদা ওইরম্মী। নুপা ময়ুম্গী লৈরক্ মচিন্দা লুহোংবা চৎকদবা গাড়ীশিং পরেং শানা খান্নি। গাড়ী থারিবা লৈরক্ মচিন্দুদা ময়ায় ওইনা চাওবা পুখ্রি অমা লৈ। পুখ্রিদুগী ঈশিং শোক্ফমদু সিরি ফজনা শাদুনা থাক্-থাক্ নাইনা কুমথবা য়াই সিরিদুগী কাখৎফমদা নাকল অনীদা ফমফম্ অনী অমসু মায়য়োক্না ফম্বা য়াই। লুহোংবগী বর যাত্রা তৌরমদাই য়ৌশিল্লক্রে। পুখ্রিদুগী সিরি মপান্দুদা নুপীমচা চহী ২২-২৩ গী লোন ওইগদবী অমা মঞ্জুনরবা ফনেক্ অশংবা অমা ফিদোন চিংখৎলগা শেত্তুনা সিরি মপান্দুদা নীঙাইদনা ফুরিৎসু লিৎতে, ইন্নফি ককাসু অমত্তা য়াওদনা ফম্লগা লুহোংবা চৎকদবগী কেনা-মৌনা থোরক্লিবা মীয়ামদু মাসু য়েংদুনা লৈ। লুহোংবগী লাক্লরিবা বর অয়াম্বনা চহী মতাংদুদা অদুম্না মানা নীঙাইদনা ফমদুনা লৈবদু য়েংদুনা মাগী মরমদা করম্বা নুপী-নো ঙাওবু ঙাওরব্রা হায়নৈ। অসুম্ ফমদুনা অচৎ-অওক্ য়েংলম্বদগী পুখ্রি মনুংদা সিরি মথক্তগী চোংথরগা ঈরোইদুনা ঙাইহাক্ শান্নরুরগা অমুক্ কাখৎলক্তুনা সিরিদুদা ফমদুনা অমুক্ লৈরে। ফুরিৎসু লিত্তবা, ইন্নফি অমনা কুপ্পসু নৎত্রবা ইকায়থিবী ওইনা লৈরগা পক্চগদবী মানা মদুগুম্বগী ৰাখল মচেৎ অমত্তা য়াওদনা নিপা ময়ামদুগী মমাঙ্দা ঈশিং-চোৎলবা মশাদু উবদা অউবশিংদি মঙোন্দা য়েংগদবা ইকাইবা পোক্নরে। মাদি মঙোন্দা য়েংলুবা নুপাদা ওনশিল্লগা মোমোন-মোমোন নোক্লি। নীঙ্থিবা ফিজেৎ শেত্তুনা কেনা-মৌনা ফজবা লিক-কোন শিদুনা থোরক্লবদি থোইদোক্না অউবশিংগী পুক্লিঙ্ পোলহল্লম্বা য়াবনি। চুঙ্ ফিরাল চানা মশা মউ তিক্-তিক্ লাউনা নোই-পেম্না ফজবা শাবান্নি। মায়থোঙ্দুসু অৱাবগী শক্ফম্ উদে, মোমোন-মোমোন নোক্লদুনা অউবশিংদুবু লংনবগুম্ নৎত্রগা মাগী ঈশিংদা চোংথরগা ঈরোইবা হৈবদু উৎনিঙ্লিব্রা খঙ্দে, অমুকসু সিরিদুদগী পুখ্রি

মনুঙ্দা চোংথদুনা ঈরোইদুনা শান্নখ্রে। মতমদুদা লুহোংবগী বর যাত্রা তৌদুনা বরসু থোরক্তুনা ঐখোয় ময়ামসু মাগী মাগী চৎকদবা গাড়ীদা তোংদুনা লুহোংবগী বরগী মতুংদা অদুম্ লাক্লে। মাগী য়েংবদা নুঙাইত্রবা মতৌদুদা ঐনা খঙ্নীঙ্দুনা মাগী মরমদা বর ওইখিবা ইনাওদুগী মফমদা মানা ওফিস কারক্পা মতমদা নোংমা মাগী মরম্দা করম্না মাগী ফিবমদু ওইখিবনো হয়ানা ৱারীদু তানিঙ্না হংখি।

নুপীমচা অদুগী মমিং তোম্বীমচা কৌই। মহাক্ য়াম্না পীক্লিঙৈদা মখোয়গা য়ুমলোন্ননা লৈরম্বা অতোপ্পা খুঙ্গংদগী মতম খর মীগীদা সাইদাংদুনা লৈরম্বা অঙোম্ বোকুলগী মচা সনায়াইমগা য়াম্না লুনা চান্না তিন্নজে। স্কুল্ তম্বা হৌবা মতমদগী মাগদা লোয়ননা শান্নমিন্নে, স্কুল চৎপসু মখোয় অনী খুৎ শন্নদুনা চৎমিন্নে। লৈকায়গী লুহোং-খোঙ্দোংবা, শ্রাধ-কর্ম্মনচিংবা চৎপদা কবোক্ য়েলক্পা, তল য়েল্লক্পা মতমদা অমা থুংলগা অমা থুংদবদা মাগী থুংদ্রি মাগী থুংদ্রি হায়দুনা কোইতান তান্নদুনা নমদুনা থুংলবকান্দা হৱাউনা চামিন্নে। লাইথি শান্নরবসু, খুলোক্পী শান্নরবসু মখোয় অনী হেক্তা পুল্লমগনি। নোংমা-ফাদোক্ অমনা স্কুল চৎপদা অমা য়াওদ্রবদি চৎলু য়াদনা তোক্কনি। কুমগী হৱাউ কুম্মে কৃষ্ণ জর্ম থৌরানী জর্ম, য়াওশঙ্ খুদিংমক্ মখোয় অনী অমত্তা থাদোক্লদে। থাবল চোংবা য়াওরগা মখোয় অনীগী মখুত্তা অতৈনা পায়বা মতমদা হেক্তা থদৎলগা মখোয় অনী পায়মিন্নগনি। মচাশিংগী মতৌদা মমা মমানা অনীসিবু করম্ থোক্অদৌইনো হায়জে। ময়ুমদা অচা-পোৎ অমা লৈবদা মখোয় অনী কৌরগা য়েন্নদুনা চামিন্নে। অসুম্না য়াম্না নুংশি চান্ননা লোইনরক্তুনা মখোয় অনী পুংকক্ চাওবা ফাওবা তিন্নদুনা ক্লাস ফাইব-সিক্স য়ৌশিল্লক্লে। মমান্নবশিংনদি মখোয় অনী পুন্না লাকপা উবদা "থম্বালমনি" নৎত্রগা "মনি-থম্বাল" হায়নবু থোনবীরে।

মীগী ময়ুমদা শাইদাংদুনা চেক্-শাবগী অমদি চেক্ ইকপগী মিস্ত্রি ওইনা লৈরকপনা চহী মঙা-তরুক হৌজিনখ্রে। মাগী ফিবম্ থোইনা ফগৎলক্পা উদে, নোংমগী হাতে-হাতে চেং-চাক্ ৱাল্লগা চাবা নত্তনা লেম্না পানা চাবদি ইফং ফংদে। মচানগা খর য়াম্বগা বোকুল বুধি-লৌশিং ইফক্-ফকচিল্লি। সনায়াইমগী মথক্তা ময়াম্বা অমসু পিক্লিঙৈদা ঈশিংদা তাদুনা শিশ্লবনি, অদুনা মচা য়াইমগী মমিংসি সনায়াইমা থোল্লিবনি। মানা নুংতিগী থবক্ শুফম্ ফাওবা মখোঙ্না চাক-ঈশিং চারগা লাক্পদা হেক্তা থেঙ্দোক্খিবা; নোংমত ঙম্না য়ৌবা ঙমদবদুদা, মাগী মতম শাংনা শিনফমসিদা লৈরক্পা অদুগা মাগী ইমুংগী ফিবমসু ফগৎলক্তবদুদা খুদোং চাবা লৌরগা মাগী ব্রীক্-ফিলদগী মহাজন লাইশ্রম্ কুবেরনা মাবু মতম শাংনা শিজিন্নবা য়াগদবা মওংদু উদুনা মাগী ব্রীক্ ফিলদগী চাউরবা অহাংবা জগাদুদা লম মচেৎ অমা পীরগা পাখন অমা শাবীদুনা মদুদা লৈরগা মাগী নুপী অমদি মচানুপা লোইনমক্ থবক্ শুরবদি মঙোন্দা কান্নগনি হায়বদুদা মহাক্

মফমদুদা লৈরগে খন্দুনা মীগীদা সাইদাংদুনা লৈবদু নুঙাইতবা অমসু ফাওরক্লুনা মচাশিং চাওশিল্লকপগা নোংমা মাগী লৈজবা উপু কাংথোল লোইনমক্ ট্রেক্টর ট্রেলর অমদা হাপ্লগা অনৌবা য়ুমদা হোন্দুনা পুখি।

সনায়াইমা মখোয়গী য়ুম হোংবা মতমদা পুংকক্ চাউরবা জ্ঞ্যান ফজনা তারবা ক্লাস সিক্স তম্লবা মতম্নি। নোংমতং উনদবদা থব্বায় নুঙাইতবা পোক্লরবা পীশক্ পীক্লিঙৈদগী লুনা তিন্নজরকপা অনীগী থব্বায়দু করিমতা খনবীদনা পুন্না খব্রাং হৌজরম্বা পাম্বী অনী অমা খাইদোক্লগা অতোপ্পা মফমদা থাখিবগুম্ পুক্লীং অনীদু পিরাংতনা মমায় মমিৎ থুমহৎখি। হৈরাং-লৈরাংগী পুন্সিবু ঙম্মী হায়দুনা জ্ঞ্যান লৈবা মীওইবনা মানা মাগী ব্বাখলনা নীঙ্‌লকপা মতমদা মাগী কান্নবখক্তা য়েংদুনা অমা ফুক্তুনা অতোপ্পা মফম্‌দা পুদুনা থাখিবদা হৈপাল-লৈপাল অনীদুনা মরোল থোক্তবা কৌবনা করিমতা হায়দ্রগসু ফুক্‌তোক্‌পা মতমদুদা নোংম-নিনিদি মনা-মশা খুইরুম-খুইরুম্ তৌদুনা অব্বাবা খাংজে হায়বসি শিংলবা তাইবঙ্ মীওইবনা কনানসু খনবা তৌনদে। ওনথোক্লসু তমথিদা হে-মীওইবা! নঙ্‌গী কান্নবতা য়েংদুনা অতোপ্পা সংসার অমদা পাম্বী ওইনা হৌজরিবা ঐখোয়গী শাবী শানৌ, নুংশি নুংঙোনগী ব্বারী লৈজে; নঙ্‌না তৌরিবদু লাল্লি করম্না হায়গদগে? মসি পুন্নমক শিংলবা তাইবঙ্ মীওইবতনা খনবীগদবনি। খন্দুনা য়েংবীয়ু, পুন্সিদা সিগুম্বা তানফম্ থেংনরক্‌পা কনাগী মফম্‌দা মাগী-মাগী থম্মোইদা মচেৎ কয়া থোক্লা চিখাইরমগনি হায়বা! তোম্বীমচানা ফমুংদা মমাইনা উপশিন্দুনা কপ্তুনা লৈবদু উরগা মমানা ইচাসিদি হয়েং নোং-হেক্ ঙানবগা ইমানা চৎতুনা কৌবীরুনি হায়জে। ট্রেক্টর মথক্তা ইমুংদুগী পোৎ-চৈ থাংগৎপা হৌবদগী থোঙ্‌বাদা লেপ্তুনা মপি চদুম চদুম শিল্পজরিবা তোম্বীমচাগী থম্মোইগী অব্বাবা কনানসু খঙ্‌বীখিদে, খংবীখিদে। ট্রেক্টর থৌদুনা চৎখিবা সনায়াইমনা মমাগী তুংইল্লগা হন্না-হন্না তুংলোমদা মপি ইরা চেল্লগা তোম্বীমচাবু য়েংলগা মখুৎ হাইরম্বদুনা তোম্বীমচাগী নৌরিবা থম্মোইদা কাউবা য়াররোইদবা চৈনা অমদি পীরম্লে পুন্সিগী ওইনা। হৈরাং-লৈরাংনা মনা খুইথবা, তাইবঙ্ মীনা নুংশিবা কায়নবগী চাক্-ঈশিং চাবা ব্বাৎতুনা, তুম্বা য়াদদুনা মশা শোক্‌তুনা হকচাং তুকথবা, হৈনীংবা পোক্তবা অনীসি চাংদম্নবা য়াদব্রা?

সনায়াইমা মানা অনৌবা হোংলিবা মফমদুদি লমহাংনি, লৈকায় খুঙ্গংদি খরা তান্না লৈবনা মরুপ্ মপাং লৈরমদে; মাগীদি মাগী ওইখ্রগা মচন্নুপী, মনাওশিং তৌফম্ খঙ্‌দনা তুম্পক্ তুম্পক্ লেপ লেপ্তুনা লৈবদু উরুবদা থম্মোই কায়গে তৌই। মীনুংশি য়াওদ্রবা সমাজসিনা মাগী মাগী কান্নবত য়েঙ্‌লিঙৈদা সিগুম্বা অব্বা-অনা তারবা তৌফম খংদ্রবা পুন্সি কয়া হিংলি হায়বসি কনানসু খল্লুদে। ইনাক্ খুনবা কনানা মচা নুপা অমতা পোক্‌পা, লৈননবা য়ুমদি দলান মথোল মরি, কাগী মশীংনা তারা-কুন,

লোইনমক্ হাঙ্না থম্লি। অমনবা য়ুমশিদোক্পগী অমনবা উ-বা, থোঙ্ থোঙ্নাও, জিঙ্ঘ কয়া কয়া লৈজদবা কনাদা পীবদা অচৌবা দান তৌবা অমগী মিংথোল ফংবা য়ারিবা গোদাউন্দা পৈদুনা নোঙ্খাঙ চাইদুনা পৎ-পুমদুনা কয়া মাঙ্হল্লি। মাগী ওইনসু কান্নদ্রবা, মীঙোন্দা পীথোক্পসু পাম্মুবা, হয়েং মানা শিবদসু পুবা য়ারোইদবা; পুক্নমক্তু ময়াগী মপোক্তা পোক্লুবনা মাগীদা থল্লগা শিরগা করিসু পুদনা চৎকনি হায়বা কাউদুনা কনাদসু পীথোক্লদে। সোমদনা চানিঙাইবু তানগদ্রা, য়ুম নোং য়ুবগীবু ব্বাগদ্রা, নোং-নুংশিত্তা ঙাইহাক্-লৈতনা পাইথোকলিবা পাখনবু শেম্নবা লাক্লগদ্রা, মচা ময়াম্ মবুক্ থন্নবা হোৎনগদ্রা; লাইরিক-লাইশু তম্নবা হোৎনগদ্রা? মসিরা সরকারগী ফজবা থৌরাংবো? ভোৎ মতমদদা মখুৎ লোন্নদুনা কদাইদা কনা চিৎথরি; করম্বা লমহাঙ্গী পাখন্দা ভোতর কয়া লৈরিবা মশীঙ্ থীরক্কনি, মাগী ওইজবত য়েঙ্দুনা ।ব্বারিঙৈদা কনাগীসু মরুপ লৈতে, তাইবঙ্সিদা।

সনায়াইমা মানা নৌনা হোংলিবা খুলসিদি অনৌবা জগা মী তাবা কুইদ্রিবা লন্না লন্না চরা-চরা তাবা খুঙ্গংনিনা প্রাইমারি থাক্তগী হেন্না অব্বাঙ্বা থাক্কী মহৈ তম্নবা জুনিয়ার হায়স্কুল, হায়স্কুল অমত্তা লৈত্রি। অদুনা মাগী হান্নগী স্কুলদা চৎনবা হোৎনবদা কিলোমিটর মরি-মঙা মখোঙ্না চৎপা তারম্মী। সাইকলসু লৈবা ঙমদে। মপানদি লাইরিক্ তম্বা তোক্লো, মখোয় অনী চংদুনা চেক্ শাবা য়াওরবদি পৈশা খরদসু হেন্না ফংদুনা ময়ুমগী অব্বাৎপদা মতেং ওইগনি খঞ্জে। অসুন্না ব্বানা-ব্বানা লাক্তুনা ক্লাস নাইন ফাওবদি লোইশিল্লে। জৌবনগী মতম্ চংলক্পসিদা মাগা পীশক্ পীক্লিঙৈদগী তিন্নজরক্পা মতম্ পুন্নমক্তা মাগীদমক্ ব্বাজরক্পী তোম্বীমচাদা নোংমা মানা "ঐ লাইরিক্ মখা তম্বা তোক্পা তারে হায়রম্মী। তোম্বীমচানা, "করিগী তোক্কদৌরিবনো"? নঙ্গী লাইরিক্ লৈবা ঙমদ্রগা ঐগীসি পুরো লাইরিক-তম্বদি তোক্কনু" হায়দুনা য়াম্না থেমজৈ। পীশক্ পীক্লিঙৈদগী মতম পুন্নমক্তা থম্মোই অনী য়াম্না শেংনা লোইনরক্পগী হৌনবা দোং-দোং শেংনা শেংনা ইকায় ইকি, মীনা করি খনখিনি হায়বা করিসু নাচুংদনা চুমদ্রিং ব্বাঙাঙ্নি তোম্বীমচা। উচিন-নাচিন্না ক্লাস টৈনগী মিংদি চল্লে; অদুবু য়ুমদা মপানা লোক্-লাইহৌ কম্না তৌদুনা মতম খর নারম্মী; মপাগী মহুৎ শিন্দুনা থবক্ শুদ্রবদি পৈশা ফংলরোই; পৈশা ফংদ্রবদি ঐখোয় চরা হেনবা তারে হায়বদগী মমাগা মাগা মচিন-মনাওশিংগী খন্দুনা মপাগী মহুত্তা থবক্ শুবা য়াওরে, স্কুলদি চৎত্রে। মানা স্কুল কারক্তবদুদা তোম্বীমচা য়াম্না নুঙাইরমদে। নুমিৎ-মরি মঙানি কারক্তবদুদদি মাগী ক্লাসকী মমান্নবী অমগা সনায়াইমগী মনাক্তা লাক্রম্মী। হাম্না পুন্না ইংখোল অমত্তদা লৈমিন্নরম্বা কৌবনা থোইনা ইকাইনা কোইনা খল্লুদে। পরপ্-পরপ্ চুমদ্রিং চঙ্লক্ই। মপাদু ফমুংদা নাবগী হিপ্তুনা লৈ। "মাম্মা হকচাং ঙমদব্রা"? বোকুল- "ইবেম্মা নঙ্লাক্লিবা? ফম্মু

ফম্মু"। ননেদি চেক্ শুবা য়াওরমগনি হায়জে, সনায়াইমগী মরমদদি পন্দে মনাওনুপাগা মচনশিং মপান্দা শান্নরি, ইমোৎ-মোৎনা। তোম্বীমচা— "সনাতোম্বী নখোয় দদাদি" হঙুই। অমনা খুদোম্বীনা থিল্লি, অমনা ঐ তাক্‌পীগে হায়দুনা মী ময়াম্ লৈপাক্ থিৎতুনা চেক্ শাদুনা লৈরিবা মফমদুদা মমাগা মচানুপা সনায়াইমগা য়াওদুনা লৈবদু উরে। মাগী ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নবা মশেন্নিনা থোইনসু ইকায়বা পোক্লুদে, তোম্বীমচাবুদি হান্নগী হামু-হামুনি। লৈখোম থিৎলুবগী লৈখোম্ ইতৈ-তৈনা নুপীমচা অনীদুগী মনাক্তা লাক্লুনা লেপ্লরে। তোম্বীমচা— "করি তৌরে স্কুল কারক্লবদি"? স্নায়াইমা— "ঐ লাইরিক্ তম্বসি ঙমগদবা মাল্লে"। তোম্বীমচা— "করিগী ঙমলোইদৌরিবা? মী লোইনমক্ ঙমদুনা তম্লগা নঙ্না করিগী ঙম্লোইদৌরি? খঙদে, নঙ্ লাইরিক্ তম্বসি তোক্‌পা য়ারোইকো! হৌজিক্ কী মতমদা বি. এ., এম.এ., ফাওবা করিমত্তা কান্নদ্রবা মতমসিদা নঙ্না মেত্রিক্ ফাওবা পাশ তৌহৌদবা তারগদি হয়েং তুংদা নীংঙমদবা য়াম্না লাক্কনি"। কয়াদা চুম্না, খঙ্না ঙাঙ্লিবা? পীশক্ পীক্লিঙৈদগী মখোয় অনী লুনা তিন্নরক্‌পনা ঙসিসু অঙাংগী মতৌগুম্না মানা সনায়াইমদা পাউতাক্ পীবীরি। সনায়াইমসু মানা হায়রিবদু চুমই খঙ্ই; অদুবু মপানা শোমদা থবক্ খর পাংদ্রগদি চরা হেল্লগনি হায়রি। অনীমক্ অমত্তা লাল্লি হায়বা য়াদ্রি। মরক্‌সিদা মানা অহল ওইরগা পীক্লিবা মনাও-মচলশিংদু চরা হেলহনবসু য়াদ্রি। মপাদুসু লাইরিক্ লাইশু কয়া হৈরক্ তবা শংগসু থবক্ শুবা -লৈপাক্ শুবা মীগা তিন্নরক্‌পা ওইবনা মচাশিংবু মহৈ তমহল্লগা হয়েং থবক্ তৌবসু ফংলোইদবদা করিবু কান্নগদবনো হায়না খল্লি। লৈফমগী মতুং-ইন্না, মানা তিন্নরিবা সমাজদুগী মতুং-ইন্না মীওইবগী ৱাখলসু লৌই। লাইরিক্ হৈরগা উকিল ওইরগা, জর্জ ওইরগা, দাক্তর ওইরক্লগা, ইনজিনীয়ার ওইরক্লগা থাদা লুপা লীশিং ২০/৩০ তলব চাদুনা, কার তোংদুনা মীনা ব্যাবহার তৌনা হিংই হায়বগী ৱাখলসি বোকুলগী মকোক্তা সেকেন্দ অমগী মতম কাইথোক্লুনা খঞ্জনবা, ৱারী লীদুনা তাহনবীনবা মী লৈতবনা, থেংনরক্তবনা লৈপাক্ শুদুনা নোংমগী জিবীকা ওইদুনা লেনবনা ফৈ খল্লি। মাত নত্তনা মচা, মশু ফাওবা লৈপাক্‌শুদুনা হিংহৌবা তারে হায়বগী ৱাখল, খিত্তং কাখৎনবা হোৎননীংবগী ৱাখল য়াম্না লাপ্না লৈরি। মসিনা মচা ক্লাস টেন তম্লবা সনায়াইমসু লাইরিক্ মখা তমথনবগী ৱাখল নোংমা-নোংমগী লাপথোরক্লি। অমরোমদা মহাজন লাইশ্রম্ কুবেরনা খনখিবা মাগী পৈশা তানবদা নুঙাইনবা বোকুলবু লমহাংদা য়ুম্ ইংখোল পীবসিনা সনায়াইমগী ইমুংগী তুংগী হেন্না লৈখা তাহনবীগদৌরি। তোম্বীমচাখোয়গী ইংখোলদা লৈরম্লবদি নুংতিগী লাইরিক্ পাবা স্কুল চৎপা অঙাং খুদিঙ্মক্ মতম চানা ময়াম্না তৌনবগুম্ তৌরমগদবনি। মমান্নবা, মমান্নবী ময়াম্, স্কুল য়ুনিফোর্ম ফজবা শেৎপা উরগা মমা-মপাদা ঐসু স্কুল চৎকে, য়ুনিফোর্ম শেৎকে

শোয়দনা হায়বদগী লোইনমক্ খর-খরদি কাখৎচরম্বা য়াবনি। অদুবু পুন্নমক্তু নোংম-নোংমগী অসুম্ অসুম্ লাপথোরক্লি। অসুন্না লেপ্তুনা ৱাহং-পাউখুম্ খর তৌনরবা তুংদা সনায়াইমা,- "ফরে, ঐ হয়েং শোয়দনা স্কুল কারক্লগে, নখোয়সু থেঙ্খ্রগনি" হায়বদগীদি মখোয় অনীদু চৎখ্রে, সনায়াইমসু মাগী থবক্ মফমদা অমুক্ চঙ্দুনা থবক্ শুবা য়াওখ্রে। সনায়াইমা নুমিদাংদু তুমবা য়ারমদে, মানা স্কুল চৎত্রে তোম্বীমচানা শাউগদৌরি, শোমদনা স্কুল চৎলুরে মপানা শাউগদৌরি। মা ময়ুম থাদোক্লগা চৎখ্রগে হায়না চপ য়ুংনো পুক্নিঙ্দা লেপ্লে। ইনখৎলক্পা চহী মতাংনিনা চাংয়েং কয়া তৌনীঙ্লক্লে।

নোংহেক্ ঙানবগা মমা-মপা উদ্রিঙৈদা মফি-মরোল খাউ অমদা য়োমদুনা পুরগা য়ুমদগী মী অমত্তা হৌনদ্রিঙৈদা থোক্খ্রে।

মখুৎতা লুপা ১০০ গুম্বদি থবক্ শুরিঙৈদা থমহৌবা লৈ খোঙ্গ্রাও অমত্তং তুগে হায়দুনা মমাদা হায়নরগা মাগী ফংলক্পা পৈশাদুগী থমজহৌবনি। মদু পুরগা ইম্ফাল্লোমদা হাইগৎলক্পা বস অমদা তোংলগা লাকপনা খ্বইরম্বল বজার য়ৌরে। মদুদগী অমুক্ অৱাং বী.ও.সিদা লাক্লে। নোংমা মমান্নবা অমনা ট্রক্কী হেন্দিমেন ওইনা চঙ্বগী মতাংদা মঙোন্দা ৱারী অমা লিবীখি, মদু তারুবদগী মাগী ৱাখলদা মাসু য়াৱা য়েংগে খল্লক্তুনা অৱাং বী.ও.সিদা লাক্লিবনি। মফমদুদা দিমাপুর চেনবা ট্রক্ খরসু খামদুনা লৈরম্মী। মাগী লোন, মঙোন্দগী খর নৌবা নুপামচা অমা'নী গাড়ী হেন্দিমেন্ ওইনা ট্রকশিংদুগী মনাক্তা লেপ্লি। নুপামচা অমগী মনাক্তা চঙ্লগা মরুপ ৱা অমত্তা হংজগে; ঐসি য়ুমদা থবক্ শুফম খঙ্দ্রে অদুনা ট্রক চৎপসি য়াওনীংই; কনাগুম্বগী হেন্দিমেন অহাংবকা লৈগদ্রা খর হংবীয়ুবা! ঙাইখো, ঙসাই গুৱাহাটি চৎকদবা গাড়ী অমা মখোয়গী হেন্দিমেন্দু লাক্তে হায়দুনা ঙাইনহৌবনি ঐ হংবীরক্লে হায়রে। মানা য়াওরিবা গাড়ীদুগী দ্রাইবরদু হোটেলদা চা থক্লি, মঙোন্দা অমুক্তা হংলক্খিগে হায়রম্লগা অঙাংদু হোটেলদা চংলগা মাগী ওজাদা হংজরুই। অদুবু মাগী ওজা দ্রাইবর অদুনা কনাগী অঙাংনো মশক্ খঙ্ব্রা হঙ্ই। ওজা মশক্তি খঙ্দে হুজিক্তা উনবনি; য়াম্না নুংশি মবুক-মপাও ফগদবদি মাল্লি হায়। "এ! হৈরেদো হুজিক্তা থেঙ্নবা মীদুগী মরমদা নঙ্না লোইনা খঙ্বীরবা! পুশিল্লক্উ! মশক্ য়েংঙ্গে"। ইবুংঙোরা। "মানী ককা"! মশক্তু হেন্দিমেন্দুনা হায়বগুম্ হেক্ য়েঙ্বদা নুংশিবা অমা পোক্ই ফরে-ফরে, ঐখোয়গী গাড়ীদা কাখৎলম্মু, মাদি সেকমাইদা লৈরম্বা য়াই; অসামদগী অঙাং অমা পুরক্কনি হান্নগী অঙাংদু কদর তৌই, মতনসু তল্লি তোক্লে তোক্লসনু হায়রম্বনি। অসুন্না সনায়াইমা ট্রকতুদা কাখৎলগা ফম্মী; ঙাইহাক্ লৈরগা গাড়ীদু গুৱাহাটিদা য়োৎ চিংলুনবা অৱাং বি.ও.সিদগী থৌখ্রে। মপুক্নিঙ্দা মওল-মওল থল্লি, য়ুমদা করম্না তৌরমগনি, তোম্বীমচানা মাবু মচিন থীবনি হায়রম্গনি, ঐসি থাঙ্গৈশেংনা লাইরিক্ তম্বা তোক্লেকো। খরা থৌরগা কোইরেংগৈগী এরোপ্লেন তাফম্

য়ৌরে, অনৌবা পুন্সিদা অমুক্তা চৎলুদ্রিবা, উরুদ্রিবা মফম ঙাক্তনি মানা ঙসি থেংনগদৌরিবসি। ফৈদিংগাগী চীঙ্গোল লাম্থোরক্তুনা থোঙ্ লাপ্লে। অবাং সেক্মাই য়ৌরমদাইগী হোটেলদা খাল্লগা চাক্ ঈশিং চান্নবা মখোয় লোইনা কুমথখ্রে। মাদি চাক্ চারক্লে হায়জিল্লুবনা কুমদনা ময়ুমগী মরমদা, তোম্বীমচাগা মাগা অঙাং ওইরিঙৈগী বারী মথং-মথং নীঙ্শিংদুনা চাক্-চাবা কুমথখ্রিবা দ্রাইবর, হেন্দিমেন ঙাইদুনা গাড়ী মনুঙ্দা ফল্লি। মাবু ঙসাই য়াওহনগে হায়বা গাড়ীদু মফমদুদা লৈরমদ্রে। দ্রাইবরদুনা ইবুঙো! ঙসাই হায়বা গাড়ীদুবু লৈরমদ্রেনে! নঙবু লৈহৌরগেরো নৎত্রগা লাইরৌ চীঙ্ ফাওবদং চৎলগা য়েংশিরা? ককা ঐ গাড়ীদু ফংব্রা য়েংজনীঙ্ই হায়রে। ফরে-ফরে, নঙ্গী পুক্নিঙ্না অদু য়ৌরবদি হায়দুনা চাক্ চাবা তোক্লগা অমুক্ কাখত্তুনা খরা কল্লা থৌরগা ফংনবা তান্নগে খন্দুনা খরা কল্লপ গাড়ীদু থৌগৎলি। খর চৎলগা কংলা তোম্বী, মোটবুংনচিংবা মথং-মথং হেন্দোক্লমদুনা কাংপোকপী য়ৌরে। মাদি মমিংদি খরা খরা তাথ্রবসু অহানবা উবনিনা মনিপুরসি চাউদি চাউবজাৎনিকো খঞ্জে। কাংপোক্পীদগীদি অবাংবা চীঙ্ কাবা হৌরক্লে। গাড়ীদুনা অবাংবা চীঙ্দা কাবা হৌরক্পদা শোরোক্ মপান্দগী বাংনা উখিবা ইম্ফাল তুরেলগী হৌরকফমগী ঈচেলনা আ মখাদা চেনবদু উরগা গাড়ীসি করিগুম্বা লৈবদা স্টারিং ফেল ওইদুনা ওন্থখিবা থোক্লবদি অমুক্ হিংবগী বাদি লৈত্রে খঞ্জে। অসুম্না অমগী মথংদা অমা হেন্দোক্লমদুনা সেনাপটি য়ৌরে। সেনাপটি হায়বদু সি ওইরেকো! য়াম্না ফজবা সহর অমদি সোয়দনা ওইরকপা য়ায় খল্লি। খর চৎলগা কারোং য়ৌদুনা কারোংগী থোঙ্দু অমুক্ লাপ্লে। ও! কারোংগী থোঙ্সিদি য়াম্না শাংঙিদা! কারোংদগীদি হেন্না-হেন্না বাংবা চীঙ্গী লম্বীদা গাড়ী পরেং পরেং শংদুনা অঙম্বা কাবা হোৎনরিবা মখোল; মথেক্-মথেক্ থেক্লিবা চীঙ্গোলশিংদা বস, ট্রক্ গাড়ী পরেং পরেং থোঙ্নাউদগী উরিবদুদা হেন্না পুক্নিঙ্ চঙ্লুরি। অবাংবা লাম্পা, তান্না উথ্রিবা চীঙ্শিংদা চীঙ্গী খুল মচা-মচা অঙৌবা জীংঘনা কুপ্পদা মদুদা নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদা থক্তোরক্পা মঙালনা লাম্পা তাম্না মাগী থম্মোইদা কৌবগুম্ তৌরি, হেন্না পুক্নিঙ্ নুংশিনা খুলশিংসিবু মী অমগী পুন্সিদা লোইনা থুংনবা চত্তুনা য়েঙ্লুবা মসিদা খুন্দারিবা মীসিংদুবু শকখঙ্নবা ঙমগদ্রা? থাজদে। অসুম্না গোলাই অমা লৈথোরক্পদা লাইরৌ চীঙ্ অসাম রাইফলকী কেমপ য়ৌরে। মফমদুদা গাড়ী খাল্লগা মাংদা চৎখিবা ট্রক্তু লাম্পা খামদুনা হোটেল অমগী মমাংদা লৈবদু উরে। দ্রাইবর অদুনা চঙ্দুনা মাগী মরুপ্তুদা বারীদু শাবীরগা অতোপ্পা গাড়ীদুদা মাবু কাখৎনবা হায়দুনা মখোয়বু বিদাই তৌনরে।

অনৌবা-গাড়ীদুদা কাখৎলগা ড্রাইবরদু চাক্ চাবা ঙাইহাক্ ঙাইরগা গাড়ীদু থৌদুনা লাইরৌ থাদোক্লম্লে। ড্রাইবরদুনা— "ইবুঙো! নঙ্গী মিংদি করি কৌই"? সনায়াইমা—

"সনায়াইমা কৌই"। ড্রাইবর— "য়ুম্নাক্তি"? "অঙোমনি"। "ইমা-ইপাদি লৈরিব্রা"? "লৈরি"। "নচিন-ননাও কয়ানো"? "মঙানি, নুপা অনী নুপী অহুম"। "বাবাদি লৈরিব্রা"? করি থবক্ তৌই? "লৈরি, চেক্ শাবগী থবক্ তৌই"। "ইমাদি"? "ইমাসু বাবাগী থবক্ খর খর পাংই"। "লৌ ইংখোলদি লৈব্রা"? "লৌদি লৈতে, ইংখোলদি মহাজন্না পীবীদুনা মচা অমা লৈ"। "অদু নঙ্দি য়ুমদগী ইমাগা বাবাগদি তাক্লেন্নব্রা"? খুমদে। হৈমা! নঙ্ ইমাগা বাবাগদা তাক্লেমদ্রবদি মাঙখ্রে হায়দুনা ঋানরোইদ্রা হায়। "ঐ নোংম-নিনি থবক্ মফম খংলগা চিঠি অমা পিখিগে খনবনি"। "নঙ্দি লাইরিক্তি কয়াম তম্লবা"? "ক্লাস টেন তম্লম্মী অদু হৌজিক্তি তোক্লে।" ফরে, নঙ্ ঙসিমক্ চিঠি অমা ইরগা পীখোকো হায়রে। অসুম্না মথং-মথং লাক্পনা মরাম, তাদুবী, মাওগেৎ লোইনা হেন্দোক্লেমদুনা নগালেন্দগী বোর্দর য়ৌরক্লে। মাদি য়ুমদগী মপাল অমুক্তা থোক্লিবনিনা অনৌবা জগা কয়াদু উবদা ইঙক্ ঙকই, কোহিমা উবদদি অস! মখোয়গী নগালেন্দ স্টেটসিদি মনিপুরদগী হেন্না য়াম্না চাওখৎলবজাৎনিদনা খল্লি। মীনা ঙসাই সেক্মাইদা চাক চানবা কান্দসু ইকায়দুনা চাক্ চারে হায়জিল্লুরে। মাদি ঙসাই নোং-হেক্ ঙানবদগী করিগুম্বা অমত্তা চারক্তবনা মবুক্তু চাক্ য়াওদবগী লাম্বনা চরাম-চাদৎনরম্মী। দ্রাইবরদুদা হায়গদবসু ইকাইরম্মী। গাড়ী চৎপসিমক্তবু গেট খুদিংগী ইন্ত্রি তৌবা হেন্দিমেনশিংনা গেট অমা হেক্ য়ৌবগা লুপা ৫-১০ গেটতা লেপ্পিবা পুলিসতা পীরগা ইন্ত্রি তৌরগা গেট হাংলগা চৎকদবনি। অদুবু মাদি অহানবা ওইবনা করিমত্তা খঙদবনা দ্রাইবরদুনা লোইনা চঙ্-চঙ্দুনা তৌবদুদদি দ্রাইবরদু নুঙাইরমদে। ঐনা ঙসি ইন্ত্রি তৌরিবশিংসি হয়েংদগীদি নঙ্না লোইনা তৌগদবনি। ঐঙোন্দা নঙ্ ওজা কৌগদবনি হায়না তাকপীরে। চারক্তবগী ইনখৎলক্পা চহী মতাংগা চারিমখৈ ওক্তবা মতম্নি। নুমিৎ তাশিন্নক্লে। অদুবু মাদি করিমত্তা ময়াদা তাদ্রি। মবুক্তু চাক্ লাম্বগী গুরু-গুরু খোংবা হৌরক্লম্মী। করিগুম্বা খরদং চাবা ফংলবদি ফগনিদা খল্লিঙেদা পিফিমাদা চা থকখিসি হায়দুনা গাড়ী খাম্মী। মাসু হরাউজরে, হোটেলদা চঙ্লগা দবলরুটি লুপা তরা পীবা অমা লৈরগা চাগা লুপ্পগা য়াম্না হাউনা চারম্মী। মদু য়াম্না হাউনা চাবা উবদুদা মাগী ওজা অচৌবনা নঙ্বু য়ুমদগী চাক্কা অমত্তা চারক্ত্রিব্রা হংই। দবলরুটিদুগা চাদুগা লুপ্পগা চাবদুদা খরা চাফম্ ওইদুনা চাক লাম্বদু খরদি ফরে। মফমদুদগী লেপ্তনা থৌরকপনা দিমাপুর অমুক্ য়ৌরক্লে। মাদি সিনেমাদা উবা নত্তনা শাগোল গাড়ী, রেলগাড়ী অশেংবদি অমত্তা উরক্তবনা শাংলবা মাল পুবা রেলগাড়ীনা তিনথ্রোক্লুম্না শাংনা লাপ্পা চেনখিবদু গাড়ীগী থোঙ্নাওদগী য়েংজরি। অসুম্না মথং-মথং লাকপনা ময়াম্না চাক্-ঈশিং থোংদুনা চানবা অসাম্ বোর্দরগী অহানবা ওইল দিপোৎ অমগী মনাক্তা গাড়ীদু খামলে। দ্রাইবরনা তাক্লুনা চাক-ঈশিং থোংনবা, কোল-লিক্, বালটিননচিংবা লৌথরগা স্টৌপ, পুথোক্লুনা

মৈ হৌগৎলে। অসুম্না অতোপ্পা মমান্নবশিংনা ঈশিংশোকপা চাক-থোংবা তৌরিবা ময়ামদু য়েংল-য়েংলগা মাশু তৌরি। অসুম্না হাউবা হাউতবা, চাক্ লোইদুনা মাগী নৌনা থেংনবা ওজা অচৌগা অহানবা লংফৈগী চাক্ চামিন্নখি। কোল-লিক্ ফেঙ্দোক-চামথোক্লগা মফম চানা হাপচিল্লগা অমুক্ গুবাহাটি চৎনবা শেম শারে। গাড়ীশিংদু অমগী মথংদা অমা পরেং পরেং থৌরক্পনা নুমালিগর য়ৌরক্পদা উরিবা ফজবা মৈঙান্দু উরুবদা মাদি পুমঙক্ ঙকচরম্মী। মীগী মৈনা অসুক ফজনা ঙাল্লি, মনিপুরদদি নোংমতসু মৈ মমদবা নুমিৎ য়াওদে, কয়াদা খেন্নরিবা! অসুম্না লেপ্তনা থৌরকপনা নোঙাল্লমদাইদা বেলটলাদা থুংলে। পৈদুনা লৈরম্লিবা মাল হোনবা লাক্লিবা মফম কায়াদগী তত্তনা থোমজিল্লক্লিবা গাড়ীশিংদু উরুবদা কিদুনা গাড়ীদগী কুমথরুদ্রে। অহিং চুপ্পা তুম্নক্তবগী ৱারদুনা ঙাইহাক্ মাগী শিং মথক্তুদা তুমদুনা লৈথোক্লে।

শোমদা মাগী য়ুমদা মমা-মপানা নুমিদাংৱাই ফাওবদা মচানুপা সনায়াইমা হল্লক্লবদুদা মমান্নবশিংদা হংদুনা কোইথি থিবা হৌরক্লে। অসুম্ মথং-মথং থিরক্পনা তোম্বীমচাসু পাউশি তারে। ঙরাংদি মানা হংবদা স্কুল শোয়দনা কারক্লগে হায়রম্বনি, মাদি কদৱাইদা চৎলমগনি হায়না ৱাজে। চুম্না ৱাবদা নত্তে, মশাদু ফুম্বংনবা অমা য়াওনা মানা কন্না লাইরিক্ তমদবা য়াদে হায়রুবদগী শাউদুনা চৎখিবা ওইরমগদ্রা, মমা-মপানা মাবুসু চিংনরমগদ্রা খঞ্জে। মাগী ৱাখলদা নহারোল য়াওনিঙ্বগী ৱাখলদি উখিদে। নৎত্রগা পোক্লফম্ লমদম্ থাদোক্তুনা অরাপ্পা মীরমদা পৈশা তানবা চৎশ্রবজাৎলা মা পল্লেপফম খঙ্দে। থিবা য়াবা হংবা য়াবা মফম্ পুম্নমক্তা চত্তুনা থিরে; অদুবু করিগুম্বা লংলা লংজিল অমত্তা ফংদরে। মপা নারি, মমাসু মচা অহল মাংখিবগী ৱাখলদা থবক শুবদি লায়রদুনা কপ্তুনা অদুম্ লৈবনা অঙাং অপিক্পশিংদুগী চাক্ ঈশিং অমত্তা মথোঙ্ খঙ্দ্রে। তোম্বীমচা থংনবা নুমিত্তা সনায়াইমখোয়গী য়ুমদা লাক্তুনা করি করি খরা পাংশিল্লি। অদুবু য়েঙ্লুবা অমত্তা মথোঙ্ চারমদ্রে। চেংফুদা য়েংই চেংলৈতে, শীঙ্গৈদা য়েংই শীঙ্ লৈতে, য়েনশাং থোংনবা য়েংই লৈতে। অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তা য়েংহৈদে, তৌরিবা মতৌদু। নুঙাইমন্দদুনা ময়ুমদা অমুক্ হল্লক্লগা মমাদা তমদুনা ময়ুমদগী অরৈবা খর থোং-থাক্লবা সাইকলদা হাপ্লগা পুরক্তুনা সনায়াইমগী মচনশিংদা শীঙ্ খরা থিহল্লগা চাক্ থোংদুনা ময়ামদু পীজরে, অদুগা মাদি অমুক্ ময়ুমদা হল্লক্লে। অহিংচুপ্পা তুমদনা পীশক্ পীক্লিঙৈদগী তিম্নরক্পা সনায়াইমগী, মাগী ইমুংগী ওইরিবা ফিবমদুগীদমক্তা মা হায়ফম্ তৌফম্ খঙ্দনা ৱাজে? স্কুল চৎলি নুঙাইফম্ খঙ্দে, ওজানা তাক্লিবা পরাদু তারিব্রা, তাদ্রিব্রা খঙ্দে, উংদুনা অয়েংবা অমদা মিৎ কুপ্তনা য়েংদুনা কুইনা-কুইনা লৈবা হৌরক্লে। স্কুলদগী য়ুমদা হল্লক্পসু মমান্নবীগা ৱারী ৱাতাই অমত্তা শানরুদে।

অসুন্না নুমিৎ মঙানি ৱানা-ৱানা হৌখিবনা তরুক্কি শুবগী নুমিদাংৱাইদা সনায়াইমা গুৱাহাটিদগী মানা য়াওবা ট্রক্কী দ্রাইবর ওজা অচৌদা হায়নরম্লগা য়ুমদা মমা-মপাদা পাউ পীরুখিগে, অদুগা য়াম্না থুনা লাকচগে হায়রম্লগা ময়ুম্ তানা লাক্পগী লম্বীদা তোম্বীমচাগা থেংনরে। নুমিৎ মরি-মঙানি মফম্-মরাং খঙ্দনা মাঙ্লুরবা তুংদা মাবু উবদা তোম্বীমচা কপ্পী অদুগা হায়রক্ই– "নঙ্বু ঙাওরব্রা? নুমিৎ মঙানিসি নঙ্ কদাইদা লৈরুই, শেংনা খুমউ, য়ুমদসু ঈ-পাউ অমত্তা তাক্রমদনা ঐখোয় ৱারোইদবোই নীঙ্ব্রা? নঙ্ থিবদা মী লোইনমক্ কপ্পগা-চাদবগা অমত্তা তৌফম্ খঙ্হন্দব মখে কদাইদা লৈরুরিবনো হায়বনি"? সনায়াইমা– নঙ্শাউরনু ঐসু য়ুমদা পাউ তমগে লাক্লিবনি, ঐ থবক্ অমা ফংলে, য়ুমদা পাউ হায়রম্নগা– অমুক্ চৎকদৌরিবনি", তোম্বীমচা– "করি থবক্নো নঙ্না ফংলিববো? মী পুন্নমক্না থবক্ ফংনদদুনা সি য়ৌনা ৱানরবা মতমসিদা"? গুৱাহাটি চেনবা ট্রক্ গাড়ীগী হেন্দিমেনগী থবক্নি। দ্রাইবরদু য়াম্না ফবা ঐগী ওজানি, ঐখোয় অনী লম্বীদা চাক্কাসু থোংদুনা চামিন্নরিবনি, য়াম্না নুঙাইবা পুন্সিনি, থবক্নি।

ঐদি অমুক্তা মপান্দা চত্তবনা হান্না উরমদবা শাগোলগাড়ী, রেলগাড়ী, চাউর-চাউরবা ফুরা দলাল, ওভরব্রিজনচিংবা শাংলবা থোঙ্ কয়াসু উরুরে। অদুগা গুৱাহাটিগী ব্রহ্মাপুত্র তুরেলদুদি পাক্ইহে! সমুদ্রগুম্ব জাৎনি, তোবর্বান অমদগী তোবর্বান অমা ফাওবদু মিৎনা য়েংবদা য়াম্না তাম্না লাপ্পা উখ্রি। ব্রহ্মাপুত্র মথক্তা শারিবা থোঙ্দুদি য়াম্না শাংখ্রবজাৎনি, ঐদি লোইনমক্ উরক্লবনি তম্মী। ফরে, অদু নঙ্ য়ুম্দা চঙ্ভুরো, য়ুমদদি য়াম্না ৱানরিবনি হায়দুনা য়ুমদা অমুক চৎখ্রে।

ময়ুম য়ৌরগা মমা-মপা, মচিন-মনাও লোইনা উনদুনা পাউ তম্লরে, নহান্দগী কপ্পরম্বা ময়ামদো অমুক্ ঙাইহাক্ নোক্চরে। চাক্-ঈশিং চানবা অমুক্ হোৎনখ্রে। চাক্ চারবা মতুংদা মানা হান্না হায়রম্বা ওজাগী মনাক্তা চৎলগা হয়েং অয়ুক্ ঙস্তানা গুৱাহাটি অমুক্ চৎকদবনি হায়রে। থা খরগী মতুংদদি পৈশা খরদি শোয়দনা ফংলগনি। গাড়ী থৌবা হৈরবদি পৈশা য়াম্না ফংবজাৎনি হায়না তমজে। ঐনা পৈশা ফংলবদি মনাওশিংগী, মচলশিংগী ফি-রোল ফজ-ফজবা য়াম্না লৈবীরক্কনি তমজে। অদু হন্দক্ চৎপদগীদি থা অমগুম্বদি ঐ য়ুমদা লাক্লরোই হায়দুনা মমা-মপাদা খুরুমদুনা বর নীজরম্মী। মপাসু নাবা খরা ফদুনা থবক্ শুবা চৎপা হৌরে। মচানা পৈশা তান্দুনা মতেং খরা পাংলগদি খরদি শাফরগনি খঞ্জে। লম্বীদা তোম্বীমচা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মঙোন্দসু ৱাফম্ খুদিংমক্ তম্লে, হয়েং ঐনা পৈশা ফংবা হৌরবদি নঙ্গী ফজ-ফজবা ফি-রোল থোনবীগনি হায়রম্লগা চৎখ্রে। তোম্বীমচা য়াম্না নুঙাইতনা খোংনাং মখোঙ্দা লেপ্তুনা সনায়াইমনা চৎখিবা মাইগেদা য়েংদুনা লেপহৌই। সনায়াইমসু তুং হন্না য়েংল-য়েংলগা তোম্বীমচাবু বিদাই তৌরম্মী।

হন্দক্‌মুক্তি মখোয়গী ইমুংগী অৱাবা মতৌদুদা মানসু পাংবা ঙম্বগী শক্তি উদবনা মানা খল্লিবা লম্বীদুদা মাসু য়াদুনা চৎলুরো হায়দুনা মঙ্গল পীখরে। অসুন্না সনায়াইমা থৱায় য়াওনা গাড়ী চৎপা য়াওদুনা ময়ুমদা মাগী তুংশিনজবা পৈসা খর-খর থাবা হৌরক্লে। থৱায় য়াম্না য়াওনা হোৎনবনা মাগী ওজানসু নুংশিদুনা গাড়ী থৌবসু খরা খরা হৈরক্লে। মাল্‌ য়াওদবা মতমদা মাবু হেক্‌ হেক্‌ থৌহল্লি। মাল লুম্বা অরুবা মতাংদনা ওজানা থৌই। অসুম্না ওজা অচৌনসু মাবু মচাগুম্‌ লুনা তৌবীরে। অদুগা গাড়ী মহাজনসু অঙাং অদুগী মবুক্‌চেল শেংবা থৱায় য়াওবা পুক্নিং চঙ্‌বা পোৎ-চৈ লম্বীদা মাংদনবা শেন্নবা কয়া-তৌবদগী মাগী থাগী তলব ওইনা লুপা ৫০০/- দি পীবীরে। অদুনা মানা মতম অমদা মচনশিং মনাওশিংদা হায়খিবা নখোয়গী ফি-রোল ফজ-ফজবা গুৱাহাটিদগী লৈবীরক্কনি হায়খিবদো পৈশা ফংবা হৌরবনিনা খরা খরা লৈরগা ময়ুমদা থিল্লক্রম্মী। মমা-মপাসু মচানা মতেং খর পাংবা হৌরক্‌পসিদা য়াম্না হরাউজরম্মী। অদুবু নোংমা মানা নিংথমথাদা গুৱাহাটিদগী দুকান অমদগী তোম্বীমচাগী লিৎপদা পক্‌চগদবা লৈশাবীগী জরশি অমা লৈরম্মী। মদু পুরগা নোংমা মানা গুৱাহাটিদগী য়ুমদা থোরক্‌পদা তোম্বীমচাদা মাগী লৈরক্‌পা জরশিদু পীরম্মী। য়াম্না হরাউনা ঐ নঙ্গী নপাল চাবা হৌরেকো হায়না মোমোন নোক্‌চরম্মী। মতমদুদা তোম্বীমচাদি মেট্রিক্‌ পাশ তৌরে। সনায়াইমদি থাহৌদবনা লৈহৌরে। তোম্বীমচানা মাগী লাইরিক্‌ লোইনা সনায়াইমদা পীরগা নঙ্‌ অশংবা মতমদা লাইরিক্‌ খরদি পাউ, অদুগা মেট্রিক্‌ সিদংদি পাশ তৌনবা হোৎনসি হায়বদগী মাসু লাইরিক্‌ খরা গাড়ীদা পুরগা অহাংবা মতমদা হেক্‌-হেক্‌ পাবা হৌরে। অসুম্না ফোম ফিল্লপ্নচিংবা তোম্বীমচানা তৌবীদুনা মাগী ওজা দ্রাইবরদা নুমিৎ খরনি ছুটি লৌরগা মেট্রিক্‌ পরীক্ষা থাগ্রে। থা অহুমগী মনুংদা নোংমা গুৱাহাটিদগী হল্লক্‌পা নুমিদাং অমদা মেট্রিক্‌ পরিক্ষা হায়দোক্লে হায়দুনা ইরাং লাংলম্মী। মাসু চঙ্‌শিন্দুনা য়েংলুবদা সেকেন্দ দিবীজন্দা পাশ তৌরম্লে। মাগী থৱায় য়াওবা মতৌদুদা ড্রাইবর অচৌনা কয়াদা হরাউজে; গাড়ী চৎপা য়াওরগা লম্বীদা ইলেক্ট্রিকী মৈঙালদা হুরান হুরান্দুনা লাইরিক্‌ পাদুনা মেট্রিক্‌ থাবদা সেকেন্দ দিবীজন্দা পাশ তৌই অদুগা মাগী মচানা য়ুমদা করিমত্তা শুদনা লাইরিক্তা তম্বনা ফেল ওইরে। গাড়ী মহাজন্দুসু অঙাং অদুগী পাউদু তাবদা য়াম্না হরাউরম্মী। সনায়াইমা মহাজনবু চঙ্‌শিন্দুনা খুরুম্মী, পাবুংখোয়না ঐগী ওজানা ছুটি পীবীদুনা পরিক্ষা থাজহৌবদগী ঙমজবনি হায়জে। মাগী ব্যাবহারদুদা পেল্লদুনা গাড়ী মহাজন্না ফবে, ইচাশিদি কন্না হোৎনৌ ইপানা লুপা ১০০/১০০ থাদা নঙ্গী তলব হেনগৎপীরগনি হায়দুনা পুক্নিঙ্‌ থৌগৎপীরম্মী। মমা-মপা মাগী স্কুলগী ওজাশিং লোইনমক্‌ সনায়াইমনা গাড়ী হেন্দিমেন ওইনা ওইনা লম্বীদা অশংবা মতমদা লাইরিক পারগা মখোয়গী স্কুলদুগী নোট শুকতৌ তৌদনা য়াম্না শেংনা পরিক্ষা ফমদুনা সেকেন্দ দিবীজন্দা পাশ তৌবা অহানবা অঙাং

ওইরে হায়দুনা চাওথোকচে। মমা-মপাসু লোইনমক্ হরাউরে। অদুবু পুন্নমক্সিগী মনুংগী মচাক্তি তোম্বীমচাদা পীফম্ থোক্পনি। মাগী উইলনা সনায়াইমবু লৈদুনা পুরগা মাগী লম্বীদা চুমদ্রিং সনায়াইমনা চৎচবদগী অসি য়ৌখিবনি। থাগৎনীঙ্ই তোম্বীমচাগী ৱাখল।

ময়ান্না মাবু থাগৎপীবা, নুংশিবীবা কয়াসিদগী মা ক্লাস ইলবেনদা অমুক্ মিং চল্লে। লাইরিক্ শুনা লৈদুনা সিলেবস য়েংদুনা অশংবা অহাংবা মতমদা লেপ্তুনা গাড়ী মনুঙ্দসু অদুম্ লাইরিক্ পাই। মমান্নবা অতৈনা চারিবা থক্লিবা নোংমতসু হন্না য়েংলুদে খৈনি, বিরি, য়ু, নিশা কয়ানি, মা নোংমতসু হন্না য়েংলুদে, মদুসু তোম্বীমচাগী পাউতাক্কী মখাদনি। পরিক্ষা মতমদা ছুটি লৌবসু মাগী ওজানা হেক্-হেক য়াবীদুনা ক্লাস ইলবেন অমুক্ পাশ তৌরে। অসুন্না গাড়ী চৎপা চহী অহুম্ শুরক্পা মতমদা মহাক্ ক্লাস তুৱেলফ ফাওবদি হেন্দিমেন ওইনা ওইনা পরিক্ষা মথং-মথং ঙমদুনা পাশ তৌজরে। হৌজিক্তি মাগী গাড়ী মহাজন্না মাগীদমক্ গাড়ী অহনবা অমা লৈবীরে। মা ড্রাইবর কারে। য়াম্না পুক্লিং নুঙাইনা অহনবা গাড়ীদু লাইবক্ কৎলগা কাখৎতুনা থৌরগা মনিপুরগী মরুওইবা লাইফমশিংদা পুদুনা লাই খুরুম্মী, শিন্দুরনচিংবা মমাইদা তৈজে, লৈপরেং শিজে। মানা মতম্ অমদা হেন্দিমেন ওইমিন্নরম্বশিংনা ঐখোয়গী মহাজনদি অসুন্না তৌবীবদি লাইরদনা ফুবু ফুরিবনি। মাদি লাইরিক্সু য়াম্না ফৈ হায়নে, গাড়ী মনুঙ্দা লাইরিক পারগবু ক্লাস তুৱেলফ পাশ তৌই, অমনা শিনবা ওইরমগনিদা, কদাইদা মতম ফংদুনা পাগদৌরিবনো? অমনা মী, মীদা লৈরে ভাই! মাদি মী অমত্তা তিন্নদবনি খৈনি ফাওবা চাদবনি মী মতা অমনি হায়। অমনা হেন্দিমেন্না খৈনি চাদ্রদি লোইরে হে! হায়রগা হৌনা নোক্ই। মাগী তলবসু লুপা লিশিং ৩০০০/- পীগনি হায়না মহাজন্না হায়বীরে। অদুবু মঙোন্দা অৱাবা অমনা ড্রাইবর ওইরবনিনা মা মখা তানা লাইরিক পাদুনা বি.এ. তম্বদি ফংগদবা মান্দ্রে। মাগী তলবকী মথক্তা মী খরা হাপ্পা ললোন পোৎ খরা হাপ্লগা গুৱাহাটিদগী পুরক্লগা ইম্ফালদা থদোক্লুনা অহেনবা অচোই-অপা খরসু তান্দুনা ময়ুম্ মকৈ খরা শেমজিন-শাজিনবা মচন অমদি মনাওশিং স্কুল কাদুনা নীঙ্থিনা তমজবা ফংজরে। খরা লৈরগদি দুকান মচা অমা হাংদুনা মমাবু ফমহল্লে। মানা গুৱাহাটিদগী পোৎ-চৈ খরা খরা হোংনা লৌরক্লগা মমানা য়োনজদুনা ইমুংদু মশা খর নানজরে। লৈকায় খুনগী মীনসু মাগী মচা সনায়াইমসি মরম মোকপনিনা ৱানা হৌরক্লবসু য়েংবা নুঙাইরেদো শে! হায়নৈ। ময়ুম্ মচা পিক্তক্ তৌবা অমসু শাজদুনা লুহোং খোঙ্দোংনবা ৱা তানবা হৌরক্লে। তোম্বীমচাগা মাগগী ৱারীদি নহান মপোক্কী ৱারী লোইশিল্লক্তবা লিলাগুম্ থোকখ্রে, খুংগংদুদা।

লুহোংব্রিঙৈ মমাংদা সনায়াইমা তোম্বীমচাবু অমুক্তং গুৱাহাটি ফাওবদং পুরগা মানা উখিবা ফজবা মফম খরদি য়েংহন্নিঙ্খি। মচননুপী ইবেমপীশক্কা মীনসু কনা কানি ঙাঙ্নদনবা। মানা মসি খল্লুবগী মরমদি ইনাক্-কৈরাক্ খুনবা মীগী মচা-মগুনা অরাপ্পা মীরম্দা পৈশা চঙ্না তম্বগী নুঙাইবদু ফংদ্রগসু লুহোংব্রিঙৈদা মাগী পুল্লিগী খোংলোই ওইগদৌরিবী মাবু মানা উজরব্বা খংজরব্বা খরদু পুন্না য়েংমিন্নবা খঙ্মিন্নবা পাম্খি। অদুগী মথক্তা তোম্বীমচা মাগী গুরুগী গুন চেনবী অমসু ওইরি। মাগী পাউতাক্তনা মানা থাকশি য়ৌদুনা মীগী ব্যাবহার মচা অমদি ফংজরি। অসুন্না ব্রুহিলগী গাড়ীদা তোম্বীমচাগা মচননুপী ইবেমপীশক্কা পুদুনা চৎখ্রে। লম্বীদা মানা হান্না খঙ্খি-উখিবা পুন্নমক্ অমত্তা চিৎথদনা তাকচরি। গুৱাহাটি য়ৌরগা হান্না কমখ্যা খুরমহল্লে, ফ্যেরি তোংদুনা ব্রম্মাপুত্র ময়ায়দা লৈবা উমানন্দা খুরুমজরে, পান্দু থোঙ অমুক্ য়েংহল্লে। মেলা তৌরমদুনা নুমিদাংদা মেলা য়েংলে জর্জফিলদা। নোং ঙাল্লগা জু অমুক্ পুদুনা য়েংহল্লে। বেলটলাদা চৎতুনা কলাখেত্রানচিংবা য়েংহল্লে। নুমিদাংবাইদা সিনেমা অমা “অপসারা’ হোলদা য়েংহল্লে। সিনেমা য়েংলুবা হল্লক্পদা ফেন্সি বজারদা চত্তুনা ফি-রোল খরা লৈরে। মাগী লুহোংবদা লিৎননবা পুময়াৎ-ফৈজোম্ খন্দুনা লৈরে, খোঙুপ সেন্দল অম্সু তোম্বীমচানা খনবীদুনা লৈরে। লৈবা খোৎপা লোইরগা নুমিদাংগী পুং ৯গী ট্রেন্দা দিমাপুর তানা ট্রেন্দা লাক্লে মদুনা অমুক্ ট্রেনগী নুঙাইবা খঙ্ননবা। নোঙাল্লমদাইদা দিমাপুর স্টেসন্দা থুংলে। বস টিকেৎ কব্লগা অমুক্ অয়ুক্কী পুং তরুক্তা ইম্ফাল চৎকদবা গাড়ীদা য়াওদুনা ইম্ফালদা থুংলগা অশোয় অঙাম য়াওদনা ময়ুমদা থুংলরে।

লুহোংবগীদমক্ থা অমদি গাড়ী থৌবা লেপ্পবা মাগী মরুপ্ অমদা মানা থৌরম্বা গাড়ীদু শিন্নবগী ৱারী শন্নবদা মরুপ্তুনসু য়াবীদুনা মথংগী ইরাইদগী পায়বীরো হায়নরে। সনায়াইমা কুপচবগী হৌনবা লুহোংগদবা নুমিৎ তরুকনিদা ঙায়রবা কান্দা মাগী লুহোংবদা চংগদবা ক্কা হৈ, মনা-মশিং, ফিরোল লোইনমক গুৱাহাটিদগী লৌরক্তে খন্দুনা অরোইবা ওইনা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা য়ুমদগী থোকখি। গুৱাহাটিদা মাগী হাপকদবা মাল লোদ তৌবা লোইরগা লুহেংবগী মচাক্-লোইনা লৈরগা ফজনা পেক তৌরগা লোইনমক্ হাপ্তুনা গুৱাহাটিদগী ইম্ফাল তানা থৌরক্লে। মাগী মতুং ইনবা থৌবালদগী হেন্দিমেন মোচা কৌবা চহী তরামরিগী অঙাং অমগা লোয়ননা ইম্ফালদা থুংলে। বজারদা মাল থাথবা লোইরগা ময়ুম তানা থৌরক্ই। মানা থৌরক্পা গাড়ীদুনা লাংজিঙ্ মপা য়ৌরকপ্দা সি.আর.পি. গাড়ী ঈশিং হোনবা টেঙ্কি গাড়ী অমগা ইসকোর্দ গাড়ী অনীগা তুংথ মাংথ থৌরম্মী। মানা মখোয়গী গাড়ীদু ঙাইহাক্ খামদুনা লৈরিঙৈদা হেনগৎলগা থৌনবা বাগন লৌরম্মী। তাঞ্জাদুদা কদোমদগী নো খঙ্দবা বং লাওবা মখোল অমা

য়াম্না হৌনা পোখায়বা তারম্মী। মদুদগী মাইগৈ খঙ্‌দনা কাপল্লিকপা নোংমৈ মরু-অমনা মকোক্তা পাল্লে, অদুগা অমনা মথবাক্তা পান্দুনা গাড়ীগী মিংশেলসু লোইনা কায়দুনা গাড়ীদু মথক্-মখা ওন্দুনা লোংলম্মী। মোচা হেন্দিমেনদি নোংমৈ মরুদি পাল্লমদে অদুবু গাড়ী লোংবদা মখোঙ্ য়েৎথি পুমতেক তেক্লগা হিংলি। সনায়াইমদি খুদক্তা মফমদুদা শিদুনা তাদুনা লৈরে। থুনা য়াংনা পাউদু ময়ুম য়ৌখিদুনা তোম্বীমচাসু তারে। মফমদুদা চঙ্‌দুনা য়েংগদবসু সিফাইনা থিংদুনা চঙ্‌হনদ্রে। খুন্দুগী মী পুন্নমক্ পুল্লাং লাংলম্মী।

মতম্নগা অহীং ওইখিবগা ভাব-মেন অমত্তা তারমদে। অহীংদুদা অসিবদু অথেংবদা পুলিস লাক্কুনা মোর্কতা পুখ্রে, অশোক্‌পা মোচাবুনা হোসপিটালদা পুখ্রে। তুমফম্ চাফম্ খঙ্‌দনা অহীংদুমা লেপ্লে। নোং-ঙানবগা চেন্নদুনা য়েংলুবদা সনায়াইমনি হায়বা শেংনা খঙ্‌লে। নুমিদাংবাইদা পোস্ট মোর্টেম্ লোইরগা মশা লৌরুদুনা সনায়াইমগী হকচাং খুনগী পোৎলোইফমদা সংসকার তৌখে। মাগী ওজা দ্রাইবর, গাড়ী মহাজন্নচিংবা কপ্না কপ্না সংসকার য়াওখি, য়াম্না পেনখিদে। বানা থবায় য়াওনা হোৎনজরকপা খজিক্তং মবুক্ থন্না চাজবা ফংজরকপদা ঙাইহিঙৈদো ঈশ্বরনা মাবু পাম্না লৌশিনবীখ্রেদো ! সংসকার লোইনখিদুনা মী লোইনমক্ ঈরু-লূজনদুনা ময়ুম্ ময়ুমদা হন্নখ্রে। মোমবর্তি অমত্তং মাগী মংদা ঙাল্লি, অকন্নবা নুংশিৎতা হাইনা হুন্না খাঙ্‌লি। তোম্বীমচা ময়ুমদগী চেনখিদুনা সনায়াইমগী মংদু মখুৎনা য়াম্না শাওনা হোগাইরম্মী। অমুকসু মখুত্তুনা মফমদুবু কন্না কন্না ফুরম্মী, অমুকসু পাক্‌থরগা ময়ানা কন্না নৈপাক্তু চিক্লম্মী। ঙাইহাক্ লৈরগা মখোল হৌনা লাউনা সনায়াইমা কৌদুনা তেংথারম্মী। মীয়াম্ চঙ্‌দুনা মাবু ফাদুনা ময়ুম তানা পুরক্লম্মী মফি-মরোল্ মংদা ওক্লুবগী লৈখোম, ইতৈ-তৈনা মা পীয়ু, মা পীয়ু, সনায়াইমা পীয়ু, মা য়াওদবা পুন্সি ঐ ইতোমতা হিংবা ঙমলোই হায়না কন্না কন্না লাউরম্মী। নুমিৎতুদগী মহাক্ অঙাওবী ওইনা পুম্রি মপানগী সিরিদা থোক্লগা নুংতিগী মাবু লাক্‌পা ঙাইরিবনি হায়দুনা ঙসি ফাওবা হিংলি। মপাসু পেরালাইস তৌদুনা হৌগৎ কাংখৎপা ঙমদ্রে, মমানা পোৎফম্ ফমদুনা খরা খরা হোৎনরি; মচেশিংনা খরা খরা খাইরক্‌পগা ম বুংনা খরা পীরগা চারিবনি। মাগী মতৌদুদা কনাগুম্বা ঙাওশিন্নবা কাঙবুনা ফত্ত-নুংদা থোকহনগদ্রা বাজে; শেন্নবসু ঙমদে। ইমুংদুনা অফবা হোসপিটালদা পুদুনা লয়য়েংবসু ঙমদবনা মাগী পুন্সিনা শিবা ঙাইদুনা অউবা খুদিংদা সনায়াইমা লাকঅব্রা মা গুবাহাটিদগী হল্লক্লগা ঐগা লুহেংগদৌরিবনি হায়দুনা পুম্রিগী সিরি মপান্দা লৈহৌই।

২০-১২-২০০২

# পোলোইগী মৈচাক

রাঘুমনি স্টেটকী মেদিকেল ইন্ট্রানস খন্দুনা মেদিকেলদা মিং চন্দুনা রিমসতা দাক্তর তম্লি। মহাক্ মোইরাং লাইনগী খুঙ্গং অমদা পোক্পনি। মচিন মনাও মরিগী মনুঙ্দা মানা অতোম্বনি। মথক্তা ময়াম্বা অমগা মচে অনীগা লৈ। মানা ডাক্তর তম্বা ফংবসি মাগী অহুন্নক্শুবা এটেম্পটনি। মশক্ মতৌ ফজে, য়েংবা নুঙাই। মপানা খুঙ্গংদুগী ঈশৈ শক্পা অমা ওইনা মমিং চৎলি। মাসু মখোন অদুম ফৈ। চহীগী কলেজগী ফংসন্নচিংবদা ঈশৈ ফজনা শক্ই।

সমাজসিগী চৎনবীদা দাক্তর তম্বা ফংলবদি নোংমদি শোয়দনা ডাক্তর ওইরগনি হায়বসি মী পুন্নমক্কী থাজনবীনি। ডাক্তরগী শিনফম্বু লমদমসিগী মীওই খুদিংমক্না অহানবা খ্বাইদগী ফবা শিনফমনি, থবক্তি হায়না খন্নে। মসিগী ৱাখলসি ইনখৎলক্লিবা নুপীমচাশিংগী ৱাখলদসু ডাক্তর অমদা য়ুম্ পাল্লবদি মীনা হেন্না ব্যাবহার তৌনবা মৌ হায়বদু শোয়দনা ওইনৈ হায়বসি খল্লুদুনা, ডাক্তরনিবু হায়রবদি হেন্না পামজরম্বা ৱাখলনা মাঙ থারুদুনা, ডাক্তর তম্লিবা নৎত্রগা ডাক্তর তম্বা লোইদুনা ডাক্তর ওইরবা পাখংশিংদা পুক্নিঙ্গী থাজবা থল্লুদুনা, ডাক্তরশিংগী মনুঙ্দা মবুক্চেল শেংবা ৱাৎলমদুনা, নুংশি লাংদা থুরুবগা লৌবীদনা মা নত্তবা হেন্না ফবা, মরল-মথুম্ হেন্না লৈবা, মশক্ হেন্না ফজবা অমগা পুন্সি লম্বী শেমখিদুনা মায়থিদুনা লৈহৌবা য়াওদবা নত্তে লমদমসিদা। মমা-মপা ওইবশিংনসু মচানুপীদু ডাক্তর অমনা কোয়রি, মরী লৈনরি হায়রগদি মপুক্নিঙদা হৱাউজবা, ইয়াদা য়ানীঙ্বা ৱাখল খল্লুদুনা কোন্নদি মবুক্ শেংবা ৱাৎলমদুনা লুনা তিন্নরম্বদু থাদোক্লমদুনা অতোপ্পা অমগা লুহোংখিবা য়াওবদগী থম্মোই কায়নবসু য়াওরিবনি।

মেমি ক্লাস তুয়েলফ তমলিবী ছাত্রিনি। রাঘুমনিনা নোংমা বজারদা মমান্নবা অমগা কলম্ অমা লৈরুসি হায়দুনা খোঙ্না পাউনা বজারদা কলম্ লৈবা লাক্লম্মী। কলম্ য়োনফমদুদা লৈশাবী অনী অমসু কলম্ খন্দুনা লৈরম্মী। হেক য়েংবদা মশক্ নুংশিবা মেমিগী মায়থোঙ্ উরুবদা মমিৎ খরা য়াম্বা রাঘুমনিগী মবুক্তা করিগুম্বা খরা হংনিঙ্বা

ফাওরক্তুনা — "কলমদুবু ইশাগীরা কনাগুম্বা মরাইবক্ ফব্বা অমদা খুদোল তম্নবরো"? মেমি মাগী ঋাঙাংদুদা মোমোন নোক্চৈ। মেমি— "ঐখোয়দি অদুগুম্বগী ঋাখল লৈজদ্রি"। রাঘুমনি ঃ— "অদু ওইরগনা নিউ ইয়ারসু নকশিল্লক্পসিদা কলম্ অমতং প্রজেন্ট তৌজরমগে হায়বব্বু ঋারৌগদ্রা"? মেমি— "প্রজেন্ট তৌবীগে হায়রগনা ঐখোয় অনীগী অনী তৌবীরম্বা তাবা"। অদু হায়রগা মমাম্নবীগী মনঙ্গন্দা পোপ লাউনা থাই। ফাগী তৌদুনা লক্লরব্বদগী রাঘুমনি— "খনবীরোনে, অহুম শুনবা ঐগী অমগা" হায়রক্ই। মচু মান্নবা ঙাক্তা অহুম্ খল্লে। মেমিনা কলম্ অমনা মাগা লাকমিন্নরিবা মমাম্নবীদা পীরে, অদুগা কলম্ অমনা রাঘুমনিদা পীরে। রাঘুমনি লুপা ৫০০ চৎপী অমা শক্তুনা কয়া থোক্লবগে সিদগী লৌবীরো হায়। মেমি— "ফাগি-ফাগিদগী পৈশা তিংহল্লেকো"! রাঘুমনি— "লৈশাবীগীদমক্ পখংনা নোংমাফাদোক্ পৈশা তিংববু করি কায়বগে? নোংম-ফাদোক্সু অদোম্না তিংবা কানসু লাক্কনিদা। অদো! য়ুম্বু করি লৈকায়দৈনো? মেমি ইকায়রপ তৌনা— "শিংজমৈ তোপ লৈকায়দৈনি"। রাঘুমনি— "নোংম-ফাদোক্ য়ুম খংজরবা য়াগদ্রো"? মেমি— করিগী য়াদনি, ঙাইজরমগে। রাঘুমনি— "অশেংবৈরো? অদো, মিংবু করি . . ."? মেমি— "মেমি কৌই, ইমাম্নবীগীনা গীতা"। রাঘুমনি— "হৌজিক করি ক্লাসতা তম্বীরিবগে"? মেমি— "ক্লাস তুরেলফ তমজরি, টি. জি. দা"। মেমি— "তামোদি"? রাঘুমনি— "ঐখোয় অনি রিমসতা ফোর্ট সেমিস্টরদা ডাক্তর তল্লি।" মেমি— "ওহ্হোক্লা ইকায়জরেদা! তামো কলমগী পৈশাদো ঐ ওইনা পীজরম্লগে"? "করিগীনো, ওহ্হোক্লা থুনা পুকচেল ওনবীরিববো"? "ডাক্তর অমগা ঐখোয়গা য়াম্না লাপ্নবদো!" হায়জৈ। রাঘুমনি ঃ— "ডাক্তরনবু করি তৌই হায়বগে"? "হুঁম! শুম, ইকায়জবগী ঋানী। অদো, তামোগী লৈকায়দি"? রাঘুমনি— "ঐগী লৈকায়দি হায়দোক্পবু ইকায়জৈদা— মোইরাং লাইনগী অরোইবদা"। মেমি— "তামো কলমসু লৈবীরবনিনা হোটেলদা চা অমতং লৈজরমগে, য়াবীগদ্রা?" রাঘুমনি— ফরেনে, হায়দুনা অদুঋাইদা লৈবা হোটেল অমদা চাগা চানবগা লৈদুনা চারে, হন্দক্মুক্তি মেমিনা পৈশা পীরে। চা থক্পা লোইরদুনা অমুক্ থোরক্লে। মেমিনা— "অদো, তামো নোংমা শিংজমৈরোমদা কোয়থোক্পীরক্ও! রাঘুমনি হোয়-হোয়, ঐখোয়গী অংকল অমসু শিংজমৈদা লৈ, মখোয়গীদা লাক্পদা চঙ্লক্লগে হায়রগা নুমিত্তুগী ওইনদি মফমদুদা মখোয় কায়নরে। নুমিৎ মরি-মঙানি হৌখ্রে। রাঘুমনি মেমিগী য়ুম্ খঙ্নীঙ্বা পোক্লক্খি। মেমি ডাক্তর তল্লিবা পাখং অনিখক্কা থেংনদুনা মঙোন্দা কলম্ অমসু প্রজেন্ট তৌরম্লবা মা নানথোক্হন্নবা চুমদে খল্লি। নুংতিগী শিংজমৈদা চৎতুনা মা অমুক্তং লাক্তুনা থেংনরবদি খন্দুনা শিংজমৈদা ফিগী দুকান্ ফম্বী মনেগীদা ইতৎতত্তনা থোরক্লগা রাঘুমনি লাক্পা ঙাইদুনা লৈ। নোংমদি রাঘুমনি মানা ফল্লিবা দুকান মমাঙ্দা চৎলরে। রাঘুমনিনদি মাবু

উরমদে, মেমিদি অচৎ-অওক্ অমত্তা চিৎথদনা য়েংদুনা লৈবনা রাঘুমনি চৎখিবদু উদুনা হৌগৎলগা মতুংদগী তামো কদাই চৎপীদোইনো হায়দুনা তান্নদুনা কৌরুই। রাঘুমনি ঃ– "নখোয়গী য়ুম খঙ্গে লাক্লিবনি" খুমই। মেমি– ঐদি তামো নোংমা য়ুম্ খঙ্বা লাক্কনি হায়বদুদা লৈকায়গী মিং, য়ুম্নাক্লচিংবা অমত্তা তাক্লম্দবদুদা খঙ্লোইদ্রা হায়দুনা ইনেগী দুকান্দা ঙাইজরল্লিবনি। মাগী লৈফম্ য়ুম্নাক্ মপাগী মমিং শুনা য়াওবা চিঠি অমা রাঘুমনিদা পীরে। ডাক্তর তল্লি হায়বদুদা মাগী খাখলদা হেন্না পামজরুবা অমা পোক্খ্রে। অসুন্না ইতৎ-তত্তনা রাঘুমনিগা মাগা প্রোগ্রাম্ অনৌ-অনৌবা কয়া শেমদুনা য়াম্না নকশিন্ননা তিন্নদুনা মমা-মপা, মবুং, মচে লোইনা মেমিগা রাঘুমনিগা নরুবা মরী লৈনৈ হায়বসি অয়াম্বনা খঙ্নরে। রাঘুমনিগী হোসটেলদসু তোয়না লাক্লুনা উনরৈ, রাঘুমনিগী মমান্নবশিংসু অয়াম্বনা খঙ্লে। নোংম-ফাদোক্ কলেজগী ফংসন্দা লাক্লুনা রাঘুমনিনা শক্পা ঈশৈদু তাজরগা মেমিগী পুক্লিঙ্না হরাউনা তান থাজরি। চহী অমগী মথৎদা নিপালশুবা সেমিস্টর তমদুনা রাঘুমনি ডাক্তর তম্বা লোইশিল্লকদৌরে। শোমদা মেমিসু ক্লাস তুরেলফ পাশ তৌরে।

মেমি মতম্ খর হিন্দি তম্বগী ট্রেনীং অমা থা তরুক্ কী আগ্রাদা লৈরুই। রাঘুমনি আগ্রা চৎতুনা মেমিগা উনদুনা নুংশি মরী হেন্না চেৎশিন্নরুই। মমিৎ য়াম্বা, মবুক্চেল কয়া শেংফাত্তবা পুকচেল অমা রাঘুমনিগী থম্মোইদা চেনবনা মীরম্দুদা মেমিগী চমজরবী থম্মোইবু রাঘুমনিনা হোটেলদা পুদুনা অহীং লেকমিন্নদুনা মাগী অপাম্বা খাখলনা মেমিগী থম্মোইবু মাগী খুবাম্নুংদা পুরা থম্বীখি। নুপী ওইবীগী অথেনবা পুকচেল হায়গদ্রা মতম্ চাদ্রি, লৈরাং লৈশাৎ তমজখিরোই হায়বা ঙমজখিদে। মীনা হায়বদু অপঙ্বী থম্মোইনা শেংনা থাজরুবনা অহাউবা পীজবা, অথুম্বা পীথক্পদা অশেংবা পোৎতুগী মহাওগুম্ খল্লুবনা লোইনমক্ চাশিল্লুই, লোইনমক্ থক্চিল্লুই। অসুন্না নুমিৎ মরি-মঙানি রাঘুমনিনা মেমিবু মাগী অনিঙ্বা অপাম্বা খুদিংমক্ খুদুম চনবীরুরবা তুংদা য়ুমদা অমুক্ থোক্লক্খি। রাঘুমনিগী চৎলমদাই মতম্ য়ৌরক্লবদা মেমিনা তামো ঐবু থাদোক্পীনুকো! হায়বা চমজরবী থম্মোইনা রাঘুমনিবু অরোইবা বিদাই পীরদুনা মাগী হোস্টেলগী গেটতা লেপ্তুনা লৈহৌরে। লাপ্লবা মীরমদা মাবু থিদুনা লাক্লিবা মাগী নুংশি-মরীনা খাঙ্ঙমদদুনা লাক্পনি খঞ্জরুই তোল্লবী নুপীজাগী খাখলদা। মাদি মেমিগী অচেংবা তাঞ্জা থিরগা মাগী অপাম্বা অনিঙ্বদুতং ফংনবা লাক্পা ওইরমলে।

মেমি ট্রেনীং লোইদুনা য়ুমদা থোরক্লে। রাঘুমনিনা নোংমতসু মা থোরক্লব্রা কমদৌরি হায়বা খাহে অমত্তসু হংবা লাকখিদরে। নোংমা রাঘুমনিগী হোস্টেলদা মেমি লাক্ই। অদুবু রাঘুমনিনা নঙ্ হোস্টেলদা তোয়না লাক্কনু ঐগী ফাইনেল পরীক্ষা ময়া নক্শিল্লক্লে, লাইরিক্ পাবদা কায়গনি হায়রক্ই, হরাউ-হরাউ হান্নগুম্, তৌরক্তে। পুক্লিঙ্দা

চিংনবা পোক্লকৃই মাগী ৱাখলসিবু করিনো হান্নগা ইমান মান্নদে। নোংম-নিনি লৈরগা অমুক্‌সু চৎলি, মাদি মখোয় অনীতগী নুংগী অরুবা ৱাফম্‌ অমা তাননীঙ্‌দুনা লাক্‌পনি। অদুবু রাঘুমনিনা থীনা চৈরগা নঙ্‌না করিগুম্বা হোস্টেলদা হঞ্জিন-হঞ্জিন লাক্লবদি হোস্টেলগী নীয়ম্‌ থুগায়দুনা দিস্টর্ব তৌবগী ৱাকৎকনি হায়রক্‌পদু তারুবদগী মেমি মতমদুদতা ভাব তারক্‌খি, মানা খুদোংচাবা অচেংবা য়েংদুনা আগ্রা তানা লাক্লগা হোটেলদা পুদুনা অহীং কয়া লেক্‌মিন্নখিবা। ঐবু নহারোল তাক্লসিরা, মদুনা অমুক্‌ হেন্না শাথিখিদুনা মাসু মাঙ্‌বা ঐসু মাঙ্‌বা কান্নবদি ফংলোই। মচেগা মমাগা তাক্তবা য়াদদুনা তাক্‌পা তারক্লে, মদুদি মা রাঘুমনিগী মচাগী মমা ওইরে। নোংমা মমাগা চৎতুনা রাঘুমনি উনবা লাক্‌ই। রাঘুমনিসু ভাবনা মেমি লাক্কনি খনবদগী মাগী কাদু শো লোল্লগা মমান্নবগীদা ওইনা লৈরম্মী। থোঙ্‌ লোল্লমলে হায়দুনা মমা-মচাদু তৌফম খঙ্‌দনা অমুক্‌ হল্লক্লে। ডাক্তর অমগা তান্নরগা এবোর্সন্‌ তৌদুনা অঙাং লৌথোক্‌খ্রে। নুমিৎ কয়ানি চুপ্পা কপ্তুনা লেঞ্জখি। খরা লৈরগা নর্স ট্রেনীং তৌবা গুন্টুরদা চৎখ্রে পুক্লিঙ্‌ চঙ্‌না মাগী নর্সকী ত্রেনীং তৌদুনা কন্না হোৎনবদগী মহাক্‌ জেনেরেল নর্সিংগী কোর্স লোইদুনা চহী অমগী মতুংদা ইম্ফালদা থোরক্লে।

শোমদা রাঘুমনিসু মাগী ডাক্তর তম্বা লোইদুনা, ইন্টর্নশিপ, হাউস জোব পুন্নমক্‌ লোইরগা ডাক্তরগী ফম্‌ হাঙ্‌লক্‌পা ঙাইরি। মাগী হৈনবী মমিৎ খর য়াম্বা, অউ-অউ পাম্বনা মরম্‌ ওইদুনা মাগী মশাগী পোক্লফম্‌ খুঙ্গংদসু নুপী অনীখক্‌ চপ মান্ননা কোয়রম্মী। অমগী মমিংনা রাধা কৌই অদুগা অতোপ্পা অমগীনা মেমথোই কৌই। ডাক্তরনি হায়বগা, মশক্কা খরা য়েংবা নুঙাইবগা, মশাগী লোইনজরক্‌পা, পোক্‌পদগী য়াওজরক্‌পা নুপী থেম্বা, লরুবা হৈবা রাসিগা মানা হায়রুবদা য়ারক্‌পগা তৌদুনা মাগী পুক্লীঙ্‌দা নাপল কাখিদুনা নুপীমচাশিংগী মফমদা মচিন পুৎথবা কয়ারক্‌ য়াওবা হৌরক্‌খি। নোংমা মানা মাগী খুঙ্গংদগী নুপীমচা রাধাগা ইম্ফালদা পুন্না চৎমিন্নদুনা পোৎ-চৈ লৈবা দুকান্দা চঙ্‌খিবদা মেমিগী মবুং শুরেসনা মাবু উবদা ফুনিঙ্‌বনা মখুৎ মরেং-মরেং চৎলম্মী। রাঘুমনিদি মেমিগী মবুংদু হান্নদগী মশক্‌ মুন্না খঙ্‌বনা দুকান মনুংদা চঙ্‌খ্রে; মাগা মায়োক্লবসু পান্নমদে। নুপীমচা রাধাদা মেমিগী মবুংনা খাল্লগা ইবেম্মা। নঙ্‌গা চৎমিন্নরিবা নুপাসিদগী লাপথোক্কেরা নৎত্রগা নশানা নশাবু ৱারক্‌চগেরা নৎত্রগদি নুপা অসি নুপীদা থোক্‌ তৌদুনা নুংশিবা তম্বীরগা মাঙ্‌হল্লম্বা নুপানি। ঐগী ইচনবুসু মানা মাঙ্‌হনবীরম্লবনি হায়না য়াম্না থুনা রাধাগী মফমদা হায়রম্লগা ইবুং চৎলে হায়দুনা চৎখ্রে। মাগী ৱাঙাঙ্‌শিংদু তারুরগা নুপীমচা রাধাদু মথৱাই য়াম্না ৱারম্মী। মরমদি মাসু খঙ্‌ই, রাঘুমনিনা মেমথোই কৌবী লৈশাবী অমা হান্না কোয়রম্মী। মখোয় অনী মতম্‌ খরা য়াম্না লুনা তিন্নদুনা চৎমিন-খোৎমিন্নবগী পাউশু তাখি। অদুবু হৌজিক্তি নুপীদু

থাদোক্লগা মাগা কন্না নুংশিনরি। মানা তত্তনা হায়বা হোটেল চংলুশি, মাগী হান্নগী লৈরম্বা কলেজগী হোস্টেলদা চৎলুসি হায়না তোয়না হায়খিবা; নোংমসু মমান্নবগী হোস্টেলগী কাদা মী অমত্তা লৈতবা মতমদা মানা ঐবু নুংশি চাংয়েঙ্নি হায়দুনা বাহৈ অমত্তা ফোঙ্দোক্পা ঙমহন্দনা মানা হায়বা ইলহনখিবা। রাধা নুপাসিনা হায়রম্লিবা বাশিংদু খল্লুবদা য়াম্না চিংনবা হেঞ্জিল্লক্খি। দুকান মনুঙ্দা রাঘুমনিনা হংই– "নুপাদুগা নঙ্গা হান্না খঙ্নব্রা"? রাধা– "খঙ্নদে"। "মানা হায়রমলিবা বাশিংদো পাউতাক্ ঙাক্তনি, কক্পা য়াবা অমত্তা য়াওদে। ফরে, লৈগদবা পোৎ লৈবা লোইরগদি য়ুমদা হল্লসি"। মখোয় অনী দুকান্দগী অমুক্ থোরক্লে। রাঘুমনি মপুক্লিঙ্দা মেমিগী মবুংনা রাধাদা হায়রম্লিবা বাহৈশিংদু মানা ভাবনা লাম্বদা মাগী অফবদি ওইররোই খল্লি। অসুম্না রাধাসু ঙসাই হান্না ঙাঙ্লম্ শক্লম্বা বাঙাঙ্ শাঙাঙ্দগী ইতন্ তম্থবগুম্বা অমা তৌরক্লম্মী। অদুবু মানা খল্লি, মাবুদি রাঘুমনিনা খুঙ্গং অমত্তদা লৈমিন্নবনিনা অদুগী মথক্তা মবুংসু পুলিসকী এস.আই. ওইবনিনা করিসু থোক্ তৌবদি ঙমলোই। হবাগাড়ীদা পুন্না কাখৎতুনা মখোয় অনী সিৎ অমদা পুন্না তোংদুনা লাক্মিন্নরে। রাধানা মখোয়গী খুঙ্গং য়ৌগদবা খরা বাৎলিঙৈদা রাঘুমনিদা ঐ ঙসিদি য়ুমদা হনবা ঙম্লরোই, ঐখোয় অনী ঙসি চেল্লসি হায়রম্মী। রাঘুমনি– "করিনো নঙ্না হায়রিবদুবো, ঐদি থবক্সু তৌদ্রি, খরা লৈরগা থবক্ হেক্ ফংবগা তৌশি" হায়রে। রাধা– "য়ারোই, ঙসিমক্ হুজিক্মক্ চেন্দ্রবদি ঐ শুক্য়া য়াবা ঙম্লোই"। রাঘুমনি– "কৈদৌবগে নঙ্বু ঐনা হায়বসি অমুক্তা তাখো, নুমিৎসু ফত্তে, থাংজনি, বাবাসু অতোপ্পা লমদা ঈশৈ শক্পা চৎখি য়ুমদা লৈহৌদে, অদুগা নোংনিনি লৈরগা শোয়দনা চেল্লসি হায়রগা নমদুনা থাদোক্খ্রে। শোমদা মেমথোই মপাগী ময়াম্বনা এম.এল.এ ওইরি। মানা ফাগি তৌরুবা য়াবা নত্তে। রাঘুমনিনা রাধা পুরগা ইম্ফালদা ইতৎ-তত্তনা চৎমিন্নে হায়বগী পাউসি মেমথোইনা তারগা মথবায় প্রোক-প্রোক্ চাক্লম্মী। মরম্দি মাবুসু রাঘুমনিনা নমথাক্ তৌবীখ্রে। মীগী হৈনবী শাজৎ-লিচৎ হায়বসি মৈবু ফিনা কুপ্পা য়াদবগুম্ হেক্তা ফোঙ্দোরক্ই। নোংমা নুমিদাংবাই অমদা মেমথোই মমাগা লৈকায়গী মচেসিং অমগনা রাঘুমনিগী য়ুমদা থিল্লক্ই। মদু য়াদবা মতাং অমদগী থিল্লক্লবনি। রাঘুমনিগী মমাদা বারী বাখোঙ্ লোইনা তম্বদগীদি মখোয়সু য়াদুনা ফরে হায়বা তাখি। নোঙানবগা ডা: রাঘুমনিগা মেমথোইগা চেক্লে হায়বগী পাউদু খুঙ্গংদু থুংনবা তানরে। পাউ হায়দোক্পা চৎলুরে, লুহোংবগী বাফমসু খরা খন্নরম্লে। শোমদা রাধা ঙরাংত ঙসি নোংম-নিনি লৈরগা মাগা চেল্লসি হায়রম্লগা মেমথোইগা ওইনা চেনখ্রবা? ঙরাং ইম্ফালদগী নুপা অদুনা হায়রক্পদু কয়াদা চুমখ্রবা! ফরে, অদুদি ঐসু ঐনা ঙম্বা শক্তি তৌবা তারেদনা। মমাদা ইমা ঐবু রাঘুমনিগী য়ুমদা হুজিক্মক্ থিনবীয়ু হায়রে। মচাগী বাদু মমাসু য়াদুনা শাগৈগী মতৈনা লৌবা মচেগা

মচা নুপী রাধাদু মকোক্ খুমহল্লগা রাঘুমনিখোয়গী য়ুমদা থিল্লক্লে. হন্দক্মুক্সু মমা-মপাদা থোক্খিবা মাগী কাদরগী ৱারীশিংদু লোইনা লিনবদগী চুমই হায়দুনা মচানুপী থনম্লগা লাক্লে। নোঙাল্লগা ডাক্তর রাঘুমনি ঙরাংনা মেমথোই চেল্লগা ঙসিনা রাধাসু চেল্লে হায়দুনা ৱা-ৱা, য়া-য়া খুঙ্গংদু লোইনা তানরক্লে। নুপী অনী চেল্লবদি করম্না বিচার তৌগনি? নহারোল লাক্তুনা মৱা হংবদা অরানবা খুম্বদি য়াদবনা অশেংবা ৱারী-ৱাখোঙ্ লোইনা লাইবাউ ওইনা চৈথা খুদিংগী হায়দোরক্লে। থিনা ফুবদগী হৌগৎ কাঙ্খৎপা ঙমদ্রে। ইম্ফালদা রিমসতা পুখৎলক্লে। রিমসতা এদমিৎ তৌদুনা ট্রিৎমেন্ট হৌরে। লাইবক্ ফবা হায়গদ্রা থীবা হায়গদ্রা, লাঞ্জদবী মেমি নর্স ওইনা রিমসতা জোইন তৌদুনা নর্সকী ফিজোল শেৎতুনা হিদাক্ কাপ্পা, অনাবগী রুটিন প্রেসর চেক্ অপনচিংবা তৌদুনা সর্জরি ৱার্দতা লৈরম্লে। ডাক্তর রাঘুমনিগী মমিং লৈফম্নচিংবা য়াওবা রেজিস্টারদা উরুবদগী মাগী নাইত দ্যুটি তাবগী মতমদুদা মানা কদাৱাইদা লৈবনো খঙ্নীঙ্দুনা লাপ্তক্লা য়েংই। বেট নম্বর চুম্নরে, মাদি মমিৎ অনিমক্ উইদুনা তুল্লি। অনাবা শেন্নরিবা নুপী অহল্ অদুদা মেমিনা হংই— 'ইমা! শোমগী অনাবসি ইমাগী ইচারা'? "মানি ইবেম্মা"! "করি তৌবদা শোক্লুবনো"? "হায়ববু ইকাইজৈদা ইবেম্মা"! ইচাসে মমিৎ খর য়াম্মী— মদুদগী থোক্লিবা থবক্নি"। মেমি— "করিনো ইমানা তাক্পীরিবদুবো"? "ইবেম্মা! নুপী অনী পুন্না চেল্লুবদগী নহারোল লাক্তুনা ৱারক্লম্বনি। য়েংউ তৌরিবসি মশা মউ, মখোঙ্-মখুৎ অমত্তা লেঙ্বা ঙমদ্রবনি"। মেমি— "ইমা হিদাক্ কাপ্পা মতম্ ওইরে, হিদাক্ অমুক্তং কাপ্পবা তৌশি" হায়। রাঘুমনিগী নীঙ্জোন্দা মেমিনা ইনজেক্সন কাপ্পী। রাঘুমনিদু নামন্দুনা মমিৎ পাঙথোকরক্পদা মেমিনা মাবু ইনজেক্সন্ কাপ্তুনা লৈরম্বদুদা খংপ্রেক্ খংই। "কৈ-কিদুনা চেল্লগা শাওম্ ওক্লে" হায়বদু তাগদৌরিব্রা? রাঘুমনি য়াম্না ইকায়না— "মেমি নঙ্ কমদৌরি? ঐনা নঙোন্দা য়াম্না চাউবা নমথাক্ অমা তৌগ্রে; নঙ ঐবু অমুক্তা ঙাক্পীয়ু"। মেমিদু মমিত্তগী মপি শিন্থুরম্মী। মমানা ঐগী ইচানুপাসিবু মণিপুরগী লৈশাবী লোইনমক্ মানা কোয়দবা য়াওদ্রবজাৎলা খল্লি। মমাদু মতৌদুদা ৱারী শাজরসনু খন্দুনা হৌগৎলগা ঙাইহাক্ চৎথোক্লুই। রাঘুমনিনা— "মেনি নঙ্দি করম্না হোসপিটালসিদা নর্স ওইনা লৈরম্লিবা"? "অদোম্না নুপীজা অমগী মিৎলুগী পিরাংবু করিসু লৈতনা খনবীদুনা হায়জবা অমত্তা তাবীদবদুদা মরাইবক্ থিরবা ঐগী অহানবা ইচাদো . . .।" রাঘুমনি ঃ— "মেমি নঙ্গী ৱাদু মখা তারগনু ঐ তাবা ঙম্লক্তরে"। মেমি ৱা লোইশিনবা ঙমদনা মশাদু ফুনগৎলক্তুনা রাঘুমনিগী বেটতু থাদোক্লম্লগা নর্সকী রুমদা চঙ্খ্রে। তপ্না তপ্না রাঘুমনি ভাব তারক্লে। ঐসি খ্বাইদগী ফত্রবা মী হায়বদু ওইরবা? ঐনা থবায় কয়াগী মফমদা অৱাবা পীরম্লবা! মসিগী দন্দিদি ঐনা ঙসি ফংলিবা অসিনসু মতিক্ চাদ্রি। মেমিগী থম্মোইনা রাঘুমনিবু পুঙ্গিসিদা অমুক্তং লমন খুমগে খল্লুবনি। অদুবু মাগী মশক্তু উরুবগা মাগী ৱাখলনা ফত্তনা খনবা

শুকঙম্ ঙমজদে। মাগী নর্সকী কাদা চঙ্শিল্লগা কপ্পুনা লৈখ্রে। মমান্নবী নর্স বীনোনা মানা কপ্লিবদু উরগা করি তৌরে মেমি হংই। করিসু তৌদে, চুন্না সুম্ পুক্কিং নুংশিরক্কুনা কপ্পনি হায়জৈ। অহিংদা মমা তুমথখ্রবা মতমদা মাগী দ্রিপ কাপ্লিবদু য়েংবা লাক্ই, বীনোগা মবানি লাকপনি; বীনো চৎখ্রগা মেমি ঙাইহাক্তং লৈথদুনা লৈহৌরে। মেমি-- নঙ্ য়াম্না মীনুংশি খঙ্দবা নুপানি। নঙ্না তৌখিবা পাপকী প্রাইচিৎ মথং-মথং লাকপা হৌরবনি। ঐখোয় অনীগী অঙাংদো ডাক্তরদুনা নুপানী হায়না ইমাদা তম্মী। নঙ্না মতমদুদা ঐনা হায়জবা তাবীরম্লবদি ইচাদো হৌজিক্তি মরোল থোক্রমদুনা ইমা-বাবা কৌবা হৈরম্লগনি। ফরে, হৌখিবনা হৌখ্রসনু, ঐ নুপা অমগা হায়ন-শীঙ্নদুনা লুহোংগদৌরে। অদো, ঐনা হায়জগদবদি নহাক্ নমিৎ য়ামগনু নঙ্না নঙ্গী শিনফমসিদা লৈবা অতৈ তুংদা লাক্কদবা ডাক্তর কয়াগী মফমদা মীনা থাজবা মাঙ্গদবা লম্বী খক্ অমুক্ হন্না শেম্বীরমগনু। নঙ্না তশেংনা নুংশিবা অনিদুগী মরক্তা অমা খল্লগা লুহোংনবা তৌরো। ঐগীবুদি ঐ ওইখ্রগসু নঙ্গী খনবখক্তনা অচুম্বনি খল্লগদি সমাজসিনা নঙ্বু য়াবা ঙম্লোই। সমাজসি মী অমখক্তগী নত্তে হায়বসি কাউহনজনীঙ্দে; নহাক্ তুংদা রিপেন্দেন্স য়াম্না লাক্কনি; তুম্বীহৌরো অমুক চৎলগে হায়রগা ফৈজুপ্তু নীঙ্থিনা শুপ্পীরম্লগা মপি ইরা চেল্লগা তপ্না তপ্না থোক্খ্রে। রাঘুমনি মাগী লম্হেনবা ৰাখলনা মানা তৌখিবা অরানবা কয়াদু খল্লুরগা য়াম্না নীংঙমদনা লৈহৌই।

মথংগী নুমিত্তদি মেমিদো নাইত দ্যুতি লাক্লে। রাঘুমনি মথৰায় য়াম্না নুঙাইরমদে। মা হৌগৎ-কাংখৎপসু খরা ঙম্লে। নোংমা নিনি লৈরগদি য়ুমদা হনবা য়ারনি হায়রে। অদুবু মেমিনা দ্যুতি লাক্তবগী মরম্ য়াম্না খঙ্নিঙ্খি। মথংগী নুমিত্তা ইনভাইতেসন কার্দ অমা রাঘুমনিগী ফমুংদা নর্স বীনোনা থাদরম্মী। রাঘুমনি লৌখৎলগা য়েংই। ডাক্তর রাজেস ৰেদস ৱিথ মিস: কে. আইচ মেমি দেবী! ও! মা ডাক্তর রাজেসকা লুহোংবা তারবা! ঙরাং নুমিদাংগী নাইত দ্যুতি তাবগী রাউন্দ চংলক্পদা মানা মমিত্তা মপি তানা কপখিবা, ঐবু মানা শেবা নীঙ্থিনা তৌরম্লগা চৎখিবদুনা মাগী অরোইবা বিদাই পীরম্লবা। মানা হায়জরম্বা ঐখোয় অনীগী অহানবা অঙাংদো নিপানি; কুম থা শুরগা পোক্রম্বা থোক্রবদি হৌজিক্তি ইমা-বাবা কৌবা ঙম্লগনি হায়রম্বা। কয়াদা চাউখ্রবা পাপ্ অমা ঐনা মাগী মফমদা, মরাল লৈজদ্রবা পীবুক্কুংগী অঙাংদুবুসু! মেমি! নঙ্ ঐবু ঙাকপীয়ুকো!! ঐ শোয়দনা নঙ্গী লুহোংবা য়াওগনি।

ওম্থোক্পনি তাইবংপাল, থম্মোইগী মতম মতমগী ইথক্-ইপোম্না কনমনখিবনা তুংদা করি থোক্রবা য়াবা জৌবনগী পুক্সিদা কনানসু চেকশিন্নদে। হৌজিক্তি কয়াদা নীঙ্বা কায়রবা, চনৈনবা পুক্সিনা পোলোইগী মৈচাক্ ওইরেদো!!

৩০/১২/২০০২

# পাউখুম্ পীরমদ্রবা ৱাহং

ইংশোক্ ১৯৬৮ দগী ৭৩ ফাওবগী মতমগী ৱারীনি। কান্তা মাগী খুঙ্গংদগী ক্লাস আইত কী কম্পিটিসন্ পরিক্ষা পাশ তৌরগা ইম্ফালদা লৈদুনা ইম্ফালগী হায়স্কুল অমদা ক্লাস নাইনদা মিং চল্লে। মানা লৈরুবা ইমুংদো নুপী ঙাক্তা মমা মচা অনিখক্তা লৈবা ইমুংনি। মাগী চাননবা থাগী চেং-চাক্ পুখক্তুনা মতম খর লৈরম্মী। অদুবু ইমুংদুগী তোপ্-তোপ্পা ময়াম্দগী তোঙানবা লমচৎ খর লৈবা থেংনবা য়াওরক্পদগী মতম খরা লৈরম্লগা য়ুমদু থাদোক্লগা অতোপ্পা নুপী মমাগুম্বা, মচা-মশু লৈজদবা অমগী য়ুমদা অমুক্ ঙাঙ্নদুনা লৈবা হৌখি। মাগী লাইবক্ ফবা অমনা অকোনবগী মমাদো য়াম্না শক্তি লৈবী মীনসু কিনা লোয়নবী মরমচৎ চুম্বী মমা অমগী গুণ ফজনা চেনবী নুপী ওইরম্লে। কান্তনা ইমা হায়না কৌদুনা হেক্ পোক্পা মমা-মচাগুম অৱা-নুঙাই পুন্না থেংনদুনা মাগী লাইরিক্ লাইশু তম্বা, চাবা থক্পা খুদিংমক্ অপোক্পা মচাগুম্ লুনা তৌদুনা, পীজ পীথক্তুনা লোয়নবনা মাগী স্কুলগী তিন্নবা মমান্নবশিংনদি মাবু হেক্ পোক্পী মমানী হায়না অয়াম্বনা খনখি। য়ুম্ দুদা লৈদুনা তংদু লৈতানা লৈজবা ফংবদগীদি মাগী লাইরিক্ লাইশু তম্বদসু য়াম্না নুঙাইজরে। এন.সি.সি. কাসু য়াওদুনা সর্জন ফাওবা ওইজবা ঙমখি।

কান্তনা তম্লিবা স্কুলদু নুপা-নুপী পুন্না তম্বা স্কুলনি। কান্তনা ক্লাস নাইন তম্বা মতমদুদা অতোপ্পা নুপীমচা অমসু ক্লাস আইত্তা অতোপ্পা খুঙ্গং অমদগী স্কুলদুদা ইম্ফালগী পিশুম্ ওইনাম্ লৈকায়দা লৈরগা মহৈ তম্মী। নুপীমচাদু কুচু মুরং তৌরগা রাসি য়াম্না লৈবী নুপীনি। মশমসু য়াম্না ফৈ; থাদোক্লবদি নীঙ্দু য়ৌই। করিগুম্বা কান্দা থাদোক্পসু য়াওই, করিগুম্বা কান্দা য়াম্না হৈ-শিংনা মথক্তা লৈশিন্দুনা পুল্লি। য়েঙ্বদা ফিৱম্ তোনগাননা ৱাং-চাউনা ফজৈ। মানা ইকাইরপ্ তৌনা চৎপদু য়েংবদা চীঙ্-লেম্না ফজৈ। অউবগী পুক্নিঙ্দা মাগী মওং-মতৌদুনা জৌবনগী মতমদুদদি মাবু হেন্না খোয়দাবা নুংশিবা পোক্হল্লি। মতম্ চুপ্পদা অশাওবগী শক্ফম্ উদে, মোমোনত নোক্পা মায়থোঙ্ ওইনা উই। মাগী মিৎচিনা ইহা-হাদনা য়েংথোরক্পা মিৎয়েংদুনা ওহ্নোক্লসু কান্তগী মফমদা হেন্না চানজবা, মাগী পুক্নিঙ্না হেন্না খোইদাজবা পোক্চৈ। নুংতিগী স্কুল হেক্ কারক্পগা

কান্দদু মা লাক্প্রা হেক্তমক্ য়েংলুগনি। কান্তগী মফমদদি মহাক্সি যাদুগর ওইনা থোক্খ্রে। মা উরুবা নুমিৎত্তুদি ক্লাসকী পারা ফাবা পুক্নিঙ্ নুঙাইজবা ওইগনি; মা লাক্তবা নুমিত্তদি নুমিৎ তুমদি ছুটি থাবা ঙাইবদা য়ান্না ৱানা লেনবগুম্ পুক্নিঙ্দা থোইনা লাঙ্তক্নহল্লি। নোংমগী অয়ুক্কী স্কুলগী ক্লাস চঙ্লমদাইদা এসেমব্লিদা অমুক্ য়েংজবা, হাপ্ থানরক্পা মতমদা অমুক্ য়েংজবা, ছুটি থারবা কান্দা অমুক্ য়েংজবা। ছুটি থারক্পা মতমদা নুপীমচা অদুনা মমান্নবী খরগা মাঙ্দা চৎলগা কান্তনা মতুংদা চৎলগা য়েংজবদুনি কান্তনা পামজরিবা; মদুনা জৌবনগী ইনখৎলক্পা চহী মতাংনিনা কুমগী বসন্ত চঙ্লক্পদা হৈরোং-লৈরাংনা পান্বীদা মনা অনৌবা চোংদুনা মপাল পোন্নক্তুনা খোইমুশিংনা কোয়ন-কোয়না পাইদুনা লৈরাংগী লৈহি মুন্নদুনা, তান্ন-তান্না চুপচবগুম্ শাবী-শানৌশিংগী পুক্নিঙ্দসু অহোইনা পুক্নিঙ্ মকা লামহল্লি। মমিং হংবদি ইকায়রবসু মীনা কৌনবা তারুবা, ঙাড্নবা তারুবদগী মাগী মমিংসি বীনারানী কৌই হায়বসি খঙ্লক্খি। য়েংবতনা পুক্ থঞ্জবা পাখংগী থম্মোইনি, অরাম্ খৌরাংবা চঙ্দে। নুপী ওইবীশিংগী থম্মোইদসু করিগী য়েংজরগা পুক্ থঞ্জবা য়াওরম্লোইদগে? ঈশ্বরনা শেম্বদা জুরা-জুরাদি খুৎ অনি পানবগুম, খোঙ্ অনিনা চৎপগুম, নুপা-নুপী জুরা কায়রবদি জগৎশি লৈরমদবসু কনানা খঙ্ই? পুক্নিঙ্দা মথুম্ মরাং হৌনরক্পা মতমদা পাখংখক্তা হৌবা য়ারোই; লৈশাবীমাগীসু শোয়দনা হৌগনি। অদুবু খঙ্দে বীনারানীগী মিৎয়েংদুবু কান্দদা য়েঙ্লিব্রা? মানা য়েঙ্লক্পদা পুক্নিঙ্দা থুক্ লাউবা অমা তত্তনা ফাওরিবসিবু ঐঙোন্দা য়েংবা ওইরমলোইদ্রনে? মানা পামজবা হেঞ্জিল্লুবনা ওইরগদ্রা নৎত্রগা থাঙগৈমক্ শেংনা মঙোন্দা য়েংবা ওইরমগদ্রা হায়বা ৱাখলসিমদি পুন্সিগী ৱাহং ওইদুনা লৈহৌরে।

স্কুলশিংদা কালেন ছুটি থানবা মতম্নি। কলেন থাগী লাই হরাউবা মতম্নি। ওইনাম্ লৈকায়গী লাই-লম্পাক্তা লাইরেম্বী হরাউবগী লৈশাবী পরেং, মৌগী পরেং, অহল-লম্মন, মাইবা-মাইবী লোইনমক্ জগোই নীঙ্থিনা শাদুনা লাইগী থৌগল তৌরি। লাই হরাউবগী বেন পার্টিগী ধোনগী মখোল ক্লেওনেট খোংবগী মখোল, মাইবীগী নুংশিবা ঈশৈ— "মমাঙ্ লৈকায় থম্বাল শাৎলে, খোইমুনবু ইল্লে খোইরাবা, শাবী লাউ-লাউ চৎশিলাউ মাঙ্দা থারো লাউ"। অরাপ্পদগী নুংশিৎনা পুরক্তুনা কান্তগী মনাকোংদসু খোঞ্জেলদুনা নুংশিনা পাউজেল পীরুরি; নঙ্গী পামজবা নুরা মচা থম্বাল মানবীদো সিদা লৈরে, থুনা লাক্লগা য়েংজরোলাউ, পাম্মু মিৎচানরো লাউ হায়বগুম্ থোক্লুরে। থুনা য়াঙ্না অনানবা ফিজোল শেত্তুনা লাইহরাউফম্ তানা লাক্লে। পুক্নিঙ্দসু খল্লক্খি লম্বী চৎনা-চৎনা মানা লৈবা লৈকায়নিনা বীনারানী য়াওরমগদ্রা নৎত্রগা জগোই য়েংলমগদ্রা? মফমদু য়ৌরগা মিৎয়েং লৈনা থিরক্ই নুংশি মাগী মাইকৈ; খঙ্হৌদে উরক্ই, নিঙোল মাগী ফমফমদা থৱায় তানা য়েংলিবা লৈনা-লৈনা শাবা জগোইদা

মিৎকা মিৎকা মথৌ চিন্নে, কোইরে-কোইরে লৈনা য়েংনৈ। জগোইবু য়েংবা লাক্লিব্রা, মিৎচানববু লাক্লিব্রা? খঙদে, জৌবনগী মতমগী শাজৎ-লিচৎ, নুংশি মাগীদমক্ থৱায় থাদোক্কে হায়নরিবনি পুক্চেলদা তিংবীয়ু। বীনারানী জগোইদি য়াওরম্দে, য়েংবদি য়াওরম্নে। জগোই অমুক্ য়েং, মাবু অমুক্ য়েং, রাসি লৈবা মায়থোঙ্দুনা হেক্তমক্ য়েংলক্পা। থেঙ্জিল্লক্তুনা নুমিৎ তারমদাইদুদা মানা মমায় লৈদুনা চৎখিবগা কান্তসু অদুম্ পুক্নিঙ্দা মাগী ৱাখল খন্দুনা হল্লকৈ। ঙরাঙ্গী মিৎচিগী মরোল্লরা মথংগী নুমিত্তসু নঙ্ লাক্উকো হয়েংসু মফমদুদা ফম্মম্মুকো লেঙ্দনা হায়নখিবগুমনা লাই হরাউবা য়েংদুনা হেক্তা লৈরম্মী। পুক্নিঙ্দা মিৎচিনা করম্না পাউথাঙ্ পীদুনা ঙরাঙ্গুম্ অমুক য়েংনরুরিবা? মানা উগদবা মফম্ অমদা লেপ্লগা মানা য়েংলক্প্রা মিৎচিগী মরোল হংলক্প্রা হেক্তমক্ খল্লুদুনা মিৎ অনীদু মপা হেক্তমক্ চানরুই। মাগী লাইবক্ মতা ফবদুদা চন্দোনসু ফজনা থিল্লি। নীঙ্থিরবী মায়থোঙ্দা চন্দোল ফজনা থিনবগী ফজবসু শক্-ফজবগী নুজাশিংগীদি লৈতেংনি। লাই হরাউবা অমুক্ লোইখ্রে। নোংমা নুংথিলদা শুমাং লিলা অমা ওইনাম্ লৈকায়দা তৌই। মা য়েংলমগদ্রা খন্দুনা কান্তসু চৎলুই। শুমাঙ্দা তৌবা লিলানি। য়ুমজাওদুগী ডারিদা ফমদুনা মাসু লিলাদু য়েংলম্মী। অদুক্ য়াম্বা মীয়ামদুগী মরক্তা মাবু করম্না উরুরিবা। মিৎচিগী ৱারী ঙাইহাক্ শানরুই। লিলাগী নোক্পা মতাংদা অনিসু নোক্পা য়াওরুই। নোক্লবগী হন্দোরক্পদা মিৎ অনীদু থমফমদি লৈতবনা মপা হেক্তা চানরুই। কান্তা মপুক্নিঙ্দা ভাব অমদি তারক্লে। শোয়দ্রে মাগী মিৎয়েংশি ঐবু য়েংবা ওইগনিদা; হন্দক্কী য়াওশঙ্ লাক্পদদি য়াওশঙ্ থাবল চোংবদা অমুক্তং মাগী খুজেং পায়রগা ৱারী শোয়দনা হৌদোক্লগে। কান্ত চহীদুদা মেট্রিক্ পরীক্ষা থাখ্রে। পরীক্ষা হেক্ লোইবগা য়াওশঙ্ লাক্লে। মানা নীঙ্বগা তৌবগা মাম্নরে। পিচকারি নুমিত্তা হুইদ্রোম্ লৈকায় লম্পাক্তা য়াওশঙ্গী থাবল চোংনবা মৈ-নুং নুংথিন্দগী শেম্বা উই। কান্তনা খল্লি, মা মফমসিদা থাবল চোংবা য়াওরবদিকো! হায়না হায়না মা মফমদুদা থাবল চোংবা য়াওরে। মানা মৈঙালদুদা হিগোক্ ফনেক্ অমা শেৎলগা খোঙুপ অঙৌবা মরীফাবী অমা উপ্লগা থাবল চোংবদা ফজবদু য়েংবদা পুক্নিঙ্দা মথুম্ মরাং হৌজরে। ৱাখল চাম্ম-চাম্মা পুক্নিঙ্দা শাগৎচরগা মাবু অমুক্তং পায়রগা চোংগে খল্লুই; পায়বা শুক্ঙম্ ঙমহৌদে, রাউন্দ অমগী মথংদা অমা। হন্দক্মুক্তি পায়রগে খল্লি, নুপা অমনা হেক্তা পায়রগা লাক্ই। মথংদদি পায়রগে খল্লি, হেক্তা ইকায়রিঙৌদা ঙমহৌদে, অমনা হেক্তা পায়খি। গৎ অমা লোইদুনা ময়াম্ ঙাইহাক্ পোথানৈ। মমিত্তি হেক্তমক্ য়েংলক্ই। মাগী থম্মোইদা অসুক্ পাঙ্দবা নুপাসিবু করম্বা নুপানো খল্লমগদ্রা চিংনবা ফাওরক্লে। অনীশুবা গৎ হৌরক্পদদি ময়ুম্ খরা লাপ্পনা মাদি মীয়ায় চল্লবী মৌ খরগা মমাম্নবী অম নিগা লালটৈন অমা পায়রগা লৈরকলোমদা চঙ্খ্রে। থুননমক্ কান্তা মতুং ইম্নদুনা

শোঙ্খাংননা ঙাইহক্তুং থাবলসি য়াওখিসিবা হায়রুবনি। মানা হায়জবদু তাবীদুনা অমুক্ হন্নক্তুনা য়াওররে। কান্তা মবুক্লিঙ্দা মাগী থম্মোইদা ঐগী জগা খরদি য়াওরিব্রা খঙ্গে, ঐনা হায়জবদুদা মানা য়ারক্পদুদা, ঐবু মানা শুক্খন খন্দবদি মান্দে। অদুবু মানা পায়গে খঞ্জরগা নুপা অমনা অমুক্ পায়থোক্খ্রে। থৎতুনা পায়রুরে থাঙ্না য়ান্নবা নৎত্রগা থিন্নবা কল্লিঙৈ মতম্লিনা কিদুনা থৎপা ঙমজদ্রে। অসুন্না কান্তদু পাঙ্দবা নুপা ওইদুনা নুমিৎতো মাগী খুজেং পায়হৌদনা ঙাইহাক্ য়াওরম্লগা বীনারানী মাগী কাঙ্বুগাময়ুমদা হনখ্রে। অদুক ফজবা তাঞ্জাদু লৌহৌবা ঙমদনা কান্তা থম্মোই কায়না মানা চঙ্খিবা লম্বীদা য়েংদুনা লৈহৌরে। থবল চোংলগা মাগী খুজেং পায়দুনা চোংবা ফঙ্হৌদবদুনা পুন্সিগী চৈনা ওইদুনা মতম পুম্বগী লৈহৌরে। বীনারানী অমুক্ হন্না লম্পাক্তুদা থাবল চোংবা মথংগী য়াওশঙ্দদি থোক্লক্খিদ্রে।

থাবল চোংবগী নোঙানবা নুমিত্তা কান্তনা মাগী মমান্নবা দেবেন্দা ভাই নঙ্না ঙরাং ঐগা লোইননা থাবল চোংবা চৎলমলবদি ঐ শোয়দনা মাগী খুজেং পায়দুনা ৱারী শাবগী তাঞ্জা খজিক্তা ওইরবসু ফঙ্লমগদবনি। অদুবু ঐ ইতোমতা ঙায়দুনা মাগী খুজেং পায়দুনা থাবল চোংবা ফংহৌদ্রে। অসুন্না য়াওশঙ্ অমুক্ লোইখ্রে। বীনারানীনা লৈবা য়ুমগা হেক্ থংনবদুদা কান্তগা ক্লাস মান্নবা গোজেন কৌবা অমা লৈ। মহাক্না বীনারানীবু মতম্ পুন্নমক্তা মাগী মচনগুম্না খল্লি। মখোয় অনীগী য়ুম্নাকতি মান্নদে। অমনা চোংথামনি, অদুগা অমনা ওইনামনি। বীনারানী কুমশিদি মেট্রিক্ পরীক্ষা থাগদৌরি। শোমদা কান্তদি পি.ইউ.সি সাইন্সতা ইম্ফাল কলেজদা তল্লি। মার্চ থা অমুক্ লাক্তুনা বীনারানীগী পরীক্ষা হৌখ্রে। জোনসটোন হায়ার সেকেন্দরিদা মাগী সেন্টর তাই। গোজেন্না নুংতিগী সাইকল অমদা বীনারানীগী পরীক্ষা চৎপা থিনবা লৌবা তৌই। কান্তা য়াম্না লাপ্না নুংতিগী মাগী পরীক্ষা থোক্পা নুমিত্তা লাক্কদবা লম্বীদা ঙাইদুনা লৈ। অয়ুক্কী পরীক্ষা লোইখিদুনা নুংথিলগী পরীক্ষাগী চঙ্নবা হৌরক্ই। কান্তনা বীনারানীগী পরীক্ষা রোল নম্বরদু থোঙ্নাউদগী য়েংবা লাক্লরি। মানা য়েংলিবদু বীনারানীগী রোল নম্বরনি খঙ্বদগী বীনারানী মাগী খাউদুনা চিংশিল্লগা খুমজিল্লি। অদুবু য়েংগে খন্না কন্না হোৎনবদগী উদি উহৌরে, মাগী রোলনম্বরদু— (২৮৮৪) ১৯৭২ আসাম বোর্দনি। মাগী পরীক্ষা লোইবা মতম্ খুদিংমক্ কান্তা মাগা লুনা তিন্নজবা মমান্নবা দেবেনগা লোয়ননা ইন্নবা চৎলি। পরীক্ষা হল্লক্পদা বীনারানী গোজেনগী সাইকল মনীঙ্দা তোংলি। কান্তনা মরুপ্ দেবেনগা পুন্না সাইকল অমদা তোংমিন্নৈ। নোং কন্না চুরক্তুনা পুমচোৎ চোৎলবসু করি-মত্তা থৌশাদনা মাগী তুংদা লাপুক্লা ইন্নরুরি। মখোয়গী মতৌদুদা মাসু নোক্চৈ। অপাম-নুংশিকা হায়বসিদি অয়ুক্-নুংথিল-নুমিদাঙ্ খায়দনা মাগী শক্তমদুনা মাঙ্দা লেপ্লে। মীয়াম পুনবা মফমদা অদুক্ য়াম্বা মীদো

কনামতা উদবগুম্ মাবুত উরুই। নীঙ্শিংলক্পা মতমদসু মাবুত নীঙ্শিংই। মাবু নিঙ্বগী লিচিং অমনা চিংদুনা মাগী মনাক্তা হেক্তা পুরকই; ইকাই-ইকি খঙ্লক্কে।

কান্তা পি.ইউ.সি. পরীক্ষা থারম্লগা মাগী মথম্মোইদা য়াম্না নুঙাইতবা হক্চাংগী অরুবা মফমদা, লৈবা দাক্ অমা কোরুনবা মীরমদা চত্তুনা মতম্ খর লায়য়েংবা চৎখি। অদুঙৈ নুংতিগী স্কুলগী ক্লাস হৌরমদাইদা এসেম্ব্লিদা য়েংনখিবা, মিৎয়েং, হাপ্ত অমুক্, ছুটি থারমদাইদা অমুক্ য়েংনখিবা ময়ামদু নীঙ্শিংলুরগা হৌখিবা পুনসিবু তুং হন্না চিংদুনা পুরক্পা পামখি। হৈরোং-লৈরাংগুম্না চহি খুদিংগী বসন্ত লাক্পদা য়েন্নীঙ্ হুনবগুম মীওইবগী বসন্তদি চৎখিবদু অমুক মমাই লৈদুনা লাক্তবগুম্ হৌখ্রবা স্কুল তন্নিঙৈগী মতমদুবু নীঙ্শিংলুরগা নুংশিবী মাবু নুংতিগী য়েংজরগা পুক্নিঙ্ নুঙোঞ্জ বদু ফংদ্রেদো, অমুক্ নৌনা লাক্লরোইদো মপোক্সিমগী, মাবু নীঙ্শিং নীঙ্শিংনা মিৎলুদা পিরাং তত্তনা শিঙ্গদুনা মীরমদা লায়য়েংদুনা লৈরিবা মানা থম্মোই শোক্লা কপচখি। ওপরেসন অনিরক্ তৌরে। কালেন থাগী শারবা নুংশাদা লখনৌদগী কিলোমিটর ৫০ রোম্ চৎলগা লৈবা হোসপিটালনি "সিতাপুর আই হোসপিটাল; মতমদুগী মমিং চৎপা হোসপিটালনি। মাগী অনাবদু ফবদি লাইরদুনা হেন্না য়েংবা য়াদনা ফিবম্ অমা কায়রে। থম্মোই হেন্না শোক্খ্রে। করম্বা বিধিগী নোংদম্না অসিগুম্বা দশাসি মঙোন্দা তাররিবা? অসিগুম্বা সিবু মাগী নহানমুক্কি মপোক্কি তৌখিবা ফত্তবা থবক্কি পাপ্লা? ৱাহং চাম্ম-চাম্মনা মাগী নীঙ্বা কায়বগী ৱাখলদা হেন্না মৈচাক্ হাপ্লরি।

নোংমা খঙ্হৌদনা তন্নিনরক্পা মমান্নবা অমদগী চিঠি অমা ফংই। কান্তা পি.ইউ.সি সাইন্স পাশ তৌরে; মখোয় অয়াম্বা মিং চপ্লে, কান্তদি মানা লায়য়েংবা চৎপদা এদমিট কার্দনচিংবা লোইনা পুরগা চৎখিবনা মতম্ চানা মার্কশিৎ লৌথোক্কুনা বি.এস.সিদা মিং চনগদবদু চলহৌদ্রে। মানা য়ুমদা থোক্লক্পা মতমদদি মিং চনবা মতম্ লোইখিদুনা ঙাঙ্নবদা য়াদ্রে। অনাবা লায়য়েংবা চৎলুবসু কান্নবা ফংদ্রে, শোমদা মিং চনবসু ফংহৌদ্রে। মাগা তিন্নবা মমান্নবা অমসু পি.ইউ.সি পাশ তৌই হায়জিল্লগা মাদি পাশতি তৌরমদনা কান্তদা ওভরসিয়ার তম্বা ওইনা চৎলসি শিলচরদা মিং চনবা ফংগনি হায়দুনা ফ্লাইততা শিলচর তানা চৎলে। অদুবু মফমদুদা মিং চনবদি হান্ননা লোইখিদুনা চনবা ফংদ্রে। অহীং অমা চরা হেল্লগা নোংঙানবগা রেলগাড়ীদা গুৱাহাটি তানা লাক্লে। নুমিত্তু চহীদুগী মেত্রিক্ পরীক্ষা হায়দোক্লে। মানা পামজবা কনাগুম্বী অমগীদমক্ থৱায় তানা রোল নম্বরদু য়েংবদা পাশ তৌরে; বীনারানী পাশ তৌরে হায়বা মানা শিলচরদা খঙ্খি। নোংমা মানা বীনারানীগী রোল নম্বর ফালদা নপ্নিবদু য়েংগে হোৎনবদা মাগী খাও চিংশিন্দুনা খুমজিনবদু ঙসি উবদা পাশ তৌরে। মা পুক্নিঙ্দা তশেংনা হরাওজখি।

গুৱাহাটিদগী তেক্সি অমা ৱায়রগা শিলোংদা অমুক চৎলে। মফমদুদসু ওভরসিয়ারগী মিং চনবা লোইখিরম্লে। অমুক্ গুৱাহাটিদা থোরক্লে। কান্তা মাগী মরুপ্তা ভাই ঐদি লায়য়েংবদা পৈশাসু য়াম্না চঙ্খ্রে, ইমাসু লুখ্রাবীনিনা হয়েং পৈশা পংচঙ্ চঙ্খ্রগা মিং চনবসু ফংদা য়াম্না ৱাবা তারে অদুনা গুৱাহাটিদা লৈহৌরগে অফংবা অমা তম্লগে নঙ্ অতোপ্পা লমদা চৎলগা মিং চনবা ফংব্রা য়েংউরো। হায়নরিঙৈ তাঞ্জাদুদা মাগা হান্না তম্মিন্নরক্পা মমান্নবা অনীখ্ক ঝরগ্রামদা তম্বনি, অমুক্ চংগদৌরিবনি হায়বদুদা মাসু মখোয়গা লোয়ননা চৎপদা য়ানদুনা মাদি ঝারগ্রামদা ওভরসিয়ার তম্বা চৎখ্রে। কান্তা গুৱাহাটিদা লৈবা প্রাগজ্যোটিশ কলেজদা নাইতশিপ্তা মিং চনবা ফংদুনা বি.এস.সি. ফার্স ইয়ারদা তম্লে। নোংমা ইম্ফালদগী মরুপ অমনা মাগী মফমদা বীনারানীগী মরমদা চিঠি অমা পীরক্ই। মদুদি বীনারানী নম্বোল এল. সানোই কলেজদা পি.ইউ.সি. তম্লি। কান্তা পাউদু তাবদা মাগী মফমদা চিঠি অমদি ইরগা করিগুম্বা খর মাগী মফমদগী খঙ্নীঙ্খি। শাংলবা চিঠি অমা বীনারানীগী মফমদা ইরগা মাগী কলেজগী এদ্রেসতা থাখি। মাসু চিঠিদু কলেজদগী ফংদুনা রিপ্লাই অমদি পীরক্খি। অদুগা কলেজদা চিঠি থারক্নু মাগী মরুপ্ কুঞ্জরানীগী মমিংদা ইরগা থারক্লবা খঙ্হল্লক্খি। মাগী চিঠি মরোলদা শক্ শুক্খঙ্ খঙ্দবগুম্ ইরক্পদুদা কান্তা য়াম্না ঙক্খি। অদুবু মমৈদা ফোটো অমা থুনা থারক্লবা কন্না হায়রক্খি। কান্তা মাগী অহোংবা শক্ফম্ অমা ফোটোদা তাগদবদু খল্লুবদা য়াম্না নুঙাইরমদে। মাগী ফোটোদু উরগা বীনারানীগী থম্মোইনা কৈদৌঙৈদসু পেল্লরোই হায়বসি মাগী থাজবীনি। সন গ্লাস অমা উপ্লগা ফোটো অমদি নমলে; মদু শিন্দোক্লগা মাগী মফমদা মানা হায়রক্পা কুঞ্জরানীগী এদ্রেসতা চিঠি অমগা লোয়ননা থাখ্রে। চিঠিগী মরোলদি ঐ নঙ্বু অমুক্ খল্লরোই, নহাক্না নীঙ্বা থুংগদবা অফবা মীশক্ অমা খল্লগা নঙ্গী পুন্সিগী খোঙ্লোই ওইরো হায়না বিদাই পীথোক্খ্রে। চিঠিদু চিঠি উপুদা থাদখ্রবা তুংদা য়াম্না নীঙ্ঙমদনা মতোমতা কয়ারক্ হন্না কপচখি; চিঠিদুবু চিঠি উপুদগী অমুক্ লৌথোক্লীঙ্খি। থুনমক্ য়ুমদা থোরক্লুনা মাগী মমান্নবা দেবেন হৌরগা নমবোল এল সনোই কলেজদা মা লাক্লমগদ্রা য়েংবা চৎলম্মী। মানা বস তোংদুনা কলেজদগী মাগী খুঙ্গং তানা চৎপদু মমান্নবা দেবেনবু বসতুদা কাখৎহল্লগা ৱারী শাননবা থাখ্রে। মমান্নবা দেবেন্না "বীনারানী নঙ্ ঐখোয়বু খঙ্দ্রব্রা"? মা শুক্খুম্ খুম্লকতে। মাগী মমান্নবী অনী অদুনা করি কান্নদবদা মমিদা খাওশাদুনা তোক্কনি হায়হৌই তম্লে। দেবেনগা কান্তগদি মানা শোয়দনা খঙ্ফম্ থোক্পনি; অদুবু মানা শুক্খুম খুমদবদুদা দেবেন্দু য়াম্না ইকায়না গাড়ীদগী কুমথরগা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মতমদুদা কান্তদি সাইকন্না কন্না থৌদুনা বসতু তান্নরক্লিবনি; অদুবু বীনারানীদি মদু খঙ্খিদ্রে। কান্তা নোংমা মাগা স্কুল্ তম্মিন্নরকপা মরুপ্ অহুমগা মাগা পুন্না সাইকল অমমম্ তোংলগা বীনারানীগী য়ুম্

থিরক্লম্মী। চাউরবা পুখ্রি অমগী মমাংদা অরাওবা খোংবাল অমদা উরোক্‌থোঙ্‌ গুম্বা অমা লাল্লগা মখোয়গী য়ুম্ লৈরম্মী। মখোয় মরিনা পুখ্রিগী সিরিদা মা থোক্লক্‌পা ঙাইহ্রি। মাদি মতমদু ফৌশুদুনা লৈবা উরে। কান্ত য়ুমদি চুল্লে অদুবু মা অমুক্তং থোক্লল্লবদি খন্না-খন্না ঙাইদুনা লৈরিঙৈদা ফদি অমনা মকোক্ কুপ্লগা বালটিন অমনা লৈরাইদগী ঈশিং শোক্লগা মমাইদু ঈশিংদুনা তাথোক্লগা ঐখোয় ফল্লিবদুদা মাগী অরোইবা লৈসারিঙৈগী শক্‌ফমদো অমুক্তং উহল্লল্লগা অমুক্ চঙ্‌খ্রে। মাগী মফমদা করিগুম্বা ৱাহৈ অমফাওবা হায়নবগী তাঞ্জা ফংখিদে। মাসু করিগুম্বা খরদি হায়নীঙ্‌লমগদবা মানখি। তাঞ্জাদুদা গোজেন্দ্র মানা চঙ্‌খিবা লম্বী অদোমদগী অমুকু থোরক্লম্মী। খঙ্‌নরবসু কৌনরুদ্রে; মাসু মী অমগী পাখং অমগী থম্মোই চেল্লল্লবদি খরা মীনুংশি উৎপিবসু য়াবনি। য়াম্না নীঙ্‌বা কায়না মখোয় মরি সাইকলদা অমুক্ অরাপ্পা খুঙ্গংদগী ইম্ফাল তানা থৌরকখি। মানা ঙরাং পুখ্রি মপান্দা থোক্লক্‌পদু করিগুম্বা অমদি হায়নীঙ্‌লম্বা য়াই অদুনা হয়েং অমুক্কা চৎলুশি হায়দুনা মখোয় মরি নুমিৎ হুমনিগী মতুংদা অমুকসু মফমদুদা লাক্‌খি। অরাপ্পদগী মাইক্ খোংবা মখোল অমা তারম্মী। মাইকৈদু বীনারানী খোয়গী মাইকৈদনি। মখোয় ময়াম্ মরক্তগী অমনা মখোয়গী অদুৱাইদা ওইরল্লবদি ফগনিদা হায়। তাঞ্জাদুদা কান্তগী সাইকল টিউপ পোখায়বগী অহৌবা মখোল অমা থোরক্লম্মী। সাইকল ৱার্কশোপ্তা ফোৎননবা ইনশিল্লম্মী। দেবেন্না মাইক্ খোংলিবসিবু করিগীনো হংলুবনি। লুহোংবগীনি, বীনারানী কৌবী লৈশাবী অমা জীপ অমা তোয়না থৌবা কলকতাদা লাইরিক তম্বা ইনাক্ কৈরাক্ খুনবা য়াম্না ঙাওশিন্নবা নিপা অমগা ঙসি লুহোংলি হায়রক্‌পনি। মখোয় মরি ঙাইহাক্তং তুমিন-তুমিন্ লৈনখি। পাউদু তাবদগী কান্তা অস ! হায়রগা ঐখোয় হল্লসি হায়দুনা য়াম্না নীঙ্‌বা কায়না হল্লক্‌খি। য়ুম্ য়ৌরগা মাগা লৈমিন্নরিবা মমানা ইচাগীসিদি মশা খঙ্‌দনা থা তরুক্ নুংশিনৈ হায়বদুনিদনা হায়রম্মী। নোঙানবগা মানা মতম্ কুইনা লোক্তুনা থল্লম্বা বীনারানীগী চিঠিশিংদু লোইনা শেগায়রগা তুরেলদা থাদখি। অদুবু মাগী ৱাখলদি পুক্সিনা লৈরিমখৈ কাউবা য়াদনা কান্তগী থম্মোইদা লোৎতুনা অদুম্ লৈহৌরে। মতম্ খরগী তুংদা মাগী নুপানা চীঙ্‌মী নিঙোল অমা লৌরগা বীনারানী খাইনবীরে হায়বা পাউ তাখি। খর লৈরগা চীঙ্‌মী নিঙোল অদুসু খাইনরে; অনৌবা নুপী অমা অমুক থিরে হায়না তাখি। বীনারানী মাগা হক্তিন্নবগী পাউদি তাখিদ্রে! কান্তা মাগী থাবল চোংবগী মৈঙালদা হিগোক্ ফনেক্ শেক্তুনা খোঙুপ্ অঙৌবা মরী ফাবীদুগা লৈনা-লৈনা মখুৎ হাইদুনা চোংবদু হেক্তমক্ নীঙ্‌শিংলক্‌ই। ঙসিসু মা হিগোক্ ফনেক্কী মচু কোক্রি; হিগোক্ ফনেক্ শেৎপী হেক্ উবগা হন্না হেক্তা য়েংলুগনি।

অবাংবা পামেলদা শাৎপী লৈরাং অমা হেক্পা ফংদনা য়েংদুনা পামজনা লৈরিঙৈদো উ কাবা হৈবা নিপা অমদা পৈশা পীরগা নেক্লগা লায়না হেকহন্দুনা পৈশা পায়বগী নাপ্পগী লৈরাং ওইখিবা অরুবা থবক্ নত্তে। মাগী পুন্সিনা পক্চবা হিগোক্ ফনেক্ শেত্তুনা নুঙাইবা পুন্সি অমা লেনবা ওইরসনু। কান্তসু মাগী মরক্-মরক্ মঙ্লান্দা বীনারানীবু হিগোক্ ফনেক্-শেৎলগা উজবা ওইরসনু। অদুবু কান্তগী পুক্নিঙ্দা খনখি, মানা পুথ্রি মপান্দা থোরক্লগা ফদি অমনা মকোক্ তংখায় খুল্লগা পুথ্রিগী লৈরাইদা ঈশিং শোক্লগা চঙ্খিবদো করি হায়নিঙ্বা লৈবদগীনো ?

৬-১-২০০৩

# ঐগী ওইনাম খুলগী ডাক্তর বাবু

ইং ১৯৮০ গী আগষ্ট থাগী তাং ৩০ নি। ঐগী পুন্সিগী অহানবা ওইনা স্কুলগী ওজাগী পোষ্ট অমখক ফংদুনা ঐগী ইসেননুপা অমগা লোয়ননা য়ুমদগী চাক-ঈশিং থোংবদা চঙবা কোল-লিক খরগা, কম্বল, কাম্থা, বেদিংনচিংবা পুদুনা পোম্টিং মফমদা চৎলি। ইম্ফালদগী অয়ুক্কী পুং ৬ তা মাও চৎকদবা বস অমদা অৱাং বিওসিদগী তোংদুনা চৎলি। ঐখোয়না মরামদা থুংবদু পুং ১০.৩০ গুম্বা তারম্লগনি। মফম্ অদুদা লৈরম্বা মীশিংদা 'ওইনাম হিল' হায়রিবা খুঙ্গং অসি করম্বা লম্বীদা চৎকদবনো হংবদা মখোয়না তাকপীরকপা মতুং ইন্না চৎপা হৌই। অঙম্বা চীংমাই অমা পুংখায়মুক চঙনা কুমথরবা তুংদা তুরেল অমা লৈরম্মী। তুরেল অদু উগী থোঙ অমা থাই। তুরেল অদু বরাক তুরেল কৌই। মদুগী ঈচেলদুনা অসুম চেনখ্রগা জিরিবামলোমদা চেন্দুনা চৎথ্রগা অচৌবা বরাক তুরেলদা পুল্লুগনি হায়। থোঙ অদু লাল্লগা অসুম লাকপনা খুল অনী অহুমগী লম্বী খাইনফম ওইবা 'কোইদে খুন্নৌ' হায়না খঙনবা খুন মচা অমা লৈ। মদুদগী অমুক ওইনাম তাবা লম্বীদুনা তুরেল মচা অমগী মপান্দা চীংয়া ওইনা গোলাই মথেক কয়ামরুম্ লৈ-লৈদুনা চৎখ্রগা অরোইবদা ৱাংলবা চীংজাউ অমগী চীংখোঙদা থুংলম্মী। মরামদগী খোঙনা শাংলবা লমশাং অমা পুং মরিরোম চৎলবা মতুংদা অমুকসু ৱাংলবা ঙল্লবা চীংমাই অমমুক কাবা তারম্মী। পুরিবা পোৎসু মোনখাই অমদি লুমগনি। পুক্নিংদা চিংনবা ফাওরকই, ঐবু অঙম্বা চীমাইশিবু কাবা ঙমখিগদ্রা ? চৎতবদি য়াদবনা লুপ্লবা পোৎতু থোনগৎলগা অমুক অঙম্বা চীংমাইদু কাবা হৌরক্লম্মী। মিনিট ২০ মুক ৱানা কাখৎলবা কান্দা পোৎখাফম অমা লৈরম্মী। পুরিবা পোৎতু থারগা মিকুপ খরা মফমদুদা পোখারম্মী। ঐদি ৱাবনা তুরম্মী। শাওনীংবনসু লোইরে, পুক্নিংদা খল্লি হয়েংমক নোং ঙানবগা য়ুমদা অমুক থোক্লগে। অসিগুম্বা মফমসিদা ঐনা করিগী ওজা ওইগনি হায়দুনা লাক্লুরিবা, ঐসি ওষ্হোক্লা পঙখ্রেদা ? ঙাইহাক পোখারবা তুংদা পুরিবা পোৎতু অমুক থোনগৎতুনা চৎপা হৌরম্মী। অমুকসু খল্লি করিগীনো মখোয়না অসুক ৱাংবা চীংদোলদা ৱানা কারগা খুন্দারমলিবসিবো ? হন্দকমুক্তি ঙম্বগী চাংসু খরা হষ্ছরে, মিনিট ২০ মুক চৎলবা কান্দা পোখাফম অমসু লৈরম্লে। মদুদা ঙাইহাক অমুক পোখারে, হন্দক্তি অরোইবা শরুক্তমক ঙায়রে হায়না পাম য়াল্লুবা খুলগী মী খরসু

থেংনদুনা মখোয়গা লোয়ননা চৎমিন্নরে। হন্দক্কী অরোইবগী শরুকসিসু ঐঙোন্দদি আর্মিগী অকনবা সজাই চাবগা চপ মান্নরে। ঐ মীত্তগী পি শিন্থরক্লে, পুক্লিংসু য়াওনা কপ্লম্মী। মতমদো নুমিৎসু তাশিল্লক্লে। ৱানা-ৱানা অসুম লাকপনা অঙম্বা চীংমাইদু লোইরগা ফজরবা খুৎশেমগী লম্পাক অমা উরক্লে। লম্পাক্তুগী অরোইবা শরুক্তগী খরা চখোক্লগা আসাম রাইফলসকী কেম্প অমা লৈবা উরে। খরা অমুক মাঙদা চঙশিল্লগদি য়েৎলোমদা থেক্লিবা গোলাইদু লৈথোরকপদদি ঐনা ওজা ওইগদৌরিবা স্কুল, অদু লম্পাক অদুগী নোংচুপথংবা মাইকৈদা কয়া ফজনা লৈরম্লে। সাইন বোর্ডতা ইরি "ওইনাম হিল হায় স্কুল।'

অসাম রাইফলসকী কেম্প মনাক নক্লা চৎলিবা লম্বীদুদা অসুম তপ্না কাখৎলকপনা কিলোমিটর অমরোমগী ময়ুং ইন্না শাংনা তারিবা য়ুম ৩০০ লোমগী খুন্দুগী লম্বীদুদা লাকপনা ঐনা ওজা ওইগাদৌরিবা স্কুলদুগী এলদিসিগী য়ুমদা ওজা হেড মাষ্টরসু লৈরমদুনা মদুদা চঙলে। ঐখোয় লাক্কনি হায়দুনা চাকতি হান্নবা থোংবা লোইদুনা লৈরম্লে। খোঙ-খুৎ সেংনা হামদোক্লগা চানবা তৌরসি ৱানা লাকপনিনা হায়দুনা ঐখোয় পুন্না নুমিদাংদু চামিন্নরে। নোংঙাল্লগা হেড মাষ্টর অমসুং ঐগা লাকমিন্নবা ইশেননুপা য়ুমদা থোকমিন্নখ্রে।

নোংঙাল্লগদি খুনগী মী মথং-মথং শক তাক্লরে, স্কুল কাবসু হৌরে। পুক্লিংদা ঙরাং অঙম্বা চীংমাইদা ৱানা কারকপদা খনখিবা ৱাখলশিংদু মতোমতা নেমথখ্রে। ঐনা খুলগী অহলশিংদা হংই করিগীনো চীংগী খুলশিংশিনা ৱাংলবা চীংদোলদা খুন্দারিবসে? মখোয়না হায়-থায়না মমাংঙৈদা লান তৌনরিঙৈ মতমদা খুল লোম্নবা মীনা লান্দাবা লাকপদা অঙম্বা চীং কাদুনা ৱানা কাখৎলকপা মতমদা মখোয়না লায়না এটেক তৌননবা চীংদোলদা খুন্দারিবনি হায়। ঐহাক লৈফমগী মতাংদা অমুক খনবা হৌরক্লে। কেথোলিক চর্চ অমা খুনগী ময়াইৱাইদা লৈ। মদুগী মনাক্তা খুনগী ডিসপেন্সরি অমা লৈ। হায়রিবা ডিসপেন্সরি অদুগী মনাক্তা মদুদা পোষ্টিং তাবা ডাক্তর লৈনননবা ক্বাটর অমা লৈ। ময়াম্না ডাক্তর বাবু হায়না খঙনবা খুনগী মীনা য়াম্না পান্নবা মীয়াই চল্লবা সেরাম ইবোহল কৌবা ইম্ফালদগী কম্পাউন্দর অমখক খুন্দুগী ডিসপেন্সরি অদুদা পোষ্টিং তারম্মী। ঐনা খুন্দুদা ইহান হান্না থুংলুবা মতমদদি মহাক য়ুমদা থোকখি হায়দুনা লৈরমদে। খুনগী ওজা অমখক্লা মা হায়বিগে, মাসু মতোমতা লৈবনিনা য়াগনি হায়দুনা মাগা থবক তৌমিন্নবা ষ্টাফ অমদগী শো লৌরগা হাংদুনা য়ুমদুদা চঙলে। ঐহাক্কী য়ুমদগী য়াওরকপা ফি-রোল পুথোক্তুনা ফমুং শেম্লে, পুক্লিংদদি খল্লি ডাক্তর বাবু লাক্লগা মানা ৱারৌগদ্রা। হান্না অমুক্তসু উনখিদ্রিবা মীশক অমগী কাদা মশাগী অয়াবা য়াওদনা চঙশিন্দুনা লৈরুবনা ঐসিবু মাগী মফমদা য়াম্না তৌবা ঙম্বা মী অমা

ওইনা উখ্রগদ্রা ? নুমিৎ খরনি য়াম্না লাঙতক্লনা মাবু ঙাইবা তাখি। মতম অয়াম্বদা মাগী মরমদা মবুক-মপাও ফত্রা, শাওগনত্রা, য়াম্না চমত্রা, ৱাহং কয়া মাগী মরমদা খঙনিংনা হংখি। নুমিৎ খরনি লৈরগা নোংমা খঙহৌদনা ডাক্তর বাবু খোঙগ্রাও মঞ্জুনরবা অমগা জরসি মঞ্জুনরবা অমনে, মখুৎ নাম্মনা খাউ মঞ্জুনরবা অমদা করিনো খরা হাপ্লগা পুরক্রি, মখুৎ নাম্মনা চৈশু অমা পায়দুনা অঙম্বা খুনগী শাংলবা লম্বীদুদা হে..., হে..., হায়না কারক্রম্মী। মাগী শকফমদু অরাপ্পদগী উবদা য়াম্না চম্বা মী য়াম্না ফগদবা মাল্লি। ঐনা মা য়ৌশিল্লক্লবা তাঞ্জাদুদা খুদোংচাবা লৌদুনা হাইফেৎ ইকাইরপ তৌনা কাটরদুদা লৈখিবগী ৱারী তৌরম্মী। মাসু ইরাই লায়না য়াম্না পুকচেল তিংনা ফরে, ঐসু ইতোমতা লৈবা নুঙাইতদুনা ছাত্র অমগা লৈমিন্নবনি। নুমিদাংদা মা তুম্বা লাক্তত্রা হংই। ঐনা খুম্মী, মহাক তুম্বা লাকপসু য়াওই, লাক্তবসু য়াওই। ঐখোয় অনীগী য়ুম-কৈ, লৈকায়নচিংবা লৈফম মথং মথং খঙদোক্লরে। নুমিৎ নিনী হুন্নি অসুম্না লৈমিন্নরবা তুংদা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা থংনবা খুল ঐখোয়না লৈরিবা খুলসিদগী মীনা য়ুম্নাক খরা চৎলগা খুন্দাদুনা নৌনা শেমখিবা খুল 'ঙমচু' হায়বা মফমদুদা ঈরিল তুরেলগী হৌরকফম ওইবা তুরেল অমসু চেল্লি। মফমদুদা খোই চোপ্পা চৎলুসি হায়দুনা ঐখোয় অনী চৎমিন্নে। খুন্দু য়ৌরগা তুরেল তান্না চৎলগা খোই চোপ্লুই। কয়া হৈতবনা ঙাদি কয়া ফাদে। মখোয়গী মফমদুদা ঙা ফাবগী মওং খরা য়েংলগা হল্লকই। খ্বাংদা তুংগোল অমা থৌরিনা পুল্লি, মখুত্তা নুঙথং অমা পায়। তুরেল খোংনুংদা নুং য়াম্না তারি ঈশিংসু খুজেং য়ৌবা, খরা হেন্না লুবা, য়াম্না লুবদি নত্তে। নুঙগী মখাদা ঙানা লোত্তুনা লৈ হায়বসি ঙা থিরিবা মীদুনা খঙই। মানা পায়রিবা নুংথং অদুনা নুং অদুগী মথক্তা পোপ লাওনা থাগনি। মখাদা লৈরম্বা ঙাদু নুঙদুনা মথক্তা য়ৈথরকপদুদা শোকপা, মকোক ঙাওবা য়াওদুনা ঈশিংদা মকোক্তু মথক্তা থাঙ্গৎতুনা চাদুনা চৎলি, মতমদুদা মানা লায়না ঙাদু ফায়। অসুম্না মাগী তুংগোলদু মীতৈ ঙমু চীংগী মহাও লৈরবা ঙাক্তনা থনগোক তৌনা ফাবা য়াওই। নুমিৎ তাশিল্লক্লদৌরে, হল্লসি হায়না কারকপদা ঐখোয়গী স্কুলগী ছাত্র অনীখক থেংনরে। হয়েং চৎলো নুমিৎসু থেংলে, মখোয়গীদা অহিং লৈখ্রসি হায়-রে। ফরে হায়দুনা অহিংদুমা ছাত্রগী য়ুমদা সেবা নীংথিনা তৌবীদুনা লৈরে। নোঙাল্লগা হল্লক্লে।

ডাক্তরনা ডাক্তরগী থবক ওজানা ওজাগী থবক, ঐসু ঐগী শিনফমদা পুক্লিং চঙবা হৌরে। মাসু মাগী শিনফমদা পুক্লিং চঙনা লায়েংবগী থবক তৌই। মানা খুলসিদা মমিং চৎপা ডাক্তর অমা ওইনা মিংচৎ লৈনা য়াম্না চেকশিন্না অনাবা মশক খঙনা লায়েংবগী থবক তৌবনা থংনবা খুলগী অনাবা কয়াসু মানা লৈবা মতমদদি পুদুনা লায়েংবা লাকই। লাইয়েংবদুসু অয়াম্বনা ফখিবা ঙাক্তনি। ঐসু মাগা লৈমিন্নবনিনা মানা

চৎপা খুদিংগী অদুম য়াওরে। ঐসু লাইওং মখল মখলগী মাগা তানদুনা ফন য়াম্না খঙহৌই। মানা খ্বাইদগী হৈ হায়না লৌরিবা মরুওইবা লাইয়েংদি অঙাং পোকপা অসিনি। পুক্লুংদা শিরবা অঙাংগী মমাদু অহিং অমা লাক্লদুনা লৈরবা কান্দা থংনবা খুন্দা চত্তুনা মানা ওপরেসন তৌদনা পুক্লুংদগী অঙাংদু মখুৎনা অশোয়-অঙাম য়াওহন্দনা চিংথোক্লুনা মমাগী মথ্বাই কনবগী থৌদোক অমখক লৈখিবদগী মাগী মিংচৎ হেনগৎখি। ইম্ফালদা পুননবা গাড়িসু লৈতবা লায়েংবদা চঙগদবা পৈশাসু লৈজদবা শিরবসু চঙলবসু লাইবক য়েংবীদা অচেৎপা থাজবা পুক্লিংদা থমদুনা মীওইবা অমগী পুন্সি কনবিরিবা নিপাসি অচম্বদি নতেকো? পুন্নমক্লা মাবু ডাক্তর ইবোহল লাইনি হায়না লমদমদুদা ঙাঙনৈ। থংনবা খুলগী মী অয়াম্বনা মাবু মশক খঙই। থংনবা খুলগী অনাবা কৌবা লাক্লবদি মানা চৎপদা ঐসু অদুম য়াওরে। খাউ অমদা হৈজ্রাং অমগা তিলহৌ খরা, চনম খরা, য়াইঙং খরা, অচা-থাউ খরদি শোয়দনা পুরগা চৎলি। লৌরক্তা য়োকপা কম্মন কার্প নৎত্রগা চিক্লন অমদি সোয়দনা পীরক্কনি। মদু শেম্লগা থোংবনা ঐগী ইথৌনি। পৈশাদি পীনদে।

নোংমা অয়ুক অমা নুপা অমা লিননা চীক্লে হায়দুনা চেল্লকই। লিন অদুসু হাৎলগা পুরকই। লিন্দু হায়বা মহু কনবা লিন মখল অদুনি। অনাবদু খুনগী চৎনবী তিম্হোক অহিংবা অমা য়োৎখ্রে হায়, মদুনা হু চেলহন্দে হায়না লমদুদা চৎনৈ। লিন্না চিকখিবা মফম অদু ব্লেদ অমনা কারন শানা ইঞ্চি অমরোমদি শাংনা লেনথৎলে। চীকখিবা মফমদগী খরা কাখৎলগা মথক্তা ফিনা চেৎনা পুনশিল্লি। ব্লেদনা লেল্লবা লিননা চীকখিবগী মখুন্দগী য়ারিমখৈ মেৎ-মেত্তুনা হু-চেনবা ঈদু খুৎনা মেৎথোকই। হু য়াওবা অমুবা ঈদু খরা মেৎথোকখ্রবা তুংদা অশেংবা ঈগী মচু লাকই। মতমদুদা মানা পোটাস খরা হাপচিল্লি। অশোকপা মফমদু ফজনা প্রেক-প্রেক লাউনা শৌদুনা চাকথেকই। অসুম্না পোটাসনা চাক্লবা মফমদু মৈনা পোকপগী লাইয়েং তৌরগদবনি হায়দুনা হিদাক মোলোমনচিংবা তৈরগা বেন্দেজ পুনশিল্লগা থাদোকখ্রে। ঐনা খল্লি, লিন্দুনা চিকপদি শিগল্লি হায়নৈ, নহানগী নুপাদুবু শিরম্লগদ্রা? হুন্নি শুবা নুমিৎত্তা মখুত্তা নোংমৈ অমা পায়রগা জঙ্গলদা শা তানবা চৎপা উরম্মী। অনাবদু অদুম ফখ্রে।

খুন্দুদা চহী য়াল্লবা অহল অমা ফৈরুগী শরুগী জোইন্দা শরু চাবগী লায়না কেন্সরনা নারম্মী। মনুংদা নাই ওমখৎতুনা চীকপনা খাঙবা ঙমদ্রবদা মশাদু লাইহৌ কন্না তৌরম্মী। মচাশিংনা ইম্ফালদা পুদুনা লায়েংবসু ঙমলমদে। ইম্ফালদা ওইরবদি এক্সরে লৌদুনা, ব্লদ টেষ্ট তৌদুনা পৈশা য়াম্না তিংলগদবা অনাবনি। অদুবু মানা অসুম্না হায়রম্মী-অনাবসি শোয়দনা শিরগদবা অনাবনি, অদুবু মাগী খাঙবদা ব্বারীবসি মতম খরগী কোকহনসি হায়রগদি লেনখায়রগা মাগী মনুংগী নাইসি লৌথোকপা তাই। নখোয়না

য়ারগদি ঐ লৌথোকপীগে হায়দুনা মমখ্রবা ইমুংদুদা লেনটর্ন অমগী মঙান্দা ওপরেসন তৌরে। মনুংদগী নাইদু সিরিঞ্জ অচৌবা অমনা কয়ারক হন্না চিংথোক্লে অদুগা মফমদু ফোৎচিল্লগা হিদাক হাপ্লগা বেন্দেঞ্জ তৌবীরে। মনুংদা ওন্নম্বা নাইদু লৌথোকখ্রবনিনা চীকপদু ফরবনিনা অহিং কয়া তুমদনা চৈনাখোল খাঙদুনা ৰারন্নবা অহন্দুবু অহিং খরদি তুমহনখি, অনাবা ফরে হায়দুনা য়াম্না হরাওজরুরবা অহন্দু খরা লৈরগদি সংসার অদুম থাদোকখ্রে।

নোংমা ঐনা স্কুলদগী ছুটি থারগা হল্লকপা মতমদা থংনবা খুন্দগী ডাক্তর বাবু কৌবা লাকই। অঙাং পোকপগীনি হায়। ডাক্তর বাবুনা ঐঙোন্দা ওজা কান্দেস এঞ্ছাং অহাওবা চারুসি 'থিংবা খুন্নৌ' চৎলুসি। ঐসু হরাউনা য়াই য়াই বাবু ঐ য়াওজগে হায়দুনা খাউ অমদা ঐগী পোৎলম খরা হাপচিল্লগা মখোয় অনীগী মতুং ইল্লম্মী। খুন্দু য়ৌরগদি অঙাং পোক্কদৌরিবা নুপী অদু নুমিত্তুদা নুপা ময়ুমদা থিল্লকপদা ঙায়রিবা ওইরম্লে। কনানসু থওইনা তৌবীদ্রে। লৈশানা মীরোনবা অঙাং ওইরম্লে। খুনগী গাওবুরানা বিচার তৌবদা নিপাসিগী মচানি হায়বদগী নিপা ময়ুমদা থিল্লকপা ওইরম্লে। ঐখোয়গী চানবসু অমত্তা শীল্লক্লে। ডাক্তর বাবুনা ওজা কান্দেশ নঙগী নদাওসি য়াদেহে হায়। ঐসু করিসু কায়দেদা হায়না খুম্মী। অঙাংদি মচানুপা অমা পোক্লে। অদুবু হরাওবীনবা কনাসু য়াওদ্রে। নুমিদাং য়ৌরক্লবা কান্দা লৌরক্কী ঙা মচা অনীগা দশ কুশ অহুমগা পীররে। নুমিদাংদু মদু থোংলগা চারে। অহিংদুমা খুন্দুদা লেক্লে। মথংগী নোঙানবদা লৈশাবী অমা কন্না নারে হায়দুনা থুনা লাকপীয়ু শিগদৌরে হায়ররে। পরপ-পরপ চত্তুনা য়েংবা কান্দদি খোঙ হামদবদগী অমাংবা য়ৈখৎপনা কোক ঙাওবা ওবা তৌদুনা লৈরম্লে। থুনা-য়াঙনা এনেমা তৌদুনা মখোঙ হামদোকহল্লে, অদুগা ড্রিপ অমা কাপ্পীরে। মখোঙ হামদোকখ্রবনিনা মশাদু চানীং-থক্লিংবা পোক্লককপগুম ঐখোয়না চাক চাবা উবদা চাক চানীংলে হায়রক্লে। অসুম্না হিদাক খরা ইরগা মরামদগী লৈরগা চাং নাইনা চানবা তাকপীরে। মমা মপানা হরাউনা য়েনবা অমা পীরক্লে।

খুনগী ফমফম পরেং শানা নুংপাক থাদুনা থল্লিবদুদা অহল মঙা তরুক ডাক্তর বাবু ঙাইদুনা ফমলম্মী। মৈতৈরোলসু শেংনা থোক্তে, মাগী মাগী য়াশিংদো লোইনা কাখৎনদুনা নোম্লগা য়াশিংদো উৎলি। ডাক্তর বাবুসু হান্ননা খঙবজাৎনি মাগী য়া শৎনবা খুৎলাইদু লৌথোক্লগা য়া অমমমদি লোইনা মথং-মথং শৎপীরম্লে। ঐনা খল্লি মসিগী অহলসিগুম্বা ৫০, ১০০ দং মণিপুরদা লৈরম্লবদি লৈবাকসি ডাক্তরগী অৱাৎপা লৈরম্লোই। মহাক হৌজিক থবক্তগী রিটয়ার্দ তৌরে। অদুবু অনাবদি মাগী ময়ুমদা পরেং শানা নুংতিগী লেপ্পরি। করিগীদমক মানা অনাবা খুদিংমক য়াম্না চেকশিন্না য়েংবীবগী। পৈশাসু অয়াম্বনা লৌদে। ঐসু নারক্লবদি মাগা হেক্তা তানগনি, ইশাগীসু

ইমুংগীসু। মাদি ঐগী ওইনাম খুলগী ডাক্তর বাবুনি। অনাবা খুদিংগী লাইওং অয়াম্বা মানা খঙদবা পংয়াও য়াওদে। থরায় য়াম্না য়াওবা মথৌদা পুক্লিং চঙনা মাগী শিনফমদা কৎথোকপা য়াম্না এক্সপিরিয়েন্স লৈরবা নীপা অমনি। ইখোল কোইবা, ঙা-য়োকপা, যণ লোইবা, খোই য়োকপা, উচেক মচা মচা কয়াসু য়ুমদা য়োকই, উসু ফজনা শুই, মানা হৈতবা লৈতে, লৌসু উই, মশাদা অহাংবা মতম শুকফং ফংজদে। মবুকসু ফবনিনা মীনা কৌররবসু হরাউনা চৎকনি। ফিজেৎকিদমক্তি মশাদা করিসু নাচুংদে হরাই শেন্দল অমগা য়াম্না চম্না লেঞ্জবনা মাগী পামজবনি। অদুবু মগুনদি মাবু মুন্না মশক খঙবা মীগীদমক্তি মহাক অসি মণিগুম্বনি। ঐগী মফমদসু মহাকসি মণিপুরগী মণিনি হায়জনীংই।

ঙসিগী কম্প্যুটরগী চাওখৎলবা মতমসিদা লমদমসিদসু লাইয়েংনবা ডাক্তরনা শীজিন্ননবা ফর-ফরবা অনৌবা খুজু-খুৎলাই কয়াসু য়ৌরক্তুনা লায়েংবগী থবক্তা শিজিন্নদুনা মখল-মখাগী অনাবা কয়া য়েংদুনা ফহল্লি। অদুবু শেলদি অঙকপা ফংনা চঙনরি। মসিনা অরৈবা সহরগী লমগী ৱারীনি। সহরদগী থাপ্লবা চীংনুং-মান্নুং গাড়ী য়ৌদবা মফম কয়াদা মরাইবক থীরবা লাইরবা মনিপুরগী প্রজা কয়ানা খুন্দারিবা জগাশিংগীদমক্তি পৈশা তিংদনা অহোংবা হিদাক্লা লায়েংদবা য়াদবা অমা হৌজিকসু ওইরি। অনৌবা মখলগী অরুবা লায়নাগী শরুক্তি মখোয়গীসু থুংবীরি। মখোয়না খঙজদে করি হিদাক্লা করম্বা ডাক্তরনা য়েংলগা অনাবা ফগনি হায়বা, ঈ টেষ্টনা, এক্সরেনা করি তৌরিবা হায়বা। মখোয়গী হায়ববু চাননবা খরা চহী অমগী কন্না শুরগা মতম চানা থমহৌবা, থুম বোড়া অমা অনী লৈরবদি য়ারে খঞ্জবনি। অসিগুম্বা লমদমশিংসিগী ওইনদি ডাক্তর ইবোহলগুম্বা নীংহন্নদবা অনম কনবা, মানা তৌবা থবক্তা মায় পাক্তবা য়াদে হায়বগী অচেৎপা ৱাখল চেনবা, পৈশাগীদমক নাচুংদবা মীওই চাম্ম-চাম্মগী দরকারনি হায়জনীংই। গবর্নমেন্টনা পীরকপা হিদাক শীজিন্নদুনা লাইরবা প্রজাগী মরক্তা য়াওরকপা ওইনাম খুঙ্গংগী অনাবা কয়া কয়া মানা ফহনখ্রবনি। মহাক্তি অতোনবশিংগী অশেংবা মরুপনি। ঐখোয় খুদিংমক ঙসিগী সমাজদা মাগী মতৌ তমজবা তঙাইফদ্রব্রা খঞ্জে। ঐগী ওইনাম খুনগী ডাক্তর বাবু তোল্ল-তারবা অনাবশিংগীদমক মতম কুইনা পুক্সিদুনা সেবা মখা তানা তৌবা ঙমহনবীবা ওইসনু হায়না ঈশ্বরদা তক্তনা নিজরি।

*ৱারিমচা অসি নুংতিগী ফোংবা মণিপুরি পাউ-চে 'সঙাই এক্সপ্রেস' তা তাং ১৯/২/২০০১ গী ইশুদগী শরুক অনিরক থোক্লা ফোংবিখ্রে।।*

# ঐসু কাবুলিৱালানি

মতমদু ঐহাক্ গুৱাহাটিদা বি.এস.সি. থার্দ ইয়ার তল্লি। ঐনা তম্বা কলেজগী মমিংনা "প্রাগজ্যোটিশ কলেজ' কৌই। ইংশোক্ ১৯৭৪ দনি, ঐহাক্ লৈবনা 'লিবিস মেমোরিএল' হোস্টেলদা লৈ। খৃস্টানশিংগী হোস্টেলনি। ঐগী ক্লাসমেট গারো মচা মিঃ এলবর্থন জি. মোমিন কৌবা অমখক্কা ঙাংনদুনা লৈবনি। গুৱাহাটিগী পান বজার মনাক্তা ব্রহ্মাপুত্র তুরেলগী মপান্দা নেসনেন হায়রে ৩৭ না তুরেলগা হোস্টেলগা অনীগী মরক্তা থল্লগা লৈবনি। মতমসিদা ঐগী মরুপ্ প্রেমকুমারগী মমা ঐবুসু মচাগুম্না য়াম্না লুনা তৌবীবা অসামদা লৈখ্রবা মনিপুরদগী হৌথিবা ইমা অসিনা মহাক্কী-মনিপুরদগী মখোয়গী শাগেগী মচা থোক্পা মতমদুদা গুৱাহাটি য়ুনিভর্সিটিদা ওজা ওইবা অমবু ঐগা শক্ খংনহল্লম্মী। ওজা অসি মতমদুদা ইউ. কেদগী ইর্বর্দিন য়ুনিভর্সিটিদগী জুলোজিদা পি.আইচ.দি ফংলগা থোরকপদমক্ ঙাইহিবনি। মমিংনা ডাঃ ঐচ. তোম্বী কৌই। মনিপুরগী শাগোলবন্দ য়েংখোম্ লৈরক্তা লৈবনি। ওজা অসিগা খংনবদগী মাগা লৈমিন্নসি মাগী ক্বাটরদা মা মতোমতা লৈগদবনি হায়বদগী ঐসু ঐগী হোস্টেল থাদোক্লম্লগা মাগী ক্বাটরদা লৈমিন্নরে। নৌনা শাবা ক্বাটরনি, পুম্নমক্কী মতাইদনি। চীংগী লৈবাক্ অঙাংবনা নৌনা থোনবা লোইহিনবদা ঙাইহি। ঐনা ঐগী পামজবী ইংখোল কোইবা, পোৎ-চৈ থাবা য়াগনি খনবদগী নুঙাইবা পোক্লম্মী। লফু, অবাথবী মথং-মথং থারম্মী। হৱাই-চানা, হৱাই মঙ্গল হুল্লি। য়াম্না নুঙাইবা অমনা খামেন অশিনবা ফৈদোম্ অমা থারুবা অদুনি। কয়া ফজনা হৌরে, মহৈ পান্দুনা হেক্পা ঙল্লমদে। থংনবা ক্বাটরশিংদা পু-পুদুনা পীরুরে। মমৈদা য়াম্মনখিদুনা খামেন অশিনবা করবার তৌবা বীহারী অমা কৌরগা মঙোন্দা পীরগা য়োলহল্লি

ঐখোয়না লৈরিবা ক্বাটরগা থংনবদা ওজা অশোক্ গোশ্বামী, মাগী নুপী ভাইদু, মচা নুপী চহি মরিগী মীমু (দরসনা) থা তরুক্কী মচানুপী বুনী, থবক্-ইনখাং শুনবা লৈবা সরলা য়াম্না নুঙাইনা লৈ। ঐখোয়গী ক্বাটরদনা ওজা তোম্বী, ঐগীনা তামোতোম্বী ঐখোয় অনিতা লৈ। ওজা অশোক্ গোশ্বামী সংসকৃতকী ওজানী। য়াম্না খঙ্-হৈবা ওজা অমগী গুণ ফজনা চেনবা মীশক্ অমনী। বা ঙাংবসু য়াম্না শেংনা মীনা তাবদা ভাব তানবা ঙাংই। মচানুপী মীমু মশক্ য়াম্না নুংশিবা কুচু ঙৌরোক্ ঙৌবা মপোপ

মতাং ফবা অঙাংনি। মশমদু জ্বাই জ্বাই লাউনা তাই, লুমাংদা শাই কক্লই। ময়া ঙৌরোক্ ঙৌই, মমিৎ লাওই; অয়াম্বা মতমদা নোক্তুনতা লৈ। মমানা তাক্পা মাল্লি, ঐঙোন্দা মাম্মা কৌই। ঐনা মমাদা ভাইদু কৌই। অসামি লোন্দা 'ভাউদু' হায়বদি ইচে, নুপীদা ওজা কৌবসু ভাইদু অদুম্ কৌই। মখোয়গীসু মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মদা মাম্মা অদুম্ কৌই। ঐখোয়গা মান্নবদুদা ঐসু নুঙাইবা ফাওই। করিগীনো খংদে, ঐনা অঙাংশিংবু য়াম্না পামজৈ, অয়াম্বা মতম্দা অঙাংগা লৈমিন্নরগা নুঙাইবা পোক্ই; মখোয়গা তিন্নরগা ৱারী শারগা ফাগি তৌরগা নোক্পদু কয়াদা নুঙাইজরিবা! অসুন্না ইথন্ত লৈবদা নুঙাইরক্তবা মতমদা মখোয় কৌরগা হেক্-হেক্ মতম্ লেপ্লি। ঐখোয়না লৈরিবা কাটরগা হেক্ মায়োক্লবদা ডাঃ মুঃ টইহের কৌবা জোগ্রাফিগী ওজা অমা লৈ। নোংমতা ঐখোয়বু কৌদে। য়াম্না শাথিবা মাল্লি। মতমদু গুৱাহাটি য়ুনিভর্সিটিগী এম.এ., এম.এস.সিগী পরীক্ষা তৌবা মতম্নি। ওজা টাহের ইনভিজিলেটর তাবনি। মমাংগী এম.এ. প্রিভিয়সতা ফার্স্ট তাখিবা ছাত্রি য়ুনিভর্সিটি হোস্টেলদা লৈবা দরং কলেজগী ভাইস-প্রিন্সিপালগী মচানুপী মমিংদি নীংশিংবা ঙমদ্রে, অমা পরীক্ষাদা নোট তৌরুরে। ডাঃ টাহেরনা নুপীমচাদুবু ৱার্নিং পীদনা ফারগা তানথোক্খিরম্মী। ইকায়বদগী উংদুনা থোক্খ্রগা থুনা য়াংনা মাগী হোস্টেলগী কা হাংদোক্লগা মাগী চানুং লোনবগী শীজিন্নবা কেরোসিনগী স্টোপ্তা য়াওবা কেরোসিন্না মশাদা লুপ্না হৈজিল্লগা মৈখেৎ খেত্তুনা মৈ থাজদুনা শিজরম্মী। ইকায়বদগী পাউদুতারবা ফাওবদা অপোক্পা মপাদো মচাগী অশিবা হকচাং লৌবা লাক্খিদে। য়ুনিভর্সিটিগী গাড়ী অমনা দরং কলেজ, তেজপুর তানা অশিবা হকচাংদু থিনখিবগী ৱারী অমা লৈখি। মদুগী পাউদু খংবদগী মাবু উরগা ঐসু কিবা ফাওরম্মী মহাক্কী নুপীদু এম.এনি, থবক্তি তৌদে; মশক্-মতৌ য়াম্না ফজে। অদুবু মাগী নুপীসু ঐখোয়গা ৱা কয়া ঙাংনদে। মচানুপী চহি তরেৎ-নিপালগী 'নিতা' কৌবী অমখক্ লৈ। মীমুদগী নিতানা খরা হনগনি, চাউবসু খরা হেল্লি। করিগীনো খঙদে, ঐনা নুংতিগী মীমুনা স্কুল চৎলমদাই খুদিংগী মীমুবু হেক্তা য়েংনীংলুই। লাইরিক্ পানা-পানা নুংতিগী-মতমদু হেক্ য়ৌবগা মীমু থোরক্লরা য়েংবা থোরকনি। মানা গেৎতু হাংদোক্লগা থোরক্পদা ঐনা মা তান্নবা "মীমু" হায়না কৌই। মাসু "মাম্মা স্কুল জাবোদে" হায়না মখুৎ হেক্তা হাইরম্গনি। মাগী অঙৌবা ময়া পরেং, লাওরবা মমিৎ অনী, নুংশিরবা অঙাংগী য়েংনীঙবা মায়থোঙ্ ঐঙোন্দদি ঐগী লুনা তিন্নজবী লাইথিনি। হিগোক্ মচুগী স্কট, অঙৌবা ফুরিৎ, অঙৌবা রিবোন্দুনা মশমদা ফারি; খোঙুপ্ পমশু, অঙৌবা খোঙ্মোজা, পুন্নমক্তু মঙোন্দদি লাইমচাগুম, ঐগী মিৎতা উই। মনঙ্গন্দা লাইরিক্ খাউ অমসু য়াল্লি; মখুৎ নাম্মনা ৱাটর বেক অমসু পায়রি।

নোংমদি মীমু মাগী খোঞ্জেল ব্রো-ব্রো লাউবা মখোলদুদা কন্না কপ্লম্মী। মমানা করি করিনো পঙ্‌ঙাঙ্‌ ঙাংলি। স্কুল চৎলমদাইনি; ঐনা ঐখোয়গী ৱাটরদগী মানা কপ্পদু তাবদা নুঙাইতবা ফাওদুনা শম্বল ৱাংমদগী শম্বলদু পায়রগা হংই — "মীমু করিগী কপ্লিবনো? মাম্মা লাক্কে; নঙ্‌ করিগী শাউরিবনো"? ঐগী খোঞ্জেল তাবদগী মা কপ্পগী মখোলদু নেমথখ্রে; হিক্কা -হিক্কা কপ্পা তোরূবা লাক্লরম্মী। ঙাইহাক্‌ লৈরগা মমিৎতো কপ্পুবগী ইঙাঙ্‌-ঙাঙনা স্কুল চৎনবা থোরক্রে। ঐনা গেৎতা মা থোক্লকপা ঙাইরগা লুপা অনীখক্‌ পীরম্মী। লৌ হায়বা য়ারমদে অদুবু ঐনা নমদুনা মাগী ফুরিৎখাউদা হাপ্পীরে। ঙসিদি মা ঐঙোন্দা "মাম্মা স্কুল জাবোদে" হায়রমদ্রে। নুমিৎতুগী নুমিদাংৱাইনি মীমুদি ঙসাই স্কুল চৎলমদাইদা ঐঙোন্দা "মাম্মা স্কুল জাবোদে" হায়না মখুৎ হাইরমদবা অমদি শাউবনা মরম্‌ ওইদুনা ঐনা পীবা পৈসা লৌ য়াদবদুগী ঐ শাউরমগদ্রা হায়দুনা মীশিং-মীরুগী হৌনবী ঐঙোন্দা মাগী অঙাংগী নৌরিবা চমজরবা পুক্লীংদুনা শেংদোক্‌চনীংবা জাৎনি। ঐখোয়গী গেৎতা চংবসু হেক্‌ ঙমদবা, মায়োক্নবা নিতাখোয়গী গেৎতা চংলগা নিতাগা লোয়ননা থোরক্‌ই। তাঞ্জাদুদা ঐসু মাগী মতৌদু য়েংনীঙদুনা থোঙ্‌ হাংলগা মপান্দা মখোয়বু য়েংবা থোক্লম্মী। ঐবু উরগা মমাইদো ইকায়রপ্‌ তৌনা লৈথোক্‌ই। ঐনা "মীমু নঙ্‌বু মাম্মগা খৎনরব্রা? ঐখোয়দা চংলক্লরোইদ্রা" হংই। ৱাহৈশিংদু হায়রুবদগী নিতাগা মাগা মাং থংবা অমুক্‌ ইন্নদুনা লৈরে। অসুন্না নিতানা মাং থংলগা নিতাগী মতুংদা ঐ উদনবা লোৎলগা চংলক্লে। ঐনা নিতাগী তুংদগী লাম্লগা মখুৎ মচাদুদা ফারম্মী নুংশিনা পম্লগা মখজাইদা চুপ্পীরম্মী। ঐনা ঙাইহাক্‌ পম্লগা ঙসাই মানা শাউবগী মরম্‌ হংলম্মী। মীশিং মীরুন্নিনা করিসু হায়দোক্তে। অদুদগীদি ঐনা সিনেমাগী কিশ্বর কুমারনা শক্‌পা "মামি বোলো বোলো, পাপা বোলো বোলো, পাপা চোর মামিসে, মামি চোর পাপাসে, হায়বা ঈশৈদো মমা শারগা অমুক্‌ শক্‌, মপা শারগা অমুক্‌ শক্‌, অঙাংমচা শারগা অমুক্‌ শক্‌পদুদা মখোয়দি ঐবু অদুম্মাইনা য়াম্না মান্না শক্লক্কনি হায়বদি থাজরুদবা জাৎনি। অমুক্‌ শক্লুবদগীদি অমুক্কা শক্‌খো অমুক্কা শক্‌খো হায়দুনা ঐগী নঙ্গলদা ফুবও, কাখৎপও তৌরক্লে। ঐনা তানীঙ্‌বা ঈশৈদি হয়েংগী খর খাক্লগে নুমিৎ তারে নখোয়শু চৎলো হায়রম্মী। মখোয় নোক্‌-নোক্‌তুনা গেৎ হাংদোক্লগা থোকখিরম্মী।

পরীক্ষা লোইদুনা মতম্‌ খর য়ুমদা থোক্লক্লম্মী। য়ুমদা থোক্লকপা মতমদা মীমুবু তত্তুনা নীঙশিংলম্মী। গুৱাহাটি চঙলমদাইদা নোংমা ঐনা কৈথেন্দা চত্তুনা মীমুগী হাওফি মচা মানা ইনবদা চুনগদবা থিরম্মী। পীক্তক্‌ তৌবা অনীখক্‌ লৈরম্মী। ঐনা অমনা মীমুগী অমনা নিতাগী ওইনবা লৈবীরে। গুৱাহাটি য়ৌরগা মীমুদা অমা নিতাদা অমা কৌরগা পীরে। ময়ুমদা থুনা চেনখিদুনা মমাশিংদা তম্লুরে। মমাশিংসু হরাউনা ঐবু

থাগৎপা ফোঙদোক্লম্মী। অসুন্না মতম খরা লৈরগা ঐগী পরীক্ষাসু লোইবগা তামোসু মনিপুরদা হল্লক্‌পগা মপা চানদুনা মখোয় লোইনমক্তগী বিদাই তৌরক্নে।

গুৱাহাটি থাদোরক্লবা তুংদা ঐনা ওজা অশোক্ গোশ্বামীদা চিঠি অমখক্ মীওইবগী নুংশিনবা মতম্ খরা হিংলিঙৈদা লোয়নখিবগী মরমদা ইরম্মী মানা য়ান্না থুনা রিপ্লাই হল্লক্‌খি; মরোলসু য়ান্না পুক্নীং পেলহনখি।

চহী কয়া হৌখ্রে। ঐসু থবক্ তৌরে; নুপী থিরে; ইচানুপী অনী লৈরে। মতমদো গুৱাহাটি থাদেক্লম্বা মীমুগা কায়নখিবা চহী তরামঙাগুম্বা ওইরম্লগনি। নোংমা ঐ গুৱাহাটি চৎপদা মীমু অমদি মাগী ইমুং নীংশিংলক্লুনা গুৱাহাটি য়ুনিভর্সিটিদা চৎলি। য়ুনিভর্সিটিগী বসতা চৎলগা বস স্টেন্দগী খোঙ্‌না ঐখোয়না মতম্ অমদা লৈরম্বা ক্বাটরগী লম্বীদা অদুম্ চৎলি। ঐখোয়না লৈরম্বা ক্বাটরদু গেৎ শো-লোন্দুনা লৈরম্বনা কনা লৈরিবগে হায়বা খংলক্তে। হৌরিবা অৱাথবী পাম্বী, লফু পাম্বীশিংদুবু ঐনা মতম্ অমদা থারম্বদুবু ওইরমগদ্রা পুক্নীংদা হংজখি। ঐনা লৈরম্বা কাগী থোঙনাউ অদুনদি ঐবু অমুক্তংদি চংলক্‌খো হায়না কৌবগুম্ পুক্নীংদা ফাওরুরি। পূন্নমক্ মতম্ মানা হুমদুনা পুখিদুনা মতম্ অমদা ঐনা নুংতিগী পায়দুনা নোং ঙানবগা হাংদোক্‌পা, নুমিৎ তাবগা লোনশিনবা ঙসিদি মতম্না পুখিদুনা মীগী অমুক্ ওইহৌরে। পুক্নীংদা খল্লি, ফরে থোঙনাউ নঙ্‌সু লৈমিন্নৌ তম্লমদবনা কায়নবা তাবনি। নঙ্‌সু ঐবু কৌরক্লনু, ঐসু নঙ্‌বু কাউনবা হোৎনরগে। মিকুপ্তুদা আসা অমদি মীমু উনীঙ্‌বগী লাংতক্লরিবা থম্মোই অদুনি। নীঙ্‌শিংলক্‌ই নোংমা "মীমু মাম্মগা গুৱাহাটিদা লাইরিক্ তম্বা মনিপুরি মচাশিংগী ফ্রেসর্সমিৎ য়েংলুসি হৌবদা হরাউ-হরাউ ঐসু চৎকনি হায়দুনা মাগী স্কটতুগা ফুরিৎ য়ুনিফোর্মদু শেৎলগা ঐগী খুদোম্বী পায়দুনা ইন্নখিবা। তামোগী মচা থা তরুক্কী অদুমসু ঐনা পল্লি। ময়াম্ ফোটো লৌবদা মাবুনা তামোনা পল্লগা ঐনা তামোগী মচা পল্লগা হরাউনা য়াওখিবা। মাগী ফোটোদা তারিবা শক্‌ফমদুনি ঐনা নীংশিংলিবা। য়ুমদুদগী হরাউ-হরাউ মাম্মা হায়না কৌরক্কদবোই নীংলুবনি। অদুবু মখোয়সু মখোয়গী হান্নগী ক্বাটরদুদা লৈরমদ্রে। পুন্নমক্ মতম্ মানা পুখিদুনা অত্তনবা ঙাক্তা ঙায়রম্লে। তুং হন্না অমুক্ য়েং, মাঙ্‌দা খোঙ্কাপ্ খরা অমুক্ থাং থেক্লিবা কোনা অদুগী অরোইবা শরুক্তা অমুক্তং লেপ্লগা ঐখোয়না লৈরম্বা ক্বাটরদুবু অরোইবা বিদাই পীরম্লগা নীঙ্‌বা কায়রবা পুক্নীংবু তপ্না থেমজিনজরগা খোঙ্‌কাপ্ থুনা থাংবা হৌরক্‌খি। খরা চৎলগা নিপা অমা থেংনরে। য়ুনিভর্সিটিদা থবক্ তৌবা মীরা হংজে। মানি খুমই। সংসকৃটকী ওজা অশোক্ গোশ্বামীগী ক্বাটর খংবীব্রা হংই। ইনক্-নক্না অসিদা লৈরে হায়দুনা খুদোম্বীনা থিন্দুনা তাক্‌ই। ঐসু মাগী ক্বাটর তান্না চংলম্মী। লৈশাবী মশক্-মতৌ চঙখোল্লবী অমা ফি শুবগী ফি ফৌদুনা লৈরম্মী। ঐনা মাবু মুন্না য়েংই, মাসু ঐবু মুন্না য়েংই। ঐনা

হংই– “ভুনতি ! তুমি সার অশোক্ গোশ্বমীর শ্বালিনকি” ? হায়বদি ইবেম্মা ! নং ওজা অশোক্ গোশ্বামীগী মচানুপীরা ? মানা খুমই “হোয়” হায়বদি- “মানি”। ঐনা অমুক্কা হংই “তুমি মীমুনকি” ? হায়বদি– “নঙ্ মীমুরা” ? মানা খুমই “হোয়”– মানি। ঐনা হায়– “ইমান ডাঙর” ! হায়বদি– “অশুক্চাউরবা” ! চহী তরামঙাগী মতুংদা উনবনি। মার্দি চহী ১৯ মপুং ফারবীনি। মশক্না মরোল অমা কয়াদি ইং-তপ্না ফজরে। ঐনা অমুক্ হংই– “তুমি মাম্মা কান্দেশ বুজি পাইসেনকি” ? হায়বদি – “নংবু মাম্মা কান্দেশ খংলিব্রা ?” মানা খুমই– “হোয়” খংই। মতমদুদা মনাও নুপীসু ইমুংদগী থোরক্লে মকোক্তা রিবোন অমা ফারদুনা ঐবু উরগা তিঙক্-তিঙক্ য়েংলি। ঐনা হংই “নংবু বুনীরা ?” মানা খুমই মানি। নংদি য়াম্না পীকহৌরিবনি ঐবু খঙ্লরোই। মাসু খঙ্দে খুমই। ঐনা হায়– “ঐ কনানো হায়বদু নচেদা হংউকো ! মচানুপী অনীদু মশক্ চপ্ মান্ননা কুচুসু করিমত্তা খেন্নদনা চুং-ফিরাল চানা ফজে। কনাগুম্বা অহৈবা কবি অমনা ফজবগী মরমদা থাদুনা ইনীংলম্লবদি ওজা অশোক্-গোশ্বামীগী মচানুপী অনীসিগী মরমদা থাদুনা ইবা য়ানা নীংথিনা ফজরবীনি। মরাইবক্ ফৈ মমা-মপা। অদুবু ওজা অসোক্ গোশ্বামী অমদি মাগী নুপী ভাইদু অনীদো মচা নুপাদি য়াওদ্রে। ঙাইহাক্ ভাইদুগা ফম্মিন্নদুনা চা-নুং থক্লগা অমুক্ বিদাই তৌরম্লে। ঐ পূক্নিংদা শাওনীংবা পোক্খি। অহোংবা নাইবা ঈশ্বরগী খুৎশেন্না মতমগী মতুং ইন্না পুদুনা চৎখ্রিবা অহোংবা শকফমদুগীদমক্তা। ঙাইহাক্কী মমাংদা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী চন্নবা ৱাখল-পুক্নীং কয়াদুবু নীংশিংলম্লগা মিকুপ্তা উরুরিবা অহোংবা শক্ফম্ কয়াদুবু ৱারৌখি। মতমগী ঈচেল কনানসু ফাবা ঙম্বা হৌনদে, পূন্নমক্ মতম্ মাগী ঈচেলদা তাউথখিদুনা অহোংবা কয়া-কয়ানি লাক্কদৌরিবসি পুন্সিসিদা। ৱারী ইবদা হাপ্পা ঙম্নরোইদবা চহী ১৫ গী অহাংবদা লৈহৌরবা মীমু অমদি ঐগী ৱারীনা কমদৌবা তারি ?

ঙসাই মতম্ খরগী মমাংদা ঐখোয়না লৈরম্বা ক্বটর অমদি মীমুগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরমদা কন্না খল্লম্বদু পূমকাউ কাউখিবগুম্ মখোয়গী অনৌবা ইনখৎলক্পগী খম-থেংনা ফজরবা, পূন্নমক্না কল্লক্নীঙাই ওইরবা মশক্-মতৌ, ৱাঙাং-শাঙাং কয়াদু নীংশিংদুনা খনবা অমুক্ হৌরক্লে। ফজখ্রেদা মাগী মচা অনীদো মানী মতম্ অমদা ঐনা মখুৎ শমদুনা গমশাগী (গুৱাহাটি মনিপুরি স্টুদেন্টর্স এসোসিএসন) ফংসন্দা পুদুনা মনিপুরিশিংগী জগোই ঈশৈ য়েংহনখিবা। মতমদুদা মানা স্কৎ মচা অমগা স্কুল য়ুনিভোর্ম শেৎলুখিগে চেনশিনখিবা। পূন্নমক্তো ঙসিদা থোকখিবগুম্ মিৎশিদা শংশঙ্ উরক্লি। য়ুনিভর্সিটিগী বসতা কাখত্তুনা ফমলে গুৱাহাটিদা চৎনবা ঝালুক্বাড়ীদগী। বসতা ফম্লবসু ফম্লি হায়বা কাউরক্ই অঙাংশিংদুগী ৱাখলদা উংলি। শিবু কান্নদে হায়বা য়ারিব্রা ? অৱেম্বনি খল্লুবা চুম্লিব্রা। খল্লোই হায়বসু পূক্নিংনদি য়াদ্রি। খেন্নবা অনীদুদা কম্না চাংদম্নরি।

*চহী ১৫গী মমাঙ্গী শক্‌ফম্* মানা ঙসি লৈহৌরিবা মতৌ অনীদুগী খেন্নবা; ঙসিনা ইনখৎলক্‌পগী ইকায়থীবী চহী মতাংনা বা য়াম্না ঙংদনা হংলুবা খুদিং অমমম্ত ওইনা খুন্নকই। পুক্নীংদা অমুক্ খল্লি, মদুগী অঙাংদুবু মাবু ঐনা হংবদুদা খর য়াম্না খুম্বা য়াদবজাৎলা? মোমোনতমক্ নোক্লগা খুমদি ইখুম্ খুমখিদবা। মাগী মায়থোঙ্দুবু হন্না-হন্না য়েংনীঙ্বা পোক্লুরি। পুক্নীংসিনা মাবু অমুক্‌সু বর পীরুরি— ইবেম্মা নঙ্ হয়েং *নয়ুম-নকৈ পাল্লগা নরাইবক্ ফবী অমদি ওইয়ুকো* । খনখিবনি মতমদুদা ঐসু অসুম্না ইবা ঙমগদ্রা হায়না বারী অমা মাগী মরমদা "এক্ ওঁর কাবুলিবালা" হায়না। মহাকবি রাবিন্দ্রনাঠ ঠাকুরনা ইরম্বা "কাবুলিবালা"গী মিনিগী বারীগা ঐগী মীমুগী বারীগা থোইনা খেন্নবদি নত্তেকো! অদুবু ঐদি পাঙ্দবা মীচম্ ওইরুবনা থম্মোইদা তারিবা মমিশে নীংথিনা য়েক্‌পা হৈতবনা বারীশিবু ইরুরগা মীয়াম্না পাবীনীংদদুনা মানা তৌজশারিসে, কবি নত্তনা কবি শারিসে, নোক্লবীগদবনসু কোঙ্গাইনি। অসুম্না ঐসু য়ুমদা থোরক্লে; মখোয়গী বারীসু মতম্না অমুক্ পুখিদুনা তপ্না তপ্না কাউরক্লে।

২৮/৫/২০০১

# অরোইবা বিচার

কোইজম, শুরমঙ্গোল হায় কোর্টকী জর্জ ওইরম্বদগী পোথাবা থা অনিরোমতমক্ ঙাইহরি। মাগী নুপী বীলাসিনি মতম্ অমগী মনিপুরগী অফাওবা দরবার মেম্বর ওইরম্বা লাইশ্রম্ চন্দ্রবাবু সিংহগী মচানুপী য়াইমনি। লাইশ্রম্ চন্দ্রবাবু নিংথৌ পাল্লিঙৈদা করিগুম্বা দরবারগী অরুবা থাফম্ অমা খন্নরক্পদা মানা মত্ পীখ্রবদি লোইহরে, অতৈনা য়েৎলুবগী থা লৈতে; নিংথৌ ফাওবা য়েৎত্রে হায়নখিবা মীশক্নি। মীনা য়াম্না ব্যাবহার তৌনা লোইনখিবা মীশক্নি। মহাক্কী মচা নুপীঙাক্তা মরি পোকই। মচিন-মনাওশিংগী মরক্তা বীলাসিনি খর লম হেন্না হৌরক্ই, অদুগা মশক্সু মানা ইহেন হেন্না ফাজে। মানা পুংকক্ চাউরক্পা মতমদা নোংমা মমা কেটুকী লৈমনা হায়খি, —"ঐগী ইচানুপী বীলাসিনিসিবু করম্ থোকঅদোইনো, ঙাঙ্নবা ওম্থোক্না থাখ্রে"। মহাক্ লাইরিক্সু মপান্দা তম্লক্ই। লাইরিক্ তম্লিঙৈদসু ওখাক্ মমিং চৎখিবা নুপীনি। মতমদুগী পাখং অয়াম্বা মাবু মশক্ খঙ্দবা ইয়াও য়াওখিদে। মনিপুরদা মতম্দুগী লৈশাবীশিংগী মনুংদা মশম্ তুবৎ ককথৎতুনা লুতুংগী শম্ শেন্দাং মমৈগুম্ পুনবা হৌদোক্খিবী নুপীনি। ঙসিনা নুপা অমগা, হয়েংনা নুপা অমগা কোয় লংদুনা ঙাওজবা পাম্বা নুপীমচা ওইনা হৌরক্ই। মাগী মচিন-মনাও অতৈদি মনাওগী, মচেগী মতৌ উরগা মমান্নবীশিংগী মমাঙদা মনাওনি, মচেনি হায়বা ইকায়জখি। মদু মানা করিসু নাচুংবা লৈখিদে। অদুবু মানা ফন্ ঙাওজরবসু মশক্-মতৌনগা ফজবগা মপানগা মনিপুরগী অঙম্বা ফন্নাইবা ওইবগা কনানসু মাবু উশিৎ থওইদনা লংন-খোৎনবদি ঙমদে। মপান্দা লাইরিক্ তম্লিঙৈদা মৈতৈ মচাদি হেন্দোক্নুনা তাংখুল্ নুপা, পাখং মাগা কলেজ পুনবা মঙোন্দগী ক্লাস অমদি হেনবা য়ারহাং তাংখুল কৌবা অমগা কন্না নুংশিনরক্পদগী মাসু খৃস্টান ধর্ম্মা ওল্লগনি হায়না ঙাংনবা তারক্পদগী থুনমক্ মপা চৎতুনা মাগী বি.এ. পরিক্ষা লোইবগা য়ুমদা পুথোরক্খি। থুনমক্ মমা-মপানা অফবা তান-চাবা নুপা থিবদা ক্বাটরদা লৈবা খুঙ্গংদগী লাইরিক্তি য়াম্না ফরক্পা নুপীগী ইরাং কয়া য়াওজদবা নৌনা মাজিস্ট্রেট খনবদা ঙায়রিবা কোইজম্ শুরমঙ্গোলগা য়াম্না থুনা লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙ্দাখি। জর্জ অমগী নুপী ওইবদগীদি কৈরোয় -লৈকায়গী মীশিংনা মাবু ইচেমা,

ইতৈম্‌বেম্মা, ইনমবেম্মা, কৌদুনা য়াম্না ব্যাবহার তৌনা লোয়নৈ। মহাক্‌সি পিক্লিঙৈদগী হৈনরক্‌পা লমচৎ মানা তৌরগদা পেঞ্জবা, পুন্নমক্তা ইশীন শীন্নীংবা; মী খরা হেক্ পুনবদা মানা ঙাং শক্তুনা মকোক্ হেক্তা থংগদবগী হোৎনবা মীতানি। মানা খরা চাউজনীংবগা ময়াম্না মঙোন্দা উৎলিবা ব্যাবহারদুগা কয়াদা চানজরিবা। মহাক মথোই অমা কাখ্রে।

শুরমঙ্গোল অমদি বীলাসিনিগী মচানুপী অমগা মচানুপা অমগা পোকই। মচানুপীগী মমিংনা সুনিতা কোই; মচানুগী মিংনা রতন কুমার কৌই। শশুরমঙ্গল ইহান হানবা থবক্ চঙ্‌বসি মাজিস্ট্রেট ওইনা চঙ্‌বনি। অদুবু মাগী লাইরিক্ পাবা কনবা, মমুৎ তানা, মুন্না খঙ্‌বা মরম্না মাগী কেশকী রাই অয়াম্বা মতম্ ইচঙ্-চঙ্‌হন্দনা থুনা-থুনা লোইশিনবা অমদি তরিখ-য়ৈথোক্কন্দবা কয়াসিনা ফম্ মথং-মথং কারক্‌পনা চিফ জুদিসিএল মাজিস্ট্রেট, সব-জর্জ, এদিসনেল সেসন্স জর্জ, রিভিনিউ ত্রিবুনেল অমদি সেসনস জর্জ ওইরম্লবা তুংদা গৌহাটি হায় কোর্টকী মনিপুরগী কোটাদা হায় কোর্টকী জর্জ কাখিবনি। খুঙ্গংদগী ৱানা মপানা ইম্ফালদা বি.এ. ফাওবা তমহল্লগা এলাহাবাদতা এল.এল.বি. তমহনখি। এল.এল.বি. লোয়রগা পুনাদা এল.এল.এম. অমুক তমথদুনা সেকেন্দ ক্লাস ফার্স্টা পাশ তৌদুনা হল্লকখি।

মানা লো তমখিবগী মরমসু অয়াম্বনা মপাগী অকনবা ইথিল অমদগীনি। মানা য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা মখোয়গী লৌ অমা পাৎ ওইরম্বদগী মপানা নীনজদুনা পটটা তানবা হোৎনরক্‌পদা খুঙ্গংগী ইনাক খুনবা নিপা অমগা পুন্না হোৎনরম্বদগী, ইনাক্‌খুনবা অদুনা ইম্ফালদগী উকিল অফাওবা অমা তানরগা মাগী শরুকতু উকিলদুগা ইনাকখুনবা নিপাদুগা মখোয় অনীগী মিংদা তংখাই-তংখাই পানশিন্দুনা মাগী শরুক ফংহৌদে। মদুগী ৱাখল নুঙাইতদুনা মচাবু অমুক্তংদি অফাওবা উকিল অমা ওইহনবা পামখি। অদুনা লেঙ্‌দবা ৱাখল ওইখিবনা মচাবু উকিল তমহনখিবনি। অদুমক্লসু মহাক্তা য়াম্না থৱায় য়াওনা হোৎনবদগী ফিবম অসি য়ৌখিবনি। মহাক্ ইম্ফালদা ইংখোল লৈড়ে, অয়াম্বা মতমদা ক্বার্টরদা লৈরক্‌ই। মদুনা মী য়াম্না তিন্নদে, মহাক্কী লাইরিক্ পাবদা য়াম্না চানজৈ ? মপা লৈরিঙৈদা ইংখোল অমদি লৈরো-লৈরো হায়দুনা কন্না হায়রম্বনি অদুবু মানা ৱা ওইনা তাখিদে। মাগী তৌগদবা মথৌদা কৎথোক্‌চবা নিপা অমনি। অয়াম্বা মতমদা কেশ হিস্টরি, রুলিং, রাই অনৌবা কয়া থি-থিদুনা পাবনা মাগী পামজবনি। মানা লাইরিক্ পারিঙৈদা মী লাক্লবদি লৈতে হায়য়ু হায়দুনা উনদে। ৱানোম্বা লাকপসু য়ুমদা ৱানোম্বা লাক্‌পিগনু হায়দুনা গেৎতা সাইনবোর্দ থেৎতুনা থম্লিবনি। অদুনা মীনসু মাবু কিনা ৱানোম্বা য়াদবনি হায়নৈ। মাগুম্বা ঙাক্তা ঙায়রগদি লৈবাকসি চাওখৎকনি

শেঙ্গা-থুমজা লৈরোই হায়নরিবা মীশক্নি। মানা এল.এল.এম. পাশ তৌরগা থা খরদি সেনিয়ার এদভোকেট অমগী মখাদা প্রাক্টিস তৌরম্মী। থা খরগী মতুংদা গৌহাটি হায় কোর্টনা জেনেরেল কেটিগরিদা মাজিজট্রেট কী ফম অমা লৌনবা দরখাস কৌরকখি। মদুদা মাসু থাদুনা রিটন টেস্ট য়াওখি। হায়দোরক্পদা মানা ফার্স্ট তাখি। থুনমক্ ভাইভা ভোস তৌদুনা অমুক্ মানা ফার্স্ট তাদুনা মাবু পোস্টতুদা থনখি। মী য়াম্না তিন্নদ্রবসু মচং ওইবা খরদি তিন্নে। মাগী য়াম্না চাউবা শোয়বা অমদি ইমুং-মনুঙ্ য়েংশিনবা ঙমদবসিনি। মসি লৈবাক্কীদমক্ কৎথোক্কুনা থবক তৌবা মী অয়াম্বগী হৌনশানি। অদুনা ইমুংগী নুপীনা ফৎত্রগদি অশোয়বা য়াম্না তুংদা লাক্কল্লি। অমরোমদা মাগী ইমুংদা অহল-লম্মন্ লৈতে। মাগী নুপীনা মাগা থায়না দিল্লিদা নুংশিনখিবা তাংখুল্ পাখং য়ারহাং তাংখুল মরক্-মরক্তা মাগীদা লাক্ই। মাসু হৌজিক্ মনিপুর গভর্নমেন্টকী মখাদা এস.দি.সি ওইনা থবক্ তৌরে। শুরমঙ্গোল সিধা-সিধি ওইনা হৌরক্পনা য়ারহাং তাংখুলগী মরমদা থোইনা খল্লুদে। মমৈদা শিনফমসু খর মরি লৈনবনা মাগসু তিন্নরক্খি। মনুঙ্দা করি অরোনবা লৈবনো হায়বা মা-নোংমতসু খল্লুদে। ঙসিদি রিজার্ভ কোটাদা এম.সি.এস. ফংদুনা এস.দি.ও. ওইরম্লগা মথং-মথং কারক্কুনা সেক্রেটরি রিভিনিউ পায়দুনা য়াম্না ৱাংবা থাক্তা লৈরে। মহাক্ ঙসি ফাওবদা শুরমঙ্গোলগা করিগুম্বা ব্যাবহার অমত্তা কায়নদনা লোয়নরক্ই।

জর্জ সাহেব শুরমঙ্গোলগী মচানুপী সুনিতা এম.এ. ইকোনোমিক্স লোইরবা তুংদা দিল্লি য়ুনিভর্সিটিদা দিপাটমেন্ট অসিগী হেদ, প্রোফেসার এম.এস. তন্দনগী মখাদা পি.আইচ.দি তৌদুনা থেসিস সবমিৎ তৌনবা কন্না নম্বা হোৎনরি। মচানুপা রতনকুমারনা এলাহাবাদতা এল.এল.বি. তল্লি। অদুনা মচা অনিমক্ মপালদা লোইনক্ লৈ। মানা থবক্তগী পোথারক্পগা মচানুপীসু চহি ২৭-২৮ শুরক্লবনিনা লুহোং-খোঙ্দোংবা মতম্ হেন্দোক্খিগদৌরে হায়দুনা ৱাবা হৌরক্লম্মী। মতম্ অমদা মাগা অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুল তম্মিন্নখিবা মরুপ্ আর.কে. রাজমনি সিংহ আই.পি.এস. ওফিসার আই.জি.পি. হোম্ পায়রিবা মরুপ্ অসিদা ফাগি ওইনা মাগী মচানুপা শ্যামকুমারগা হায়নখিবা অমদি লৈখি। ৱাশি মানা নোংমা টেলিফোন্দা মাগী মরুপ্কী মফমদা হৌদোক্কুনা য়েংই। মাগী মরুপ্ রাজমনিসু হরাউ-হরাউ মরুপ্ নহানৱাই মরুপ্না তাক্পীখিবদু কাউজদে ঐসু হৌদোক্লিঙ্দুনা লৈরম্লবনি হায়রক্ই। আর.কে. রাজমনিগী মচানুপা শ্যামকুমার হন্দক্তা হায়দোক্খিবা এম.সি.এস পরীক্ষাদা পাশ তৌদুনা থবক্ জোইন তৌরগা দিল্লিদা থা তরুক্কী ট্রেনীং য়াওদুনা লৈরি। মাগী ট্রেনীংশি লোইবগা লুহোংনবা শোয়দনা সুনিতাগী থেসিস সবমিট তৌরগদি য়ারে হায়না মতমসু চানরগনি ঙাঙ্নখি। অমরোমদা

*শ্যামকুমার অমদি সুনিতা ক্লাস মান্নরকই। অনিমক্ লাইরিক্ ফন হৌরকই। মখোয় নুংশি-নুঙোলগী খাখলদা থোইনা পুক্নিং চঙ্দবা মাগী-মাগী তম্নিবা মহৈদা পুক্নিং চঙ্না হোৎনবা ঙাক্তনি। মপা-মপা য়ানখ্রবা তুংদা নোংমা জর্জ সাহেবনা মাগী নুপী মেমসাহেব বীলাসিনিদা খাফমসি হৌদোকই। বীলাসিনি মাগী নুপা-জর্জ সাহেবকী খাদুদা য়ানীঙ্দবা পোক্ই। মানা মাগা থায়না লাইরিক্ তম্মিন্নরক্পা তাংখুল নুপা য়ারহাংগী অয়োক্পা মচানুপা মচন্না পোক্লম্লগা মচন নুপীদি অঙাংদু পোক্পদা শিখিদুনা মানা মচা শক্তুনা য়োক্চবা, মীনদি মাগী মচানি খন্নবা এম.পি.এস পাশ তৌদুনা পুলিস ট্রেনীংদা থা তরক্কী পনজাবতা লৈরিবা পি. রাথিংদা পীনিঙ্খি। পি. রাথিংবু য়ারহাংগী মচা নত্তে হায়বসি য়ারহাংগী ইমুংগা জর্জ সাহেব শুরমঙ্গোলগী নুপী বীলাসিনি নত্তনা অতৈদি খঙ্দে। মাদি উখুলদসু লৈতবনা তম্পাক্কী মী অয়াম্বনদি মাগী মচানি হায়দুনা লৈরিবনি।*

পি. রাথিং তাংখুল অমসুং শ্যামকুমার হান্না মশক্ খঙনৈ। এম.পি.এস.সি. না লৌবা এম.সি.এস., এম.পি.এস পুন্না বেদজ অমত্তদা থামিন্নবদা অমনা এম.সি.এস. ফংলগা অমনা এম.পি.এস. ফংবনি। মিস্টর য়ারহাং তাংখুলগা জর্জ সাহেবক্কী নুপী বীলাসিনিগা থুংনখিদবগী নুঙাইতবা খাফম্ অমা লৈখিবনা মরম্ ওইদুনা মচা-মচা পীনশি হায়বগী অচেৎপা খাশক্ থন্নখি। খাদু অসুম্ ঙাঙ্নবা হৌদোক্লরক্পদগী অশেং অশেংবা মনুঙ্গী থম্মোই কায়বা য়াবা খাঙাঙ্ য়াওনবা হৌরক্খি। পি. রাথিংনা দিল্লিদা লাইরিক্ তম্লিঙৈদসু য়ারহাং তাংখুলগা বীলাসিনিগা পুন্না চত্তুনা মচা অনিদু পৈশা অখাৎ-অপা তাথোক-তাশিন, তৌনৌ হায়দুনা কোয়বা খোৎপা চৎমিন্নবদা মখোয় অনি লোয়ননা চৎমিন্ননবা হায়রম্মী। য়ারহাং তাংখুল্ বীলাসিনিনা শিনবা খুদিংমক্ হোয়-হোয় হায়দুনা লোইনবা য়াই। পি. রাথিংগা সুনিতাগসু হান্নদগী খংনরক্পা ওইবনা মমানা হায়রিবদুদা থোইনা লান্না খন্নদে। অসিগুম্বা মমাংগী খারী অসি লৈবনা বীলাসিনিনা মচা নুপীদু তাংখুল নুপা অমদা পীসি হায়রক্পদুদা জর্জ সাহেব য়ান্না ঙক্লা থোক্লম্মী। মতম্ অয়াম্বদা জর্জ সাহেব মাগী নুপীনা শীনবা, তৌবা থবক্ খুদিংমক্তা হোয়-হোয় হায়দুনা অমত্তা য়েৎলক্তবনি। অদুবু হন্দক্কী মচা থাজবগী মতাংসিদদি নুপীনা হায়রিবসি মা য়ানীঙ্লমদে। জাৎসু মান্নদবা, অদুগা অমনা মাগী মরুপ্ আর. কে. রাজমনিদসু মানা হান্না য়াথোক্খ্রবা। মাগী নুপী মুকতাবলিনা "তাইবুংঙো হন্দক্কী মতাঙ্সিদি শোইহন-লাক্হনবা য়াপোৎ নত্তে, ঐসু-ইমৌনি খঞ্জরোই, ইচা নিঙোন্নি খন্না লুনা তৌজগদৌরিবনি; তাইবুঙোখোইগা শংগা তৌজবদগী ঐখোয়সু লেমজগদৌরিবনি" হায়খিবা অদুগা হৌজিক্পু অমুক্ হুঁ! ঐ য়াবা ঙমলোই হায়। মাগী নুপীসু মানবু ঙমদ্রবদি য়াদবা

মীতানিনা কন্না হেক্তমক্ য়েৎলক্লে। মপাসু সেক্রেটরিনি, মচাসু পুলিসকী দি.এস.পি. ওইনা পোস্টিং তৌরগনি, মপাদুসু হান্নদগী তিন্নরক্পা মরুপ্নি; মাই পাবুংগসু অদুম্ তিন্নরিবনি, ঐনা হায়রিবসি য়াদবা য়ারোই হায়দুনা কন্না হেক্তা য়েৎলম্মী। অসুম্ মথং-মথং শমথরক্পনা ইচা নুপীগা মশাগসু দিল্লিদা লৈরিঙৈদা য়াম্না লুনা তিন্নজবনি, খরসু ভাব তাবিয়ু হায়জিল্লক্লে। জর্জসাহেবতু খরা শাওরপ্না হৈমা! "নংনা দিল্লিদা সেক্রেটরি য়ারহাংগা চৎলিবদুদি নচাগী তুংগী লম্বী শেম্লুরিবা ৱা ওইরেকো"? "তৌনু-তৌনু, ঐ য়াবা শুকঙম্ ঙমলোইকো" হায়। অসুম্না নুমিত্তুগী ৱাদু নেমথখ্রে।

নোংমা বীলাসিনিনা সেক্রেটরি য়ারহাংদা টেলিফোন্দা মখোয়গীদা কোয়রক্লবা পাউ পীখি। মদুগী মতুংইন্না মহাক্ জর্জ সাহেবকী য়ুমদা লাক্ই। নম্বস্টে জর্জ সাহেব! নম্বস্টে সেক্রেটরি সাহেব! অনিমক্ ব্যাবহার তৌনে?। ফমফম্ কাদা চঙ্লক্ই" ঐখোয়গী মেম সাহেবতি লৈতব্রা" হংই। "লৈ-লৈ" খুম্মী। তাঙ্গাদুদা বীলাসিনি চঙ্লক্ই, সেক্রেটরিদা – "লাক্পীরিব্রা ঐ চা শেমজরুখিগে" হায়রম্লগা অমুক্ চঙ্খ্রে। জর্জ সাহেবনা হংই – "করি থবক্কী লেঙ্বীরক্পা"? "চুন্না উনদবা কুইরে হায়দুনা লাকপনি।" তাঙ্গাদুদা বীলাসিনি অমুক্ চা পুদুনা থোরক্লম্মী। হাঙ্লিবা সোফাদুদা য়ারহাংগা থংননা ফম্মী, জর্জ সাহেবপু তোঙান্না উহল্লি, করিমত্তা কোইদবগুম্, ময়াম্না চৎনরিবনা মৱা মপুরোইবগী নাকন্দা মপুরোইবগী মরুম্ থুপ্না নৎত্রগা তোঙান্না মুরা থারগা মপুরোইবগী নকন ওইরপ্না ফম্বা চৎনৈ। অদুবু মঙোন্দদি মদুগী ঘাৎ-পাৎ লৈতবগুম্ তৌই। বীলাসিনিনা ৱা হৌদোরক্ইঃ- "মাই পাবুং ওজানা লেংঙক্ইবসে নহানগী ইচানুপী সুনিতাগী ৱাফমদো" হায়। জর্জ সাহেব– "করি করম্বা সুনিতাগী ৱাফম্নো"? "ওনথোক্লা থুনসু কাওবীখ্রে", "লুহোংবগী ৱাফমদুবু হায়জবা"। মতাংদুদা য়ারহাং তাংখুলনা– "ঐগী ইচানুপা রাথিংগা সুনিতাগা লুহোংনবা তৌশি হায়না মেম্ সাহেবকা ঙাঙ্নবদুগী ৱানীদা সাহেব" হায়রক্ই। জর্জ সাহেব – "ৱাসি য়াম্না শেংনা হেক্তা হায়জরগে, ৱারৌবীগনু; ঐগা য়াম্না লুনা তিন্নজরক্পা অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ্ হৌজিক হৌজিক্লা আই.জি.পি. হোম্ পায়রিবা আর.কে. রাজমনি খঙ্বীরমগনি, মাগী মচানুপা শ্যামকুমার হৌজিক এম.সি.এস. খন্দুনা দিল্লিদা থা তরুক্কী ট্রেনীং তৌরি, ট্রেনীং হেক্ লোইবগা লুহোংলসি হায়দুনা হান্ননা য়ানথোকখ্রে। জাৎ-বীজাৎকী ৱাফমদি নৎচদে, ৱারৌবীবা য়াদেকো" হায়। সেক্রেটরি য়ারহাং বীলাসিনিদা য়েঙ্ই। বীলাসিনিনা খুম্নক্ই– "মাইপাবুং হন্দক্কী মতাংসি ৱা য়াম্না কায়নদৌরি। মপাগা মমাগসি মপানা হেন্না লুম্মী খনবীবগী ৱানিনে"? সেক্রেটরি সাহেব লেঙ্থোক্লসি হায়রগা জর্জ সাহেবনা থিন্দোক্কদবদু মানা ওইনা হৌরগা পুথোক্খ্রে। জর্জ সাহেবসু নম্বস্টে হায়রগা লৈহৌরে। বীলাসিনিদি

য়ারহাংগা থোংগালদা মিনিট তরা-কুন্ অদুম্ মায়গা-মায়গা ওনশিন্নদুনা ৱারী শাদুনা লৈরে। মদুদা জর্জ সাহেবকী থম্মোইদা কয়া নুঙাইরমদে। নহানমখৈদি কোর্টতা ঙন্না চৎলগা নুমিৎ তাবা ফাওবা লৈরম্বনা য়ুমগী অহোবা অশোয়বা উরমদে। হৌজিক্তি য়ুমদা লেঙ্দনা লৈরবনিনা অশোয়বা ময়াম্সি মথং-মথং অমগী তুংদা অমা উবা হৌরক্লে। সেক্রেটরি থিন্দোক্লুরবা তুংদা বীলাসিনি চঙ্লক্ই। জর্জ সাহেবনা "ইবেম্মা! সমাজসিদা চৎনরিবসি ইমুংগী মমা-মপা মত্ অমত্তদা হান্না য়ানরগা মপালগী মীগা কোন্না ঙাঙ্নগদবনি। অদুবু ঐখোয়গী ইমুংগী চৎনবীসিদি মীগা হান্না তান্নরগা ইমুংনো কোন্না ঙাঙ্নবগী ৱাফমসিদি চাউনা শোয়রে" হায়রম্মী। ঐখোয় অনীগী ৱাফমসি অঙম তান্নরবদি য়াম্না তুংদা মাঙ্জবা লাক্কদবা মাল্লি, অদুনা ঐনা হায়রিবসিদা য়ানরসি; ঐনসু মশাদা শেংদোক্খ্রেদনা" হায়রে। বীলাসিনি য়াম্না শাওনা— "কন্না অঙম্ তান্নরক্লবদি ঐগীসু হক্ চাউনা লৈকো" হায়। "কনানা নঙোন্দা নঙ্গী হক্ লৈতে হায়খ্রবগে"? "হৌজিক্তা সেক্রেটরিগী মমাঙ্দা ঐগী ইজৎ খজিক্তা ফাওবা য়েঙ্বীদবমখৈ মীগা ৱা লোইনখ্রে হায়বীরিবদুদি, ঐদি চঙ্শি শিদ্রিব্রা"? "অদুদি করিগী নঙ্দি ঐগী অয়াবা য়াওদনা মাগা য়ানরুরিবা"? "ঐসু মমানি কৈনো; মমানা মচাগী তুংগী লম্বী শেমদনা কনানা শেমগনি? ঐবুসু ইমা-ইপানা নহাক্কী নফমদা থাজরক্লিবসিসু চপ মান্নে"। ঐগীসু নুংশিনবা লৈজরম্মী, অদুবু নঙ্গী নমায় য়েঙ্বীদুনা ইমানা কন্না হায়বদগী য়াবীরক্খিবগী ৱানি; ঐ য়াম্না চাক্খ্রিপোৎনি" হায়। অমরোমদা খন্দুনা য়েঙ্বীয়ু "ইচা নুপীসে ঐনা থা তরা নাওপুদুনা পোক্লিবনি, অদুনা ঐনা হায়বদা মপাসু ইনফম থোক্লিবনি; নচা নুপাগী ৱানা অমনি" হায়। জর্জ সাহেবসু "হৈমা! অদুদি মপা ঐগী হক্তি করিমত্তা লৈত্রব্রা"? ঐখোয়গী মৈতৈ সমাজদা চৎনরিবসি নুপানা অয়াম্বা হায়বদা নুপীশিংসু ইন্নরিবনি, অদুবু নঙ্দি ময়ামদগী তোপ-তোপ্পা ৱাঙাঙ্-শাঙাঙ্ য়াম্না তৌরেনা? ঐগী ইজৎ খজিক্ত ফাওবা য়েঙ্দ্রেনা"? শাওবনা অসুম্ হেঞ্জিল্লকপদগী বীলাসিনিদু "ফরে, ফরে অদুদি ঐ শিখিবনা হেন্না ফরে, ঐগী ইচিন চত্তবী ইমুংসিগী মমা অমা ওইবগী মতিক্ শুকচা চাদ্রবী হায়বদু ওইরবনিনা য়ুমশি থাদোক্তুনা চৎখিবনা হেন্না ফরে; অদুগা ঐনা য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎলবদি ঐগী ইচানুপী সুনিতাদি য়ুমসিদা থনম্মরোই"। মাগী ৱাঙাঙ্দা কোচি অমা কন্না কোৎখৎলক্লিবদু জর্জ সাহেব হায়ফেৎ চিংনরপ তৌনা— "হৈমা! নঙ্না য়ুম্ থাদোক্তুনা চৎলগা করিগী ইচানুপী সুনিতাবু পুগদৌরিবা"? "মরম্ লৈ"। "করি মরম্"? "য়াম্না খঙবীনীঙ্ব্রা"? "ম্দুদি অদোম্না খনবীরিবা ৱাখলদুদি অদোম্গী অশেঙ্বা ইচাদা তৌগদবনি সুনিতাদি অদোমগী ইচাসু নত্তনা"! জর্জ সাহেব বীলাসিনিগী ৱাহৈদুনা মকোক্তা ব্রজ ১০০না হৈথরক্পগুম, মকোক্তু পায়রগা ভুং লাউনা কোকচাউবী

কাখিবদগী জ্ঞান মাঙ্‌বগুম্‌ ৱাখল লমফৈ অমদা মাগী পুন্সি লোইরে হায়বা ৱাখলদা ৱামচেৎ অমত্তা ঙাঙ্‌দনা তুমিন্না উংদুনা লৈখ্রে।

অরোইবা ৱাহৈ হায়রম্লগা বীলাসিনি মফি-মরোল হোংদোক্লুনা করিমত্তা সিদা চৎকে শুম্‌ তৌগে তাক্লমদনা য়ুমদগী থোক্লুনা চৎখ্রে। শোমদা জর্জ সাহেব ৱাখলদা "সুনিতা ঐগী ইচা নৎত্রবা? অদুদি অসুক কুইবা মতমসি করম্না কনাগী; ঐবু অসুক্‌ চাউবা নমথাক্‌ তৌবীখ্রবা? সিনফমদা মীগী ফনবা, লৈবাক্কী ফনবা খল্লিঙেদা ঐগী ইমুংদনা ফোংনা নুংথিল পোবোপতা শাগুন তৌখিবদা ঐনা খঙ্‌জবা, উজবা ঙমহৌদ্রবা? মসিবু হায়কোর্টকী জর্জ অমগী য়ুমদা থোক্‌পা য়াবা থবক্লা? কদাইদনো ঐবু মীনা ব্যাবহার তৌরম্লিবসিবো? অসুক্‌ তুক্কৎচবা থৌদোক্‌ অমা ঐগী নুপীনা, ঐগী য়ুমদা? কোর্টতনা মীগীদমক্‌ বিচার য়ুমদনা ঐগী ইমুংগী অরানবা বিচারদা ঐনা করম্না রাই তাগদৌরি? ঐসি কয়াদা মতিক্‌ চাদ্রবা মীরেম্নো? ঐ হিংবগী মহুত্তা শিখিবনা শরুক্‌ চাম্মা হেন্না ফরদরা? শ্রী রামচন্দ্রবু করিগীদমক্‌ ধোবী মতৈ-মনাও খৎনবদা রাবন্না লৌরুরবা সিতাবু অমুক্‌ হন্না রাম্না লৌরবসু ঐদি নঙ্‌বু ঐগী নুপী ওইনা লৌশিনবা ঙমলোই, নঙ্‌দি সিতাগুম্বী নুপীনি হায়খিবদু তারুবদগী মরাল লৈজদবী মশা লুম্লবী সিতাবু মনাও লক্ষমন থাদুনা বন্দা থাদোক্‌হনখিবা; মদুগী চৈনাদু থম্মোই কায়না শ্রীরামচন্দ্রনা লৈবাক্কীদমক্‌ খন্দুনা খাঙ্‌খিবা! ঐনা ঙসি ঐগী অরোইবা শরুক্লা তেল্লক্লবা মতমসিদা হৌখিবা পুন্সিগী অরানবা অমুক্‌ হন্না চুমথোক্‌পা য়াররোইদবা হন্দক্‌ মপোক্কীদি ফজদবা দাক্‌ কোক্‌পা ঙম্লরোইদবা, লায়েংবা য়াররোইদবা অমগী অনুতাপ্‌ পুদুনা সমাজগী মমাঙদা ফিরুক্‌ খুম্লগা হিংগদবগী শরুক্‌ ঐগী পুন্সিগা লোইননা করিগুম্বা খুদম্‌ চাংদম্‌ হিংলম্মী হায়বগী ৱারী লৈহৌদনবা ঐ ইমুং-মনুংঙ্‌ তুম্না হাৎলগা শিখিবনা ফরদরা? অমগী মথংদা অমা, অমগী মথংদা অমা অসুম্‌ খল্লু-খল্লুরগা অঙাওবা অমগুম্‌ মুরুম্‌-মুরুম্‌ মতোমতা শোনবা হৌরক্লে। চাক্‌-ঈশিং চাগনি, থক্কনি খঙ্‌লক্তুরে। অমুক্সু খল্লক্‌ই "ঐনা লুনা-চান্না তৌজরিবা ইচানুপা রতনকুমারসিসু ঐগী ইচা নত্রব্রা? ইস! ঐবু করিনো তৌরিবসিবু"? ৱাখল মথং-মথং খনবদা পুং অমদগী অনি, অনিদগী অহুম, অহুমদগী মরি, নুমিৎ তাখিবা খঙ্‌হৌদ্রে। ইমুংগী চাক্‌-ঈসিংদি মখোয়গী য়ুমদা থম্লিবা-নেপালি নুপামচা বীষ্ণুনা থোঙ্‌দুনা থম্লবনি। অদুবু কনামত্তা চানদ্রে। নুমিদাং ওইরে, বীলাসিনি হল্লক্লে। জর্জ সাহেবতি চাক্‌শু চাদ্রে, তুম্বসু য়াদ্রে। মানা হৌখিবা পুন্সিগী মরমদা অসুম্‌ মথং-মথং নীঙ্‌শিংলক্‌ই। মাগী মচানুপী অহল সুনিতা পোক্‌খিবদু মা লুহোংবা মতুং থা তরেত্তা পোক্‌খিবনি। ডাক্তরনদি থা তরেত্তা পোক্‌পসু য়াওদবদি নত্তে হায়বদুদা থোইনা চিংনখিদবনি। মানা ময়ুম্‌ পাল্লক্লবা মতুংদা মকোক্‌ ইরুজদবা থাগী খোঙ্‌কাপ

. . . *অসিনচিংবা য়াম্না কুপ্পা অঙ্ক খোৎতুনা পারগা নীঙ্‌শিঙ্‌বা হৌরক্লে। নোংমা-নোংমগী চিংনবা অসুম্ হেঞ্জিল্লক্কুনা নোংমা য়ারহাংগী ফেমিলিগা জর্জ সাহেবকী* ফেমিলিগা নিউ ইয়ারদা পিকনিক অমা শিনখি। মদুসু মাগী নুপী বীলাসিনিনা শিনখিবনি। কুইরবা চহি ১৫গী মমাঙ্‌গী ৱানি; য়ারহাংগী মচানুপী সুনিলাগা মাগী মচা সুনিতাগা মশক্ চপ মান্নবদুদা মখোয় অনীসি মচিন-মনাওবু মাল্লিনে হায়নখিবা। করম্না অঙাং নুপীমচা অনীসিনা ফাইবোক্কুম্না মশক্ চপ মান্নরিবা? সুনিতাসিবু য়ারহাংগী মচা ওইবা তারবা? অদুগা করম্না মাগী মচা নুপাগা সুনিতাগা লুহোংনবা ৱা হৌদোরক্লিবা? মা য়াম্না চম্মম্নবা খনফম খঙ্‌দবা বিচার তৌবদা লুনা থোক্‌পা শখি-শাবোন কৌদুনা হংবা য়াবা নত্তবা ৱাফমশিংসিগী বিচার থিবা ফংলমদে। য়ারহাংনা ঐনা ঐগী কোর্ট শুটি থারগা হল্লক্‌পা অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়গীদা লাক্কুনা ফমদুনা বীলাসিনিনা শেবা তৌদুনা লৈবা থেঙ্‌নখিবা। হৌজিক্ ফাওবদা মখোয় অনী দিল্লিদা মচাগী মনাক্তা চৎলিবনি হায়দুনা হৌনদুনা চৎপা ঙল্লিবা। ঐনা চীঙ্‌মী অমনবু অদুক শাথিবা থাজদবা জর্জ অমগী নুপীদবু চুম্না খঙ্‌নবা নত্তনা অদুক্ কা-হেনবা থবক্তি মঙ্‌দা ফাওবা থাজখিদে। ঐনা পো-পমদুনা ঙসি ফাওবদা মহৈ তমহন্দুনা ইচাগী মপাল চারগনি খঞ্জরিবা কয়াসি লোইনমক্ মাঙ্‌বা তারবা? ও! ওনথোক্‌পনিদা ঐগী লাইবক্! ঐনা খঙ্‌ন চান্নবা কনাগী মফমদা অসুক্ তুক্কৎচবা ৱারী অসিবু তম্লুবদা কনানা ঐগী ৱারী তাবীগনি। ঐবু হেন্নদুম্ নোক্লদুনা তিনবু শিৎলক্কনি। সুনিতাসি মাগী মচা ওইরগসু ইচানুপা রতনদি মাগী মচা ওইরম্লোইদ্রা? মসিনা কনাদা হংগনি, মমাদা নত্তনা? জগৎ সংসারসিদা মচাগী অশেংবা মপাদি মমাতনা হায়বা ঙমফম্ থোক্ই। ঐনা করম্না ৱাফম্ অসিবু বীলাসিনিদা চহী ৬০ শুরবা মতমসিদা ইচাগী অশেংবা মপা মশক্ তাকউ করম্না হংগদৌরি? মানা হায়নীঙ্‌বদা হায়বদা লোইনা চুম্লগনি। ঐ মায়থিরে, হন্দক্কী মপোক্কী ঐগী নুপী বীলাসিনিগী মফমদা ঐ মায়থিরে। ঐগী অশেংবা ইরল করিনো হায়বা ঐ ইশামক্ খঙ্‌জদরে। ঐগী থম্মোই অসি কায়রে, মশাদু অঙাওবগুম চোইরোল পারোল লোনবা হৌরক্লে।

মনীঙ্-ময়াদা, উখোঙ্-ৱাখোঙ্‌দা ফম্লগা মতোমতা ৱাখলদা উংদুনতা লৈরে। বীলাসিনিগা মাগা নহান মরৈ তৌনখিবা নুমিত্তগী মতৈ-মনাওগী মরীসু তৎলে। ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙ্‌নখিদবা নুমিৎ ৯নি শুজিল্লক্লে। মচাগী পৈশা থাগনি, মচা অনী মপান্দা মহৈ তম্লি হায়বা ফাওবা কাওরক্লে। পেনসন লৌগনি খঙ্‌লক্লে।

নোংমা-বীলাসিনি লৈতবা নুমিৎ অমদা মাগী উপু হাংদোক্কুনা অঙাং ওইরিঙৈগী ফোটো চিঠিনচিংবা য়াওব্রা হায়দুনা চাইখায়দুনা থিরম্মী। য়ারহাংনা অঙাং চাগুম্বা নুমিত্তা

সুনিতাগী লিক্ মরী অমা সাবীরক্খিবা মদু শিরগা য়ারহাংনা অঙাংদু পম্লগা নমখিবা ফোটোদু থেঙ্নরে। ফোটো খরসু লৈশারিঙৈগী মখোয় অনী নম্বা লমহাংদা লেংগোন্নদুনা নম্বসু য়াওরম্লে। সুনিতা দিল্লিদা থিনবা চৎপসু য়ারহাংগা লোয়ননা চৎখিবনি। মদুগী পর্লিয়ামেন্ট মমাঙ্দা বীলাসিনি, য়ারহাং, সুনিতা অমদি পি. রাথিংগা পুন্না নম্বা ফোটো অমসু থেংনরে। চিঠিগুম্বদি ফংদ্রে। অদুবু মবুক্কিঙ্না চপ চানা সুনিতাসি য়ারহাং তাংখুলগী মচানি হায়বসিমদি মানা মমানা নঙ্গী নচাসু নত্তনা হায়খিবা ৱাহৈদুগা থেঙ্নরিবা ফোটোশিংসিনসু শোয়দ্রে হায়বদু উৎলে। অদুদি করি তৌবা তাই? মচানুপী সুনিতা য়াম্না থুনা য়ুমদা থোক্লকউ হায়না টেলিফোন তৌখ্রে, মমাদি খঙ্হন্দ্রে। নোংমা বীলাসিনি য়ুমদা লৈতবা মতমদা থবক্শুবা নিপা অহুমখক্ কৌরগা মাগী ৱাল-ফেন্সিং খারিবা মনীঙ্গী ৱা-উ হৌরিবা লফু মখোঙ্দা কোম্ অহুমখক্ ফুট তুরুক্ শাংবা মরি পাক্পা, ফুৎ তরুক্ লুনা তৌহল্লম্মী। নুমিত্তো মচানুপী হয়েং থুংলগনি হায়বা নুমিৎনি। মহাক্না প্লান তৌরগা কৈথেন্দগী থাঙ্ (হৈজ্রাং) অথৌবা অমা লৈরুরে। নুমিত্তুগী নুমিদাংদা মাগী নুপী বীলাসিনিদা থেমদুনা নৌদুনা ফরে, ঐ নঙ্না হায়বা য়ারগে ঐনা ঐগী মরুপ্ আর.কে. রাজমনিদসু তশেংনা ফোঙ্দোক্খ্রবনি। হন্দক্কীসি মরুপ্না ৱারৌবীবা য়াদ্রে হায়না। মানসু থোইদোক্না নুঙাইতবা লৈতে হায়রে হায়না তমলে। অদুগা মাগী নুপীবু মনিঙ্দা ৱারী শারুসি হায়দুনা নুমিদাংদুদা কোম্ তৌরিবা মফমদু তানা পুথোরক্লে। মতমদু নেপালি বীষ্ণুসু তুমখ্রবনি। কোম্ অমগী মনাক্তা য়ৌবগা বীলাসিনিগী মখৌরিদা মাগী হৈজ্রাং অথৌবদুনা খৌরিগী উতোংদু লেনথৎলগা কোমদা ইনথখ্রে। কোম মনুঙ্দা চোংদুনা মখোঙ্ কাওদুনা খৌরি উতোংদি কায়রবনিনা লাউবদি য়াদ্রে। থুনা য়াঙ্না লৈপাক্ তৌথোক্পগী লৈবদু য়োৎপাক্ অমনা খোৎচিন্দুনা ফুমজিল্লে। লোইরবা তুংদা মখুৎ-মশা শেংনা হামদোক্লগা ফমুংদা চঙ্দুনা পোৎথাখ্রে। তুম্বা য়ানবা গুলি অমা চাশিল্লে। নোংঙাল্লে, বীষ্ণুনা মেম্ সাহেব কৌই। জর্জ সাহেবনা মাদি ওন্না হৌরগা মপামদা চৎখ্রে হায়জিল্লে।

নুংথিলগী ফ্লাইততা মচানুপী অমুক্ থুংঙরে। মচাদি মপাগী মখোঙ্দা খুরুমজরি। মাগী ৱাখলদা মচা নত্তে খল্লুবদগী মখোঙ্দো চিংথোক্ই। মচানুপীসু করিনো পাবুংসিবু খল্লি। জর্জ সাহেব মপি শিনথৈ। সুনিতানা পাবুং ইমাদি কদাই চৎখিগে হঙ্ই। নবোক্ খোয়গীদা চৎখিবনি হল্লক্তে খুমই। পাবুং নঙ্ হকচাং য়াম্না শোক্লেনা, হক্চাং ঙমদ্রব্রা হঙ্জে। মানা লৈরক্পা শেমদু খোক্লগা প্লেট অমদা মপানা চানবা টেবলদা থম্মী। য়াম্না হৈনিঙ্দনা মশুং অমত্তমক্ চায়। নুমিৎ তাশিল্লক্লে, করিগীনো ঐখোয়মাদুবো হৌজিক্ ফাওবা হল্লক্ত্রিবসিবো হায়না শোল্লি। সন্ধ্যাগী ধুপনচিংবা থাবা খোৎপা

লোইরগা বীষ্ণুগা লোয়ননা চাক্‌খুমদা চাক্ থোংমিন্নে। মমাগীসু চাক চাক্লুক অমদি খাক্লুনা থম্মী। মপাদি কোন্না চাগে নখোয় চারো হায়দুনা চাদনা ফমুংদা লৈ। সুনিতা মপাগী মনাক্তা চঙ্‌লক্লগা পাবুং ঐগী থেসিস নম্বা পুরা লোইরে, হন্দক্ চঙখিবগা সবমিৎ তৌরগে। ঐগী হন্দক্ ফোঙখিবা পেপরদো মীনা য়াম্না পাম্নবজাৎনি। মদু থারগা ঐগী পেপর পুন্না নিপালদি শুরে, য়ারেকো পাবুং হায়জে। মপাদু হোয় হোয়দগী ইহেন হেনদে। মবুক্ মনুঙ্‌দদি নুঙাইতবগী ৱাখলনা মৈ ওইনা লেপ্তনা চাকখৎলক্লি। অসুম্না মপাগী মনাক্তা ঙাইহাক্ ৱারী শারম্লগা মাগী কাদা চঙ্‌খ্রে। মতমদু বীষ্ণুসু তুম্‌খ্রে। মতম্ য়ৌরক্লদুনা মপানা মচাদা ইবেম্মা! অমুক্তা থোক্লকউ ইপানা ঙসাই নুংথিলদা খাবর পারুবদা ইপাগী আনোক্তু আ মনীঙ্‌দা লৈহৌরমাল্লে, ইপাইচা খরা লৌরুসি। হোয় পাবুং হায়দুনা থোরক্লে। মপা-মচা তুংথ-মাংথ ৱাখোঙ্ তানা তোর্চলাইট অমা কাপ-কাপতুনা লাক্ই। কোমদুগী মনাক্ হেক্ য়ৌবগা মচানা জ্ঞ্যান তাদ্রিঙৈদা ঙরাঙ্‌গী মওংগা চপ্ মান্ননা মচানুপীগী মখৌরিদা হৈজ্রোংদুনা লেল্লগা কোমদা ইল্লখ্রে। থুনমক্ ঙরাঙগুম্না লৈপাক্ খোৎচিন্দুনা ফুমজিল্লে। লোইরবা মতুংদা মখোঙ্ মখুৎ শেংনা হামদোক্লগা তুম্নবা গুলি অহুম্ চারগা তুম্বা থেমখ্রে। মচানুপাবুসু হান্ননা য়ুমদা থুনা থোক্লনবা টেলিফোন তৌদুনা খঙ্‌হনখ্রবনি। মানা চৎথখ্রিবা অসুক্ লুবা থবক্‌শিংসি হৌজিক্ ফাওবদা কনা অমত্তনা খঙ্‌দ্রি। লোন্না ফমুংদা কপ্পমখৈ কপ্লগা মচানুপা হাৎপগী মতাংদা অমুক খনবা হৌরক্ই। ঐনা কোম অহুমদি তৌরে, অকোনবগী কোমসিদি মচানুপাগীনি। অদুবু মমানা মচানুপাগী মরমদদি অশেংবা মপা য়ারহাং ওইরমগদ্রা নৎত্রগা ওইরম্লোইদ্রা হায়বা ৱাখল অনীগী মরক্তা ময়ায়দা ফমদুনা মানা বিচার তৌবদা মশক্ মতৌ কুচু-কুমেন ৱাঙাঙ্ শাঙাঙ্ অয়াম্বদা মাগী মত্ লৌবা, মাবু য়াম্না নীঙ্‌জবা অঙাং ওইরিঙৈদা নুমিদাংদা মপা হল্লক্লিমখৈ চাক চাদনা ঙাইখিবা কয়া মথং-মথং লোইনা নীঙশিংলক্ই। মা মচানুপাবু হাৎপা ঙমগদৌরিব্রা, ঙম্লোইদৌরিব্রা কন্না পুক্নিঙ্‌দা ৱারেপ লৌবা ঙমদরে। ফরে, ঐনা ইচানুপাসি ঐগী ঈবু ওইরবসু, ওইদ্রবসু মমাগা মচেগদি অশেংবা ঈ নত্তে হায়দুনা হাৎখ্রে। অদু ওইরবদি মা অমা হিংজহৌরগদি ঐগী ঈ ওইরগদি ঐগী ঈ মরীদি মুৎত্রেদনা। ওইরমদ্রগনা য়ারহাং তাংখুলগী মচানা ঐগী ঈ ওইনা মহুৎ শিলহৌবা তারবা? নোংমা মমানা সুনিতাদি নচাসু নত্তনা "নচা নুপা রতনগী ৱানা অমনি" হায়বা ৱাহৈ অমা খুদক্তা নীঙশিংলক্পগুম, তৌখি। ৱাহৈদুগী অর্থদু নৈনদুনা ঙাইহাক্তুং খল্লম্লগা তুম্বা য়ারক্লবদুদা গুলি, অহুম অমুক্তদা চাশিল্লগা অদুম্ তুমথখ্রে। য়াম্না নুঙাইনা তুমথখিবা জর্জ সাহেবতু অয়ুক্ অদু হৌগৎলক্পা উদে। বীষ্ণুনা ঙরাং থুংঙখিবা মচানুপী সুনিতাসু হৌগৎলক্তে করি তৌরবজাৎনো হায়দুনা চা

পুরগা চঙ্‌লক্‌পদা সুনিতাগী কাসু থোঙ লোল্লমদ্রে। হায়ফেৎ হাংদোক্তুনা য়েঙ্‌বদসু উদে, বাথরুম্ তোইলেৎতসু লৈতে, কদাইদা চৎখ্রবনো খল্লি। জর্জ সাহেবকী কাদা অমুক্ চঙ্‌লুবদদি মশাদু পুমইং ইংনা শ্বর লেপ্তুনা লৈরম্লে। থুনমক্ টেলিফোন তৌদুনা জর্জ সাহেবকী মরুপ, আর.কে রাজমনি হোমদা পাউ পীরম্মী। থুনমক্ পুলিস গাড়ী অনী অহুম্ য়ৌরক্লে বীষ্ণুদা জর্জ সাহেবকী মেম সহেবনা কদাইদা চৎখিবা, মচা নুপী ঙরাং থুংঙবদুনা কদারাইদা লৈখ্রবা ভাব-মেন অমত্তা ইতা তানরমদে। অশিবা হকচাংদু পোস্ট মোর্টেমগীদমক্ হোসপিটালদা পুখ্রে। পুলিসনা এফ.আই.আর. অমা পাল্লগা থিজিনবা হৌখ্রে। বীষ্ণুবু ইন্টরোগেসনগীদমক্তা পুলিস কস্টদিদা থমখ্রে।

অসুন্না ময়াম্ লাঙলিভৈদা মচানুপা রতনকুমার ফ্লাইটতা লাক্‌তুনা ময়ুমদা থুঙ্‌ঙরে। মাদি মপানা থুনা কৌবদুদা করি তৌবা য়াওরবনো হায়দুনা থোরক্‌পনি, অদুগদি মমাসু, মচেসু মফম্ খঙ্‌দ্রবা অদুগা মপাসু হাট এটেক্‌তা শিরবা।

বীষ্ণুগী ৱাহং চৎথবদা তাং ১২/৮/১৯৮২ গী নোংঙানবদা মেম, সাহেব কদোমদা চৎখিবগে হংবদা মপামদা চৎখি খুমই। নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা মচানুপী সুনিতা দিল্লিদগী থুংঙরগা চাক্ চারগা তুমখ্রগা নোঙাল্লগা লৈরমদ্রে। ঙসি তরুক্লিরোমগী মমাংদা জর্জ সাহেবনা থবক্ শুবা নিপা অহুম্ নেক্লগা মনিঙ্‌দা কোম খরা তৌহল্লি হায়বদগী কোমদো য়েংলুসি হায়দুনা মখোয় পরেং শানা মনীঙ্ মাইকৈদা চঙ্‌নখি। ৱাখোঙ্‌গী অরোইবা লফুগী মরুমদা কোম্ অহুম্ থংননা অনি অমদি ফুম্‌জিল্লগা অমদি হাঙ্‌না লৈরম্বদুদা চিংনদুনা তৌথোক্তুনা য়েঙ্‌বদা মতাই থংবা কোমদা মেম্ সাহেবকী হকচাং অদুগা ময়ায় থংবা কোমদা সুনিতাগী হকচাং লৈরম্লে। মদু লৌখৎলগা হিদাক চাইরগা পোস্ট মোর্টেমগীদমক্ হোসপিটালদা পুখ্রে। মতমদু মচানুপা রতনকুমারনা খল্লি অহুমশুবা কোম অসিনা ঐগী ওইবা তাই। করি মরমগীদমক্ ঐগী পাবুংনা থবক্‌শিং অসি তৌরিবনো? মদুগী অকুপ্পা মরম্ মা য়াম্লা খঙ্‌নিঙ্‌খি। পোস্টমোর্টেম লোইদুনা কু অহুম্ শেম্লগা মমা-মপা অমদি মচেগী চিতাগী মৈরি রতন্না পিরাংনা থুমহৎলবা মায়থোঙ্‌গা লোয়নননা মৈহুম্ পায়দুনা চুখৎখি।

মচানা মরম্ থিবদা মদু মীয়াম্না তাখ্র গা য়াম্না নুঙাইরোইদবা লৈবনা মানা বীষ্ণুগী অমদি য়ুমদগী ফংবা অরিবা রেকোর্দ ফোটোনচিংবা কয়াদগী অচুম্বা মরম্ খঙ্‌লগসু অমুক মীয়ামদা খঙ্‌হন্দনা লোৎশিন্দুনা থমখ্রে। অদুবু মীয়ামগী মচিনবুদি মেল্লুবা য়াদবনা নোঙানবগা পেপরদা রেদিওদা হায় কোর্টকী জর্জনা মাগী নুপীগা মচানুপীগা হাৎলগা কোম অহুম তৌরগা নুপীগা, মচানুপীগদি হান্ননা হাৎলগা কোমদা ফুমজিল্লমলে। মখৌরিদা লেল্লগা হাৎপনি। মাগী নুপীদু মরমচৎ কয়া ফরমমোই, মচানুপীদুসু লুহোংনবা

হায়নশীঙনবা লোইরবনি হায়। অসিগুম্বা ৱারীনা অঙাংসু অহনসু লম্বী শোরোক্, কৈথে
স্কুল, কলেজ, হৱাগাড়ীগী মনুঙ্দসু মসিগী ৱারী ঙাক্তা ঙাইরম্মী। অদুবু মতম্
ঙাঙ্নরম্লগা পুলিসকী কেশসু মীহাৎপসু মশানা হাৎপা লোইরবা মতুংদা শিখ্রবনি
মখা তানা থিরুবগী থোইনা কান্নবা লৈতবনা পূন্নমক্ থুপচিনখ্রে। অসুম্না নুপীশিং
মচাশিংগী অশেংবা মপাগী মশক্ তাক্পা ঙম্মী হায়বসি জর্জ সাহেবকী নুপী
সাহেব বীলাসিনিনা তশেংনা খঙ্হল্লম্লগা মাগী ইমুং -মনুংগী ফজরবা ৱারী অ
অমম্বগী লম্বীরোমদা পুশিন্দুনা থম্বীরমখি। মাগী ইমুংগী মীওই লোইনা লৈখিদ্র
তুংদা আর. কে. রাজমনিনা রতনবু মাগী মহৈমশিং তম্বদা মতেং পাংদুনা নীংথি
শেম্বীদুনা উকিল ওইহল্লবা তুংদা মাগী মচানুপী শ্যাম কুমারগী মচন ইবেম্মা গীতাস্না
লুহোংবীদুনা অনৌবা নুঙাই য়াইফবা লম্বী অমা শেম্বীখি।

৮-১২-২০০

- লোইরবা -

